## য়াওফম্ তাক্পা

# কংথোকচবা

মৈতৈ পাংগল, হৌরকফমগী
মুসলমান পুকোক ওইবীথিবা
মহম্মদ সানী অমদি
মাগী লোঙ্গনরকপশিংগী মফম্‌দা

বি, কুল্লচন্দ্র,
ডাঃ বদর রুদ্দিন
তাং ১।৬।৯১ ইং

ফোংদোকপা :—
* লাইনিংহল বাপু রিসার্চ সেণ্টর, ইম্ফাল ৭৯৫০০১




অহানবা থুংনম :— ফেব্রুৱারী ১৯৯১।
নম্ফম :— চীঙ-তম প্রেস,
উরিপোক নাওরেমথোং বজার।
কোপী মশীং ১০০০

লাইরিক ফংফম
PROGRESSIVE LITERATURE HOUSE
IRABOT BHAVAN COMPLEX.

# ৱাসাঙ ঋানবা

নৌনা থিজিন হুমজিন্দুনা জাতি অসিগী ইতিহাস অমসুং সমাজগী অৱাংপা মেনথংন্নবা হোৎনরিব মীওইশিং হাইবদি শ্রী কুলচন্দ্র শর্ম্মা অমসুং ডাক্তর বাদরুদ্দিন অনিনা ইবা "মৈতৈ পাংঙল হৌরকফম মনিপুরী মুসলিম সমাজগী য়াওল" হাইবা লাইরিক অসিগী "ৱাহৌদোক" ওমগদবা শরুক য়াম্না ৱাংলিবী ঐওোন্দা ইয়ু হাইতুনা লাইরিক ইবা অনি অসিনা তাকপী। অচুম্বানক ঐহাক ইতিহাসকী ছাত্রী অমা ওইজরুবনা ইতিহাসকা ইরে ইন্ননা চৎপা মৈতৈ পাংঙলশিং অমদি মখোইগী থৌদাং মনিপুর সমাজদা য়াম্না পুক্নিং থৌগৎনিংঙাই ওইবা লাইরিক্তি ঐহাক্ন থাজজে। লাইরিক ইবা নিপা অনি অসিনা মনিপুরদা মুসলিমশিংনা লাকখিবা অসি খৃস্টাব্দ ১৬০৬ হাইবদি মৈদিংঙু খাগেম্বা হাক্তগীনি (১৫৯৭-১৬৫২) হাইতুনা "চৈথারোল কুম্বাবা" নৈন্নবীতুনা পুথোক পিরি। লাইরিক অসিগী মতুং ইন্না মনিপুরদা লৈরম্বা মৈতৈ পাংঙলশিং অসি মনিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম লাক্ত্রিঔদা সমাজ অসিগী হান্না লৈরম্বা মীওইশিংগা মান্ননা লৈরম্মী। অতুদগী হিন্দু ধর্ম্মনা লৈবাক অসিগী ধর্ম্ম ওইরক্লবা মতুংদগীদি মীগা-মীগা খেন্নবা লৈরকপনা মরম ওইতুনা মৈতৈ পাংঙলশিংমু খরদং হন্থনা লৈরে হাইতুনা ময়েক শেংনা পল্লি। লাইরিক অসিগী চেনা (১৩) (১৪)দা মৈতৈ পাংঙলশিংনা মনিপুরদা খুন্দাবা লমশিং অমসুং মনিপুরগী ৱাংমদা খুন্দারীবা লমশিংগী মফমশিং য়াম্না ময়েক শেংনা তাক্লি। মসিডা নত্তনা লাইরিক অসিদা মৈতৈ পাংঙলশিংগী য়ুমনাকশিং অমসুং মখোইগী মথৌশিং শুগাইনা ইতুনা নৈন্নরি। অসিগুম্বা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা লাইরিক ইবিরিবা ওঝাশিং অসিনা মৈতৈ পাংঙলশিবু

মুন্না থিগৎপিন্নবা তোৎনবদা মৈতৈগী লাইরিক মন্নিং পনজন্নবদা (১) নোংথামৈ, (২) পাউল থোন্নকপা, (৩ নোংচুপ-হারন্ন অমস্তুং (৪) চৈথারোলকুম্বাবা নিংথিনা নৈন্নবিবাগী মমি লাইরিক অসিদা তারি। লাইরিক ইবা ইবু তোশিং অসিনা অথাও কনবা শক্তিগা লোইন্নহুন্না হোৎনজন্নিবা অসি নৈপাক অসিগী অচৌবা থৌদাং অম। নৈরে হাইবসি ঐহাক্না হাইজানিংই।

লাইরিক ইবাশিং অসিনা মতুংদস্থ ঐতিহাসীক ওইবা লাইরীক কন্না পুথোকপিন্নক্তুনা মনিপুর সমাজদা কান্নবা কয়া পিবিন্নবা ঐহাক্না ইশ্বরদা পীজন্নী॥

শ্রী মতী সরোজিনী দেবী
মনিপুর ষ্টেট আরকাইভস

তাং ১৮।৫।১৯৯১

# লাইব্রিকসিদা

লাইরিকসিগী ফংফম থোকপশিং
ঐথোয় অনিগী ওইগনি,
অয়াবা য়াওদনা কনামতনা
লাইরিকসি ফোংদোকপা য়ারোই।

অইবা :
বিঃ কুল্লচন্দ্র
য়াংথৈ থাঙ্গাপাৎ মপাল
অমস্তুং
ডাঃ বদররুদ্দিন
লিলোং হাওরৈবী।
তাং ১।৬৯১ ইং

লাইরিক মমলঃ লুপা ১০০'০০।

# ইকাই খুম্মনা থাগৎচবা

মৈতৈ পাংগল হৌরকফম হায়রিবা লাইরিক অসি মাগুগী পণ্ডিত, অখণ্ড অহৈশিং অমসুং হৌজিক্কী মতমগী অখণ্ড-অহৈশিং পুন্নমক্কী মতেং লৌদুনা পুথোকচবনি। লাইরিক অসি পাবিরগা অরান অহুই পুন্নমক ভাকপিন্নকপাশিংবু তরাম্না ওকচরি অমসুং পুন্সিচুপ্নগী লমন ভোনশিল্লে হায়না খনজগনি। লাইরিক অসিনা মনিপুরগী ইতিহাসকার অমদি ইতিহাসকী ছাত্রশিংদা অচৌবা মতেং ওইগনি খনজে, লোয়ননা মনিপুরগী ইতিহাস নৈনবদা মনিপুরগী মৈতৈ পাংগলগী হৌরকফম য়াওত্রবদি ইতিহাস অদু মপুং ফারোইদ্রা হায়না লৌজদুনা মদুগীদমক্তা অৱাৎপা খর্ সি পুথোকচদুনা ময়ামদা উতচবত্তনি, মপুং ফাহনবিবদি খাই মীয়ামগীনি। লাইরিক অসি পুথোক্নবা লাক্লবদা মতেং পিবীরকখিবা মরু ওইবা মীশক খরদি, মিং পনজরবদা :—

১। পদ্মশ্রী এম. খেলচন্দ্রা মরু ওইবা পাওতাক পিবিরকপা অমসুং সমজিংবিবা (২) মনিপুর মুস্লিম হিষ্টরিয়েল সোসাইটি মাইকৈদগী খোংজোম লান্দা শরুক য়াখিবা পাংগল অথোবশিংগী মীং পিবিরকখিবা, (৩) প্রো: গংমুমৈ কবুই, মনিপুর য়ুনিভরসিটিনা খৃঃ ১৮২৪ দা গমভির সিংহগী মথাদা বৃটিশ গোভরনমেনতনা মনিপুর লেভি লিখৎখিবগী লিষ্ট পিবিরকখিবা, (৪) প্রো: জনাব খাঁন জি: পি: বুইমেন কোলেজ, সিনিয়ার লেকচরনা হিষ্ট্রিরিকেল ওইবা মচাক কয়া পিবিরকখিবা (৫), মুঃ অব্দুল কলাম্ রেকোর্দ এটেন্দণ্ট মনিপুর ষ্টেট অরকাইবসনা ইতিহাসকী ওইবা মচাক কয়া পিবীরকখিবা অমদি চাঁও-তম প্রেসনা লাইরিক অসি পুথোকপদা অচৌবা থৌদাং কয়া লৌবীখিবা পুন্নমক্কীসু লমন ভোনশিনজরবনি।

কুলচন্দ্র শর্ম্মা
বদরুবাদ্দিন।

# মৈতৈ পাংঙল

## মণিপুরী মুসলিম্ সমাজগী য়াওল্

মৈতৈ লৈপাক্ মনিপুরদা মনিপুরগী মুসলীম্ সমাজ হাঙৈনা খঙ্নরিবা মহম্মদন সমাজ অসি ইহান হানবা ওইনা মৈতৈ লৈবাক্তা "মসলমান" হাঙৈনা খঙ্নবা কাংলুপ্ অমা ওইনা খৃঃ ১৬০৬তা লিংখৎখি। মৈদিংঙু পোইরৈ নিংথৌহনবা, সনাহিহোন্হন, ময়াঙ্বা খোংনাং ময়াংঙম্বা, সেনবী খাগেম্বনা খৃঃ ১৬০৬, হৈরাংখোংজম্ মোনসংগী কুম্ সক ১৫২৮গী ইংগা থাগী ১৭নি পানবা ইরাইদা ময়াং কছারীগী লানফম্ য়াঙ্গৈাই (বিসেনপুর) দগী পাসা তরফ মুসলমান্ ১০০০ ফাহুনা মৈতৈ লৈপাক্তা হন্দাহন্দুনা মুসলমান্শিংগী লোইসঙ্ অমা লিংখি। মসিবু চৈথারোল্ কুম্বাবদা হাঙৈরিবদি হৈরাংখোংজম্ মোন্সাংগী কুম সক্ ১৫২৮, ইবুংঙো সানোংবন- চিংহুনা হাংকোইরোম্দা ময়াং লাক্এ হাঙৈহুনা চৎএ। লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা ময়াং ওম্লোএ। সানোংবম্নুং খাম্লোএ। শামু ৩০, নোংমৈ ১০০০, পাঙন্ পারা ১০০০, থাঙশাবা, কোন্ শাবা, খুৎহৈবা, পেরে, পুংতোং, কপৈ শাবা, ধোবী, শংগোন শেন্বা, লামু সেনবা অসি থৈবিক লোক্লোএ। পাঙন্ অচঙ্বা থৈবিক্তি লোইসঙ অমা লিংলোএ। লান্দি ১০০০ ফাঙৈএ।.........অসিনি। অসিনা চৈথারোল্ কুম্বাবসি অমুক নোনা খৃঃ ১৭৮০, তংগেন্ রামচরন্গী কুম শকাব্দ ১৭০২গী রাহৈ লান্দ-পুদা হাঙরবনি

অহুননি "পাঙন্পারা" হাঙ্গৈরিবসি। নোংচুপ. হারম্লোন্ অমসুং হারম্লোন্ পুয়াশিংদদি 'মসল্মান/মছনমাল হাঙ্গৈনা ইরি। অহুনা মসলমান্ সমাজ আসি খৃঃ ১৬০৬ তগী মৈতৈ লৈবাক্কী লৈপাক নিংথোশিংনা সক্খঙ্লবা সমাজ অমা ওইরক্লবনি অমসুং লৈঙাক্-লোনগী পরম্দা তোংঙানবা লোঙ্গৈশঙ্ লিংলক্লবনি।

সমাজ অসিগী ব্রায়েল্ থৌদা পুন্নমক্ তরফ সনা লৈপাক্ হাঙ্গৈবা হৌজিক্কী বাঙ্গলা দেশক্কী অৱাংনোংপোক থংবা লমদমগী সিলেট [পাসা, শ্রীহট্ট, সিলোং] কী মনুংচনবালম্ সেরাইল্ পারগনাগী অৱাং নোংপোক্লোমদা কিলোমিটর ৫৫ রোম্ লাপা লৈবা, হবিগঞ্জগী খা নোংপোক্লোমদা কিলোমিটর ১৬ রোম্ থাপ্পা লৈরিবা তরফ হাঙ্গৈবা মফম অসিদা কোনুং ও হুনা পাসা মুসল্মান নিংথৌ মচাশিংনা খৃষ্ট মতুংগী ১৬ শুবা অমসুং ১৭ শুবা চহিদা পাল্লম্বা লৈপাক অদুগী নিংথৌ মচা মহম্মদ সানীগী মচা শিন্নবম্মী। মহম্মদ সানীনা তরফ সনা লৈপাক্কী খা-থংবা সরুক্তা লৈঙাক্পগী নবাপ হাঙ্গৈবা মিংথোল থাদোক্লগা প্রসেনা লানচিংলেন মহম্মদনী কোনা মৈতৈ লৈপাক্কী লৈঙাক-লৈকনগী থৌদাং য়াই অমসুং মংগন নিংথৌ সায়ি কোনা মৈতৈ লৈপাক্কী মুসল্মান্ সমাজগী খুল্লাকপা ওইহুনা সমাজ অসিবু ঙাক-শেল্লকপা অমসুং ব্রায়েল্ থৌদাগী থবক পুন্নমক্ সুপ্পা পুরক্খি। মতম অসিদদি মুসল্মান্ পুন্নমক্ লাম্নীনি, লান্মাগী মথৌ তৌদবা য়ারমদে, লৈঙাক্-লৈকন্না মরু ওইবা থৌদাং ওইরম্মী। খৃঃ ১৬০৯ গী ফাইরেল্ থা ১৭ নি পানবা নিংথৌকাবা মুনিত্তা সৈয়দ অম্বিয়া, সৈয়দ অব্দুল্লা, সৈয়দ কাল্কা হুসেন্ মৈতৈ লৈপাক্তা থুংলহুনা চহি অসিগী লমদা থাদগী সৈয়দ অহুম্মক্না মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্দা-লৈতাবদগীদি মসল্মান সমাজ অসিগী লাইনীঙ, লাইশোন, চৎন-লোন্চৎ অমসুং চৎলম্ লুপতি-নগী ব্রায়েল্ থৌদা পুন্নমক সৈয়দ অহুন্মক্তা খাইদোক্লুনা তৌহন্খি।

মহম্মদ সানীনা সমাজ অসিগী লৈঙাক্ ৱায়েল থৌদাদা চহি ২৫ রোম পুরক্লবা মতম চাওরাক্লা খৃঃ ১৬৩০ অহুৱাইদা মোকদ্দমাগী ৱায়েল-থৌদাগী শরুক্ পুন্নমক্ মহাক্না পোকমিন্নবা মনাও য়াঙ্গমী সেক্চুনেৎ/শৈখ জুনেৎপু কাজীগী ফম্ হাপ্তুনা খাইদোক্‌খ্রগা মহম্মদ সানীনা অসুপ্পা অতোন-অরেম ওইনা মুসল্‌মান্ সমাজগী ঙাক-শেনবা ওইনা লৈরম্মী। মতম্ অসিৱাইদদি লৈপাক্কী অচোবা লানফম পঙ্‌লৈ লৈরক্লবা অমসুং লৈপাক মরা তপ্না পানবা হৌগৎলকপনা মৈতৈ মুসল্‌মান্ সমাজগী লৈপাকমচাশিংঅসি মথোঈগী ফুরুপসিংগী মরক্তা সিনফমগী মতুংইন্না কাংলুপ্ (২) থোক্লা খাঙ্গদোক্লম্মী। হাঙ্গবিবা কাংলুপ্ অনি অসিবু খুঞ্জা অমসুং খুৎহৈবা হাঙ্গনা খঙ্গনরম্মী। খুঞ্জাশিং অসিনা মৈতৈ লৈপাক্কী লৈঙাক লৈকন্দা শরুক্ য়াহুনা থৌ তৌই, মথোঈদি লাম্নী ওই, মশা মশামক্লা লানফম্দা চহুনা-চঙ্‌হুনা লান্ থেংনৈ অমসুং লৈপাক্কী থৌগাই ওইনা লাল্লুপ্ কাই। খুৎহৈবশিং অসিনা লাল্লুপ্ কারগা লৈপাক্ অমা পানবগী চঙ্দবা য়াদ্রবা পোৎচঙ্ পোৎশকশিং পোৎথোক্ ওইনা পুথোক্নুনা মথোঈগী খুৎসুমল্‌না মৈতৈ লৈপাক্ অপুম্বগী মথৌ-মঙমগী থৌ তৌই অমসুং লৈপাক্কী চিরবা মতমদা লাম্নী ওই। মথোঈ অসি খুঞ্জাশিংগুম্না লাম্নীগী থৌ অসি তৌক্-ফদ্রবা অমদি থাদোকপা য়াদ্রবা মথৌ অমমক ওইদ্রবসু, লাম্নী ওইদবা হাঙ্গবসিদি ইয়ামক্ য়ারমদে। হাঙ্গরিবা মতম অসিদদি মৈতৈ মুসল্‌মান্ সমাজ অসি থাক্ য়াম্না ৱাংলম্মী। লৈপাক্ নিংথৌনা শক্‌খঙলবা অহল্লুপ্-নহারুপ্ পানা অনিগী থক্তী অমসুং মৈতৈ লৈপাক্কী ময়োন্ ওইরিবা খুরাঈ, ৱাংখৈ, খ্বাই অমসুং য়াইস্কুল হাঙ্গবা লৈকাঙ্গ মরিগী লৈমা নিংথৌনা শক্‌খঙলবা লৈপাক্ মচাশিংগুম থাক্ ৱাংনা লৈরম্মী। মৈতৈ সমাজদা পানা থোক্লবা হাঙ্গবদি লৈপাক্কী ওইবা থৌদোক্-ৱাথোক, থবক্-থৌনা; হরাও-কুম্হৈনচিংবা

পুম্নমক্তা শরুক য়াবা য়ারম্মী। চহিগী ওইবা কুম্মৈ-ফিয়োং, লৈবাক্কী অথোই অহেন তাম্নবা, লমজেন, মুক্লা, কাঙ্জৈ,সগোল্ কাঙ্জৈ অমসুং হিয়াঙ্নচিংবশিংদা য়াওবা য়ারম্মী। মতমচুগী মৈতৈ সমাজদা পানা থোক্তবা কাংলুপ্শিং কৈ, লোই নাই অমসুং বামোন্শিংদগীদি থাক্ য়াম্না হেন্না ৱাংনা লৈমা নিংথৌশিংনা লোঙ্গনবা পায়ম্মী অমসুং মৈতৈ সমাজগী কাংলুপ্ খুদিংমক্তা কন-থৌবা অমদি হৌন লমচৎ খঙ্বগীদমক্তা ইকাই খুম্নরম্মী।

খৃঃ ১৬৭৯, য়েন্‌খোইবা লাংমৈগী কুম সক ১৬০১ ইংঙা থা ৬নি পানবা ইৱাই হুমিত্তা মুগল/মোগল্‌শিংনা মককতগী মৈতৈ লৈপাক্তা থোরক্লুনা খুন্দারবদগীদি মৈতৈ লৈপাক্কী মুসলমান্ সমাজগী মীওইশিংবু মংকন্/মংগন্ (মুগল্'মোগল্) হাঙ্গনা খঙ্ন-রকপা হৌবকখি। অতুনা খৃঃ ১৬৮৮ চনম্ চাওবগী কুম সক্ ১৬০৯গী ৱাক্‌চিঙ্ থা ৩নি পানবা নোংমাইজিং হুমিত্তা গুজরাটতগী পঠান, মুগন্/মোগল্ নিংথৌ দিল্লিদা পাল্লবশিংগী ফম্নাইবা ওইরম্লদগী খৃঃ ১৬৮১গী মোগাল্ বাদশাহ ঔরঙ্গজেবকী মচানিপা সাহজাদা আকবরগী লানহৌদা য়াওরুবা মুগন পাঠানশিংনা মৈতৈ লৈপাক্তা চেল্লক্লুনা খুন্দারবদগীদি মুসল্মান্শিংবু মুগল /মোগল /মংকন/মংগন্ হাঙ্গনা শেংনা খঙ্নরে। অতুগা মংগল্ খুৎশম্ সঙ্না মংগল্ সঙ্ হাঙ্গনা খঙ্নতুনা মংগন্‌শিংগী মরু ওইবা হুক্ষম ওইবা লোইসঙ্ ওইতুনা মফম অসিদা লাল্লুপ কারগা থারক্পা/শিঙ্গারক্পা লোই-সঙ্শিংদা কাতুনা লৈপাক্কী থৌদাং সরুক য়ারক্লে। হাঙ্গরিবা মংগল খুৎসম্ সঙ্ নত্রগা মঙ্গল সঙ অসি হৌজিক্ ইম্ফাল্ সহরগী ময়াঙ্গমক্তা আসাম্ রাইফল্সনা কল্লিবা লম্ থাঙ্গনগী মৈতৈ লৈপাক্কী অথোইবা কোন্নুং ওইরবী কংলা কোন্নুং হাঙ্গবসিগী মন্নুং চন্‌বা লম্ কুচু থোল্লাংমৈগী নথা থংবদা সঙ্লাংমৈগী মনাক্তা লৈ।

হাঙৈরিবা খৃঃ ১৬৮৮ গী মতম্ অসিদা মৈতৈ মংগল্ সমাজদা কাংলুপ মঙ্গি গুরুক্রুনা ফুরুপ্ শিংগু মশাঙ্ হেনগৎলক্লে। হাঙৈরিবা মতমসিদগী খৃঃ ১৭৭০ ফাওবদা মৈতৈ মংগলশিং অসিগী মরু ওইবা লৈপাক্কী মরুক য়ারিবা ফুরুপশিংদি খুল্লাকপম্, খ্বাংময়ুম, ফুন্দ্রেময়ুম মকক্কময়ুম, ইফম, মেরাইময়ুম, বাসৈময়ুম শঙ্গোমস্নুম অসিনচিংবশিংনি। মৈদিংঙু খাগেম্ববু মস্থিং, তরাও, মংসা, কোন্দোং, তুম্মু অমস্থং থারি (মুংখো-মুংয়াং) নচিংবশিংনা লৌতুনহুনা মৈতৈ লৈপাক মাংহনগে, খাগেম্ববু হংকে তৌরকপদগী কন্থিবা পাসা তরক মুসল্মান্ মৈথ ১০০০, ত্রিপুরাগী তখেন্ নিংথৌনা ঘাই কাখি হিদেন্দা মৈদিংঙু পাইখোম্ববু ফাগে তৌবদগী কনথিবা গুজরাটি মোগল্ মসল্মান্ পঠান মচাশিং অমস্থং মৈতৈ মংগল্ লান্মী অথৌবশিং, মৈদিংঙুচা লোইয়ম্বগী লানহৌদা সংগাই য়ুমজাও মৈ থারগা মাঙৈয়োক্লনা থেংনরবা খুৎলাঙৈ য়াওদ্রবা নিংথৌবু হাত্তুনা থাদোকখিবা মেরাইমচা ঙাংবা, মৈদিংঙু পামহৈবা মতমগী অরাগা হাংজিংদা শোক্লবা লানফমদা, লানফমগী তুংলোমগী লাম্মীশিংগী জুচিংবা ১৩গী মচুংদা য়াওখিবা মকক ময়ুমচা থুঙম মকক ময়ুমচা মুবা, খুল্লাক্পমচা ঙোবা, খুল্লাকপমচা মকোরোক খাসৈময়ুমচা থুঙম, খাসৈময়ুমচা লমথোং, মংগনমচা তোন্বা, পাঙ্গামচা চাক্রলা, ফুন্দ্রেময়ুমচা কিয়াংমখোঙৈ ৭ অচুগা নিংথৌসিগী হাক্তক্তা উখ্রুল লান্দারুবদা থল্লাই কংহিবা খাসৈময়ুমচা লিক্লাই, খাসৈময়ুমচা থুঙম, খাসৈময়ুমচা মোংতে, খাসৈময়ুমচা খোইনাই, ফুন্দ্রেময়ুমচা তাংনম, থোঙংখাঙময়ুমচা খঙ্গোই, নোংজাইময়ুমচা চেংবা, খ্বাংময়ুমচা তোক্পা, দোলাইপাবমচা তোনবা, খুল্লাক্পমচা তোনবা কমলময়ুমচা তেনবা, পাম্না ১১, মৈদিংঙু মোরাম্বা মতমগী আব্রা লান্ফম্ তুমু কৈথেন্দা আব্রা লান্দা থল্লাই থাখিবা, পাংঙল কলা, হৈমুতোন, খুল্লাকপমচা খোম্বা, খুৎহৈবমচা চাইবা, তেলঙ্গা থনবা মাইমু,

তেলঙ্গা খন্বা পুক্চাও, তেলঙ্গা খন্বা তোন্বা, অসিনচিংবশিং মৈতৈ লৈপাক্ মনিপুরগী ইতিহাসতা ঙসিফাওবা মমি তাদ্রি। পাঙল মচা হেনমল্লি লাইমা থিমল্ লাকমন্দে মৈতৈ পণ্ডিতস্ম হাক্মল্লি লাইমা তাকন্ লাকন্দে, মীচং মীথাঈ নাইমল্লি, বামোন্মচাস্মু তৌজগল্লি, জাৎ-বিজাৎ খাঈমল্লি।

মসল্মান্ সমাজনা মংগন'মোগল্ সমাজ কৌরবা মতমসিদা সমাজ অসিগী মনুংদা কাংলুপ্ অনি লৈরম্বতু মচা অমমন্ পোক্-থোক্লকুনা কাংলুপ মরি সুরকৃখি। খুঙ্গা কাংলুপ্তা লাম্মী অমসুং মৌলবী কৌবা কাংলুপ অনি সুরকপগা লোঈননা সিন্নাইবদ খুংহৈতা অমসুং ইংখোলসঙ্বা কৌবা কাংলুপ্ অনি থোক্লকখি। অতুগা কব্রং মুগাগী শিনসুবা মসন্মান্ ফুরুপ্ মতম্ খরদং লৈরম্লগা ইংখোল সঙ্বদা তিনশিন্খি।

মৌলবীশিং অসি, লাইনীঙলোন্, চৎন-লোনচৎ, চৎলম্লুপতিন্, চৎনবী পথাপ ঙাক্পনচিংবা সমাজগী ব্রাখল্ অমসুং থম্মোইগা মরী লৈনবা থৌদা-থৌওংশিং পাঈখতুনা সমাজ অসিগী ফিরেপ্ মহম্মদন্ লাইনীঙলোন্দা য়ুম্ফম্ শাগতুনা মৈতৈ সমাজদা কাংলুপ্ অসিবু মশক্ উৎলি।

লাম্মীশিংনা মৈতৈ সমাজ অপুনববু কন্নবা, লৈপাক্ অসিবু মীরৈপাক্ মচাশিংনা হেঞ্জিল্লকপা ঙমদনবা শাদা লান্দা মানা মানা ঙম্জবা মপাঙ্গল্, মথৌনা-মরিংজেন পুথোক্তুনা মৈতৈগী অপুনবা সমাজবু ঙাক্-শেনবা লৈপাক্সিগী ইকাই খুম্নব ঙাক্নবগী খুৎলাই পাঈতুনা লানফম চঙ্লগা লৈপাক্অসিগী ঈশিং মুংশিং অমসুং লৈহাওনা মথোঈ মশাদা হাপলিবা ঈ অতু পীতুনা অমদি কত্তুনা লৈপাক্কী সেবা তৌই।

থুংহবা সিন্মীশিংনা লৈপাক্ অসিগী শাদা লান্দা চঙলক্কদবা থুংগু-থুংলাই, মপোৎ-মচৈ পুন্নমক্ তুবা, য়িৎপা লোনবা, শেম্বা অমসুং শাবা তৌবগা লোঈন-লোঈননা সমাজ অমা পানবদা চঙবা মচাক্শিং শাবা, শেম্বা, চন্বা, লোনবা, তাইবা, লৈতেংবনচিংবশিং তৌবদা মশা মশাগীতা নত্তনা লাল্লুপ কাহ্নুনা লৈপাক্ অপুম্বগী ওইনা কোন্নুংদা লিঙলিবা লোঈসঙদা মথোঈগী অঙম্বা থুংনমল্ অমসুং মথৌমল কতুনা মসল্মান্ সমাজগীতা নত্তনা অপুনবা মৈতৈ লৈপাক্কী সেবা তৌই।

ইংথোল্ সঙবশিংনা লৈপাক্কী পোথোক হেন্গৎহন্দুনা মৈতৈ সমাজ অপুনবগী চঙগদবা পোৎচঙশিং, চাগদবা থক্কদবা পুন্নমক্কী মথক্তা শা-লানগী পুগদবা চেংজেল্ লৈপাক্কী কৈশিংদা পৈশিন্নবা মচাক্ তাল্লি. লৈপাক্কী ওইবা কৈথেল্শিং মপুক্ থল্লহন্দুনা লৈপাক্ লৈমগী মতেং লৌহ্নুনা মথোঈগী হুমাংমল্ অমসুং নোম্জমল্না মৈতৈ লৈপাক্কী সেবা তৌই। অদুগীসু মথক্তা মথোঈনা লৈমা নিংথৌ, অঙম্-অথৌশিংগী অমসুং, লৈপাক্কী পুকৈগী লন-থুমশিংসু শঙই।

কাংলুপ. মরি অসিগী মন্নুংদা মৌলবীশিংনা থাক্ ইব্রাং ব্রাংনা লৈ, মথোঈদি অয়াম্বনা মৈতৈ লৈপাক্কী নিপা অনগী থৌগাই লাল্লুপ. কান্দে, মথোঈবু ধর্ম্মগী মকোকনি হাঈহ্নুনা থুন্দিন্নবসু লাল্লুপ. থাদে অমসুং খুন-লৈকাঈনসু কাহন্দে। মতম পুন্নমক্তা মৈতৈ সমাজগী অমসুং মুসল্মান্ মংগল সমাজ য়াইফনবগীদমক্তা তাইবং মপুদা থৌনিহ্নুনা লাইথুরুমসঙশিংদা অমসুং মচা-মনাওবু তাক্পী-তম্বীনবা থুনগী ওইবা মদ্রাসাশিংদা লৈহল্লি। অদুগা গুঞ্জা লাম্মীশিংদি চহি ১৭ শুরকপদগীনা চহি ৬০ শুরবা মুপা খুদিংমক্কীদি লাল্লুপ. কাবা হাঈবসি তেক্পা য়াম্রবা লৈপাক্কী থৌদাং অমনি। লান্ হাঈবা অসি] মথোঈগীদি তৌদবা য়াম্রবা মথৌনি। লানফমদগী তাল্লক্পা ইকাই খুম্নবা অসিনা মথোঈনা মৈতৈ মংগন

সমাজদা মৌলবীশিংগী মথংদা, অনিস্সুবা থাক্তা লৈ। মখোঈদি মুসল্মান্ মংগনসঙ, কাবতা নত্তনা লাম্মী লোইসঙ্বা, কৈরুং য়াম্রেকসঙ্, থোঙসঙবা লোইসঙ, লাংসঙ্সঙ্লাংমৈ, পানা লোইসঙশিং অসিনচিংবদসু মথৌ-মঙম্ তৌই অমসুং কাই। অদুগা খুৎহৈবা সিন্নাইবশিং অসিনা মংকল্ সমাজগী অহুম্সুবা থাক্তা লৈ। মখোঈগীসু লাল্লুপ হাঙ্গবা লৈপাক্কী থোগাই অসি তেক্পা য়াদে। মখোঈগীসু মংগন্সঙ্দগী মখোঈনা কাগদবা লোইসঙশিং, পাঙল ফুম্রেসঙ্, পাঙল ফিসাসঙ, পাঙল হিসাসঙ্/ময়াং হিসাবাসঙ্, নচিংবা খুৎহৈবগী লোইসঙ্শিংদা কাবগা লোঈননা লৈপাক্কী অচিনবা মতম লাক্পদা লাম্মীশিংগুম্ লম্বী শেম্বা, থোঙ্ শাবা, থোং তৌবা পল্ শাবা, তুরেললতেংবা অসিনচিংবা থবক্শিং তৌই। অমসুং লৈপাক্কী চিরবা মতমদা খুৎলাঈ পাঈদুনা লাম্মী অমনা তৌবা মখৌ অদু তৌই। অদুগা খুৎহৈবা ইংথোল্সঙ্বাশিং অসিনা মৈতৈ মংগন সমাজদা থাক্ খ্বাইদগী হেন্না নেম্মী। মখোঈদি মৈতৈ লৈপাক্না লৈপাক্মচা নত্রগা খুঞ্জাশিংগুম্না লাল্লুপ কাদে লৈম। নিংথৌদা অমসুং লৈপাক্কী ওইনা লাংসঙ্ সঙলাংমৈদা লোইপোৎ কাই। মৈতৈ লৈপাক্কী কৈশিং, ইংথোল্ অমসুং পুকৈ সঙ্ই; লোই কাংলুপকুম্না চহিগী লম্চামন্ লম্বান্ ওইনা লোইপোৎ হাই। অদুগা মখোঈগী লোইপোন্তি তম্পাক্লোইশিংগীগুম্বা নত্তে, চহিদা অমুক্তনি। অদুবু মখোঈসু খুঞ্জাশিংগুম্না পানা থোক্পা মৈতৈ লৈপাক্কী কাংলুপ্তদি চন্নি। মৈতৈ মুসল্মান্ মংগন্ সমাজগী মনুংদা থাঈরিবা কাংলুপ অসি, মী অমা ওইনা সমাজ অসিদা হিংনবগী লানফমদা মানা মানা পাঙ্গরুবা শিনফম্ অদুগী মতুং ইন্নি, ঈগী মরী নত্রগা য়ুম্নাক্ সাগৈগী মতুং ইন্দে।

মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌরক্কুনা মৈদিংঙু নোংপোক্ নিংথৌ রাইরং পাম্হৈব, বৈষ্ণব থোংনাং মম্নাম্বা, ময়াংঙম্বা মেথলেশ্বর, মহ রাজ

গরিবনিৱাজ, গোপালসিং [খৃঃ ১৭০৯–১৭৪৮] গী মতমদা খৃঃ ১৭১৮ দা হিন্দু ধৰ্ম্মনা মৈতৈ লৈপাক্কী ধৰ্ম্ম ওইখ্রবা মতুংদগীদি মৈতৈ মংগন্শিংনা মৈতৈ সমাজদা লৈরম্বা থাক অসি থর থর হন্থরক্লম্মী। অতুবু মখোঙ্গী মহম্মদন সমাজদদি লৈপাক্ নিংথৌনা অয়াম্বা মতমদা খুং থিংজিল্লম্দে। মৈতৈ মুসল্মান্ মংগন্ সমাজবু মৈতৈ লৈপাক্কী কাংলুপ্ অমা ওইনা শীঙথারি অমসুং মংগন্ মচাশিংবু লৈপাক্ অসি প্রজা অমা ওইনা অতুম্মক লৌরি হাঙ্গীবতুদি মৈদিংঙু নিংথেম পাম্হৈবগী আরবী লোন্গী গরিব+নিৱাজ=গরিবনিৱাজ হাঙ্গীবা মিংথোন্ অসিনা খুদম অমসুং চাংদম ওইরি।

খৃঃ ১৭৭০ গী মতুং মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বা, তুঙনাংখোম্বা, জয়সিংহ, ভগচন্দ্র, কাৰ্ত্তানা তেখাও [সরাইগহ/রঙ্গপুরদা কোন্নুং ওইবা অহোম লৈপাক] লৈপাক্কী খৃঃ ১৭৭৩ গী মতুংদগীদি তেখাওশিংনা মহম্মদন্ ধৰ্ম্ম চৎপা মুসল্মান্শিংবু বংগাল/পংগাল হাঙ্গীবদগী তমতুনা পাংঙল্/পাংগল্ হাঙ্গীতুনা মৈতৈ মংগনশিংবু খঙনরক্খি অমসুং মতুদগী পাঙল্ হাঙ্গীবা মিংথোলসিনা মসলমান অমসুং মংগন্ হাঙ্গীনা খঙনরম্বা মৈতৈ লৈপাক্কী মী কাংলুপ্ অসিবুতা খঙনরক্খি। অতুবু মৈতৈ লাইরিক্ শুবা পণ্ডিতশিংনদি মংগন্ হাঙ্গীনাম্ন অতুমক্ শিজিন্নৈ। অতুবু খৃঃ ১৮১৯ দা মৈতৈ লৈপাক্না খুন্থাক্-লান্শিরতুনা চহি ৭ খুন্থাকপা লান্লংনবদগী মৈতৈ পাংঙল্শিং চাইথোকখিতুনা নোংপোক্ বঙ্গ (বাঙ্গালাদেশ), কছার, লক্ষীপুর, ত্রিপুরা, বৰ্ম্মানচিংবা লম্শিংদা খুন্দাবা হৌখি। অয়াম্বদি হল্লকখিদ্রে।

কছারদা মৈতৈ লৈপাক্পু হন্দোক্লবা গম্ভিরসিংহ অমসুং মনাও ইবুংঙো নরসিংহনা খৃঃ ১৮২৩ দগী বৃটিশকী মতেং লৌতুনা "মনিপুর লেভী লিংখৎলবদা মৈতৈ পাংঙল্ কয়া য়াম্না লেভী অতুদা

মিংচন্খিবগে হাঙৈবগী অশেংবা মশীঙ্ হাঙৈবা ভুমদ্রবস্নু কছারদা মাগী মমিংদা খুল অমগী মমিং তোলেল্গ্রাম্/তোলেলখুল্. মনিপুর লেভীনা মৈতৈ লৈপাক্ হন্দোক্পা লাক্পদা ওইনামলোংদা ঈশিং থিরকপদা তোলেল্না পুথোরক্ই হাঙৈনা মনিপুর লেভীনা থোন্খিবা, হৌজিক্ ফাওবস্নু লৈরিবা তোলেল্ পুখ্রি পুথোক্লম্বা ইফম্ ময়ুম্চা তোলেল্, ইফমময়ুম্চা থাবল্ মেঙোর অমিনা মৈতৈ লৈপাক্ হন্দোকপগী লান্ফম্দা মৈতৈ পাংঙন্স্নু থোদাং য়াই হাঙৈবগী শাক্তি ওইরি। অস্নুন্না অমুক্ হন্না মৈতৈ লৈপাক্না খৃঃ ১৮২৬ কী ফেব্রুয়রী তাং ২৪ দা ব্রিটিস অমস্নুং বর্মা অনিগী মরক্তা য়ান্দাবুদা তৌনখিবা সন্ধিগী য়ারোলগী আর্টিকল্ [ধারা] নম্বর টুদা পীরিবা—হিজ মেজেস্তি বর্মাগী নিংথৌনা অপিক্পা লৈপাক্ কছার অমদি জয়ান্তিয়াগী লম্ পুন্নমক্ অসি থাদোক্লে হাঙৈনা য়ারে অদুগা মতুংদস্নু লম্শিং অসিদা অমুক খুৎ থিংজিল্লরোই। মন্নিপোর (মনিপুর) গী মতাংদা অস্নুন্না য়ানরে মদুদি গম্ভীরসিংহনা লৈপাক্ অসিদা হঞ্জিনগে হাঙৈনা খল্লবদি মহাক্পু নিংথৌনি হাঙৈনা বর্মাগী নিংথৌনা য়াগনি। য়াফম্শিংসিগী মতুংইন্না অন্টরজাতিকী থাক্তা ইউরোপকী সম্রাজ্যবাদী লৈপাক্ অনি ( গ্রেট ব্রিটেন্ অমস্নুং বর্মাবু সৌগৎলিবা ফ্রান্স ) অমস্নুং এসিয়াগী নিংথৌ পানবা লৈপাক্ অনি (ভারত অমস্নুং বর্মা) না পরিং চুন্না অমস্নুং নাকোঙৈননা মনিং-মখা তন্নবা লৈপাক্ অম ওইনা মনিপুরবু শক্থঙলবদা মীরৈপাক্তা চেন্খিবা মৈতৈ পাংঙল্ অয়াম্বা হল্লকুনা অমুক্ নৌনা খুন্দারকখি, মৈতৈ লৈপাক্তা হল্লকখি।

মতম অসিদা মুসল্মান্ মৈতৈ পাংঙল্ সমাজ অসিগী হান্না লৈরম্বা কাংলুপ্শিংগী মওং অমুক হঞ্জিল্লকখি। অদুগা লাইনিঙ্ লাইশোন্ অমদি মৌলবীগী থৌদা-থৌগাই নত্তবা সমাজ অসিগী য়ায়েল্ থৌদা, লৈকন্-উকন্ অমস্নুং শেন্নী শাবিবগী খবক্ তৌরিবদি

কছার অমসুং ওইনামলোংদা মমিং লৈহৌবতা নত্তনা বিষ্ণুপুর লম্মাংদোংদসু মাগী ফমগী মমিংদা খুল অনবু কাজীখুল/কাচিখুল্ থোল্হৌরবা, মৈদিংগু গম্ভীরসিংহনা পীজবা পাৎ অমসু মাগী ফমগী মমিংদা কাজী পাৎ হাঙ্গনা থোন্নরবা ইকম্মযুম্গী কাজী খুৎকী তোলেল্ কাজানি। মহাক্না উখ্রুলগী লান্ফম্দা মৈতৈ লাম্নীগী শরুক য়ারুবগী মহাকপু উখ্রুল ওন্না হাঙ্গনা মিংথোন্নখিবা, নিংথি তুবেন্দা গম্ভিরসিংহ নরসিংহ অনিনা ময়াম্বুং চৌরজিংনা পীনরম্বা ব্রজসিংহ থাঙশাং চাম্বদা য়াওজরক্লবা মৈদিংগু গম্ভীরসিংহগী থাহি (থাসি) লান্দা নিংথৌ পুকন্ পুয়োক্লবা (নংথৌ কন্নবা গার্ড) তোলেল্ কাজী অমসুং সুবোল্, অনিনা, মৈতৈ পাংণলশিংগী মকম্ মৈতৈ সমাজদা চাওনা কন্দুনা লাক্লবা, মথোঙ্গীগী মতুং ইনবা ইফন্চা মেঙ্গোর থাবলনা ইশিং চাইদুনা থাজরক্লবা মৈতৈ পাংণল্ সমাজনি। অদুবু মৈতৈ লৈপাক্কী নিং-খা তম্বগী নুমিৎ তারমদাঙ্গীগী খৃঃ ১৮৯০ গী সেপ্তেম্বর তাং ২৩ গী অহিং নোংয়াঙ্গী মতুংদা অসাম্গী চিফ কমিস-নার মিঃ কুইন্টন্গী থৌরাংনা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ বীরসিংহ ফানবা লান্দারক্পদা ইকাইখুম্ননিংঙাই ওইরবা, মথোঙ্গীগী সম্রাজ্যদা নুমিৎ তাবা লৈত্রবা, লৈবাক্কুম্ন মচা তারবা ঈংগ্রেজ মচাশিংনা পৃথিবীগী ইতিহাসতা ওসি ফাওবা হাৎখিদ্রিবা মীহাত্তা দস্থু সর্দ্দারবু হাৎখিবা, হাফিজ হাত্তাদা লৈরম্বা মাগী ময়ুমদগী মহাক মশাদা নত্তনা মাগী মুপী, মচানচিংবা ইমুং মনুং তুম্না হাৎপীখি। চাওখৎলবা ঈংগ্রেজ জাতিগী সাহেব ৫ শিথিবগীদমক্তদি মরৈবাক্ ইংলেণ্ডগী নুঙঙৌ পুরক্তুনা মথোঙ্গীগী মোংফমদা নিংশিং খুদম শাখি। অদুবু মাইথিরবা, চাওখত্তবা মৈতৈ পাংণল্দসু সর্দ্দারগীদি মরৈপাক্কীদমক্তা মথ্বাই হাৎপিখিবা অদুগী মাগী মরী-মতা খরতনা চন্নবা কবর অমদা কুরা-নগী লাইশোল্তুনা নিংশিং ফুরা ওইদুনা মরৈপাক্ নিংবা অদু পোথ্খাহনবিখি।

মৈতৈ লৈপাক্ বৃটিশনা পানখ্রবদা মৈতৈ পাংঙল্ সমাজসু ঈংগ্রেজ সাসন মখাদা লৈখি। খৃ: ১৮৯১ গী ডিসেম্বর তাং ৮তা নোংমাইজিং নুমিত্তা ঈংগ্রেজশিংনা মনিপুরগী বীচার তৌনবা হাঙ্গদুনা মেম্বর ১০ হাপ্লদা মৈতৈ পাংঙল্ সমাজগী পুন্না য়াওশিন্না লৈঙাক রায়েল্ থৌদারম্মী। মেম্বর ১০ অসিগী মনুংদা ৫না চৈরাপ মেম্বর অমসুং ৫না পঞ্চায় মেম্বরনি। মসিদা চৈরাপকী মেম্বরশিংদি মবুধৌ মন্ত্রি, নোংমাইথেম্বা অঙোম নিংথৌ, চীঙ্.ঙাখম্ নোংথোন্বা, নোংমাইথেম পুখ্রনবা অমসু নিংথৌজাম্বা নহারুপ্ লাক্পনি। মসিগী মতুংদা খৃঃ ১৮৯৩গী এপ্রিল তাং ১৭ নিংথৌকাবা নুমিত্তা য়েন্‌খোইবা মেঙ্গোরবু সেকমাই অরাংগী হাকিম, থিংক্কা সৈলবু নোংচুপলমগী হাকিম, য়ুমলেন্‌বা অঙাংজাওবু নোংপোকলমগী হাকিম্ অমসুং খাইদিবা অঙৌ সুবিদারবু কমেংলমগী হাকিম্ হাপই। অসুন্না লৈঙাক রায়েল থৌদা তৌরকপনা চৈরাপ অমসুং পঞ্চায়গী মেম্বর তোংঙান তোংঙানরকখি। চৈরাপ্তুনা খৃঃ ১৮৯১ গী মেম্বরশিংসি লৈখ্রগা পঞ্চায়দা রাকন্‌বা, সৌগাইজাম্বা, চীঙঙাখম্বা, অহল্‌লুপ্ লাকপা, নোংমাই-থেম্বা লাইফম্ লাকপা, খ্বাইরাক্‌পা চাওবা যম্‌নখি। অতুগা অমুক খৃ: ১৯০২ গী ফেব্রুয়ারী তাং ৪ লৈপাক্‌পোক্‌পা নুমিত্তা অপুন্‌বা রায়েল থৌদা অসিদগী পাংঙল্‌শিংগী রায়েল্ অসি খাইদোরক্লুনা মৈতৈ লৈপাক্ পুন্নমক্কী ওইবা পাংঙল্‌শিংগী পঞ্চায় লিংখত্তুনা পঞ্চায় মেম্বর হাপ্‌খি। অতুগা অমুক্ সাহেবনা দরবার লিংখত্তুনা দরবার মেম্বর ৬ হাপ্তুনা অমুক হেন্না লৈঙাক থৌরাং খৃঃ ১৯০৭ সজিবু থা অনি পানবগী অকোন্‌বগী ২৪নি পানবা নিংথৌকাবদা তৌখি। অসুন্না চত্থরকপা মুসল্‌মান্ মৈতৈ পাংঙল্‌গী লৈঙাক অসি খৃ: ১৯৪৭ ফাওবা চত্থরকখি। অসুন্না পৃথিবীগী অনিসুবা লাঞ্জাও লোঈরবা মতুংদগীদি মনিপুরদা লৈরিবা মুসল্‌মান্ সমাজ অসিবু খৃঃ ১৯৪৭ তগী ঈংগ্রেজশিংনা মনিপুরী মুসলমান্ হাঙ্গবগী মতৌ

অতুনা লাইরিক-লাইশু হৈরবা মতমগী নাহারোলশিংনা মনিপুরী মুসলীম হাঈনা খঙ্নরকখি অতুবু খৃ: ১৯৯০ গী মুসলমান্ অহল্ লমনশিংনদি হৌজিক ফাওবদা মৈতৈ পাংঙল্ হাঈনা কৌনরি।

---

## মৈতৈ লৈপাক্/মনিপুরগী বাংমদা মৈতৈ পাঙল্/ মনিপুরী মুস্লীম্শিংনা থুন্দারিবা লম্শিং

(১) অসাম কছার জিলা:— (ক) বাসকান্দি (কৈনৌ, সাবল্ লৈকাই খাংবক. ইফম. হৈনৌমখোঙ, লম্বাববাস্তি, খোরগান্দি),
(খ) মোইজিং গোবিন্দপুর, (গ) জয়নগর, (ঘ) হিলাঘাট
(ঙ) সিংগারবন্দ, (চ) লাল্পানী, (ছ) তারাপুর,
(জ) সপর মইনা. ঝ) দোলুগাম. (ঞ) মোরাগাং
(ট) তোলেল্ খুল, (ঠ) লালাং (ড) বাইবর. (ঢ) চিরিপারা
(ণ) কনোক্পুর (ত) কপ্তান্পুর, (থ) ত্রান্ত্রিপারা।

(আ) হোজাঈ সালুবাগান্

(২) ত্রিপুরা:— (ক) লতাসোরা, (খ) মিথিরমা, (গ) আলালি, (ঘ) লাটিয়াবিল (ঙ) কমলপুর (চ) মনিক ভণ্ডার, (ছ) মোলৈয়া (জ ) বোরবারিক্।

(৩) বাঙ্গালাদেশ:— (ক) শ্রীপুর, (খ) জলাল্পুর, (গ) মাধবপুর (ঘ) মৌলবী বাজার (ঙ কুনাগাও. (চ) ফুল্তোরি (ছ) ঘুরামুরা (জ) ধালুয়া (ঝ) ভানুগাছ (ঞ) মনখৈ মথোঙ., (ট) সম্সেরনগর, (ঠ) ভানুবীল্।

(৪) আরাবিয়া: সাউদি আরাবিয়াগী:— (ক. তয়েক খ, জিদ্দা

(৫) বর্ম্মা:

(৬) মালায়াসিয়া:।

---

## মৈতৈ লৈপাক্/মনিপুরদা মৈতৈ পাংড়ল্/মনিপুরী মুস্লীম্শিংনা খুন্দারিবা লম্শিং

(১) হাফিজ হাত্তা, (২) মেল্লুথোং, (৩) পোরোম্পাৎ, (৪) খেত্রিগাও, (৫) খেত্রি বেঙুন্ (৬) খেরগাও, (৭) কৈথু (৮) পাংগোং মখোঙ্ (৯) ক্যামগৈ (১০) কৈরাও (১১) উরূপ-আরাপটি (১২) লিলোং (১৩) হাওরৈবী, (১৪) রাঙ্গৈাঈ (১৫) ওইনাম্ লুইম্রোম্ (১৬) হিয়াঙ্থাং (১৭) ময়াং ঈম্ফাল্ (১৮) ময়াং ইম্ফাল্ বেঙুন (২৯) সামুসঙ্ (২০) পাউপীতেক্ (২১) চিঙ্খম্ (২২) তুরেল অহলবী (২৩) থৌবাল মোইজিং (২৪) সামুরৌ (২৫) সঙ্গাঈ য়ুম্ফম্ (২৬) সোরা (২৭) ককচীঙ্ (২৮) ফুন্দ্রে (২৯) হৈয়েল্ লবুক (৩০) হিয়াংলম্ (৩১) লফুপোক্পী তেরা (৩২) সেক্মাইজিন্ (৩৩) ইরোং (৩৪) থৌবাল্ লৈসাংখেম্ (৩৫) ফৌদেল (৩৬) রাংখেম মুস্লীম (৩৭) সিঙ্গা (৩৮) য়াইরিপোক্ (৩৯) য়াইরিপোক বামোন লৈকাঈ (৪০) বেক্রু (৪১) তোপ্ চীঙ্থা (৪২) কামু চীঙ্ (৪৩) ভারিয়ান্ (৪৪ চাওম্দবী (৪৫) য়াম্বেম উচিরা (৪৬) উচিরা সম্বেল (৪৭) সিখোং (৪৮) ফৌকাকচাও (সেক্মাইজিন) ৪৯) রাংজিং (৫০) অরাং পুরুম্ (৫১) কাইরং (৫২) খাবৈসোঈ (৫৩) খোমিতোক্ (৫৪) বিসেনপুর (লম্যাংদোং) (৫৫) নহারূপ (৫৬) কাক্তা (৫৭) চুরাচান্দপুর (৫৮) কোম্লমা (৫৯) কবোরাকচীঙ্ (৬০) কৈনৌ (৬১) মাকসং (৬২) গৌরনগর (কম্বোংপুৎ, নোংমাইজিং) (৬৩) তোপ্ ইরিল মপাল (৬৪) ইরিলবুং (৬৫) য়াইরিপোক্ খোইরোম্ (৬৭) জিরিগী ইস্লাম্বাদ (৭০) বাবুপারা, জিরি (৭১) বাখাল্, জিরি (৭২) পৌরা য়াঙ্বী (৭৩) মুঙ্গৈ (৭৫) মোরেহ (৭৬) কমেং।

## খুল্লাক.পম্

সাগৈ অসি ভারতবর্ষ পুম্নমক্কী ওইবা মুসল্‌মান্ সমাজনা হিন্দুস্থানী মুসল্‌মান্ ফুরুপশিংবু মখোঙৈ মখোঙৈগী মপা মপুশিংনা ভারতবর্ষদা খুন্‌থোক্-খুন্‌হোংলক্‌পা মতমদা মখোঙৈগী শিংলীদা চেল্ল-ক্‌পা ঈ মরী, মখোঙৈনা হান্না খুন্দারকপা মফম্‌শিং অমসুং মখোঙৈনা খুন্‌হোংলকপা অমদি খুন্দা-লৈতারক্‌পা মতমদা থোক্লক্‌পা থৌদোক্ থ্নাখোক্কা মরী লৈনবা থৌওং-থৌদোদা মরু ওইবা য়ুমন্‌ফম্ ওইরগা কাংলুপ. থাঙৈবগী খুৎথাঙৈ মচুগী মতুং ইন্না মৈতৈ মুসল্‌মান্/মংগন পাংঙল/মুসলীম সমাজনা মৈতৈ লৈপাক্তা চৎনবী ওইনা লৌনরিবা কাংলুপশিং সৈয়দ, সৈখ, পঠান্ অমসুং মুগল/মোগল হাঙৈরিবা কাংলুপ্ মরি অসিগী মনুংদা সৈখ হাঙৈবা কাংলুপ অসিগী মনুং চনবা সাগৈ অমনি।

সাগৈ অসিগী পুকোক্‌শিংদি তরফ সনা লৈপাক্কী নিংথৌ মচাশিং, নবাপ্-মহম্মদ সানী, মাগী মনাও নিপাশিং, সৈখ-চুনেৎ, কৌরিপ-সৈখ. সাহকুসুম অমসুং মহম্মদ সানী মহাক্কুপা নজরানি। হাঙৈরিবা সাগৈ অসিদগী নিংথেম ইংখোল/হন্নাই ইংখোল,ন্নাংময়ুন্ ফিসম্ অসিনচিংবা সাগৈ কয়া থাঙৈখি। সাগৈ অসিগী পুকোকশিং অসি তরফ সনা লৈপাক্তগী লাকপনি। তরফ সনা লৈপাক্ হাঙৈবা অসি হৌজিক্কী বাঙ্গালা দেশকী মনুংচনবা অন্নাং-নোংপোক্কী লমদম্‌দা ডল্লিদৈগী মতম পাসা হাঙৈনা খঙ.নবা, খরা থেংথরক্লগা শ্রীহট্ট. অমুক থেংথরক্লগা সিলোৎ অমসুং হৌজিক্কা সিলেট হাঙৈনা খঙ.নরিবা লমদম অসিগী খা-নোংচুপ লোম্ থংবা সরুক্কী মনুংচন্‌বা লমদম, হবিগঞ্জদগী কিলোমিটর ১৬ রোম্ থাপ্পা অমসুং সেরাইল পারগনাদগী অন্নাং-নোংপোক্লোমদা, কিলোমিটর ৫৫ রোম্ লাপ্পা

লৈরিবা মফম্ অসিনা কোন্নুং ওইরগা অকোঙ্গীবা লমদম্ থরদা পাসা মুসল্মান্ নিংথৌশিংনা ১৬শু বা অমস্তুং ১৭ শুবা খৃষ্ট মতুংগী চহীচাশিংদা পাল্লম্বা লৈপাক্ অমনি। লৈপাক্ অসি নবাপ মহম্মদ সানীগী মতমদা অল্লাং, নোংপোক্, মখা অমসুং নোংচুপ হাঙ্গীহুনা সরুক ৪ থোক্লা খাঙ্গীদোক্লগা নবাপ অমমম্ হাপ্তুনা লৈঙাক-থৌদা তৌহল্লগা ময়াঙ্গীদা মথোঙ্গীগী নিংথৌরেল্ ওইহুনা মহম্মদ নাজিরা কৌবনা পাল্লম্মী। নবাপ্ মহম্মদ সানী নিংথৌরেল্ নাজিরীগী মনাও থোক্পা তরফ সনা লৈপাক্কী থা-থংবা, থোংনাং মাইরোং নিংথৌ, ময়াং কছারী নিংথৌ প্রথফিনান্ কৌবনা পানবা কছারী লৈপাক্কা তাইনবা লমদম্শিংগী লৈঙাক্পা নবাপনি।

মৈতৈ লৈপাক্তা মৈদিংঙু খাগেম্বনা নিংথৌ ওইরবা মতমদা পোক্মিন্নবা মনাও য়াঙ্গৈমা মৈদিংঙুচা চীঙসোম্বা/কোইরেম্বা/লৈসা পাম্ববু খুরাঙ্গীলাক্পা অল্গা পোক্মিন্নবা মনাও অতোনবা মৈদিংঙুচা সানোংববু য়াইস্কুল্ লাক্পা হাপ্তুনা মৈতৈ লৈপাক্ ঙাক্লক্পদা মৈতৈগী চৎনবী হিয়াঙ্গৈ কুম্জন্বা কৌবা য়িরাৎ থৌনি নুমিত্তা হিয়াঙলমজেনগী কুম্মে হাপসি হাঙ্গীনা নাঅম কবোগীকুম্ সক ১৫২৫ খৃঃ ১৬০৩ দা থন্নরে। হিয়াঙ্ তেংমাঙ্গী লেপকদবনা মৈদিংঙু খাগেম্বা অমসুং মনাও ইবুংঙো খুরাঙ্গীলাক্পা মৈদিংঙুচা চীংসোম্বনি।

মনাও ইবুংঙো খুরাঙ্গীরাক্পগী মনাই অচানবা পাখং মথোক কারক্পা মধু কৌবা অমা অমসুং মনাও ইবুংঙো য়াইস্কুল লাক্পগীসু মনাই অচানবা পাখংমথোকলক্পা লবঙ্গ কৌবা অমা লৈরম্মী। অনি অসি খ্বাই পুম্নমক্কী তোম্থীন্ ওইরম্মী। মতমহুদা খুরাঙ্গী লাকপা মৈদিংঙুচাগী লতাম্না কৌবী চেংলৌসক্লা হেনবী পুক্নুং লিন্না ভানবী অমা লৈরম্মী। মৈদিংঙুচা অনিমক্লা মচা ইবেম্মা লতাম্নাবু মনাই মনাইদা থাজনিংলম্মী। অহুবু মমোম পোকচদবা মৈদিংঙুচা

সানোংবনা ময়াম্বুং মৈদিংঙু চা চীঙসোম্বদা মনাই লবঙ্গীদমক্তা লতম্লাবু পীয়ু হাঙ্গীজরুবা মতমদা মৈদিংঙু চা চীঙসোম্বনা মাগী মমোম্নি মানা থাজনিংবা মীশক্তা থাজগনি হাঙ্গীবগী কাইদা তৌরকপদগী ইকাইবা নংলবা মৈদিংঙু চা সানোংবনা ময়াম্বুং মৈদিংঙু চা চীঙসোম্বগী মফমদা অমুক্তং লমন্ খুমজগে হাঙ্গীনা শিংতুনা, থরুম তৌতুনা লৈখি। হাঙ্গীরিবা ব্রাফম্ অসি খঙ্লুদবনা মৈদিংঙু চা চীঙসোম্বনা হিয়াঙ্গে কুমজনবগী হিয়াঙ্ লম্জেন্ অসিদা তোংননবা তান্নহি লৈজদবনা মপাবুং মুংয়াম্বগী থোঙনেংহি কবো ঙম্বা চৌকোংফাবা কৌবা হি অতু মনাও ইবুংঙো মৈদিংঙু চা সানোংবদা পীরমতুনা লৈবদগী মনাই হিরোইহন্বা থাতুনা মনাও ইবুংঙো সানোংবদগী তান্নহি ব্রাইহন্লম্মী। অতুগা হি অসি তোংতুনা নাত্রম্ কবোগী কুম্ সক্ ১৫:৫ (খৃ: ১৬০৩) গী হিয়াঙ্গে থাদা থোঙচু ব্রাইরোক্পা মস্নুমাঙ্, পাংয়াঙ্গী চনম্বা মকাইফম, থোঙলেন্ তাইবী লাংথবানগী লৈসাংথোং খোংলেন্দা তান্নখি। হিয়াঙ্ লম্জেন্ অসিদা হি থংনবা, হিয়াঙ ঙানবা য়াওবদগী হিয়াঙ্ অনি কেৎনবা, থেঙ্গাঙ্গীনবদগী মৈদিংঙু চা চীঙসোম্বনা মনাও ইবুংঙো মৈদিংঙু চা সানোংবদগী ব্রাইরুবা কবোঙম্বা চৌকাংফাবা কৌবা হি অতু তোংজেংহিরুদা কাঙ্গীখি। হি কাঙ্গীরবা অসিদা খুরাঙ্গীলাকপা মৈদিংঙু চা চীঙসোম্বনা মনাও ইবুংঙো য়াইস্কুল লাক্পা সানোংবদা হিয়াঙ্ লমজেন্দা হি অতু কাঙ্গীখ্রে। করম তৌসি হাঙ্গীবগে অকাঙ্গীবা হি অতু ফোংলগা হান্নগী কাঙ্গীদবা অতুগুম শেমতুনা মেক্রুক্ খেনচিংবা তৈরপা পীয়ুরা, অহনবা, অনৌবা হান্নগী হি অতুগা চাংবো শাংবা মান্নবা হি অমা সিংঙুরা, নত্রগা সনানা লুপানা হি অতুগী মতিক্কচাবা মমল্ হল্লুরা হাঙ্গীনা হংলম্মী। অতুবু লৌথিরবা মৈদিংঙু চা সানোংবনা থাঙ্গীনগী ইকাইখিবগী মলোম্ কাওদতুনা হাঙ্গীরিবা পুন্নমক্তু অমতা পামজদে মাগী হান্নগী কাঙ্গীদবা হি কবোঙম্বা চৌকোং ফাবা, কাঙ্গীদনা খুরাঙ্গীলাক্পগী মনাই

হিরোইহনবনা পুখিবা হি অদুতা পীবিয়ু হাঙৈদুনা চক্রি তৌদুনা হাঙৈরম্মী, করিগুম্বা হিদু শিংবি দ্রগা হিদু পুখিবা মনাই হিরোইহনবদু মাগী ফংফম থোকপা ফংজসনু হাঙৈদুনা হিরোইহনববু হাৎকনি হাঙৈনা মচেল্লা য়ৈহনা হাঙৈরম্মী। ফন য়াম্না থেম্ববু মানা হাঙৈরিবসি হোংদনা সিথাঙ্ খাংদুনা লৈখবদগী হি কাঙৈবগী ব্রাখৎ-ব্রারোঙ-নবগী ব্রায়েল্ অসি লৈপাক্ নিংথৌ য়ৌনরে। লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা পোক্মিন্নবা ময়াম্বা অহল—অমা ওইনা ব্রায়েনবদা ব্রাতাইবা ঙমদ্রে, সানোংবসু মহাক্না হাঙৈখি ব্রাফম্ অসিদগী হোংবা লৈখিদ্রে। মৈদিংঙু খাগেম্বনা মৈতৈ লৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা ব্রাথী ব্রাতেম্বদসু মৈদিংঙুচা সানোংবনা লৈপাক্ ব্রায়েলব্রাবু লৌদনা হাঙৈখিবা ব্রাফমদগী হোংদ্রবদা মৈদিংঙু খাংজেং নাহানা কনক্মথোকপা মনাই হিরো-ইহনববু কললগা মৈদিংঙুচা সানোংববু নিংথেম কোম্নুং তম্পাকয়ুমদা লৈবগন্নু হাঙৈনা তানথোক্নুনা সানোংবা হিকাঙৈব্রাবু ব্রায়েল্ চৎনব্রা হাঙৈদুনা ব্রাখৎনবদুগী চৈব্রাক্-ব্রারক্ তৌখি।

লৈপাক্ নিংথৌগী ব্রায়েল অসিবু য়ানিংদ্রবা মৈদিংঙুচা সানোংবা অমসুং পলেম মমা চাংবোম্বীনা মখোঙৈগী খুৎ শেমদুনা ময়াংকছারী নিংথৌ প্রথফিনানগী মফমদা মৈতৈ লৈপাক্না লান্দারক্নবা লানকৌখি। ব্রাফম্ অসিগা, লৈপাক্ অনিসিগী নিংথৌ অনিগী সগোল শিন্নবগী তৌনরিবা থরুমগা পুনখিদুনা ময়াং কছারী নিংথৌনা মাগী সেনাপতি ভীমবল অমসুং য়াখারেক্ থারক্নুনা মৈতৈ লৈপাক্না খৃঃ ১৬০৩ অমসুং খৃঃ ১৬০৪ দা লান্ অনিরক্ তারক্খি। অকোনবগী লান্ফম্ অসিদা মৈতৈশিংনা মাঙৈথীদুনা ময়াংদা লোই হারগা ময়াং কছারীগী লানচিংবা য়াখারেক্না লৈপাক্ অনিগী তাইশিন্নবা ব্রারোল্ ঙাংদুনা মদু হিক্তোক্নদনবা মেন্দা ফমদুনা ময়াংপা মৈতৈগা ব্রাশক্নখি। মরকসিদা, মৈদিংঙু খাগেম্বনা সেক্তাদা লোতুনা

থল্লিবা সগোল ফংননবা মাইকৈ অদোমগী থুল্ কয়া চীঙডাংলেন্দগী হৌনা নৈহ্নুনা য়াখারেক্লা সগোল পুরগা মৈদিংঙু চা সানোংবগী খুংকা লোঈননা খুরাইরাক্পগী মমোম লতাম্নাবুস্ম হুরগা কছারদা চেন্নবা লাক্লরকপদা মৈতৈ মচা য়ুম্নাম্চা ক্যাম্বা, হাওবমচা অরোই, য়েল্লাংবমচা খুঙম্ অমসুং পালা কোইরেংনা লুচিংহুনা তান্নরগা লাংজিং চীঙখোঙদা লান্ শোক্লরবদা ময়াং লাম্মী য়াম্না মাংবগা লোঈননা য়াখারেক্ অমসুং মৈদিংঙু চা সানোংবা কছার লৈপাক্তা চেন্খি অমসুং সানোংবগী খুং মখৈস্ম মমা চাংরোম্বীগা লোঈননা কছার য়ৌখি।

কছার য়ৌরগা মৈতৈলৈমা ওইরম্বী চাংবোম্বীনা ময়াং কছার নিংথৌ প্রংফিনান্দা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দাহুনা মৈতৈ লৈপাক্পু লৌরগা মচানুপা সানোংববু মৈতৈ লৈপাক্কী নিংথৌ হাপ্পীয়ু হাঈজখি। কছারী নিংথৌনা মহাক্লা হাঈজবহু য়াবিরম্মী অমসুং মাগী লৈরিবা লাম্মী অহুনা মৈতৈ লৈথাক্ লৌথা ভমলোই হাঈবা খঙ্হুনা য়ুন্লোন্নবা তরফ সনা লৈপাক্কী পাসা মুসল্মান্ নিংথৌ মহম্মদ নাজী রীদা কছারীশিংনা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দবদা মতেং পীবীয়ু হাঈনা হাঈজখি। তরফ নিংথৌ মহম্মদ নাজিরীনা প্রথাফনানগী রাফম অহু য়াবীহুনা, মহাক্কী লৈপাক্কী মথা থংবা শরুক্ কছার লৈপাক্তা তাইনবা লমশিংগী নবাপ মহম্মদ সানীদা কছারী নিংথৌনা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দাবদা মতেং পাংঙু হাঈনা য়াথং পীরকখি। মরম্ অসিনা মহম্মদ সানীনা মশামক্লা সেনাপতি লানজিংলেন ওইরগা মুর্নোন খাঁ. মোনাই, অকোন্, আলুপ্, চুলৈয়া, নম্কা, ফাইতোং, তুমিয়া, খময়া, অমান, খেন্তো, অকয়া, সপ্রমহম্মদ/খম্বা, লাম্মীয়াম্বা/মীয়াম্বা. পুনোৎ/পুর্ন, অমসুং কস্রা কৌবা অকনবা, অথৌবা লানচিংবা ১৬ য়াওবা পাসা মুসল্মান্ সিফাই ১০০৭ না শাবা দোলী তেংগোল্

অমা পুহৃনা খৃঃ ১৬০৫ গী মেরা থাগী থানিন্ থাবুং, নিংথৌকাবা সুমিত্তা তরফ সনা লৈপাক্ থাদোক্তুনা কছারী নিংথৌ প্রথফিনানগী কোন্নুংদা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দাবদা লান্ পাংনবা লাক্লম্মী। মহাক্না কছার নিংথৌগী কোন্নুংদা মনাওনিপা অতোনবা সাংকুসুম্ অমসুং মচানিপা নাক্রা থম্লগা মনাওনিপা সৈথ চুনেৎ অমসুং কৌরিপ সৈথ ২ গা লোঈনরগা কছারদগী কছারী লাম্মী ভাম্বল অমসুং য়াখরেক কৌবা সেনাপতি অনিনা লানজিংলেন ওইবা, ফালৈতাও, মাইকাতাও, সেবুধি, তেক্কারাজা, কৈকিয়ালুং অমসুং থরকপা কৌবা সর্দার লানচিংবা ৬ য়াওবা লাম্মী তেঙ্গোল অমসুং মৈদিংঙুচা সানোংবনা লানজিংলেন ওইবা অকনবনা লবঙ্গ, সোই-রাইসমচা তাংখোম্বা, ওইনামচা পুকচাও, থোক্চোমচা মুবনচিংবা মৈতৈ লাম্মী থরগা তিনশিন্নহুনা মৈতৈ লাম্মীশিংনা লমজিংলগা কছার নিংথৌগী কোন্নুংদগী মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দারুনবা খোঙশাল্লকখি।

কছারী ময়াং, পাসা মুসল্মান্ অমসুং মৈতৈ লাম্মী থরগী অপুনবা লাম্মী তেঙ্গোল অসিনা গ্বাই তূরেল্ লাল্লরগা লাইমতোন ফোরুংবা কারক্তুনা খোবুম তান্নরগা খোবুমগী লম্বীদা লৈবা চকপা থোংজাও য়ৌরকপদা মাঙ থংবা লাম্মী থরনা পুখিবা কছারগী নোংমৈতোপ যাত্রাবা কৌববু উখোঙদা থম্লগা লাম্মীশিং অহুনা চীঙগী লোক্তা ঈশিং থকপা চৎখিরম্মী। মতম অসি মৈতৈ লৈপাক্তগী কছারদা পানা মনা, কা লল্লোনপোৎ লৌবা চৎপা ৎক্রমচা ক্যাম্বা অমসুং রাইরোক্পমচা খুঙম্ অনিনা থেংনহুনা নোংমৈ ২ ত্রাব হুহুনা পুররগা মৈদিংঙ থাগেম্বদা কৎখি। অসুন্না মৈতৈগী নোংমৈ তাপ অমতা ডাইরম্বদগী অনি সুখি। মৈদিংঙ থাগেম্বনা মৈতৈগী অকন অথৌশিং খোমহুনা অরাং ইহারাইদগীনা হাওয়েন য়াঙ্গোইবুং (হৌজিক্কী বিসেনপুরগী অরাং নোংচুপ থংবা লমশিং) ফাওবা

লাংথোং তৌদুনা লানবন্ সারগা মফম মরিদা তেংগোল মরি থোক্না লিংলগা ময়াং লান্মীশিংনা লাকপা ভাইদুনা লৈরম্মী। মৈদিংগু খাগেম্বগী লান্মী তেঙ্গোল অসিদা য়াওরিবা অকন-অথৌশিং অমম্ুং মরু ওইগশিংদি, মৈদিংগু খাগেম্বা মশামক্না তেঙ্গোল অসিগী লানাজং-লেন্ ওই। অদুগা মৈদিংগু চা থুরাইলাকপা কোইরেম্বা/চাওসোম্বা, লাইরেল্ নোংসামৈ/সুর্জো লাইরিকয়েংবা জগৎসিং/চকসিং,কিয়াম লাইরেনমৈ, সেক্তা চাবু তাবা, মোংবিজাম্বা হাওমু য়ারাবা, অথোম্ ময়োন, সলামচা ক্যাম্বা, ওক্রমচা ক্যাম্বা, ব্রাইরোকপমচা খুণ্ডম্, ভাংবমচা কোইগুম্বা, য়ুম্নামচা কিয়াম্বা, হাওবমচা অরোই, য়েল্লাংবমচা খুণ্ডম, পালা কোইরেং, খুমুকচম্চা কোইগুম, ব্রাংথৈময়ুম্চা কিয়াম্বা, সলামচা চেক্সা, নোংথোনবম্চা মোইরাম্বা, তখেনময়ুম্চা অথৌবা, থ ক্চোম্চা কোইরেং, চিরোম্চা লাইরেন্মৈ, সলামচা কোইগুম্, মাইবমচা কৈসা অসিনচিংবা লানচিংবশিং অমম্ুং শগোল তোংবা লান্মী ১৮০ অমদি নোংমৈ তোপ্ অনি অসিনি। অদুগা তৌরিবা লানগী লাম্লোং শিনবা অমম্ুং থৌরাংনা অহিংগী মতম হেক্ য়োরক্পগা ইহাব্রাঈদগীনা হাওয়েন্ য়াংগোইবুং ফাওবগী পল্ মথক অদুদা উচান মৈরা পম্লেং থান্দুনা য়েক্লবগী লান্মীশিংদা মৈতৈগী লান্মী মশীঙ্ য়াম্বা মালহন্দুনা য়েক্লরশিংবু অকিবা পোকহন্নবা থৌরাং তৌই। লুংখিলগী মতমদনা নোংমৈ তোপ্ অনি অদু শগোলনা থুনা য়াংনা চিংন্দুনা শাবিবা তেঙ্গোল মফম্ মরি অদু থুংনা কোইচেন চেন্দুনা নোংমৈ তোপ্ কাপ্লগা য়েক্লবগী লান্মীশিংদা তোপ্ মশীঙ্ য়াম্না লৈবা মানহন্দুনা কছারী ময়াংশিংবু অকিবা, অথুকপা পোক্-হল্লি। অসিনা মরম ওইদুনা কছারীশিংনা হক্তানবা পোক্নুনা মখোঙ্গী ময়াংশিংনা খৌবুম্ চাও লম্বীগী মনাক্তা চক্পা থোংজাওগী চাওদোলদা তেঙ্গোল্ সারগা পাসা মুসলমান্শিংবু তমদা তাহন্দুনা সারেল্ য়াঙ্গোই মপাল্ ( হৌজিক্কী লম্মাংদোং/বিসেনপুর ) দা তেঙ্গোল্ সাহনখি।

মথোঈনা অসুম্না অরাংবদগী কুম্দৈ য়েংহুনা লানগী খুদোংচাবা ফংনবা তাঞ্জা লুম্নরিবৈগী মতম অসিদা মৈদিংঙ্চা খুরাইরাকপা চীঙ্সোম্বনা লাংগোই শগোল্ তোংহুনা থৌজিল্লক্লগা ময়াং লাম্মীগী সর্দার অকনবা অমবু শগোল্ মথক্কুদগী কোন্দুনা ফারগা উম্নাঈবীনা য়েন্নাও চেনবগুম চেন্দুনা পুখি।

থোদো অসি উরুরগা ময়াং কছারী লাম্মীগী লানচিংলেন্ অনিনা চীঙখাদা তেঙ্গোল্ সারিবা, মথোঙ্গনা তরফসনা লৈপাক্কুগী লানন-ক্লবা মুসলমান্ লাম্মীশিংবু তাক্লমদনা মৈতৈনা লানফম্ মনীঙলোমদগী থত্তুনা লান্ তারকপা য়াই, তারক্ত্রিঙৈদা চেলহৌরসি হাঈহুনা অহিং অমদা চেল্লক্লবদা মৈতৈ লাম্মীশিংদা থৌবুম্গী কবুইশিংনা পাও পীরবদগী মৈতৈ লাম্মীশিংনা থত্তুনা তৌবুল্ খোইজুমানগী লমদমদা লান্ শোক্লখি। লান্ফম্ অসিদা মৈদিংঙ খাগেম্বনা সগোল্ তোংহুনা মতোমতা ময়াংশিংগা লান শোক্লবগা লৈহোম্, ওইবা পাংকী লমদা সগোল য়াওনা পুখহুনা ময়াংনা ফাবা তারবদা সলাম্চা কিয়াম্বা অমসুং ভাংবমচা কোইঙম অনিনা ময়াং ময়াম হাত্তুনা কনখি। অদুগী মতুংদা মৈদিংঙ খাগেম্বনা সগোল তোংবা লাম্মী ১৮০০গা লোঈননা ময়াং লান্দারকপদা ময়াং কছারী লান্চিংবা ফালৈতাও, মাইকাতাও, সেবুখি, তেক্কারাজা, কৈকিয়ালুং অমসুং থরকপা হাঈবা ৬ অসি হাৎননবা লাক্লবদা হাৎপদি হাৎহৌরগা চীঙ্গী সীঙজা মৈচাক্খাক্তা সগোলনা খুদি থৌবদগী সগোল্ মথক্কুগী লৈপাক্তা তারবদা লাংমৈ লাংজাও ১১ থেৎপা মুর্নোন খাঁনা খাগেম্ববু ফারগা তানা থিন্দুনা হাৎলগে তৌরকপদা নোংশামৈনা কছারী লোম্না, ময়াং নিংথোদা ফারগা কৎসি, হাৎখিম্নু হাঈরা সগোল থৌজিল্লক্তুনা মুর্নোনখাঁ/লেংমাসাবু তানা লেংহুনা হাৎলগা খাগেম্ববু কনখি। মসিদগী কছারী লাম্মী পুম্নমক্ মথোং-মরম খঙদনা মাঈকৈ

মরিমক্তা চেন্নখিহুনা ময়াং তেঙ্গোল কাঈখি অমস্তুং য়াখারেক্ ভীমবল্ অনিদি মরৈপাক কছার য়ৌনবা চেন্‌খি।

মৈদিংঙু খাগেম্বনা ময়াং তান্‌খাঈরম্লগা সারেন য়াঙ্গোইবুংদা সারিবা পাসা মুসল্‌নান্‌শিংগী তেঙ্গোল্‌বু মাঈকৈ মরিমক কোঈ-সিন্দুনা সগোলতোংবা লাম্মী ১৮০ অমস্তুং নোংমৈ তোপ অনি য়াগুনা লান্দাহুনা পুং অহুম্ চুপ্পা লান্থেংনববু মুসল্‌মান্ লাম্মীশিংবু মৈতৈনা করিস্তু তৌবা ঙমদ্রে। মতুদা মৈতৈগী অঙম-অথৌ, অকন-অয়াঙবা পুম্নমক মৈতৈ নিংথৌগা লোঈননা রাতানরগা পাসা মুসল্‌মান্ তরফ লাম্মীশিং অসি খুলাঈ পাঈনহুনা পাঙ্গলনা মাঈথীবা ঙীবদি ঙম্নরোই লৌশিং তৌহুনা খুৎলাঈ য়াওনদনা লৌশিংনা ফারসি হাঈহুনা তখেল, পাসা,কছারী,বেঙ্গোলী, তেখাও মরোম্নচিংবা পুম্নমক খঙবা লাইরেল নোংসামৈ থাহুনা লৈপাক অনিগী তাইশিন্নবা রাতাই রারোল ঙাংনসি, সন্ধি তৌনসি, নখোঈগী লান্‌চিংবা পুম্নমক্ মৈতৈগী লানবলদা লাক্‌উ হাঈহুনা কৌহল্লুরে। নখোঈ লাক্লগা তৌগদবা থৌরাং পুম্নমক্ শিন্নহুনা রারী সাকম সঙ্ সেমলে। পাসা তরফ লানচিংলেন মহম্মদ সানীনা লুচিংহুনা লানচিংবা ১৫ গা লোঈননা মৈতৈ তেংগোলদা থুংলরবদা লাইরেল নোংসামৈনা রাতাই রারোল্ ঙাংনবদা খুৎশু-খুৎলাঈ য়াওনরোইদবনি হাঈহুনা মহাক মশামক্লা হান্না খুৎলাঈ লৌথোক্লুনা থম্লবদা মুসল্‌মান্ লানচিংলেন্ অমস্তুং লান্‌জিংবশিংস্তু ইকাইথাঙদগী খুৎলাঈ লৌথো-ক্লুনা থম্মম্লগা রাতাই রারোল্ ঙাংনকমদা চঙলক্লুনা ফম্নরবদা মৈতৈনা মুসল্‌নান্‌শিংবু মৈতৈদা লোই হারো হাঈহুনা থুরাঈরাক্‌পানা মহম্মদ সানীবু লম্বা তৌহুনা হকথেংননা কোন্দুনা ফারগা অতৈশিংস্তু মপা মপা ফানহুনা মুসল্‌মান্‌শিংবু মৈতৈগী লান্‌বন্ মন্নুংদা ফাখি। মসিদগী নবাপ মহম্মদ সানীনা মানা পুরক্‌পা পোৎ-চৈ পুম্নমক্

পাসা মুসল্মান্ তরক সনা লৈপাক্কী লাম্মী ১০০০ গা লোঙ্ঈননা মৈদিংঙু খাগেম্বদা লোই হাত্থনা থা ৮ চুপ্পা ময়ুম্ থাদোক্লক্কুনা শোক্লরকপা লান অত্থু খৃ: ১৬০৬, হৈরাংখোংজম মোনশাংগী কুম সক ১৫২৮, ইংঙা থা ১৭নি পানবা মুমিত্তা লোঙ্ঈশিনখি।

লান লোঙ্ঈরবা মতুংদা মুসল্মান্শিংবু মানা মানা হৈজরকপা, হৈনজরকপা অমসুং পাঙ্ঈরক-তৌরকপা শিন্ফম্শিংদা থাজিন্দুনা থুন্দা লৈতানবা মফম্ পীত্থুনা থুন্দাহনখি। মানা মানা তৌরকপা মীথোই-মীহেন্বা থবক নত্রগা মথাই য়াওনা পাংথোক্লকপা থোওং থৌদাশিংগী মথৌমল ওইনা মনা মৈতৈ নিংঙোল্ অমমম্ পীত্থুনা মখোঙ্ঈ-মখোঙ্ঈগী ফুঙ্গাগী সাগৈ য়িম্লাক্ মমিং থোনবীত্থুনা তরক সনা লৈপাক্কী পাসা মুসলমান্শিংবু মৈতৈ মুসল্মান্ ওলহল্খি। অমুম্না মৈতৈ মুসল্মান্ ওল্লবদা নবাপ মহম্মদ সানীগী মমিংদি মৈতৈনা প্রসেনা লানচিংলেন্ মহম্মদনী নত্রগা মংগন নিংথৌ সায়ি হাঙ্ঈনা কৌই। মহাক্না লোঙ্ঈননা থোক্লকপা মৈতৈ লৈপাক্কী লৈপাক্ নিংথৌ খণ্ডবা মুসল্মান্ খুম্মোক অসিবু খাগেম্বা হাক্তক্কী মৈতৈ পাংঙল্ খুম্মোক্ অচৌবা হাঙ্ঈনা খঙনৈ।

প্রসেনা লান্জিংলেন্ মহম্মদ সানীদা মৈদিংঙু খাগেম্বনা নোংথোন্বম্ চন্থু নাইওইবী সক্তেক্ কৌবীগা চক্প্রম্ চন্থু মেল্লে কৌবীগা মখোঙ্ঈ অনিবু তাল্লোই মতু ওইনা পীরম্মী। মহাক্পু মোং-বহনবা উম্মংলেনগী মখা থংবদা লৈবা, মতম অত্থুদা পাকা লৈকাঙ্ঈ কৌবা হৌজিক্লা জর্মস্থানদগী থোকচোম লৈকাই (য়াইস্কুল্/মোইরাংখোম্) কৌরিবামফম অসিদা মাগী খুন্দাফম ওইনা পীত্থুনা মাগী ফুরুপ্শিংগা লোঙ্ঈননা খুন্দাহন্খি।

মৈদিংঙু খাগেম্বনা মতম অত্থুদা মৈতৈ লৈপাক্তা লৈরিবা মুসল্মান্ ফুরুপ্ অমসুং কাংলুপ্ খুদিংমক্কী লৈঙাক্-লৈকন্, মীহাং,

মীপুন, মখৌ-মঙম, খংনবা-চনবা পুম্নমক্তা মরী লৈনবা থোৗদোক-হল্লকখে। পুম্নমক্কী হায়েল, শেংনা লানচিংবগী মহম্মদনীদা সিল্লতুনা মংগন নিংথৌ সয়ি হাইদুনা মুসলমানশিংগী নিংথৌ হাপখি। অদুগা মহাক মৈতৈ লৈপাক্কী পুম্নমক্কী ওইনদি খুল্লাকফম্ হন্দোক্নি। মুসলমান সাগৈ পুম্নমক্তা খুল্লাকপনি। মরম অসিনা মহাক্কী মচা খুল্লাকপা মরোম হাইদুনা মৈদিংঙু খাগেম্বনা থোনবাখি। মহম্মদ সানী খুল্লাকপা মরোম মৈতৈ হাইনবা তানবা, পাংঙল্ অসম্বা পাম্বনা খুল্লাকপা মপুম্, খুল্লাকপম্ হাইনা কৌনখি।

মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদগী হৌনা মৈতৈ মুসলমানশিংবু মৈতৈ মুসলমানদগী মৈতৈ মংকল্/নংগাল্ ওইরকপা, মৈতৈ মংগলদগী মৈতৈ পাংঙল্ ওইরকপগী থাক অসি ফাওবদা মৈতৈ মুসলমান মংগল/পাংঙল অসি মৈতৈ লৈপাক্কী ওইনা কাংলুপ অনি থোক্লা থাদোকই। কাংলুপ অনি অদুদি হাগী মাগী শিনকমদা থাদোক্লবা খংথাইনি। শিনমমদা খাইবা কাংলুপ অনি অদুদি (১) খুঙ্গা কাংলুপ, অমসুং (২) খুংহৈবা কাংলুপ অসিনি। খুঙ্গাগী কাংলুপ্তা চিংবা সাগৈশিংদি লৈঙাক-লৈকন অমসুং লৈপাক্ ভাবুপগী, লৈঙাক্লোনগী থবক্ পুই। মখোই খুদিংমক লাম্মীনি, লাম্মী ওইদবা য়াবমদে। অমসুং কাংলুপ কাবা অসি যুম-যুমগী নিপা, চহি ১৭তগী ৬০ সুমা ফাওবদি নিপা খুদিংমক্কী সেঙ্গবা য়াক্তবা মথৌনি। অদুগা খুংহৈবশিং অসিনা খুৎ-শা হৈবগী থবক তৌবা, লৈপাক্কী চুঙদ্রবা য়াম্রবা পোৎচংশিং পুথোক্পা অমসুং থোক্হনবা কাংলুপনি। মখোই অসিগী মতুংদসু মথল অনি থোক্লা অমুক থাইরি। মখোয় অদুদি (১) শিনমুবা অমসুং ইংখোনসুঙবা নত্রগা ইংখোল হাইবা অসিনি। শিনসুবাশিংসু লাম্মীমক নত্রবসু লাংলুপ কাই অমসুং করি করিগুম্বদা লৈপাক্কী থৌনা য়ারক্তুনা লাম্মী ওইহল্লি। মরম

অসিনা শিনসুবশিং অসিনা লান্মী অমসুং ইংখোলগী মরক্তা লৈবা লাংদাইনি। অতুগা ইংখোল সঙবা নত্রগা ইংখোলশিংদি খুৎহৈবা কাংলুপ্তা চিংলবসু লাল্লুপ কাদে। মতুগী মহুত্তা মথোঙ্গদি নিংথৌদা লোইপোৎ কাই। মরম অসিনা লান্মীনা থাক ইরাং রাংই। মথংদা শিনসুবশিংসিনি অতুগা ইংখোলসুবা নত্রগা ইংখোল্‌সঙ্‌বা নত্রগা, ইংখোল অসিনা থাক্ ইহন্ হন্থনা লৈ। অদুবু ইংখোল সঙ্‌বনা সিনসুবগী থাক্তসু কাবদি কত্রং মুগা থোক্‌হন্‌বা ফুরুপ্‌ সাগৈ অতুনি।

মহম্মদ সানীনা নোংখোনবম চনু শকতেক্ পানতুনা অহোঙ্‌ পোক্‌এ।

মনাও নিপা সৈখ চুনেৎনা থোকচোম চনু ঙাংবী পানাতুনা নাত্রি পোক্‌এ।

মনাও নিপা কৌরিপ সৈখনা সিনাইবম চনু খোম্বী পানতুনা সিলাম্ পোক্‌এ।

মনাও নিপা সাহকুসুম্না লান্মী য়াম্বা/মীয়াম্বগী মচানুপী মেম্লে পানাতুনা সাতোন্‌বা পোক্‌এ।

মহম্মদ সানী মচানিপা নজরানা য়ুম্নাম্‌চনু য়াঙ্‌বী পানাতুনা মচানিপাশিং পুন্সি, খোঙ্গরী অমসুং লমথোক পোক্‌এ॥

পুন্সিনা চেংবা, সুল্‌তান্ অমসুং লাংমৈ: পাকএ॥

---

## (২) ফুসম

সাগৈ অসি মুসল্‌মান্ সৈখ কাংলুপকী মনুং চল্লি। সাগৈ অসি পুকোক্কী মমিংদি মুরিয়া সৈখ কৌই। মুরিয়া সৈখ, তরপ সনা লৈপাক্কগী ময়াং নিংথৌ প্রথাফিনাম্না মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দানবা ।;। রুকপা পাসা মুসল্‌মান্ লান্মীগী মরক্তা য়াওরক্‌পা

লাম্মী অমনি। খৃ: ১৬০৬কী ইংঙা ১৭নি পান্বদা ময়াংগা মৈতৈগা য়াঙ্গোইদা শোক্লবা লান লোঈরবদা লানফা মুসল্মান্শিংগী মরক্তা য়াওহনা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্থোম্ ওইনা খুন্দাখি। মহাক হান্নদগী হৌনা চফু শারকপা কুমার ফুসাবনি। মহাক্না মৈতৈ লৈপাক্তা ময়াং তৌপুন্চা সলিয়াগী মতেং লৌহনা লৈপাক্লা, শিং নান্না সনাবুল্ অমথক্ তরেংনা চাকা লৈহল্লগা চাকা শিজিন্নহনা শারগা প্রসেনা লান্জিংলেন্ ( মহম্মদ সানী ) গা লোঈননা লাইয়িংথৌ খাগেম্বদা কংখি। মাগী থবক অসিদা মৈদিংঙু্না পেনবীহনা য়ুম্নাম্ চন্থু নাইওইবী, নিংথৌ নাক্তা খনবী শ্রীবেদীবু তাল্লোই মতু ওইনা মনা পীবিখি। অমস্থুং মাগী ময়ুম্বু মুসল্মান্গী চফু সাবা ময়ুমনি হাঈহনা ফুসম্ হাঈনা মৈদিংঙু খাগেম্বনা থোনবীখি।

নুরিয়া সৈথনা য়ুম্নাম্চন্থু শ্রীবেদী পানহনা কোইরেং পোক্এ। কোইরেংনা মুক্তা পোক্এ। মুক্তানা তেংখুরা পোক্এ। তেংখুরানা ময়োন্ পোক্এ। ময়োন্না থিঙ্গোন্ পোক্এ। থিঙ্গোন্না সুমদি পোক্এ।

## (৩) ফুন্দ্রেময়ুম্

সাগৈ অসি মুসল্মান্ পঠান্ কাংলুপকী মন্থুং চন্বা সাগৈনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্শিংগী মমিংদি কুন্দন খাঁ অমস্থুং জমান খাঁ কোই। মখোঈ মচিন্-মমাও অনি অসি ময়াং কছারগী নিংথৌ প্রথাফিনান্না মৈদিংঙুচা শানোংবগা লৌতুনহনা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দানবা লানগী মতেং লৌথিবা সিলেটতা পানবা পাসা নিংথৌগী মনাও মহম্মদ শানী, মৈতৈনা প্রসেনা লান্চিংলেন্ মহমদনি কৌবা অহনা লান্চিংলকপা পাসা মুসল্মান্ লাম্মী ১০০০ গী মরক্তা য়াওরক্পা লাম্মীশিংনি। মখোঈনা ফুসমচা নুরিয়া সৈথকী মরাইবক্কী রাফম্ অহু তাবদগী অতৈ য়াওরক্পা মুসল্মান্ লাম্মীশিং, খুৎহেপা

সেক্ চারি, অয়েক্পা মহম্মদ অমস্তুং নিয়াম্ তুম্রহ কৌবগা লোইননা তুলাই অমা শাবি। তুলাই অদুগা কোম্নবা সেকপীন্ অমস্তু য়া খি। সেকপীন্ অসিগী মতোন্দা সামু ময়ানা থম্বাল্ মনা তরেৎ লোংনা হাপ্না নিংথিজরবা মখলনি। তুলাই অমস্তুং সেকপীনগী খুৎ-নাম্বা ফজবা অদু উরবদা লাইয়িংথৌ থাগেম্না পেনবীখি। মখোয় মতাগী খুৎ হৈবা থবক অদুগী মনা ওইনা মুপী অমমম্ তাম্লোই মতু ওইনা পীবিখি। সাগৈ অসিগী পুকোক্ কুন্দন থাঁদা থোক্চোম্ চয় কিয়াম্বী অমস্তুং জমানথাঁ থোক্চোম্ চম্ব চাওবী পীবিখি। তুলাই অদু শাবদা ফুন্দ্রে খেৎপগী থবক পুম্নমক থাঁ মচিন্ মনাওনা তৌবনি হাঙ্গবা খঙলবা মতুংদা মৈদিংগু খাগেম্বনা কুন্দনথাঁ, জমান্থাঁ অনিগী ময়ুমবু ফুন্দ্রে খেৎপা ময়ুম্নি হাঙ্গনা ফুন্দ্রে ময়ুম্ হাঙ্গনা থোনবীখি। অদুবু মতম খরগী মতুংদা মচিন মনাও অনি য়ানরক্তুনা কুন্দন থাঁনা য়ীম্ খাঙ্গিখিহনা জমান্ থাঁনা ফুন্দ্রেময়ুমগী য়ুম্ লেপ্ হৌই। মানা পীবা ওইহৌই।

## (৪) য়িমখাইবম/য়ুমখাইবম

সাগৈ অসি মুসল্মান্ পঠান্ কাংলুপ্তা চন্বা সাগৈনি। সাগৈ অসি অহান্বদা ফুন্দ্রেময়ুম ওইরম্বনি অমস্তুং ফুন্দ্রেময়ুমদগী খাঙ্গরকপা সাগৈনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্পী মমিংদি কুন্দন্ থাঁ কৌবা, ফুন্দ্রেময়ুমগী সাগৈ লেপ্ হৌবা জমান্ থাঁগী ময়াম্বনি। পুকোক্ কুন্দন থাঁদি খৃঃ ১৬০৬ তগী মৈতৈ লৈপাক্তা থুন্দারকপনি। ফুন্দ্রেময়ুম ওইনা মনাও জমান থাঁগা লৈমিন্নরম্বদগী মচিন-মনায় খেন্নরক্তুনা য়ানরক্তবদগী কুন্দন্ থাঁনা মনাও জমান থাঁন্গা তিন্নবরোই য়ুম্ খাঙ্গরগে হাঙ্গনা মৈদিংগু খাগেম্বদা রাকতুনা য়ুম্ খাঙ্গিখি। ময়ুম্ খাঙ্গিখিবা অদুগীদমক লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা কুন্দন্ থাঁগী য়ুম খাঙ্গবা ময়ুমবু য়ুমখাইবম হাঙ্গনা মিংথোন্বীখি।

## (৫) লুলাক্‌পম্/লুপ্‌লাক্‌পম্

সাগৈ অসি মুসল্‌মান্ সৈখ কাংলুপ্তা চিংবা সাগৈনি। সাগৈ অসি ফুসম্ হাঙৈবা মুসল্‌মান্‌গী সাগৈ অদুদগী খাঙৈরকপা য়ুম্নাক্কী সাগৈনি। খুল্ অমগী থবক পুনবা শল্লাক্‌পা অমত্তুং মাগী মখাদা লুপলাক্‌পা হাঙৈবা ফম অসি হাপনৈ। ফম অসি মৈদিংঙু পাইখোম্বা মনা হাক্তক্কী হাপ্পা হৌবা ফম্নি। অদুনা ফুসম্ শাগৈগী মতুংদা লুপ-লাক্‌পা ফম ওইবা পু অমগী চাদা নাওদাগী সাগৈ য়ুম্নাক্নি। ফুসমগী সাগৈ মচেৎ অমনি। লুপলাকপগী ময়ুমনি হাঙৈবদগী ফুসম সাগৈগী মচেৎ অমবু লুপলাকপম কৌই। লুপলাকপম হাঙৈবা রাহৈ অপু-নবসিনা পোইরৈ তাদুনা শম্লক্লগা লুলাকপম হাঙৈবনি।

## (৬) খুলৈরম্/খুৎলৈরম্/খুৎহৈবম্

সাগৈ অসি মুসল্‌মান্ সৈখ কাংলুপকী মতুং চল্লি। সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি সৈখ জালী/সেকচালী কৌই। কছারগী নিংথৌ প্রোথাফিনাম্না মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দায়রকপদা পাসা সিলেটকী মখা ইথং থংবা কছারগা তাইনবা শরুক, তরফ মনা লৈপাক হাঙৈবদুগী নিংথৌ মচা মহম্মদ শানীনা লুচিংলকপা লান্মীগী মতেং লৌদুনা কছারীশিংবু লান পাংহন্‌খি। পাসা মুসল্‌মান্ লান্মীশিং অদু কছারগী ভীমবল অমত্তুং য়াথারেক্লা লুচিংলকপা লান্মীনা হুন্দোক্লম্লগা চেনখ্রবদা খৃঃ ১৬০৬ কী ইংঙা থাগী ১৭নি পানবদা লাইরিকয়েংবম নোংসামৈ, জগৎসিং/চকসিংগী লৌশিংনা মাঙৈথীবা পীদুনা মখোঙৈগী লানচিংবা ১৫ অমত্তুং লান্‌চিংলেন মহম্মদ শানীবু খুৎ থোক্লদনা ফায়গা পাসা মুসল্‌মান্ লান্মী ১০০০ বু মাঙৈথীরে হাঙৈনা য়াহল্লগা মখোঙৈবু মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্দাহনখি। লানফা ১০০০ সিগী মতুংদা সৈখ জালীসু সিফাই অমনি অদুবু মহাক্তি খুৎহৈবনি। মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্দারবদা

মহাক্না লাকৃমিন্নবা পাসা মুসলমান্ সিফাই মুরিয়া সৈখনা মসা পাংঙল্ ফু তম্না শাবা ১ কৎলগা মৈতৈ নিংথৌ খাগেম্বনা থৌজাল্বীখিবা অতু তারুবদগী মহাক্না মমান্নবা সিফাইশিং কুন্দন খাঁ, জমান খাঁ, অয়েকপা মহম্মদ অমস্তুং নিয়াম্ তুল্লাহ কৌবগা পুন্দুনা তুলাই অমগা মতুগা কোন্নবা সেকৃপীন্ মতোন্দা সামু ময়াগী থম্বাল মনা ৭ লোঙ্বা হাপ্লা অমগা শাতুনা খাগেম্বা নিংথৌদা কৎখি। মথোঙ্গী খুৎহৈবগী অভকৃপা মতৌ অতুনা লাইয়িংথৌনা পেল্লতুনা তাল্লোই মতু অমমম্ মনা ওইনা পীবিখি। তুলাই অমস্তুং সেকৃপীন্গী খুৎনা চঙ্বা, চনবা, পানবনচিংবা পুম্নমক তৌখিবা সৈখ জালীদা সিয়াৎপম্ চমু তোম্বীবু পীবিখি। অতুগা তুলাইছু শাবদা খুৎহৈবগী মশক উৎখিবা সৈখ জালীবু খুৎহৈবা হাঙ্গীনা ইকাই থম্নবগা লোঙ্গননা মাগী ময়ুমবু খুৎহৈবা ময়ুম্ খুৎহৈবম্ হাঙ্গীবা মিংথোল্ পীবিখি। খুৎহৈবম্ হাঙ্গীবা অপুনবা রাহৈ অসিনা পোইরৈ ভাতুনা শম্নক্লগা খুৎহৈবম্ অমস্তুং মতুদগী খুলৈবম্ তাখি।

সৈখ জালীনা সিয়াৎপম্ চমু পানাতুনা ময়াং পোকৃএ। ময়াংনা নোইবা পোকৃএ। নোইবনা অখুন্ পোকৃএ। অখুন্না তাংখুন্ পোকৃএ। তাংখুন্না সেকৃতোন্ পোকৃএ। সেকৃতোন্না লুখোই পোকৃএ। লুখোইনা ভাংবা পোকৃএ।

## (৭) অয়েক্পম্/গজময়ীম্/কচময়ীম্

সাগৈ অসি মুসলমান্ সৈখ কাংলুপকী মনুং চনবা সাগৈনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্তি মহম্মদনি মহাক অসি কছারী নিংথৌ প্রথাফিনান্না মৈতৈ লৈপাক্লা লান্দানবা সিলেটকী পাসা লৈপাকী মুসলমান্ নিংথৌগী মতেং নিবদা থারক্পা তরফ সনা লৈপাকী নিংথৌমচা মহম্মদ সানীনা লুচিংবা মুসলমান্ লাম্মী ১০০০গী মনুংদা

য়াওরকপা পাসা লৈপাক্কী সিফাইনি। মৈতৈগাময়াংগা লান্ শোক্লবদা মৈতৈনা ঙমহনা খৃঃ ১৬০৬ কী ইংঙা থাদা লান্ লোইরবদা মুসলমান্ লান্ফা ১০০০বু মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্দাহনখিবা মুসলমা-ন্শিংগী মরক্তগী অমনি। মহাক্ য়েকপ-খোংপা নিংথিনা হৈ-শিংবা মশক অমনি। মহাক্তা মমান্নবা সিফাই হুরিয়া সৈখনা সনা পাংঙলপুল্ শাহনা মৈতৈ নিংথৌগী থৌজাল্ ফংখিবদগী অতৈ মমান্নবা কুন্দন খাঁ, জনান্ খাঁ, সৈখ জান্সী, অমসুং নিয়াম্ তুল্লহগা লোইননা নিংথিরবা তুলাই অমগা সেক্‌পিন্ অমগা শাহনা লাইয়িংথৌ খাগেম্বদা কৎলু-বদা মৈতৈ নিংথৌনা মখোঙ্গী মঙামক্কী খুৎহৈবগী পোখোক্ অতুদা পেন্বীহনা মখোঙ্গী মঙামক্তা তাল্লোই মতু অমমম্ মনা পীবিখি। মহুদা মহম্মদতা সলাম চহু নোইবাবু পীবিখি। দোলাই অতু শাবা দা য়েক্-খোংপগী থবক পুন্নমক মহাক্তা তৌরম্মী। মহাক্কী থবক অসিদগী মহাক অয়েক্‌পগী মখৌ তৌবা ময়ুম্নি হাঙ্গহনা অয়েকপম হাঙ্গনা খঙনখি অমসুং লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা মহাক্তা তুলাইহুদা য়েক্লিবা লাই অতুবু খঙলক্লবা মতমদা মহাক্কী সাগৈ ময়ুমবু কচময়ুম্ হাঙ্গনা থোন্বীখি। মরমদি মহাক্তা তুলাই অতু শারডৈদা স্না লুপা গজপিথ লাইবু গজমাহি ওইনা তুলাই অতুদা য়েক্লে। অতুদগী গজময়ীম্ হাঙ্গনা খঙ্নখি।

অয়েকপমচা মহম্মদনা সলাম চহু নোবী পানহনা কালমব্রা পোক্‌এ। কালমব্রানা সাম্‌সাহ পোকএ। সামসাহনা মহম্মদ সাহ পোকএ। মহম্মদ সাহনা হাজিরিসাহ পোকএ। হাজিরিসাহনা সেখকুম্ পোকএ। সেখকুম্না অকোং পোকএ। অকোংনা লুংখোন পোক্‌এ। লুংখোন্না অরোই পোকএ। অরোইনা অথৌ পোকএ। অথৌনা সুকুনউল্লা পোকএ। সুকুনউলানা নয়ামতুল্লা পোকএ।

## (৮) কোরিমখুম্

সাগৈ অসি মুসলমান্ সৈথ কাংলুপকী মঙ্গুং চন্নী। সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি নিয়াম্ তুল্লাহ কোই। নিয়াম্ তুল্লাহ হাঙ্গৈরিবা পুকোক্ অসি সিলেটকী পাসা লৈপাক্কী মুসলমান্ লাগ্মী অমনি। মহাক্ কোরি কোবা কোনগী মগুন নিংথিনা খঙ্বা, হান্নদগী কোন্ মথল্ অসিগী থবক-থনা শুরকপা মীওই অমত্তুনি। মহাক্ ময়াং কছারী নিংথৌ প্রথাফিনান্না মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দানবা পাসা মুসলমান্ নিংথৌ মহম্মদ নাজিরী কোবদগী মতেং নিবা মতমদা পাসা নিংথৌগী মনাও মহম্মদ সানীনা লুচিংবা তরফ সনা লৈপাক্ হাঙ্গৈনা কৌনবা কছারগা তাইনবা পাসা লৈপাক্কী মঙ্গুং চন্বা লম অত্তুদগী লাক্পনি। ময়াং কছারগী ভীমবল অমত্তুং য়াখারেকনা লুচিংবা লাগ্মী, মহম্মদ সানীগী মুসলমান্ লাগ্মী য়াওবগা মৈতৈগা য়াঙ্গোই (হৌজিক্কী বিসেনপুরগী মনাক্তা লৈবা লম অমা) দা লান শোক্নখি। লান্ফম্ অসিদা মৈতৈনা ময়াংশিংবু মাইথীবা পিত্তুনা প্রেসেনা লান্চিংলেন্ মহম্মদ সানীনা চিংনা মুসলমান্ লাগ্মী ১০০০ থোমহৌবা মতমদা নিয়াম তুল্লাহ হাঙ্গৈরিবা পুকোক অসিস্থ য়াওরম্মী। য়াঙ্গোইগী লানফাশিংবু মৈতৈ লৈপাক্তা খৃঃ ১৬০৬ কী ইংঙা থা ১৭ নি পান্বদা, থা ৮ চুপ্পা শোক্নবা লান লোইরবা মতুংদা মাগী মাগী খুন্দাফম্ পীত্তুনা খুন্দাহনখি। মখোঙ্গীনা খুন্দাত্তুনা মতম খরা লৈরবা মতুংদা নিয়াম্ তুল্লাহনা মাপা পাসা মুসলমান্ সিফাই ওইমিন্নরক্পা হুরিয়া সৈথ কৌবনা পাংঙল্ পুন্ কাংনান্বী অমা শারগা মৈতৈ নিংথৌ খাগেম্বদা কৎলুবদা মনাগা লোইননা নিংথৌগী থৌজালগী মিংয়েং ফংখিবগী রারী তারকখি। অত্তুদগী মহাক্না মখোঙ্গী পুন্না লাকমিন্নবা পাসাগী তরফ সনা লৈপাক্কী মুসলমান্ সিপাহীশিং, ফুৈন্দ্রেনয়ুমগী পুকোক্ জমান খাঁ, ফুৈন্দ্রেমযুমদগী য়ুম্নথাইবা কুন্দন খাঁ,

অয়েক্পম্ কচময়ুম্গী পুকোক্ মহম্মদ অমসুং থৎহৈবম্/খুলৈবম্ সাগৈগী পুকোক্ সৈখ জালীগা মখোঙ্গী মচা পুন্দুনা কোরি য়োম্বা তুলাই অমা অমসুং মতোন্দা সাম্ ময়াগী খম্বাল্ মনা ৭ লোঙ্না থেৎপা সেকপিন অমা শারগা লাইয়িংথৌ থাগেম্বদা কৎখি মখোঙ্গী মচাগী মখুৎ-মশা হৈবগী থবক অতুদা পেন্নতুনা মৈতৈগী মবুংও খাগেম্বনা মখোঙ্গী মচাদা মথৌগী মথৌমল্ ওইবা মনা ওইনা তান্নোই মতু ওইনদা মৈতৈ চন্নু অমমম্ পীবিখি। জমান খাঁদা খোক্চোম্ চন্নু চাওবী, কুন্দন খাঁদা খোক্চোম্ চন্নু বিয়াম্বী, মহম্মদতা সলাম্ চন্নু নোইবী, সৈখ জালীদা সিয়াৎপম্ চন্নু তোনথী অমসুং নিয়াম্ তুল্লাহদা খাংথৈরাকপম্ চন্নু কোইঙবীবু পীবিখি। তুলাই অতুদা কোরিনা য়োম্বা অমসুং থবক অতুদা কোরিনা চঙ্বা মথৈ নিয়াম্ তুল্লাহনা শুখি। মহাক্কী কোরি কৌবা কোন্দা হৈ-শিংবগী মতৌ অসি উবদা লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা নিয়াম্ তুল্লাহগী ময়ুমবু কোরিময়ুম্ হাঙ্গনা থোনবীতুনা মাগী কোরিগী থবক্কুবু ইকাই খুম্নবা উৎপিখি।

## (৯) শঙ্গোমসুম্বম্

সাগৈ অসি মুসল্মান্ সৈখ কাংলুপকী মচুং চনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি উস্রোন্ সৈখ কৌই। উস্রোন্ সৈখ হাঙ্গরিবা পুকোক্ অসি লাম্না অমা ওইবতা নত্তুনা শঙ্গোম্না শাবা অথুম-অহাওগী, অচা-অথক্কী মথেল্ শেম্-শাবদা হৈথোই-শিংথোইবা মীশক্ অমত্তু ওইরম্মী। মহাক্ কছারা নিংথৌ প্রথফিনান্গী লান্গী মতেং পাংবা লাক্পা সিলেটকী পাসা মুসল্মান্ নিংথৌগী মনাও মুপা তরফ সনা লৈপাক্কী নবাপ মহম্মদ শানীগী লাম্মী অমনি। ময়াং কছারগী নিংথৌ প্রথফিনান্গী ভীমবল্ অমসুং য়াখারেক্ কৌবা অনিনা লুচিংবা লাম্মী, মৈতৈ নিংথৌ থাগেম্বগী মানাও মুপা সানোংবা য়াইস্কুললাক্পা

য়াওবা অমসুং মহাক্না লমজিংলকপা মহম্মদ শানীগী পাসা মুসলমান্ সিপাহীশিংনা মতেং পাংবা লান্মীগা মৈতৈগী লান্মীগা হৌজিক্কী বিষেনপুরগী মনাক্তা লৈবা য়াঙ্গোই কৌবা মফমদা লান্ শোক্লখি। লান্ফম্ অসি খৃঃ ১৬০৬ কী ইংঙ্গা থাগী ১৭ নি পান্‌বদা লোইববদা লানফা ওইনা মহম্মদ সানীনচিংবা পাসা মুসল্‌মান লান্‌থোম্ ১০০০ গী মথুংদা পুকোক্ ওইরিবা উম্রোন সৈখ অসিসু যাওরকখি। মতু'ঙ্গা মৈতৈ লৈপাক্তা লৈবক্লবা মতমদা মখোঙ্গী পুন্না লাক্‌মিন্নবা অতৈ মুসল্‌মান্ সিপাহীশিংগী তোথোরকপা থবক্‌শিং অমসুং মখোঙ্গী ফংথিবা মনাশিং অমসুং ইকাই খুম্নবশিং অদুগী মরম পোঙ্গনা তাবন্মী। মরম অসিনা মহাকসু মীথোই-মীহেনবা থৌওং-থৌদোগী পোৎ অমা পুথোক্লুনা লৈপাক্ নিংথৌদা উৎনিংলন্মী। মহাক্না মদুগীদমক্ কলক খাঁ, সুদিয়া, উলিবা, অমসুং মানথি কৌবা অতৈ পান্না মুসল্‌মান্ মমান্নবা সিপাহীশিংগা লোঙ্গনদুনা শঙ্গোমবু চয়ুদা হাপ্তুনা শেম্না মথেলগী অহাও-অথুম কৎখি। মতুদসু মখোঙ্গী মঙাম্কপু মনা ওইনা তাল্লোই মতু অমমম্ পীবিদুনা মখোঙ্গবু থাগৎপীখি, অদুগা উম্রোন্ সৈখ কৌববু খ্বালা শঙ্গোম সুম্না মযুম্‌নে হাঙ্গদুনা মাগী মযুমবু শঙ্গোমসুম্বম্ হাঙ্গনা লাইরিক্থৌ থাগেম্বনা মিংথোল্ পীবিখি। অমসুং অতৈ মুসলমান্ মমান্নবা মরি অদুসু শঙ্গোমসুম্বম্ য়ুম্নাক্তা তিন্‌হন্‌খি।

## (১০) মনসম্

সাগৈ অসি মুসল্‌মান্ সৈখ্ কাংলুপতা চিংবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্‌শিংদি অকুনসাহ্ অমসুং কনবা সাহ্ অনি অসিনি। পুকোক্ অনি অসি মপা মচানি। পুকোক্ অনি অসি মন্ ওইনা নিংথৌগী থোগল্ তৌরকপা, মপাঙ্গল্ল বনবা মীওইশিংনি। মপা, মচা অনি অসি তরফ্ সনা লৈপাক হাঙ্গবা, সিলেট পাসা

মুসল্মান্ নিংথৌগী লমথৈ মনুংদা লৈবা, কছারগা তাইনবা পাসা মুসল্মান্ নিংথৌমচা মহম্মদ সানীনা লৈউাক্পা মফম অতুদগী লাক্পনি। মৈদিংঙু্গা শানোংবগী মতং পাংবা ওইনা কছারনী ময়াং নিংথৌ প্রথফিনাম্না মৈতৈ লৈপাক্তা লাক্লারবা মহম্মদ সানীগী মতেং লৌবদা পুকোক্ অনিসি পাসা মুসল্মান লাম্মী মরক্তা সিফাই ওইনা য়াওরক্পনি। ময়াং লান অতু মৈতৈগী মনুংতগী থাগেম্বগী লাম্মীনা হৌজিক্কী বিসেনপুরগী মনাক্তা লৈবা য়াংলোই কৌবা ফমদা থেংনখি। লান্ মম্ অসিদা ময়াংশিংনা চেনথরবদা মুসল্মান্ পাসা লাম্মীশিং অসি গী লামচিংবশিং অমসুং লামচিংলৈনবু লাইরিক্ যেংবমচা চক্সিং/জগসিং/জগৎসিং মোংলামৈগী লৌশিংনা হিংনা ফারবদা লাম্ অসি খৃঃ ১৬০৬ কী ইংজা থা ১৭ নি পানবদা লোচরবদা অহিংবা মুসল্মান্ লাম্মী ১০০০ লামফা ওইনা পুরক্লুনা মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্দাইনখি। অকুনসাহ অমসুং কনবসাহ অমিমু লানফা ১০০০গী মরক্তা য়াওতুনা খুন্দাখি। লাইরেন নোংশামৈনা মৈদিংঙু খাগেম্বগী য়াথং লৌরগা মৌন খুন্দারবা মীশিংবু মাগী মাগী জাতি, মখোঙনা লাক্পা মফম অমসুং মখোঙনা তৌরকপা শিনফম হংলগা মীনা মানা পাম্বা, চানবা শিনফমদা থাজিন্দুনা লৈপাক ডাক্লবা শীনলম্মী। মতুনা মপা মচা অনি অসিবু নিংথৌগী অথাকপা, অয়ে কপা মন্ ওইনা মৈদিংঙু খাগেম্বগী থৌগল্ তৌহখি। মতুংগুম্বা মখোঙগী পী রবা শিন্থা মন শাবা অতুদগী লৌতুনা লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা মপা-মচাগী য়ুম্নাক্ পু মনসম্ হাঙ্গনা থৌনবিখি।

অকুনসাহনা কনবা সাহ পোকএ। কনবা সাহনা সুলতান্ পোকএ। সুলতান্না সানোং পোকএ। সানোংনা উস্রোম, অকোং, অপোং অমসুং খাগী পোকএ। অতুগা অমুক সানোংনা মুপী অমদা ডাংবা, লুখোই, অহেনবা, লিক্লাই, খুঞ্জাও, লৈথম্বা, ৬ অসি পোকুনা মৈতৈ লৈপাক্তা পাল্লম্মি।

## (১১) দোলাইপাবম/দুলাইপাবম্

সাগৈ অসি মুসল্মান্ সৈখ কাংলুপকী মমুংদা চন্বা সাগৈ অমনি সাগৈ অসিগী পুকোক্তি নমফা অকন্বনি। পুকোক্ অসি শা-লান্দা থৌবা, মপাঙ্গল কন্বা, তরফ সনা লৈপাক্তা মমিং লৈবা মীশক্নি। মহাক্ তরফ সনা লৈপাক্ হাঙ্গবা সিলেটকী পাস মুসল্মান্ লৈপাক্, কছারীময়াংগী লৈপাক তাইনবদা লৈবা, লৈপাক অদুদগী মৈতৈ লৈপাক্তা লাক্পনি। মৈদিংগুচা সানোংবনা মৈতৈ লৈপাক্তা ময়াম্বশিংগা নিংঙাই শাংদানবদগী হি অমগী রাথোক্তা পান্শিন্দুনা শানোংবা হিকাঙ্গবা থোকপদগী মৈতৈ লৈপাক্কী তান্থোক্লবদা কছারা ময়াং নিংথৌ প্রথফিনান্দা চঙজদুনা মৈতৈ লৈপাক্তা ময়াংশিংনা লান্দাবিনবা হাঙ্গজরম্মী। ময়াং নিংথৌনা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দানবগী-দমক্তা য়ুম্থংনবা লৈপাক্তা পাল্লিবা পাস মুসলমান্ নিংথৌমচা মহম্মদ সানী, মৈতৈনা প্রসেনা লানচিংলেন্ মহম্মদনি কৌবা অদুবু মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দাবদা লান্ পাংবিনবা লাক্লম্মী। মহম্মদ সানীনা মাগা থানা লানচিংবা ১৭ মুনোর খাঁ অথৌবা, মোনাই অকনবা, অকোন্ অথৌবা, আলুপ অকনবা, চুলৈয়া অথৌবা, নমফা অকনবা, ফাইতোং অথৌবা, তুমিয়া অকনবা, খময়া অথৌবা, অনান অকনবা, খেনতো অথৌবা, অকুয়া অকনবা, খগ্না অথৌবা, মীয়াম্বা অকনবা, পুনে অথৌবা, কম্রো অকনবা অসি য়াওবা লাশ্মী ১০০৭কা .ক্রাঙ্গনা খৃঃ ১৬০৫গী মেরা থা ১৫নি পানবা নিংথৌকাবা মুমিত্তা মরৈপাক্ থাদোক্লম্মগা কছারীশিংগী লান পাংবা লাক্খি। মখোঙ্গগা কছারগী ভীম্বল্ অমসুং য়াখারেক্না লানচিংবা মৈতৈ নিংথৌমচা সানোংবা, ফালৈ-তাও অথৌবা, মাইকাতাও অকনবা, সেবুখি অথৌবা, তেকরাচা অকনবা, কৈকিয়ালুং অথৌবা, থরক্পা অয়াঙবনচিংবা অকন্-অথৌশিং য়াওবা লাশ্মীগা পুন্না মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দারক্লুনা ময়াং-শিংনা চকুপা থোংজাওদা, খোবুম্ চীঙদোন্ মথক্তা তেঙ্গোল সারগা

পাসা মুসল্‌মান্ লাম্মীশিংবু সারেন্ য়াঙ্গোই মপান্দা তেঙ্গোল্ শাহল্লে। মৈতৈনা লৌ তৌদুনা থা অহুম্ ভাইখো হাঙ্গীদুনা ময়াং অমসুং পাসা লাম্মীশিংবু থম্নবদগী ভীমবনগা য়াথারেক্কা লুচিংলক্পা লাম্মীশিংনা পাসা মুসল্‌মান্ লাম্মীশিংবু হুন্দোক্লম্লগা চেম্লক্পদা মৈতৈশিংনা কীরবা ময়াং লাম্মীশিংবু লানফম্ মনিঙ লোম্‌দগী থত্তুনা মোম্বা লৈহোম্ পাং মপান্দা ময়াংগা লানথেংনদুনা মাইথীবা পীখি। অদুগা য়াংগোই মপান্দা শারিবা পাসা মুসল্‌মান্ তেঙ্গোল্‌দি মৈতৈ লাম্মী; অকনবা থুরাইরাক্পা. সলামচা কিয়াম্বা, ভাংবমচা কোইভম্বা, লাইরেন নোংসামৈ লাইরিকয়েংবমচা জগৎসিং, য়ুম্নামচা ক্যাম্বা, হাওবমচা অরোই, য়েলাংবমচা থুনভম্, পালা কোইরেং, ওক্রমচা ক্যাম্বা, রাইরোকপমচা খুঙমনচিংবা অকন্ অথৌশিংগা লোঈননা শগোল তোংবা লাম্মী ১৮০ য়াওবনা পুং ও চুম্বা নোংমৈ কাপ্পদুনা লাম্মেংনববু মৈতৈশিংনা করিম্‌তৌবা ঙমখিদে। মরম্ অসিনা মৈতৈ নিংথৌ অমসুং মৈতৈ অঙাংশিং রাভানদুনা থোংনাং খুপলৈননা লৌশিংনা নমথুরসি হাঙ্গীদুনা লেপ্পরগা লৈপাক ভাঙ্গী-শিন্ননবা খুৎলাঙ্গী থম্মরগা রা ভাংনসি হাঙ্গীনা মৈতৈ তেঙ্গোল্‌দা মুসল মান্ লান্‌চিংলেন্ অমসুং লানচিংবা ১৫ মক্পু কৌরগা পাসা মুসল্‌মান্‌শিংবু নমদুনা ফাখি। মতুদগী মহম্মদ সানীনা মানা পুরকপা পুন্নমক্ লোইহাপোৎ ওইনা কংখি। অমসুং মৈদিংঙু খাগেম্বনা মখোঙ্গী পাসা লাম্মী ১০০০বু মৈতৈ লৈপাক্ত খুন্দা লৈতাফম্ পীদুনা লৈহনখি। লানফম্ অসি খৃঃ ১৬০৫ কী ইংভা থা ১৭ নি পানবা ইম্নাই হুমিত্তা লোঈরগা মুসল্‌মান্‌শিংবু খুন্দাফম্ পীখিবনি।

অম্মুম্না সাগৈগী পুকোক্ নম্‌ফানা মৈতৈ লৈপাক্তা লৈরক্লবদা খৃঃ ১৬০৫ দা দোলাই তোংবা হৌদোক্কুনা মৈতৈ লৈপাক্তা মৈদিংঙু খাগেম্বনা চৎনহনখি। মতুদা দোলাইরোইশিংবু পানবগী থৱক্ অসি

নমফা অকনবা অসিদা পীখি। অমসুং মহাক্না ময়ুম্বু দোলাইরোই পানা ময়ুম্নি হাইদুনা দোলাই পানবা ময়ুম্ দোলাইপানবম্ হাঙ্গীনা থোনবিবদগী মৈদিংগু নিংথেম পামহৈবা (ময়াম্বা, ময়াংগম্বা, নোংপোক ম্রাইরং পাম্হৈবা, গোপালসিং, গরিবনিৱাজ গরিবনিৱাজ (খ্রি: ১৭০৯-১৭৪৮)] গী স্না হাক্তক্তা "কম্বান" হাঙ্গীবা ফম্ শেম্লগা দোলাই পাবা লোইসচ্ লিংদুনা কম্বানগী মথাদা থম্লবদা দোলাই পান্বমদগী পোইরৈ তাদুনা শম্লক্লগা দোলাইপাবম্ হাঙ্গীনা খঙনখি।

## (১২) পুথি ময়ুম্

সাগৈ অসি মুসলমান্শিংগী সৈথ কাংলুপকী মনুংচনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি সৈথ জলালুদ্দিন্ কৌই। অদুবু মাগী মতম্গী মুসলমান্শিংনা মাবু কনিয়া হাঙ্গীনসু কৌই। মহাক্ অসি থবক্ তৌবদা মশা য়াংবা খিংবা অমসুং তৌখিবা থবক্তা পুক্নিং চঙ্না য়াঙ্না পাংথোক্লনবা, অদুগীসু মথক্তা মথোং য়াঙ্বা লমজেল্লোই, শ-উচেক্ তান্নবদা অমসুং ঙা ফাবদা অয়াং অথোবা ওইবা মীওই অমনি। মহাক কছারী লৈপাক্কী অম্রাং নোংচুপ্তা লৈবা সিলেটকী মনুং চন্বা পাসা মুসলমান নিংথৌগী তরফ স্না লৈপাক্ হাঙ্গীবা অদুদা লৈবা মুসলমান্ সৈথনি, কছারী নিংথৌ প্রথাক্নিনাম্না মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দানিংদুনা লৈরিবৈদা মৈতৈ নিংথৌ খাগেম্বা অমসুং মনাও নিপা অনি, খুরাইরাকপা কোইরেম্বা নম্রগা চীওসোম্বা অমদি য়াইস্কুললাক্পা সানোংবা অতোনবা অহুম্গী সানোংবা হিগাইরাগী রাথোক্তগী সানোংবা অতোনবা কছারদা চেন্দুনা ময়াং কছার নিংথৌদা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দাদুনা মহাক্না নিংথৌ ওইনবা লাক্লবদা মতেং পাংবীসু হাঙ্গীনা কন্না তক্সিল্লরে। মরম্ অসিনা কছারী নিংথৌনা মাগী লৈজরিবা লাম্মী অদুনদি মৈতৈ লৈপাক্পু

থুহুম্ চন্‌বা ওয়োই হাঙবা খঙলহুনা য়ুম্লোম্নবা লৈপাক্ পাসা মুসল্‌ম ন্‌শিংদা মতেং পাংবিনবা লাননেরুম্মী। তরফ মা লৈপাক্কী প্াসা মুসল্‌মান্ নিংথৌ মহম্মদ নাজিরীনা কছারগা তাইনবা লম্-শিংগী নবাপ ওইরিবা মহম্মদ সানী (মৈতৈশিংনা প্রসেনা লানজিংলেন্ মহমদনি/মংকন নিংথৌ সায়ি কৌবা) বু লান্ পাংলুনবা য়াথং পীবদগী মহম্মদ সানীনা মুর্নোন্ অথৌবা, মোনাই অকনবা, অকোন্ অথৌবা, আলুপ অকনবা, চুলৈয়া অথৌবা, নম্‌ফা অকন্‌বা ফাইতোং অথৌবা, তুমিয়া অকনবা, খময়া অথৌবা, অমান্ অকন্‌বা, খেন্দো অথৌবা, অকয়া অকন্‌বা, খম্বা অথৌবা, মীয়াম্বা অকনবা, পুনোং/পুর্ন অথৌবা অমসুং কস্ত্রা অকনবনচিংবা লানচিংবা ১৬ য়াওবা লাম্মী ১০০৭ শাবা লাম্মী পুহুনা কৈসাম্ ময়াংগী কুন্ সক্ ১৫২৭, খৃ: ১৬০৫ গী মেরা থাগী ১৫ নি পানবা থানিন- থাবুং নিংথৌকাবা নুমিত্তুগী তরপ সনা লৈপাক্কী থোঙ শাল্লকখি। মখোঙ্‌না কছাবী নিংথৌ প্রগফিনান্‌গী য়াথাংরেক অমসুং ভিমবলনা লুচিংবা; মৈতৈ নিংথৌমচা সানোংবা; মুর্নানথাঁ ফালৈতাও অকনবা, মাই-কাতাও অথৌবা সেবুধি অকন্‌বা তেক্‌কারাচা অকন্‌বা, কৈকিয়ালুং অথৌবা অমসুং থরক্‌পা অয়াও বনচিংবা য়াওবা থোংনাং ময়াং কছারী লাম্মীগা তিন্নহুনা, মৈদিংঙু চা সানোংবনা লমজিংলক্কুনা লাইমতোন কৌরুংবা লাল্লক্কুনা থৌবুম লম্বাদা লাক্লে। মখোঙ্‌না চক্‌পা থোংজাও য়োরক্‌পদা পান্‌না মনা ক্কা লল্লোনবা চংপা ওক্রমচা ক্যাম্বা অমসুং রাইরোক্‌পমচা থুঙম্‌গা ২না থেংনহুনা মখোঙ্গী নোংমৈ তোপ অমা হুহুনা পুররুগা মৈদিংঙু খাগেম্বদা কতুনা ময়াং লান্দারকপগী পাও তম্‌খি। মতুদগী লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা অরাং ইহারাইদম্বীনা য়াঙ্গোই মপান্ ফাওবদা মৈতৈ তেঙ্গোল্ ৪ লিংহুনা লান্ ঙাক্লবা থৌরাং তৌরম্মী। মৈদিংঙু খাগেম্বনা মাগী লৈজবা হাম্লগী নোংমৈ তোপ অমগা নৌনা লোক্লকপা তোপ অতুগনা তেঙ্গোল্ ৪ অহুদা কোইচিং চিংহুনা

তোপ য়াম্না লৈবা মানহল্লকপদা ময়াংশিংনা মখোইনা চকপা থোংজাও- গী খোবুমলম্বেল্গী চীঙদোন্দা মখোইগী তেঙ্গোল্ শারগা মহম্মদ সানীনা লুচিংবা পাসা মুসলমান্ লাণ্মীশিং তমপাক্তা য়াঙ্গোই তুরেল্ মপান্দা তেঙ্গোল্ শাহনখি। মুমিৎ ৭ নি চুপ্পা পাও থাদোক-থাজিন্ তৌনরগা মৈতৈনা লৌতৌতুনা থা ৩ লান্ তৌনদনা ভাইখো, মখোইগী লোইহা- পোৎ কবোদগী থিরুখিগে হাঈরতুনা লৈরিভৈদা মৈদিংঙুচা খ্বাইরাকপনা ময়াং লাণ্মী ফাখিবা উবদগী ময়াং, চীঙথক্তা তেঙ্গোল্ শাবশিংছ চেন্খিরম্মী। মৈদিংঙু খাগেম্বগী লাণ্মী মৈদিংঙুচা কোইরেম্বা খুরাইবাক্পা লাইরেন নোংসামৈ স্বর্জো জগৎসিং, অদোন্ মোংবিজাম্বা হাওমু য়ারবা, সেক্তা চাবু তাবা, অখোম্ ময়েন্, সলামচা ব্যাম্বা ওক্রমচা ক্যাম্বা, খ্বাইরোক্পমচা খুঙম্, ভাংবমচা কোইভম্বা, য়ুম্নামচা কিয়াম্বা হাওবম্চা অরোই, য়েল্লাংবা খুভম, পালা কোইরেং, খুমুক্চম্চা কবো, খ্বাংথৈরাক্পম্চা কৈশা, মোংশিচম্চা কোংভা, মাইপমচা কোইভম, খ্বাংখৈমমুম্চা কিয়াম্বা, সলামচা চেক্সা, নোংথোনবমচা মোইরাম্বা, তখেলময়ুম্ অথৌবা, থোকচোম্চা কোই- রেং সিরোমচা লাইরেনমৈ সলামচা কোইভম, মাইবমচা কৈশানচিংবা অকন-অখৌশিং অমম্বুং শগোল্ তোংবা লাণ্মী ১৮০ য়াওবা লাম্নানা লান্ফম্ মনীঙলোমদগী তান্দুনা তৌবুল-খোইজুমান্দা লান্থেংনদুনা ময়াং লাণ্মীশিংবু মৈতৈনা মাঈথীবা পীখি। অতুবু হাওয়েন্ য়াঙ্গোইবুংদা শাবা পাসা মুসলমান্ তঙ্গোন্দি পুং ৩ লেপ্তুনা মৈতৈগা কাপ্পবদম্ব মৈতৈনা কহিম্ব তৌবা ওমখিদে। মসিদা মৈতৈগী মবুংভো খাগেম্বনা মৈতৈ অভম-অখৌশিংগা খ্বাতানদুনা লৌ তৌরগা থোংনাং থুপ্কিনস্বা, লৌশিংনা নমথুরসি হাঈদুনা লেপ্পরগা মখোইগী লান- চিংসেন মহম্মদ সানী অমম্বুং লানজিংবা ১৫ মকপু লৈপাক্ অনি ভাইশিন্নবা খ্বায়োল্ ভাংনসি হাঈদুনা মৈতৈ লান্বন মঙ্গুংদা কৌরগা লাইরেন্ নোংশামৈনা খ্বায়োল্ ভাংনবদা খুৎশাঈ য়াওনরেইসি

হাঙ্গনা হৌদোক্তুনা মাগী থুংলাই হান্না লৌথোক্তুনা থম্লবদা মুসলমান্ অখোবশিংসু ইঙ্কাই থাঙ্দগী থুংলাই লৌথোক্তুনা থম্লগা হারী শান্নকমঙ্গা চডতুনা য়ারী শান্নরক্পদা মৈতৈশিংনা হকথেংনক্লা মুক্লাগী লান্ফম্দা হেনখিবনা থুল্লাইরাক্পা কোইরেম্বনা মহম্মদ শানী ফারগা, অতৈশিংসু মপা মপা ফানতুনা মুসলমান্ লানচিংবা ১৬ পুং ফাখি অমসুং নমতুনা লান্ তৌনদনা মাঙ্গথীরে হাঙ্গবা য়াহনখি। মসিদগী মহম্মদ সানীনা পুরকপা পুম্নমক্ মুসলমান্ সিফাই ১০০০গা লোঙ্গননা মৈদিংঙু খাগেম্বদা কত্তুনা হৈরাংখোংজম্ মোনসাংগী কুম সক ১৫২৮, খৃঃ ১৬০৬ কী ইংঙা থাগী ১৭ নি পানবা ইরাই হুমিত্তা লান্ লোঙ্গশিন্দুনা মুসলমান্ পাসা লাম্মীশিংবু মাগী মাগী সিনফম্, হৈনবী হুংতুনা অমসুং খঙ্দোক্তুনা মানা মানা পামজবা সিনফম্দা চংহন্দুনা মফম্ মফম্ চানা খুন্দাফম পীতুনা, লৌচা অমসুং তাম্লোই মতু, মৈতৈ নিংতোল্ অমমম পীতুনা মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্দাহনখি। অসুম্না পুখ্রিমযুম সাগৈগী পুকোক্ সৈখ জলালুদ্দিন্ চত্রগা কনিয়া অসিসু তুম ঙাফাবা অমা ওইনা মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্দাহনখি।

মতম থরা মৈতৈ লৈপাক্তা লৈরবা মতুংদা মাগা তরফ সনা লৈপাক্কী লাকমিন্নবা মুসলমান্শিংনা মানা মানা হৈজবা মহৈ পুথোক্লরকপা অমসুং মতুগী মনা অমসুং ইকাইখুম্নবা ফংনরক্পা অসিদগী তুম কনিয়া অয়াঙ্বসু গিরাৎ, সা তানবা তুমহিরা অকনবগা তিন্নতুনা মৈদিংঙু খাগেম্বদা মখোঙ্গনা অফাবা ঙা অমসুং সা কংলুবদা লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা তাম্লোই মতু অমমম পীবীতুনা পানহন্বি। মৈদিংঙু খাগেম্বনা ঙাঁয়োক্ ইকোম্ ওইনবা ক্যাংখোং তৌখি। অতুগা মতুবু সঙ্ননবা কনিয়/জলালুদ্দিনবু মতুগী মংাক্তা খৃঃ ১৬১৩ দা খুন্দাহনখি। ঙায়োক ইকোম্শিংবু খোংনাং নোংচুপ্

হারম.শিংনা পুকুরি নত্ত্রগা পুথ্রি হাঙৈনা কৌই। পুথ্রি মপান্দা খুন্দাবা ময়ুম.নি, পুথ্রি সঙবা ময়ুম.নি হাঙৈহুনা লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা কনিয়া/জালালুদ্দিনগী ময়ুম.বু পুথ্রিময়ুম. হাঙৈনা খোন্বিখি।

## (১৩) হবাই ইংখোল্

সাগৈ অসি মুসলমান্শিংগী সৈখ কাংলুপকী মন্নুং চন্বা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্শিংদি পুনোম সৈখ, কস্ত্র মহম্মদ/কস্ত্রাম মহম্মদ, অমসুং সমপ্র মহম্মদনি (মৈতৈনা খমনা ফাই হাঙৈবগী খম্বা কৌই)। পুনোম সৈখ, কস্ত্র মহম্মদ অমসুং সম্প্র মহম্মদ খম্বা হাঙৈবা পুকোক্ অহুম অসি কছারগা তাইনবা বাঙ্গলা দেশকী সিলেট ডিষ্ট্রিকী মন্নুংচনবদা লৈবা পাসা মুসলমান্ নিংথৌ মহম্মদ নাজিরী কৌবনা পানবা তরফ সনা লৈপাক্ হাঙৈনা কৌবহুগী খা থংবা লমথৈ মন্নুংদা চন্বা মকম অতুদগী লাকপনি। মৈতৈগী মবুংঙো খাগেম্বগী মমা হাক্তক্তা লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী মনাও ইবুংঙো ২, খুরাইলাকপা চৌঙসোম্বা/কোইরেম্বগা য়াইস্কুললাক্পা সানোংবা অতোনবগা, চৌঙসোম্বগী মমোম লতাম্নাগী ব্রাহৌদগী মনাই-মনাই হাক্নবদগী মুংঙাইনখিনে। লম্বা মান্নবা খুরাঙৈলাক্পগী মনাই মধু অমসুং য়াইস্কুল্লাক্পগী মনাই লবঙ্গ অনিসিগী ব্রাহৌ, লাতাম্নাবু থাজনবগী ব্রাকমদগী চিন্দি খোক্তনা মচানিংঙোল্ পোক্তবা সানোং-বনা লমন্ খুম্ননবা শিংহুনা লৈখিবদগী নাম্রাম্ কবোগী কুম সক ১৫২৫, খৃঃ ১৬০৩ গী হিয়াঙ.গৈ কুমজন্বদা মৈদিংঙু খাগেম্বগা মনাও ইবুংঙো খুরাঙৈলাক্পা চৌঙসোম্বা/কোইরেম্বা/লৈসা পাম্বগা হিয়াঙ. তোংহুনা লৈপাক্ কুম্মৈগীদমক্ হিয়াঙ তান্নখি। মসিদা খুরাঙৈলাক্পগী হি লৈতহুনা মনাও ইবুংঙো য়াইস্কুল্লাকপা সানোংবগী হি, মপাইবুংঙো সেনবী মুংয়াম্বনা থম্নথ্বা তান্নহি ব্রাঙৈরম্মী। থোংচু

ল্লাইবোক্‌পা মশুমাঙ, পাংয়াঙ্গী চনম্বা মকাইফম, থোঙলেন্ তাইবী লাংথবানগী লৈসাংখোং খোংলেন্দা হিয়াও লমজেন্দা হি থেঙ্গাইনহুনা সানোংবগী তান্নহি অহু হিক কাঙ্গেরে। মহুদা সানোংবনা মাগী হি পিরো হাঙ্গনা থৌখি। অকাঙ্গবা হিম্ম পীবা য়াবোই, ফোৎলগা হল্লক্‌পম্ম য়াবোই মমল্ ওইনা পীবম্ম পামদে, অতোপ্পা অহনবা হি অমা মহুৎ ওন্দুনা শিংলকপম্ম য়ারোই, হাঙ্গনা নিংডাই শাংদানবদগী লৈপাক্ নিংথৌ য়োরবদা মৈদিংঙু খাগেম্বনা পোকমিন্নবা ময়াম্বা অমা ওইনা ল্লাতাই ল্লাথাম্বা য়াম্রবদা মৈতৈ লৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা ল্লাযেল্ ল্লাতেমহুনা সানোংববু কোম্নুংগী পম্বাল্ ল্লাংমদা লৈহল্লু হাঙ্গনা ল্লাবোই তাববদা মৈদিংঙুচা সানোংবগা, মমা লৈমা চাংবোম্বাগা, সোবাইসমচা তাংখোম্বগা, ওইনামচা পুকচাওগা, থোক্‌চোম্‌চা মুবগা ল্লাগানহুনা থাংনাং ময়াং কছাবী নিংথৌ প্রথা-ফিনান্দা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দাবরুবা, সানোংববু মৈতৈ নিংথৌ ওইন্নবা মৈতৈ লৈপাক্ চানবা লানহৌবকও হাঙ্গনা লানথেম্‌খি। অমবোমদা ময়াং নিংথৌগা মৈতৈ নিংথৌগা শগোল্ শিন্নবগী ল্লাফমগী নুংডাইনদবা লৈবগা মধাংশিংনা মৈতৈ লৈপাক্তা খৃঃ ১৬০৪দা লান্দাবকখি। মৈতৈনা মাঙ্গথীবা ফংহুনা মৈদিংঙু খাগেম্বগা য়াখাবেক্কা মেন্দা ফমহুনা শবি শোন্নহুনা লোইহারবদা মথোঙ্গনা পাম্লিবা সগোলবু মৈদিংঙগী মদাইবেম সেক্তা চাবু তাবদা লোঙুনা থম্ববু সানোংবনা তাকুনা মযাংশিংগা লোঙ্গননা শগোল পুহুনা শানোংবম্ম কছাবদা চেনখি। কছাব নিংথৌ প্রথফিনান্দা মমা চাংবোম্বীবগা লোঙ্গননা মৈতৈ ফম্বাল ফংহন্নবা হাঙ্গজবদগী কছারী নিংথৌনা মাগী লৈজবিবা লাম্মাশিং অহুতনদি মৈতৈ লৈপাক্ লৌবা ঙম্মোই খঙহুনা যুম্লোন্নবা লৈপাক্ তবফ স্না লৈপাক্তগী মতেং নিবম্মী।

তবফ সনা লৈপাক্কী নিংথৌ মহম্মদ নাজিরীনা মাগী লৈপাক্কী খা থংবা শরুক্কী নবাব, মনাও নিপা থোকপা মহম্মদ সানীবু

কছারী নিংথৌবু মতেং পাংলুনবা য়াথং তৌরবদা মহম্মদ সানীনা পাসা মুসলমান লাম্মী ১০০৭, লানচিংলেন ১৬ মুর্নোন থঁ, মোনাই, অংকোন, অলুপ, চুমলৈয়া, নমফা, ফাইতোং তুনিয়া, থময়া অমান্ খেন্দো, অকয়া, সম্প্র মহম্মদ থম্বা, মীয়াম্বা, পুনোৎ, কল্রানচিংবা য়াওবা লাম্মী তেঙ্গেল পুত্নুা খৃঃ ১৬০৫ গী মেরাথাগী থানিন্ থাবুং নিংথৌকাপা মুমিত্তগী তরফ সনা লৈপাক্ থাদোক্লুনা কছার লৈপাক্ তারগা কছারী নিংথৌ প্রথাফনান্বী ভীমবল অমসুং য়াথারেকনা লুচিংবা মৈদিংঙুচা সানোংবা, ফালৈতাও, মাইকাতাও, সেপুধি তেককারাচা, কৈকিয়ালুং অমসুং থরকপা য়াওবা লাম্মীগা তিন্নরগা মৈদিংঙুচা সানোংবনা লমজিংত্নুা লাইমতোন্ ফোক্লংবা লান্নরগা খৌবুম্ তারক্লুনা ময়াংনা চক্পা থেংজাও চীঙন্দোন্দা তেঙ্গোন্ শারগা পাসা মুসলমান লাম্মীশিংবু সাবেন্ য়াঙ্গোই মপানদা তম্পাক্কী লমদা তেঙ্গোন্ শাত্নুা লৈখি। মৈতৈ তেঙ্গোল্না তাওযেন্ য়াঙ্গোইবুংদা শারগা লান থেংনবদা খোজুমান্ তৌবুলদা ময়াং লুচিংবশিং ফালৈতাও, মাইকাতাও য়াথারেক/লেংমাসা, অমসুং মুর্নোনথঁ/মুর্নোনথাবু হাৎলবদা ময়াংলাম্মীশিংদা পাসা মুসলমান্ লাম্মীশিংবু লুন্দোক্লগা কছার তান্না চেন্নখি। মৈদিংঙু খাগেম্বগী লাম্মী থুরাইলাক্পা চীঙসোম্বা; লাইরেন নোংসামৈ সুর্জো লাই-রিকয়েংবা জগৎশিং, কিয়াম্ লাইরেন নোংসামৈ অমসুং শগোল্ তোংবা লাম্মী ১৮০ য়াওবনা পাসা মুসলমান্ লাম্মীবু কোইশিন্দুনা পুং ৩ চুপ্পা কাপ্পববু মৈতৈনা করিমু তৌবা উমখিদে। পাসা মুসলমান্শিংবু থুৎলাই পাঙ্গনবা লান্‌ফমদা মাঙ্গথীবা শীব। উম্নরোই শঙত্নুা মৈদিংঙু খাগেম্বনা লৌ তৌত্নুা থুলাঙ্গ য়াওনদবা লানফমদা লৌশিংনা ফারসি হাঙ্গনা লেপ্পরগা লাইরেন্ নোংসামৈনা, লৈপাক্ অনিগী সন্ধি তৌনরসি হাঙ্গত্নুা পাসা মুসলমান্ লাম্মীগী লানচিংলেন্ প্রসেনা মহম্মদনি অমসুং লানচিংবা ১৬ পু মৈতৈ তেঙ্গোলদা কৌরগা

লাইবেন নোংসা মৈনা য়াত্তাই লাক্যেন্ তাইনবদা খুৎলৈ ঈ য়াওনবো-ইশি হাঙ্গিজুনা মানা হান্না খুৎলাঙ্গী লৌথোক্লুনা হল্লগা শক্তি তৌনফমদা চত্তবদগী মুসলমান্ লুচিংবশিংস্থু খুৎলৈ ঈ থনম্লগ চত্ত লক্লুনা য়াত্তাই হায়েল্ ভাং-ল্লকপদা হক্থেংনবা মুক্লাগী লোদা মৈতৈনা হেনখিবনা লান্চিংলেন্ মহম্মদ সানীবু খুরাঈম্লাকপা চীঙ্ সোম্বনা ফা-অইত অতৈশিংবু মপা মপা ফানজুনা হৎলাঙ্গী য়াওনদনা ঈমু-নাইমু শানদম্মা পাসা মুসলমান্শিংবু মাঙ্গথবে হাঙ্গবা য়ানহনখি। অস্তুম্না ঐহরাংখোংজম্ মোনসাংগী কুম্ সক ১৫২৮, খৃ: ১৬০৬ কী ইংগ্লা পাগী ১৭ নি পানবদা য়াঙ্গোইগী ৯ান্ লোঙ্গইগা লান্ফা মুসলমান্ সিফাই ১০০০ মু মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্দ-লৈতাফম্ পীজুনা খুন্দাহনখি। মসলমান্ লান্মীশিংবু মানা মানা হৈনবকপা, ভৌরক্পা অমসুং হৈবাক্পা শিনফম অমসুং মথৌ-মত্তম্দা থাজিন্দুনা মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্দাক্নখি।

পুকেক্ ওইথিবা পুনোম সৈখ অমসুং সপ্র মহম্মদ/খপ্পা অনি অসিগী হাঙ্গিখিবা মুসলমান্ খুন্দা-খুংথোক্ অসিদা য়াওবা মীওইশিংনি। মুসলমান খুন্দারবশিংনা মানা মানা হৈনবা শিনফম্ অমদি তৌবা ভম্বগী মহৈ-মশিং পুথোক্লুনা মৈতৈ নিংথৌ অমসুং লৈপাক্কী অত্তম্ অথৌশিংদা মা-মাগী মশক্ তাক্লকপা অমসুং মাখাঙ্গীগী খুৎসুমল্ অমদি মথৌমল্ ওইনা মৈতৈ নিংথৌগী মমা মথুম্ ফংনরক্লবা মতম অসিদা পুনোম সৈখনা মনা-মশিং থম্জুনা মচুমগী ফংলকপা পোৎ-থোক্শিং পুক্লুনা মৈদিংগু খাগেম্বদা কৎখি। মৈদিংগু খাগেম্বনা মাগী উংথোল কৌখিবা হৈ-শিংবা অমসুং থম্বাজি য়াওবা অচুগী মনা ওইনা পুনোম সৈখতা লাইশ্রম চন্দু তোম্বীবু তাম্লোই মচু ওইনা পীখিখি। পুনোম্ সৈনা লাইশ্রম্ চন্দু তাম্বী পানজুনা তোম্পোক্ পোকএ। তোম্পোক্না নোংথিল্ পোক্এ। নোংথিল্না অরেংম্ পোকএ। অরোম্না লাংতে পোক্এ। লাংতেনা তৌবা পোক্এ।

লোয়দাম থাবুম ৮ বু লান্শোক্লরগা ইংঙা থা ১৭ নি পানবা, ইরাই মুমিত্তা নিংথৌনা খল্লা ফাই হাঙ্গবগী মমিং খল্বা থোনবা সপ্র মহম্মদ অসিনা নিংথৌগী মনাক্তা সনা নাক্থং ওইনা থৌগলতুনা মতম খর লৈরক্লবদা ময়ুম তরক সনা লৈপাক্তা লৈহৌবা মনাওনিপা কস্র মহম্মদ অমম্মুং মচনমুপী চৈনান্দি অনিবু লৌথোক্লুগে, তরফ সনা লৈপাক্তা চৎলুগে হাঙ্গনা লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী য়াথং লৌরগা মৈদিংঙুগী চিঠি/লাইরিক তরফ নিংথৌগী মফমদ পুতুনা রাইখোমচা গঙ্গারাম, কবো মচা ত ওরিয়া, ওইনা পুকচাও, ময়াং সলিয়া/ সুলৈয়া, হাওবমচা লমথোক্, থোক্চোম্ চান্দা অমম্মুং সপ্র মহম্মদ খল্বা মথোঙ্গ ৭পু তরফ সনা লৈপাক্কী কোন্নুংদা থুংতুনা মৈতৈ নিংথৌগী চিঠি কৎলম্লগা তরফ নিংথৌ নাজিরগী থুদোল্ মৈতৈ নিংথৌগীদমক্ পুরক্লুনা সপ্র মহম্মদগী মনাওনিপা কস্র মহম্মদ, মচন মুপী চৈনান্দি অমম্মুং য়োথা লৈপাক্কী কানর থাঁ কৌবঙ্গা লোইননা থোক-কমিন্নরকখি। মথোঙ্গনা থোক্লকপদা কস্র মহম্মদনা হৈনৌ মরুনচিংবা হৈরম্ মথেল মুনা পুথোরক্লগা মৈতৈ লৈপাক্তা থাবদা চহি অহুমগী মতুংদা পান্দুনা মৈতৈগী মবুংঙো খাগেম্বদা হৈনৌ কৎখি। মহুদগী লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা সপ্র মহম্মদ খম্বনে, পুনোম্নসৈকনে, কস্র মহম্মদনে মথোঙ্গ অহুমক্তা লুচিংতুনা নিংথেম্ ইংখোললেন্ কোনা য়েন্সাং মথেল্ শেমউ হাঙ্গনা য়াথং পীতুনা অক্লাং হৈনৌ খোঙ্নেম্বী, খোমপীতোংতা নিংথেম্ ইংখোললেন্ হাঙ্গনা শেম্হনখি। অম্মুক্না লৈরম্বদগী মথাগী নিংথৌরোল্শিংদা ইংখোল্ অসি কোম্নুংগী মহারাজশিংগী চাননবা হরাই থাবদগী হরাই ইংখোল হাঙ্গনা মফম্ অহুবু খঙ্নখি মৈতৈ নিংথৌবু মহারাজ কৌবদি মৈদিংঙু পাম্হৈবা মা হাক্তকা মোইরাং খোঙ্গদোঙগী কুম্ সক্ ১৬৪৬ খৃঃ ১৭২৫, ফাইরেন্ থাগী ২০ পানবা লংমাইজিং মুমিত্তগী হৌই। অম্মুক্না হরাই ইংখোল্ হাঙ্গনা খঙ্নখিবদগী মফম্ অহুদা থুন্দাখিবা পাসা মুসলমান্ সৈথ কাংবু অহুবুসু হরাই ইংখোল হাঙ্গনা থোন্খি।

সপ্র মহম্মদনা লিকলৈমা পানচুনা খোঙ্গৈরী পোক্এ। খোঙ্গৈরীনা তেন্বা পোক্এ। তেন্বনা ফুকা পোক্এ। ফুকানা খোমদাং পোকএ। খোমদাংনা সেক্মু পোক্এ। সেকমুনা' পুক্চাও পুক্এ। পুকচাওনা খুঙম পোক্এ। খুঙম্না লমলোই পোক্এ। লমলোইনা সৈখ মহম্মদ পোক্এ। সৈখ মহম্মদনা অস্র মহম্মদ পোক্এ। অস্র মহম্মদনা তোনবা পোক্এ। তোনবনা খম্বা পোক্এ। খম্বনা অসোম্ পোক্এ। অসোম্না পুতু পোকএ। পুতুনা মোন্সম্ পোক্এ। মোনসম্না চাইবা পোক্এ।

কস্র মহম্মদনা কবোম্বা পোক্এ। কবোম্বনা কোইঙম পোকএ। কোইঙমনা খাকি পোক্এ। খাকিনা লাংমৈ পোক্এ। লাংমৈনা সঙ্গাই পোক্এ। সঙ্গাইনা মুক্ত্রাম্ পোক্এ।

## (১৪) লৌপান্ময়ুম্

সাগৈ অসি মুসল্মান্শিংগী সৈখ কাংলুপ্তা চনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসি খৃঃ ১৬০৬ তা পাসা মুসল্মান্ ওইরম্বদগী মৈতৈ পাংঙল্ ওইখিবা খুলৈবা সৈখ জালীগী ময়ুম্ খুলৈবদগী খাঙ্গখিবা সাগৈ ফুরূপ অমনি। খুলৈবম সাগৈগী মরক্তা মখোঙ্গী পু অমদি নিংথৌগী লৌ পানবা ওইবদগী মাগী ময়ুমবু লৌপান্নবা ময়ুম্ হাঙ্গবদগী পোইরৈ তাত্তুনা থৈথরক্লগা লৌপান্ ময়ুম্ হাঙ্গনা খঙনখিবা ওইরম্বা য়াই। য়ুম্নাক্ অসি লৌরুংবা লোইসঙ্ খৃঃ ১৭৭১ গী মমাঙ্ খৃঃ ১৬৫২ গী মতুংগী মতম্ অসিদা থোক্লরম্বা য়াই।

## (১৫) য়ুম্থাম্

সাগৈ অসি মুসল্মান্শিংগী পঠান্ হাঙ্গবা কাংলুপ অতুগী মন্থুং চনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসি করম্বা মতমদা মৈতৈ লৈপাক্তা

মখোঈগী পুকোক্ অহু থোক্লকপগে অমসুং মহাক্ অহু কনানো হাঈবা খঙবা ঙমদে। য়ুম্নাক্ মমিং অসিদগী খঙবদি য়ুম্ খাম্বা হাঈবদি য়ুম্ অনি খৎনব খাম্বা অমসুং য়ুম্ খাঈনবদগী ব্লাকম অসিনি। মুসল্মান্ য়ুম্নাক মমিংশিং অসি থোনখিবগী চৎনবা ব্লাকমগী মতুং ইন্না য়ুম্ খাঈদোক্লবা খাম্বগী ব্রাহন্থোক্লোমদা হেন্না হকচিন্না পুবনা ব্লাখুন্ অমতং সাগৎপা তারবদি মৈদিংঙু খাগেম্বগী হাক্তক্তা ফুন্দ্রেময়ুমগী কুন্দন খাঁ অমসুং জমান্ খাঁ মচিন মনাও অনিনা য়ুম খাঈরক্পা মতমদা মখোঈগা থন্দামিন্নবা, শাইগং-য়ুম্জিন্ লোন্নবা, মরুপ মপাং ওইনবা অমনা মখোঈ মচিন মনাওবু য়ুম খাঈনগনু হাঈনা খাম্বা মুপা অমগী ময়ুমবু মচিন্ মনাও য়ুম খাঈনবা খামঈ হাঈবগী য়ুম্ খাঈনবা খাম্বা ময়ুম, য়ুমখাম্বা ময়ুন্ হাঈববু অসম্বা হৈনবা মৈতৈ পাংগল অহল্ লম্মন্শিংনা য়ুমখাম্ হাঈনা থোক্লকপ্রা হাঈনা থাজজে মরম অসিনা সাগৈ অসিগী পুকোক্ অসিসু ফুন্দ্রেময়ুম্ অমসুং য়ুমখাইবমগা পুন্না তরক সনা নৈ াক্তগী থোকমিন্নরক্পা গঠান কাংলুপ ওইখিন্নবা ম্যান অমসুং য়ুম্নাক সাগৈ অসিসু ফুন্দ্রেময়ুমগী য়ুমখাইবম্ থোক্লক্পা মতম, মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা থোক্লকপনি হাঈনা থাজনৈ।

## (১৬) ভুঞাময়ুম্

সাগৈ অসি মুসল্মান্শিংগী মৈব হাঈবা কাংলুপ অহুগী মনুং চল্লি। সাগৈ অসিগী পুকোকশিং। পুকোক অসি করম্বা মতমদা মনিপুরদা থোক্লকখিবগে অমসুং কনানো, করম্বা মখলগী মীওইনো খঙ্বা ঙমজদ্রি। অহুবু হাঈরিবা ভুঞা মুসলমান্শিং অসি সিলেট অমসুং কছারদা কাংলুপ্ মপুং ফানা লৈ। হাঈরিবা অম্ অহিসিগী মুসল্মান্ কাংলুপশিংদিনা মৈতৈ পাংগলগী মরু ওইবা শরুক শাবনা

মরম ওইদুনা ভুঞঙ মনুমগী পুকোক্ অসিসু পাস। মুসলমান্ ওইগনি হাইনা থাজৈজে। অদুগা অ কুপস্ত মক্কম অসিদগী লাকপনি লৌজে। মথক্তা পঙ্খিবা মফম অনিসিদগী, সিলেটতগী মৈতৈ লৈপাক তা লাক্পদা কছাৰ ফাওরকই হাঙৈবসিদি মৈতৈ পাংঙল্শিংগী শাগেশিংগী মৈহৌবরোল অসিনা তাক্লি। মরম্ অসিনা মখোঙ্গী তুঞ্জা শাগেসিসু মৈদিংঙ্ খাগেম্বগী মতম অসিদা মৈতৈ লৈপাক্তা থোক্লক্লম্বা য়াই অদুবু তাংদাংবদি হাঙৈবা ওম্দে। সাগৈ অসিদি অতৈ মৈতৈ পাংঙলশিংনা অনৌবা য়ুম্নাক্ মমিং লৌবগুম্ লৌদে। মখোঙ্গীনা মৈতৈ লৈপাক্তা লাক্লিঙৈদা ওইরম্বা সাগৈ মমিং "ভুঞ্জা" হাঙৈবদু অদু লৌরগা মৈতৈ সাগৈ নত্রগা য়ুম্নাক খঙ্নবা য়াহে মথুম্ হাঙৈবদু তপশিল্লগা মখোঙ্গী সাগৈবু তুঞ্জমযুম্ হাঙৈনা থোন্থি অমসুং খঙ্নথি।

## (১৭) অংিবম্

সাগৈ অসি মুসল্মান্শিংগী সৈখ হাঙৈবা কাংলুপ অদুগী মসুং চল্লি। সাগৈ অসিগী পুকোক্শিংদি সৈখরুবা, অশিম্ সাহ, কুতুরান্ খাঁ অমসুং সাদিক কৌই। সাগৈ অসিগী পুকোক্শিং অসি খৃঃ ১৬০৬ কী মমাঙদা মৈতৈ লৈপাক্তা থুম্লে ক্লক পা মীওইশিংনি হাঙৈনা লৌনৈ। মখোঙ্গী পুকোকশিং অসি মৈতৈ পাংঙল্ ওনখিবদগী সৈখ কাংলুপতা চঙ্খিবগুম্ মাল্লি, মমিংশিং অসিদদি পঠান অমসুং মোগল্ কাংলুপশিংগী মমিংশিং য়ারিবা অসিনা তাক্লিবদি মখোঙ্শিং অসি য়ান্শিন্নবা কাংলুপশিংনা সৈখ কাংলুপ্তা লেপখিবনি হাঙৈজনিংই। মুসল্মান্শিংনা মনিপুরগী য়ুমলোন্নবা লৈপাকশিংদা থুন্দাবা হৌখিসি ১৪ শুবা খৃষ্টাব্দদনি। অদুনা লৈপাক্ নিংথৌ খওদনা মৈতৈ লৈপাকী লমখেদা চঙ্লক্লম্বা য়াবদি ১৬ শুবা খৃষ্টব্দগী চঙ্লক্লম্বা য়ারে অদুবু মখোঙ্শিং অদু খৃঃ ১৬০৬ মৌত্রিবা ফাওবদি মৈত্রবাকী

লৈপাক্ নিংথৌনা সকখণ্ড-মাঙ্গীখণ্ডত্রি। অদুগুম্বা সকখণ্ড-মাঙ্গীখণ্ড-ত্রিবশিং অদুগী মরক্তা অরিবম সাগৈগী পুকোকশিং নত্রগা মখোঙ্গীগী মপা মপুশিং অদুসু য়াওরবনি। অদুবু মৈদিংগু খাগেম্বগী মতমদা খৃ: ১৬০৬ কী মতুং নত্রগা মতম্ অদুবাইদা মৈতৈ পাংগলশিংগী য়ুম্নাক্ পীনরকপা মতমদা মখোঙ্গী অসিবু নৌনা লাক্লিবা, খৃ: ১৬০৬কী পাসা মুসলমান ময়ামদগী হান্না লৈরম্লবা অরিবা খুন্দারম্লবা মুসলমান্ কাংলুপনি হাঙ্গৈনা সক তাকপদগী মখোঙ্গী পুনশিল্লগা খাগেম্বা হাক্তক্তা থোক্লকপশিং অসিদগী লিরবা, অরিবা ময়ুমনি হঙ্গৈদুনা অরিবম হাঙ্গৈদুনা মৈদিংগু খাগেম্বনা থোনখিবা ওইরমগনি। অদুগা মখোঙ্গীবু অরিবম থোনখিবসি লাইরেন্ নাওফংবা (চৈথারোল কুম্বাবগী মতুংইন্না চাওরাক্লা ( খৃ: ৪২৮—৫১৮ ) না থোনবনি হাঙ্গৈনা কোন্নুংগী পণ্ডিতশিংনা পীরিবসি নাওফংবগী মতম অসিদদি মুসলমানশিংনা মৈতৈ লৈপাক্লা য়ুমলোন্নবা লৈপাকশিংদা মুসলমান্ য়ৌরকপদি লাঙ্গৈরদুনা ভারত্তা ফাওবা য়ৌরক্ত্রি। ভারত্তা মুসলমান্ য়ৌরকপসি খৃ: ৭১১ তনি। চুম্নদমক য়ৌরকপনি, লান জয় তৌরবনি খুন্দাবা লাকপা নত্তে। আরবকী মহম্মদ মির কাসিম্না সিন্ধু জয় তৌখিবনি। খৃঃ ৯৭৭ তা সাবুক্তিগিন্না ভারত্তা লান্দাবা হৌরকপা অমসুং মাগী মচানিপা অহল ঘাজনীগী সুলতান মহম্মদনা খৃ: ১০০১ দগীনা খৃ: ১০১৫ ফাওবা ভারত্তা লান্দারম্বা, পঞ্জাব, ভেরা, নগরকোট, কনৌজ অমসুং সোমনাথ জয় তৌখিবা অমদি পঞ্জাব লৌশিনখিবা, অসিদগী হৌনা ভারত্তা মুসলমান খুন্দারক্কনা মহম্মদ গোরীনা খৃ: ১১৯৩ দগী দিল্লিদা মুস্লিম সম্রাজগী কোন্নুং লিংখৎখিবদগী ভারত্তা মুসলমান খুন্দারে, অদুগা খৃঃ ১২০২ দা মহম্মদ ইবন বক্ত্যার খিলজিনা নোংচুপ অমসুং নোংপোক থংবা বেঙ্গল জয় তৌবা মতম, বেঙ্গলনা ইল্যাসকী মনিং-মথা তম্লকপা, ভারত্তা বাবরনা পানবা হৌবাখৃ: ১৫২৬ য়ৌত্রিফা-ওব দি হাঙ্গৈরিবা সাগৈসিদা তিল্লিবা মুসলমান কাংলুপশিং অসি মৈতৈ

লৈপাক্কী ওমখৈগা তাইনবা লৈপাক্কী লমদমশিংদা থুন্দাখি। অতুনা সনা কোন্নুংগী পণ্ডিতশিংনা পীরিবসি " সাকোক লমলেন " অমসুং " কংলা হওবা " কৌবা পুয়াশিং ইরবা মতুংদা শাজিনবা মাল্লি। অমসুং পুয়াশিং অসিদি খৃষ্টব্দ ১৮৩০ গী থাহি ( থাসি ) গী লান মৈদিংঙু চীঙলেন নোংথ্রেন খোম্বা, রাজা গম্ভিরসিংহনা চৎলুরবা মতুংগী পুয়ানি। পুয়া অসিসিদা পাংঙল পল্লি হাঙ্গইতুনা ভাবনা শারগা হাঙ্গইজিনবনি। পাংঙলদি মুসলমানশিংতবু নত্তে, ময়াং, তখেল অসিনচিংববুসু কৌই। মৈতৈ পাংঙল কোরক পদি গম্ভিরসিংহগী মতম, হাঙ্গইরিবা সক্ খৃ: ১৮৩০ অসিরাইদগীনি। মরম অসিনা মৈতৈ পাংঙল্ অরিবম সাগৈশিংসি খৃঃ ১৬০৬ কী মুসলমান্ থুঙ্হোক্ অচৌবা অসিগী মমাঙদগী থুন্দারম্বা মুসলমানশিং অদুবু লৈপাক নিংথৌনা শকখঙলকপা সাগৈ মমিংনি।

## (১৮) মেরাইময়ুম্

সাগৈ অসি মুসলমানশিংগী সৈয়দ হাঙ্গইবা কাংলুপ্ অতুগী মনুং চনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোকশিংদি সৈয়দ অম্বিয়া, সৈয়দ আবদুল্লাহ অমসুং সৈয়দ কালকা হুসেন্নি। হাঙ্গইরিবা পুকোক অহুম অসি খৃ: ১৬০৮ তা পাসা মুসলমানগী লৈপাক তরফ সনা লৈপাক্কগী থোরকপনি। মখোঙ্গ অসি ফাকির, লাইফম কোইবা, লাই নিংবা অথোইবা, মৌলবী ওইবা মীওই ওাক্তনি। মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা থোংবম মংসাগী কুম সক ১৫৩০, খৃঃ ১৬০৮ গী কালেন থা হুমনি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিত্তা ময়াং লান য়ৌরকএ হাঙ্গইনা তাতুনা লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা অহৈবমচা তেনবা, করো লাতোং অমসুং লাইতোনজম্‌চা তোনববু য়েংঙুচো হাঙ্গইনা য়াথং পীখিববু মখোঙ্গ অহুম্না কবুইনা হাঙ্গইনৈ হাঙ্গইতুনা মফমদি য়ৌরুদনা, লান থাই তুরেল লাল্লক্লে হাঙ্গইনা পাউ তম্বদগী মৈতৈ লৈপাক্কী মুপী-অঙাংশিং

থৈদোক্লতুনা লৈপাক ইন্নাং থোকপা মথৈ লাঞ্জেনরে। অদুবুময়াং লান্দি ওইরমম্রবদগী মখোঙ্ঈ অহুম্মকপু স্না কৈথেল্ কাংপোক্পীদা পুথোক্লগা লৈপাক্ কাঙ্ঈহনবগী মীনম্বা ওাংবগী মরাল্ পীডুনা হাংখি। লাননি হাঙ্ঈরিবা অসি সৈয়দ অম্বিয়া, সৈয়দ আবদুল্লাহ, সৈয়দ কালকা হুসেন, মানতকুপ, কানসিং, মিনসৈখ, অপুখান, চম্বিয়া, নচিংবা পাসা মুসল্মান্শিং, বামোন রামনারায়নচিংবা বামোন ৭কা স্বুত্রা কালিসানচিংবা মণ্ডাগা পুন্না মী ৩৭ থোরকপা ওইরম্মী। সৈয়দ কাল্কা হুসেন্না লনথাঙ্দা মাগী মপাংশিংবু ওাইহল্লগা অমুক্ তরপ সনা লৈপাক্তা হন্দুনা পুরান্ (কুরান্–কোরোন্) লাইরিক্ অচৌবা লৌবা চৎলুরগা লাক্লুমা মপাংশিংগা লোঙ্ঈননা মৈতৈ লৈপাক্তা থোক্লক্লম্মী। মরম অসিনা মখোঙ্ঈ খৃ: ১৬০৮ গী কালেন্ থাগী হুমনি পানবদগী থোরক্লবস্থু লম্বীদা ফাঙ্ঈডুনা লৈবনা চহিসিগী (খৃঃ ১৬০৯) ফাইরেল্ থাগী ১৭নি পানবা নিংথৌকাবা নু মত্তা মৈতৈ কোন্নুংদা থুংলম্মী।

পুন্নমক সকুখঙ্ মাঙ্ঈখঙ্নরবা মক্তুংদা লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা মখোঙ্ঈ অহুম্মকপু করি থবক্তা লাক্পনো হাঙ্ঈনা হংবা মতমদা লাইরিক চিঠি পান্নগা থুমখি – "হে নিংথৌ-ও॥ পোইরৈ মরৈপাক॥ রাংংম্ লাইনিঙফম॥ সনা লৈপাক অসিতো॥ অতোম পোক্লেন্ অচিপাকি॥ সনা থুনফম্লেন্॥ লুমপাসা লৈপাক্কী॥ চীঙ্লেন্ পলংলা পাইরকপাবু॥ সুস্থ অত্তিয়াদা॥ তম্পাক্ লঙ্ঈ-তাদনা॥ লংনা লৈএ হাঙ্ঈপাকি॥ লংমাই লংবা চীঙ্-ও। তৌনা কৌএ হাঙ্ঈনা॥ পাসা লৈপাক্ পুমনামাকি॥ পুরান্ লাইরিক্ অচৌবদা॥ লৈভম্পাপু নাতাএ॥ অতুকীপু তপস্যা লাইনিঙ্কে॥ লাইয়িংথৌ নোংপোক্ হুমওইবগী॥ সনা খুফম্লেনপু॥ পুরুমচক্কে হাঙ্ঈনা॥ সনা নলৈপাকপু য়িন্তাল্লকপনে"॥ হাঙ্ঈনা খুন্নবদা নিংথৌনা ইকাই খুন্নবগা লোঙ্ঈননা মখোঙ্ঈ ৩ মকপু লুনা চান্না

ঘৌক্লুনা থম্খি মৈতৈ পাংঙল্ লুচিংবগা, মৈতৈ নিংথৌগনা মখোঙ্গীবু চৎতল্লগুমসি হাঙ্গীনা খল্লতুনা সৈয়দ অমখিয়াদা নোংথোনবম চন্নু হেমাবতি, সৈয়দ অবদুল্লাহদা য়ুম্নাম্ চন্নু লেঙ্গী অমন্থুং সৈয়দ কাল্কা হুসেনদা মোইরাং চন্নু কুঞ্জোবু লেবা তৌহন্দুনা অপাম্ লাংদা খুহল্লগা মৈতৈ লৈংাক্তা খুন্দা লৈতাহনখি।

মির সৈয়দ হাঙ্গীনা মৈতৈ মুসল্মান্শিংনা হাঙ্গীনা খঙ্নরিবসিংনা মৈন্নিংঙু খাগেন্দগা য়ানতুনা, মুসল্মান নিংথৌগী মৌলবী সৈয়দ তমঙ্কা ওইবদগী মখোঙ্গীবু "সৈয়দ" হাঙ্গীনা খঙনখি। অতুগা মৈতৈশিংনা মির লাইওইবা হাঙ্গীনা মিংথোল্ পীতুনা খঙনখি। মরি লাইওইবগী ময়ুমনি হাঙ্গীতুনা মৈতৈ নিংথৌ তুবী চরাইরোংবনা মির সৈয়দ অহুম্ অসিগী চাদা নাওদাশিংবু মেরাইময়ুম্ হাঙ্গীনা থোনখি। ইবাই খুম্নবগী মিংথোলদা কাংলুপকী মিংথোল্ লৌখোক্লগা মনিপুরী মুসল্মান্ কাংলুপ মৈতৈ পাংঙল নাগে পুম্নমক্কী মৌলবী ওইবা মেরাই ময়ুম্নি।

## (১৯) বগীময়ুম্

সাগৈ অসি মুসলমান্শিংগী সৈথ হাঙ্গীবা কাংলুপ, অতুগী মতুং চনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি পুর্ণ নুত্রগা পুনোং হাঙ্গীনা কৌই। মহাক্ সাদা লান্দা কন্থৌবা অথোইবা লান্মীশিংগী মরক্তা শীঙ্থানবা মীশক্ অমা অমন্থুং পাসা মুসলমানশিংগী লান্মীগী সর্দার ওইবা লান্চিংপুরেল মহম্মদ সানীনা পুরক্পা পাসা মুসল্মান্ লান্মী ১০০৭ কী মতুংদা অথল্লবা লানচিংবা সরদার ১৬ কী মতুংদা অমনি। মহাক সিলেটতা লৈবা পাসা মুসল্মান্ নিংথৌ মহম্মদ নাজীরীনা পানবা তরফ সনা লৈপাক হাঙ্গীবা লৈপাক অতুগী খা থংবা শরুক্কী লান্মী তেঙ্গোল মরক্তা য়াওবা সর্দারশিংগী মতুংদা অমনি।

পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্তা মৈদিংঙ্ খাগেম্বনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লবা মতমদা মনাও ইবুংঙো য়াইমা চীঙদোম্বা/লৈসাপাম্বা/কোইরেম্ববু খুরাঙ্গৈলাক্পা অমসুং মনাও ইবুংঙো অতোনবা সানোংবকু য়াইস্কুল্লাক্পা হাপ্তুনা পাল্লক্পদা মনাও ইবুংঙো অনিসি মনাই অচানবশিং, খুরাঙ্গৈরাক্পগীনা মধু, য়াইস্কুল্ লাক্পগীনা লবঙ্গ কৌবা অমমম্ লৈরম্মী। মনাও ইবুংঙো অনিস্পিনা মনাও ইবুংঙো খুরাঙ্গৈরাক্পনা পোকচবী মচা ইবেম্মা লতাম্লাবু মাগী-মাগী মনাইশিংদা থাজনিংলম্মী। নোংমা রাকম্সি হৌদোক্লবদগী মনাও ইবুংঙো য়াইস্কুললাক্পা সানোংবা ইকাইবা নংখি অমসুং মচা নিংঙোল পোক্তেদকো হাঙ্গৈনা রারৌবগা লোঙ্গৈননা নিংঙোল পোক্পা ময়াম্বুংগী মথক্তা লমন্ শিংননবগীদমক্তা থরুম তৌদুনা শিডদুনা লৈরম্মী। হাঙ্গৈরিঙৈ মরক সিদা হিয়াঙ্গৈ কুমজনবদা হিয়াঙ লমজেন্ তৌবা তারে, হিয়াঙ্ তোংগদবনা মৈদিংঙ্ খাগেম্বনা নহারুপতা অমসুং মনাও ইবুংঙো খুরাইরাকপনা অহল্লুপতনি। মসিদা মৈদিংঙ্চা খুরাইরাক্পগী তান্নহি লৈতদুনা মনাও ইবুংঙো য়াইস্কুল্ লাকপা সানোংবদা লৈরিবা মপা ইবুংঙো সেন্বী মুংয়াম্বগী খোঙনেৎ হি কবো ঙম্বা চৌকোং ফাবা কৌববু রাঙ্গৈরগা হিয়াঙ্ তান্ননবা থৌরাং তৌরম্মী। হিয়াঙ কুম্মৈ অসি নাত্রাম কপোগী কুম সক ১৫২৫ খৃ: ১৬৩৩ গী হিয়াঙ্গৈ থাদা থোংচু রাইরোকপা মস্লমাঙ, পাংয়াঙ্গৈ চানম্বা মকাইফম্ থোঙলেন্ তাইবী লাংথবান্গী লৈসাংখোং খোংলেন্দা তান্নখি। হিয়াঙ লমজেন অসিদা হিয়াঙ্ ঙানবদগী হি থেঙ্গাঙ্গৈদুনা খুরাঙ্গৈরাক্পনা মনাও ইবুংঙো য়াইস্কুল্ লাক্পদগী রাইরুবা হি অসি হিরু কাঙ্গৈখি। মতুদা মনাও ইবুংঙো খুরাইলাক্পনা হি অসি কাঙ্গৈখ্রে ফোৎলগা হান্নগীগুম শেম্লগা থিল্লকউরা, অনৌবা হি চাওবা শাংবা মান্নবা অমা শিংঙুরা নত্রগা মতিক চাবা মমল হল্লুরা হাঙ্গৈনা হংবদা সানোংবনা থাইনগী মলোমদুনা পুমম্লকু

অমত্তা পামজদে মাগী হি ক.ঈদবা থুরাঈরাক্পগী মনাই হিরোঈহনবনা পুথিবা অত্থুতা পীবিয়ু নত্রবদি হি অত্থু পুরক্কগী ফংফম্. থোকপত্থু হি পুথিবা হিরোঈহনবত্থুনা ফংজসত্থু হাঈনা সিখাঙ. খাঙ.ত্থুনা লৈথিবদগী লৈপাক নিংথৌ য়ৌনরে। লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা পোকমিন্নবা ময়াম্বা অহল ওইনা রায়েল তৌবদা রাতাইবা ভমত্রত্থুনা লৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা রাথি-রাতেম্বদসু মৈদিংঙ্.চা সানোংবা, মানা হাঈখিবত্থুদগী হোংঙ, হাঈবা য়াত্রবদা মৈদিংঙ্. খাগেম্বনা কন্ফম্ থোক্পঃ মনাই হিরোইহনববু কল্লগা মনাও ইবুংঙো সানোংববু নিংথেম্ কোন্নুংগী ভমপাকয়ুম্গী লমখৈদগী তাম্থোক্ক্.না সানোংবা হিগাইরাবু রায়েল চৎনরা হাঈত্থুনা রারোই রায়েল রাতেমখি।

লৈপাক্ নিংথৌগী রায়েল অসিবু য়ানিংত্রবা সানোংবগী থুৎপু অমসুং মমা লৈমা চাংবোম্বীনা ময়াং কছারী নিংথৌ প্রথাফিনান্গী মফমদা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দারক্লবা লান্কোখি। মত্থুদগী থোংনাং কছারীশিংনা শগোল শিন্নবগী রাফমগা পুনসিন্নত্থুনা খৃঃ ১৬০৩ অমসুং খৃঃ ১৬০৪ দা লান্ তারকখি। অকোনবগী লান্দারক্পা অসিদা মৈতৈশিং মাঙ্থীবা ফংত্থুনা ময়াংদা লোই হারগা ময়াংগী লুচিংবা য়াখারেক্কা লৈপাক অনিগী রাতাই রাশক্লখি। অত্থুগা মৈদিংঙ্. খাগেম্বনা সেক্তাদা লোত্ত্.না থম্বা সগোলবু মনাও ইবুংঙো সানোংবনা য়াখারেক্কা তান্নরগা ত্থুনা পুরগা সানোংবা মসাম্থু কছারদা চেন্নবা লাক্লরকখি। মত্থুদা মৈতৈগী য়ান্নামচা ক্যাম্বা, হাওবমচা অরোই, য়েল্লাংবমচা খুওম, পালা কোইরেং অথৌবনচিংবনা লাঞ্জিংত্থুনা লাংজিং চীঙখোঙদা লান শোক্লরগা য়াখারেক্কা লোঈননা মৈদিংঙ্.চা সানোংবা কাছারদা চেনখি।

কছার য়ৌরগা মমা চংবোম্বীনা ময়াং কছারী নিংথৌ প্রথফিনান্দা মৈতৈ লৈশাক্তা লান্দাত্থুনা মৈতৈ লৈপাক লৌরগা সানোংববু মৈতৈ

লৈপাক্কী নিংথৌ হাঙ্গীয়ু হাঙ্গীজবদগী প্রথফিনান্না মাগী লৈজরিবা লাম্নীহুনা মৈতৈ লৈপাক শৌবা ওয়্নোই খঙলহুনা য়ুমলোন্নবা লৈপাক্কী পাসা মুসল্মান্ নিংথৌ মহম্মদ নাজিরীদা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দাবদা মতেং পাবিয়ু হাঙ্গীজবদগী তরফ সনা লৈপাক্তা পাসা মুসলমান্ নিংথৌনা কছারগা তাইনবা লম্থৈদা নবাপ ওইরিবা মনাওনিপা থোকপা মহম্মদ সানী, মৈতৈনা প্রেসেনা লানচিংলেন্ মহম্মদনি কৌবহুদা কছারগী নিংথৌগী লান্ পাংঙ হাঙ্গীনা য়াথং তৌরক্পদগী মহম্মদ সানীনা মুর্নোন খাঁ, মোনাই, অকোন, আলুপ, চুলৈয়া, খম্বা, মীয়াঙ্গ, পুনোৎ, বস্ত্র কৌবা লানচিংব ১৬ য়াওবা পাসা মুসলমান লাম্মী ১০০৭ না শাবা তেঙ্গোল্ অমা পুহুনা খৃঃ ১৬০৫গী নেরা থাগী ১৫ নি থানিন্ থাবুং নিংথৌকাবা হুমিত্তগী মরৈপাক্ তরক সনা লৈপাক থাদোক্নুনা কছারী নিংথৌগী কোন্নুংদা লান্ পাংবা লাক্লম্মী। ময়াং কছারী লাম্নীগী লানচিংবা মালৈতাও, মাইকাতাও, সেবুখি, তেক্কারাচা- কৈকিয়ালুং অমসুং থরকপা য়াওবা ভিমবল্ অমসুং য়াথারেক্ কৌবনা লানচিংলেন ওইবা লাম্মাগা তিন্নগা মৈদিংঙুচা সানোংবগী মনাই লবঙ্গ, সোরাইসমচা তাংখোম্বা, ওইনাম্চা পুকচাও, থোকচোমচা মুবা য়াওবা মৈতৈ তেঙ্গোলনা লমজিংলগা কছারদগী মৈতৈ লৈপাক্লোমদা খোঙ শাল্লকখি।

অপুন্বা কছারী ময়াং লাম্মী অসিনা লাইমত্তোন্ ফৌরুংবা লাল্লরুগা খৌবুম তারক্নুনা চকপা থোংজাও য়োরক্লবদা মাঙ থাবা লাম্মী থরনা পুখিবা নোংমৈ তোপ যাত্রাববু মৈতৈ মচা ওক্রেম্চা ক্যাম্বগা, রাইরোকপমচা খুঙমগা অনিনা পান্না মনা শৌবা চৎপদা থেংনহুনা হুহুনা পুরক্লগা মৈদিংঙু খাগেম্বদা কৎখি। মৈদিংঙু খাগেম্ববসু য়িহারাইদগী হাওয়েন য়াঙ্গোইবুং ফাওবা লানবন শয়্নগা তেঙ্গোল ৪ থোক্লা শাহুনা ময়াংশিংবু ভাইহুনা লৈরম্মী। মৈদিংঙু খাগেম্বগী, মৈদিংঙুচা খুরাঙ্গীরাকপা কোইরেম্বা/চিঙসোম্বা/লৈসা পাম্বা

লাইবেন নোংসাম্নে/স্বরজো জগৎসিং, কিয়াম লাইয়েনমৈ সেক্তা চাবু তাবা, মোংখিজাম্বা, হাওমু য়াহবা, অখোম ময়োন, সলামচা ক্যাম্বা, ওক্রম্ ক্যাম্বা, খাইরোকপম খুওম, ভাংবম কোইজম্বা, য়ুম্নাম কিয়াম্বা, হাওবম অয়োই, য়েল্লাংবা খুওম, পালা কোইরেং, খুমুক্চম্চা করো, রাংথৈরাকপমচা কৈসা, মোংপিচম কোংভা, মাইবম্ কোইওম, খাংথৈময়ুম কিয়াম্বা, সলাম চেক্সা, নোংথোনবম মোইরাম্বা, তখেন ময়ুম অথৌবা, থোক্চোম কোইরেং, চিরোম লাইরেন্মৈ সলাম্ কোঈওম্, মাইবম্ কৈসানচিংবা অকন-অথৌশিং অমম্তুং সগোল তোংবা লাম্মী ১৮০ য়াওবা মৈতৈ লাম্মীনা মশাগী হু মা লৈজরম্বা তোপ ১ গা অনৌবা লোক্লকপা যাত্রাবগা তেঙ্গোল ৪ কৌইনা চিংদুনা কাপ্লগা ধম ভৌরকপদা, অহিংদা য়িহারাইদগী য়াঙ্গোইখুং ফাওবা উচান মৈরা পরেং থান্দুনা লাম্মী মশীং য়াম্বা মানইল্লকপদা ময়াং শিংনা কিহুনা মখে ঈগী লাম্মীনা চীওথক্তা, খৌবুম লম্বী চকপা থোংজাও চীও দোন্দা তেঙ্গোল শারগা, লানেক্ ওইরক্পা পাসা মুসল্মান্ লাম্মীবু তমদা য়াঙ্গোই মপান্দা শাহন্দুনা ময়াং লাম্মীশিংনা লৈখি। মৈদিংগুচা খুরাঈরাক্পনা শগোল্ মথক্তগী ময়াং লাম্মী অকঃবা অমবু হিংনা ফারগা ফাক্তা য়েন্নাও চেনখত্তুম চেন্দুনা পুখিবদগী ময়াং শিংনা পাসা মুসলমান লাম্মীবু তাক্লমদনা অহিং অমদা লোম্না চেনখিগে থৌরাংলকপদা মৈতৈনা পাও ফংহুনা লান্ফম্ মনীংলোমদগী থংলগা লান্দাম্রক্তুনা ভৌবুল্ খোইজুমান্দা হুকথেংন্নবা য়াম্নরক্পদা মৈদিংগু থাগেম্ববু মুর্নোন খাঁগা, ফালৈতাও অমতুং মঙ্গৈকাতাও অহুমক্তা কোঈশিন্দুনা শিবা য়ানা নংলবদা নোংসামৈনা কনখি অমম্তুং মুর্নোন খাঁ/লেংমাসাবু হাৎখি। অতুদগী ময়াং লাম্মী তেঙ্গোল ফাঈহুনা মাঙ্গৈকে খণ্ডদনা চেম্নখি।

ময়াংশিং চেনখ্রবা মতুংদা সারেল য়াঙ্গোই মপান্দা তেঙ্গোল শারিবা পাসা মুসল্মান্ লাম্মীশিংবু মৈতৈশিংনা মাঙ্গৈকে ৪ মক

কোঈশিন্দুনা নোংমৈ কাপশিন্দুনা পুং ৩ চুপ্পা লানথেংনববু মৈতৈনা করিস্মু তৌবা ঙমদ্রবদা মৈতৈ নিংথৌ অমদি অঙম্–অগৌ পুন্নমক্ তিন্নহুনা খন্নরকপদা খুৎলাঈ পাঙ্গনবা লানফমদদি মথোঈবু মাঙ্গথীবা পীবা য়াররোই খুৎলাঈ পাঙ্গনদবা লানফমদা লৌশিংনা ফারসি হাঙ্গনা লেপ্পরগা পাসা লানচিংলেন্ অমসুং লানজিংবা :৫ মক্পু লৈপাক্ অনি তাইশিন্নবগী ব্রাতাই ব্রাবোল্ ভাংনসি হাঈহুনা সারেল্ য়াঙ্গোঈবুংগী মৈতৈ তেঙ্গোলদা কৌখি। মুসলমান্ লানচিংবশিং শ্লাক্লবদা লৈপাক্ ব্রাতাই ব্রারোল্ ভাংনবদা খুৎস্মু খৎলাঈ য়াওনগুমসি হাঈহুনা লাইরেন নোংসামৈনা মসাগী খুৎলাঈ হান্না লৌথোক্কুনা থম্লবদা মুসলমান্ লানচিংবশিংস্মু মসা মসাগী খুৎলাঈ থনম্লগা লৈপাক্ অনিগী ব্রাতাই ব্রারী শান্নফম্দা চঙ ম্লক্লগা ব্রারী শান্নরক্লবদা মুসল্-মান্শিংবু মাঙ্গথীরে হাঈনা য়াও হাঈবদা, য়াদ্রবদা খুরাঈরাক্পনা মহম্মদ সানীবু সাগোন্নরকপদা. হকুথেংনবা মুক্লাগী মহৈদা মৈতৈনা হেনখিবনা মুসলমান্ লানজিংলেন অমসুং লানজিংবশিংবু মৈতৈ অথৌবশিংনা মপা মপা ফানখি অমসুং লান্ফম্দা মাঙ্গখিরে হাঈবা য়াহন্দুনা মবাপ মহম্মদ সানীনা মানা পুরক্পা লাম্মী ১০০০ অমসুং মপোৎ মচৈ পুন্নমক্ মৈদিংঙু খাগেম্বদা লোই হাহুনা খৃঃ ১৬০৬কী ইংঙা থাগী ১৭ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা য়াঙ্গোইগী লান লোইশিনখি।

লান লোঈপ্রবা মতুংদা মুসলমান্ পাসা লাম্নীশিং অদু মৈতৈ মুসলমান্ ওইহুনা মান। মানা হৈরক্পা, হৈজবা শিন্ফমদা শিন্থাহন্দুনা মাগী মাগী মথৌমলগী মনা মৈতৈ নিংঙোল্ অমমম পীহুনা খুন্দা লৈতাহল্লগা মাগী মাগী চানবা সিনফম্গী, মথৌ মঙমগী. থৌদোক থৌওংগী মতুং য়িন্না মৈতৈ সমাজগী চৎনবা মওংদা শাগৈ য়ুম্নাক্ অমমম পীরগা মহম্মদ সানীবু মথোঈ পুন্নমক্কী খুল্লাকপা হাপ্তুনা মৈতৈ লৈপাক্তা তানহনখিবশিং অদুগী মমুংদা বগী ময়ুমগী পুকোক পুনোৎ নত্রগা পূর্ন অসিস্মু অমনি।

মতমগী মতুং ইন্না শাফা লান্‌ফাদা থৌরবা পুর্নোংনা পাত্তা তাবা উরোক অমবু ফারগা মৈদিংঙু খাগেম্বদা কৎখি। পাং তাবা উরোকপু হিন্দুস্তানী লোন্‌দা "বগলা" হাঙৈনা কৌই। নৌনা লাকপা মৈতৈলোন স্ত্ফা'ত্ত্রবা নত্ত্রবস্থ হিন্দুস্থানী হৈনবা মুসল্‌মান্ অহল্ লম্মনশিংনদি হৌজিক ফাওবদস্থ মৈতৈলোনগী মহুত্তা উর্দ্দুদা/ আরবিক্তা/পার্শিদা অয়াম্বা মতমদা ডাংমৈ অমস্থং হাঙৈনৈ। অহুনা করিনো হংবদা বগলা পুরক্কুনা কৎপনি হাঙৈবদি বগলা কৎপা ময়ুম হাঙৈবদগী পোইরৈ তাফা থীবা, পাংঙল অসম্বা পাম্বনা বগীময়ুম হাঙৈনা হাঙৈনখি। য়ুম্নাক্ অসি লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা থোনখিবনি অমস্থং মমিং অসি থোনবা মতম অসি মরিং তরাওগী লান মতুং খৃ: ১৬৩০ অতুরাইদা থোনবা মমিং মাল্লি মরমদি খাগেম্বনা কৌক্রনচিংবা লাই খিবিক্তা পুন্সি নিবগী মতাং অসি শা-লান্ খর কোমই অমস্থং লইপাক্ সান্তি কৈত্রবদি অসিগুম্বা হিরম্‌সি কয়া তৌনদে।

## (২০) চেসম্

সাগৈ অসি মুসল্‌মান্‌শিংগী সৈথ হাঙৈবা কংলুপ্ অহুগী মন্থং চনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসি খুল্লাক্‌পম্ সাগৈদগী থাঙৈদোরকপা সাগৈনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি সৈথ চুনেৎস্থ কৌই অমস্থং সৈথ চুনালিয়া হাঙৈনস্থ কৌই। মহাক অসি সিলেটকী খা নোংপোক থংবা সরুক্তা লৈবা পাসা মুসল্‌মান্ নিংথৌশিংনা পানবা তরফ সনা লৈপাক্ হাঙৈবা অহুগী অথন্নবা লাম্মাগী সর্দার অমনি। মহাক্কী মতমদা পানবা তরফ সনা লৈপাক্কী নিংথৌদি মহম্মদ নাজিরী কৌই। মহাক তরফকী খা থংবা শরুকতা পানবা নিংথৌরেল নাজিরীগীমনাও থোক্‌পা নবাপ মহম্মদ সানীগী পোকমিনবা মনাওনি। মহাক লাম্মী অমা ওইবতা নত্তনা খুং-শা হৈবগী থবক

অমস্তুং হিদাক্ লাংথক শিজন্নিবা হৈবা মীওই অমস্তুনি অমস্তুং থবক ইনথাংদা য়াম্না থুনা থওগন্-হৈগনবা মীওই অমনি হাঈবত্তু মহাক্না মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্দারবা মতমদা পাঈরকপা শিনফম অসি 1 তাক্লি।

সৈখ চুনলিয়া/চুলৈয়া ময়াং কছারী নিংথৌ প্রথফিনাম্না তরফ স্না লৈপাক্কী নিংথৌরেল্ মহম্মদ নাজিরীদা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দা-বদা লান পাংবীয়ু হাঈনা লাননেক্রবদগী নিংথৌরেল নাজিরীনা কছারগা তাইনবগী লমথৈ মস্তুং ওাক্লিবা নবাপ মহম্মদ সানীদা লান পাংও হাঈনা য়াথং তৌরক্পগী মতুংইন্না নবাপ মহম্মদ সানীনা মশামক্না লানচিংলেন্ ওইরগা লানচিংবা লাম্নী মকোক সর্দার ১৬ মুনোন খাঁ/মুর্নোনখাঁ/মুনোর খাঁ, মোনাই, অকোন, আলুপ, মুলৈয়া/চুলৈয়া চুনালিয়া/ সৈখ চুংৎ, নমফা, ফাইতোং, তুমিয়া, খময়া, অমান, খেলা/খেন্দো, অকুয়া, খমুবা, মাংাম্বা/ লাগ্মীয়াম্বা- পুনোম/পুর্নোৎ/পুর্ন অমস্তুং কম্রা য়াওবা লাম্মী ১০০৭ না শাবা তেঙ্গোল্ অমা পুত্তুনা লান পাংলুবা কচ র তম্না খৃ: ১৬০৫গী মেরা থাগী থানিন্ থাবুং নিংথৌবাবা স্তুমিত্তুগী মযুম অমস্তুং মরৈপাক্ তবক স্না লৈপাক্ থাদোক্লুনা খোঙ শাল্লকখি। কছারদগী, কছার নিংথৌগী লাম্মী য়াখারেক অমস্তুং ভীমবল অনিনা লুচিংবা লাম্মীগা তিন্নরগা মৈতৈগী মৈদিংঙু সানোংবগী লাম্মী খরনা লমজিংলুনা লাইমতোল ফৌরুংব। লাল্লরুগা খৌবুম তারক্লুনা চীঙ লম্নীদা লাক্লগা চক্পা থোংজাও তারকখি। মতমত্তুদা মৈতৈশিংনা য়িহারাইদগী হাওয়েন য়াঙ্গোইবুং ফাওবা পল শারগা, লাম্বল ৪ থোক্লা শাত্তুনা লান খিংলম্মী। ময়াংশিংনা চীঙথক্তা খৌবুম লম্বী, চক্পা থোংজাওগী চীঙদোন্দা তেঙ্গোল সাহৌরগা পাসা মুসলমান্ লাম্মী শিংবু তমদা য়াঙ্গোই তুরেল মপাল লম্মাংদোংদা তেঙ্গোল শাহল্লম্মী। মৈতৈগী তেঙ্গোলদা থুরাঈরাকপা কোইরেম্বা/চীঙসোম্বা/লৈসাপাম্বা,

লাইরেন্ নোংসামৈ/সুর্জো জগৎসিংহ, চিরোম লাইরেনমৈনচিংবা অকন-অথৌশিং অমসুং সগোল তোংবা লাশ্মী ১৮০ য়াওরিবতুনা তৌরকপা থবতা ময়াংশিংনা কিতুনা চেমগে তৌরবদা মৈতৈনা লানফম্ নীওলোমদগী থত্তুনা তৌবুক খোইজুমান্দা ময়াংগা মৈতৈগা লান্থেং-নবদা ময়াংগী লুচিংবা, মুর্নোর খাঁ/লেংমাসা, ফাদৈতাও অমসুং মাইকাওবু মাঙৈথীবা পীবদগী ময়াংশিংনা মখোঙৈগী লান্ পাংবা লাক্পা পাসা মুসলমান্ লাশ্মীশিংবু হুন্দোক্লমতুনা চেন্নখিরম্মী।

ময়াংশিংবু মাঙৈথীবা পীরবা মতুংদা মৈতৈশিংনা লম্মাংদোংগী য়াঙ্গোই তুরেল মপান্দা তেঙ্গোল শারিবা মুসলমান্ তেঙ্গোলবু মাঙৈকে মরিমক্তগী কোঙৈসন্দুনা পুং ও চুপ্পা নোংমৈ কাপ্লতুনা লান থেংনববু মৈতৈনা মুসলমান তেঙ্গোলবু করিম্বু তৌবা ওমখিদে। অতুনা মৈতৈনা থৎলাই য়াওবা লান্ফমদা মখোঙৈবু কাবা য়াররোই লৌশিংনা থৎলাঈ য়াওদনা ফারসি হাঈতুনা লেপ্পরগা মুসলমান লাশ্মীগী লানজিংলেন অমসুং লানচিংবা ১৫ মকপু লৈপাক অনি তাইশিন্নবগী ব্রাতাই ব্রারী শাশি হাঈনা মৈতৈ তেংঙ্গোলদা কৌরগা নোংসামৈগী লৌশিংনা থৎলাঈ থমহল্লগা ব্রারী শান্নরিঔদা মৈতৈনা মুক্লাগী মহৈনা ফারগা নমতুনা মাঙৈথীরে হাঈনা য়াহনখি। মতুদগী নবাপ মহম্মদ সানীনা পুরক্পা পোৎচৈ পুন্নমক্ক পাসা মুসল্মান্ লাশ্মী ১০০০ গা লোঈননা মৈদিংগু খাগেম্বদা কৎখি।

অসুম্না ময়াংগী লান অসি খৃঃ ১৬০৬ কী ইংতাগী ১৭ পানবা ইরাই হুমিত্তা লোঈরগা পাসা মুসল্মান্শিংবু মৈতৈ লৈপাক্তা থুন্দাফম্ পীতুনা লৈহনখি। মৈতৈ লৈপাক্তা থুন্দা-লৈতাম্নবা মতুংদা মুসল্মানশিংনা মানা মানা তৌরকপা অমসুং হৈনরকপা শিনফম্ অমদি মখৌগী শক্লিংদা চম্বরক্পা থবকী মথৌমল অমমম্বু মনা ওইনা তাল্লোই মতু পীরগা মৈতৈ মুসল্মান্ [illegible]

শাগৈগী হান্না পুরক্‌পা মজাতিগী. মিংথোল হোংহ্নন. তৌথোরকপা অমদি থোক্লকপা থৌদোক্ ৱাথোক্কী মতুং ইন্না মসাগী সাগৈগী য়ুম্নাক মমিং থোন্দুনা নবাপ লানজিংলেন মহম্মদ সানীবু মুসল্‌মান্ পুম্নমক্কী ৱায়েল্‌বা, থুম্নাকপা হাপ্তুনা মুসল্‌মান্‌শিংবু মৈতৈ লৈপাক্তা ভং তানা খুন্দা লৈতাহন্‌খি।

চেসম্ সাগৈগী পুকোক সৈখ চুনেৎ নম্রগা চুনালিয়া অসিস্সু হাঙৈরিবা মুসল্‌মান্‌শিংগী, খাগেম্বা হান্তক্কী পাসা মুসল্‌মান্ খুন্থে ক অচৌবা অসিদা য়াওবা খৃ: ১৬০৬ কী ইংঙা থাদগী মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্দাখিবা মীওই অমনি। মৈদিংঙু খাগেম্বগী স্না হাক্তক অসিদা খাগীদগী খুম্থোক্লকপা নোংপোক হারমগী মীওইশিংনা মৈতৈ লৈপাক্তা লাইরিক লাইশু ইনবা চে শাবা তম্বীখি। চে হাঙৈবা ৱাহৈসি চাইনিজ তাইশিংগী ৱাহৈনি অমসুং ৱাহৈ অসিমক অতুম পোৎশক অতুবু খঙন নবা মৈতৈ লৈপাক্তা শিজিন্নখি। চে শাবা তম্বসিদা সৈখ চুনেৎ নম্রগা চুনালিয়াস্সু য়াওখি। মহাক্না চে শাবা তম্বসি খৃ: ১৬৩৬ কী অতুৱাইদা মাল্লি। মরমদি হাঙৈরিবা চহি অসিদা চে মৈতৈ লৈক্তা মরাং কাঙৈরম্বা য়াবগী খুদম চাংদম হাঙৈববু চৈথারোল্ কুম্বাবদা পীরিবা ................ ঙাঙোম তোনবগী কুম সক ১৫৫৮ ( খৃঃ ১৬৩৬ )॥ ........॥ ........ ইবুংঙো অহন খোংজোম্বা॥ লাইরিক তম্বা হৌএ॥ হাঙৈরিবা অসিনি। অতুনা সৈখ চুনেৎনা চে শাবসি মসিগী মমাংদনি। অস্নুন্না চে হৈবা. চে শাবা মুসল্‌মান্ খুৎহৈবা চুনালিয়াগী ময়ুম্নে হাঙৈবদগী চেসম্ হাঙৈনা মৈদিংঙু খাগেম্বনা থোনবীখি।

## (১৬) মককৃমযুম্

সাগৈ অসি মৈতৈ মুসল্‌মানশিংগী মুগল/মংকল/মোগল হাঙৈনা খঙনবা কাংলুপ অতুগী মচুং চনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোশিংদি

স্নার ফুল অমস্তুং লুখিয়া ফুল কৌবা পোক্‌মিন্নবা মচিন্-মনাও অনি অসিদি। সাগৈসিগী পুকোক্ অনিসি মকক্ সনা লৈপাক হাঙবা অত্তুগী নিংথৌ মচাশিংনি অমস্তুং মতম্‌মতুদা মককৃতা পাল্লিবা নিংথৌ অতুগী মনাওশিংনি। স্নার ফুলনা মচিন-মনাও অনিগী মরক্তা অহল্লি, কুচু পাল্লি- মসক মতৌ ফজব, মীওই-মীতৌ লৈবা মীশক্লি। লুখিয়া ফুলনা স্নারফুলদগী কুচু লৌসল্লি, মীওই মঁতৌদি ফজবা মীশক্লি। মচিন-মনাও অনি অসি য়েনখোইবা লাংমৈগী কুম্-সক ১৬০১ (খৃ: ১৬৭৯) ইংঙা থা ৬ নি পানবা ইরাই মুমিত্তা মকক্তগী মৈতৈ লৈপাক্তা থুংলবনি। মখোঙগা লোঙনরকপা মীশিংদি—ফুল্‌লৈপাকী লম্‌কোইবা ফাকির মিলিয়াসৈখ লাইবু নিংবা, ফুললৈপাকমচা মাল্‌তুলামসৈখ, লৈথৌ, লাংঙাম্‌য়ামগী সেকচারি ককচীঙ্ তাবা পোইনামচান, মুহম্মদচা অকুনসৈখ, ইসামান খাঁ, প্রতাপোন অমুন, কৈনৌ তাবা উথাতোনলোং, হৈরান সৈখ, উরাক খাঁ, পাচু সৈখ অসন চংবা মী ৩৭ মৈতৈ লৈপাক্তা থোক্লকখি। মখোঙনা লোঙনরকপা অমস্তুং পুবকপা পোং-চৈশিংদি সামু মুক্তা য়াও, মিয়াম্বা মিংসেন, স্নানা সাবা নায়ান খোঙচ্ছা (মচা) মাপল ফাংনা য়াম্বা, য়ুম থুনু অচৌবা, হুলাই মিয়াম্ব অসিনচিংবা পুন্নমক অসিনি। পুন্নমক্ অসি মৈদিংঙু পাইখোম্বা (খৃ: ১৬৬৬-১৬৯৭) দা থুদোল ওইনা কংখি। অমস্তুং মৈদিংঙু পাইখোম্বদা প্রসেনা লানচিংলেন মহম্মদ সানিনা মখোঙ কনা কনানো হাঙবত্তু তাকখি। মৈতৈগী মবুংঙোনা মখোঙবু তরাম্না ওকপীরগা, মখোঙনা মৈতৈ লৈপাক্তা করি তোগদবা লৈবদগী লাকপনো, মৈদিংঙুনা মখোঙগী করি মতেং পাংবা ঙমগদবগে হংবদা, মখোঙগী থোইদোকপা থবক হাঙববু মৈতৈ লৈপাক্তা থুনথি-থুম্হোক্লকপনি হাঙনা পাওথুম্নরবদা মৈদিংঙু পাইখোম্বনা থুন্দাফম্ পীতুনা তাল্লোই মতু মৈতৈ চম্মুরা অমমম পীতুনা মৈতৈ মুসলমান্ ওইনন্দুনা পাসা মুগোল কাংলুপ অসিবু মৈতৈ লৈপাক্তা থুন্দাহনখি।

পাসাগী অতৈ মফমশিংদগী লাকপা মুসল্‌মান্‌শিংগা থেন্নবা, মককতগী লাকপা মুগোল নিংথৌ মচাশিং অসিবু খঙ্‌ননবা মখোঈগী ময়ুমবু তাক্লনবা, মখোঈনা লাকপা মখোঈগী হুংশিরবা মীবপাক্কী মমিং লৌহুনা মৈদিংঙু পাইখোম্বনা মককতগী লাকপা ময়ুম, মকক্‌ময়ুম্ হাঈনা মখোঈবু থোন্দুনা মখোঈগী য়ুম্নাক পীখিবি। অহুবু মতম থরগী মনুংদা মকক্ ময়ুম হাঈনা খঙনবসিনা মচিন মনাও অনিগী সাগৈশিংবু খঙ্‌নবা য়াবক্কে। মবম অসিদগী মকক্ ময়ুম্ য়ুম্নাক অসিদা সাগৈ অনি চোংথোরক্লুনা তোংঙান তোংঙানবকখি অমস্তুং অকরুবা সাগৈ ময়ুম্ ওইবকখি। পুকোক্ ওইরিবা মচিন-মনাও অনিগী কুচুদগী লৌহুনা লেপ্লগা মকক্ ময়ুম সাগৈ অনি থোক্লকখি।

## (অ) মকক্‌ময়ুম্ অঙৌবা

মকক ময়ুমগী সাগৈ অসিগী পুকোক্তি মকক্লগী খৃ: ১৬৭৯ গী ইংঙা থাগী ৬ নি পানবা ইবাই মুমিত্তা মৈতৈ সনা লৈপাক্তা থোক্লকপা মকক্ নিংথৌ মচা অহল সুনাব ফুল, লৈগী নিংথৌমচা অঙৌবা, কুচু পানবগী ময়ুমনি। কুচু ঙৌবা সুনাব ফুলগী কুচুদগী লৌহুনা মাগী ময়ুমগী অকরুবা য়ুম্নাক খঙ্‌ননবা মকক ময়ুম অঙৌবা হাঈনা থোনখি।

মকক্ হাঈবা লম্ অসি মৈতৈ পাংঙল্ মনিপুরী মুসলীম্ মত্রগা মৈতৈ মুসল্‌মান/মংকল = মংগল্‌শিংনা সিলেটতা নত্রগা ঢাকাদা লৈবা লমনি হাঈনা লৌনৈ। অহুগা মৈতৈ পণ্ডিতশিংনা মসিবু মোগলপুর (মকক্) হাঈরগা খঙনৈ। মফম অসি চৈথারোল্ কুম্বাবদা খ্বাইদগী ইহান হান্না পনবসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদনি, মহুদি ——... ॥ চনুম্বন থরোইগী কুম সক্ ১৫৩৯ (খৃঃ ১৬১৭) ........ ॥ মকক্ লম্বী ফাওএ ॥ লাইরিক য়েংবা অতোম্বচিংনা ॥

মকক্ চঙ্খিএ ॥ অতুনদি মকক্ অসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদগী মৈতৈ লৈপাক্কা মকক্কা সম্নবা লম্বী লৈরে অমসুং মৈদিংঙু খাগেম্বগী মমাঙ্ মৈদিংঙু করোম্বগী মতম, লৈচোন্ কোংঙা লোনলু মানবগী কুম সক ১৪৫৮ (খৃঃ ১৫৩৬) .... তেথাও লম্বী ফংএ ॥ তেথাও লৈমা খোংনাম্বী চঙ্খিএ ॥ সামু তেথাও ঙম্বা থোক্এ ॥ তেথাও লুমুঙ অতুৱৈ সাএ ॥ ....... ॥ হাঙ্গৈরিবা মতম অসিদগী তেথাও হাঙ্গৈবদি অহোমশিং নিংথিনা শম্নবে, পাসা (সিলেট) তারে অমসুং মকক্ হাঙ্গৈবা লৈপাক্ অসিসু সৌঙ্গৈদবাদা তারে। অতুনা মকক হাঙ্গৈবসি সিলেটতা লৈবা মফম অমনি। অদুগা মৈতৈনা খাগেম্বগী মতম অসিদদি মৈতৈ লৈপাক্কী খা নোংচুপলোমদা তখেল (ত্রিপুরা) অমসুং থোংনাং মাইবং অমসুং থোংনাং ময়াং (কছার অমসুং মসিগী অরাং নোংচুপকী লম্ থরা) নত্তনা শংঙগ্রে। মৈতৈনা চিটাগোং সম্নরক্পাদি মৈদিংঙু জয়সিংহ (চিংথংখোম্বা, ভাগ্যচন্দ্র কর্ত্তা, নুংনাংখোম্বা) না অহানবা পানবা মতম (খৃঃ ১৭৫৯-১৭৬১) দগীনি। অদুগা ঢাকা শংঙ্লেকপসু মৈদিংঙু মনিক হুড়লেংখোম্বা দেবেন্দ্রসিংহগী হাকক খৃঃ ১৮৫০দগীনি। অদুন মৈতৈনা পল্লম্নবা মকক অসিদি ঢাকাদা লৈবা য়াদে। সিলেট, পাসাদা লৈবনি।

মকক্ ময়ুম অঙৌবগী পুকোক স্নার ফুলনা ওইরবসু মাগী সাগৈ অসিদা পকপা, নপচবা নত্রগা তিনবা মাইরৈপাক্কা লৈহৌবা ফুঙ্গাসু য়াওরি। মহাক্কী মসিংদি তিল্লি নাচোন কৌই। তিল্লি নাগোন্না মিয়া তোনেং, তাম্রলাউ অমসুং সোনারফুল পোকই। মিয়া তোনেং অমসুং তাম্রলাউনা মকক্তা লৈহৌই।

সোনার ফুলনা চম্পেক পোকএ। চম্পেক্কা উত্রান সৈখ, মোলিয়া সৈখ, খোনপা অমসুং লাংমৈ পোকএ ॥ • ॥ উত্রান সৈখনা বিলিং লিং পোকএ। বিলিংলিংনা লাবা হুইগু অলিমা পোকএ। লাবা

চমপেকনা খুনচাউ, য়াংবা অমস্তুং মুনান ৩মা পোকএ ॥ ❋ ॥ সোনার ফুলগী মচা মোলিয়া সৈখনা অন্নানচুলা, সুলতান, হৈত্তোন, হেকাত্তোন অমস্তুং মোনি ৫মা পোকএ ॥ ❋ ॥ মোলিয়া সেককী মচা খোনপানা লাংমৈ পোকএ ॥ লাংমৈনা লুখোই, চেক্‌সা, হচারি, সুনাফাক্রি অমস্তুং মিংথোই ৫মা পোকএ। ❋ ॥ লুখোইনা সুনালেম, খোমপা, মোনি, হাউচৌ অমস্তুং হৈত্তোন ৫মা পোকএ ॥ ❋ ॥ চেক্‌সানা ডাংপা, অমুদোন, কর মহম্মদ, অমস্তুং পোতি ৪মা পোকএ ॥ ❋ মোলিয়া সৈখকী মচা অন্নানচুলানা অরোই পোকএ। লাপা চন্‌পেকী মচা মুনান্না পামসা অমস্তুং অকিনয়া অনিমা পোকএ ॥ ❋ ॥ মোলিয়া সৈখকী মচা মোনিনা তখেল্ পোকএ। তখেলনা পুকচাও পোকএ। পুকচাওনা মুক্তা পোকএ। মুক্তানা উমরোন সৈখ পোকএ ॥ ❋ তখেল্না লমথোক, কোঙ্গচোম, কংঙ্গা অমস্তু খরোই ৪মা পোকএ ॥ ❋ ॥ পুকচাওনা মুক্তা অমস্তুং খারোই ২মা পোকএ ॥ ❋ সুলতান্না মিংথোই, মোনি অমস্তুং খোংরাই ৩মা পোকএ ॥ ❋ ॥ মোনীনা তালুক পোকএ ॥ ❋ ॥ খোংরাইনা সোইকিয়া, খাত্তিয়া, খোঙ্গৈরী অমস্তুং কৈখেল ৪মা পোকএ ॥ ❋ খুনচাওগী মচা হুইমুনা সামি অমস্তুং তোলতোঙ্ ২মা পোকএ ॥ খুনচাওগী মচা সেনবগী মচাদি খওদে। ❋। খুনজাওদগী মচা তাংখুলনা উমি অমস্তুং লাইসৈখ ২মা পোকএ ॥

## (আ) মকক্‌মযুম্ অমুবা

মকক্ ময়ুমগী সাগৈ অসিগী পুকোক্তি মকক্কগী খৃঃ ১৬৭৯ গী ইংঙা থাগী ৬নি পানবা ইরাই হুমিত্তা মৈতৈ লৈপাক্তা থুংলবা মকক নিংথৌমচা নহা, মোলিয়া সৈখকী মচা লুখিয়া ফুলনি। লৈগী লৈপাকী নিংথৌমচা কুচু লৈসিনবা অসিগী কুচুদগী লোত্থনা মাগী ময়ুম্

অকক্লবা খঙনবা য়ুম্নাক নমিং মকক ময়ুম অমুবা হাঙবসি থোনখি। মকক ময়ুম অমুবা অসিগী য়ুম্নাক য়িন্‌বা/লোবা মীওই শিংগী ময়ুমদি মালতুনা সৈথকী ফুঙ্গা অমসুং মচানিপা লৈথোগী ফুঙ্গাগা ফুঙ্গা ২, লাংজায়ামকী সেকচারীগী ফুঙ্গা, ককচীঙ তাবা পোইনামচানগী ফুঙ্গা পোৎ পুবা ইমিং লুপোনোংকাংগী ফুঙ্গা, ব্রাংঙ্ তাবা কপো লংসঙপা চেংবগী ফুঙ্গা, উখা তোনলোংকী ফুঙ্গা, উমরজানগী ফুঙ্গা, সেখ-পত্তোনগী ফুঙ্গা, অথুন সৈথ অমসুং মচানিপা ইসমান খাঁ অনিগী ফুঙ্গা অসিনচিংবশিংনি।

মোলিয়া সৈথনা লুখিয়া পোকএ। লুখিয়ানা লাহোং পোকএ। লাহোংনা হোনিয়া পোকএ। হোনিয়ানা অরোই পোকএ। অরোইনা কনথা পোকএ। কনথানা চৌগীরাম পোকএ। চৌগীরান্না হাইত্রা অমসুং অব্দুলরহিম ২মা পোকএ।

লৈ লৈপাক্কী লৈপাকমচা মানতুলা সৈথনা লৈথৌ খোনবা, তখেম্বা, খুৎলাঙ, মেবা অমসুং তিল্লেন ৬মা পোকএ॥ ✻ ॥ খোম্বনা তখেম্বা, কোইঙম, লুখোঙ, খুঙম, মোংঙাং অমসুং ফাইরেন-চুবা ৬মা পোকএ।

পোইনামচান্না কবো পোকএ॥ ✻ ॥ মাগী চাকথোংবদি সৈদ খাঁ কোই পোৎ পুবদি ইমিংলুপ নোংকাং কোই। ব্রাংঙ্ তাবা চেংবগী মপুগা লাকমিয়ে।

সৈকচারি/সৈখজালীনা প্রলদাম পোকএ। প্রলদাম্না মুবা পোকএ। ✻। সৈখ জালী অসি মকক নিংথৌমচা অমনি। মাবু লাইরেন নোংসামৈনা মুসলমান্ পাংঙল খুননিংথৌ প্রসেনা লান-চিংলেনগী মচা নজরা কৌবগা অথোই-অহেন নাইদনা য়োক্লকপদা অপোং ইংখোল্ (হৌজিক্কী রাজা হুর্ সিংহ হাই স্কুল লৈরিবা

মফম ) দা কব্রংচাক পাম্মী অমা হৌরমম্তুনা মহুদগী মখোঈ অনিনা কব্রং থোকহনবা ওম্বদগী মখোঈ অনিবু কব্রং নাইবা লমদা নিংথৌগী শিনফম্ ওইনা তৌহন্দুনা লৈহনখি।

উমরজান্না অপুসৈক পোকএ। অপুসৈক্না তোল্লি পোকএ। তোল্লিনা সেকপতোন পোকএ। সেকপতোন্না কালা পোকএ। কালানা ব্রাংগু তাবা পোকএ। ব্রাংগু তাবনা সেনবা পোকএ।

অথুনসেক্না ইসমান খাঁ পোকএ।

## (২২) মাইবম্

সাগৈ অসি ভারতবর্ষদা চৎনরিবা মুসল্‌মান্‌শিংগী কাংলুপ মরি সৈয়দ, সৈথ, পঠান অমসুং মুগোল হাঈব সগী মমুংদা সৈথ কাংলুপতা চিং ব মৈতৈ মুসলমান সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি কশ্রা মহম্মদ নত্রগা কশ্রাম মহমুদ হাঈনা কৌই। মহাক অসি হৌজাক্কী বাঙ্গলা দেশকী সিলেট ডিষ্ট্রিক্তা মমুংদা লৈরম্বা পাসা মুসলমান নিংথৌশিংনা ১৬শুবা অমসুং ১৭ শুবা খৃষ্টাব্দদা পাল্লম্বা, তরফ সনা লৈপাক হাঈবা অদুদা লৈরম্বা শা-লাম্বা থৌবা লাম্মী অমনি। মহাক তরফ পাসা মুসলমান নিংথৌ নাজীরগী মনাও থোকপা তরফ লৈপাক্কী মথা-থংবা শরুক্কী নবাপ মহম্মদ সানিগী মথাদা লাম্মীগী থবক তৌবা সর্দার অমনি। অদুগা মশাগী হৈনবী ওইনা অসোক্-অপন, অনা-অয়েক্না সেবা তৌবা হৈবা অমসুং হিদাক লাংথক খঙবা মীশক্ অমসু ওইরম্মী হাঈবদু মহাক্না মৈতৈ লৈপাক্তা থুন্দারবা মতুংদা তৌ-থোরকপা শিনফম্না উৎলি।

মহাক্ খৃঃ ১৬০৬ তা মৈতৈ সনা লৈবাক্তা থোক্লকপনি। মহাক্না থোক্লকপগী মরম অমসুং বারীদি মথাদা পীজরিবসিনি। খৃঃ ১৬০৬

দা কছার নিংথৌ প্রথফিনাল্লা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দানবা মতেং পীবীয়্ হাঙ্গীহুনা পাসা মুসলমান্ নিংথৌ মহম্মদ নাজিরীদা হাঙ্গীজখি। মতুদা মহম্মদ নাজিরীনা মহাক্কী লৈপাক্কী কছারগা তাইনবা সরুক্কী লৈ-ঙাকপা নবাপ মহম্মদ সানীদা কছারগী মতেং পাংঙ্ হাঙ্গীবা য়াথংগী মতুং ইন্না মহম্মদ সানীনা ময়াং কছারীশিংগী লান পাংনবা লাক্লম্মী। মহম্মদ সানীনা মাগী অথল্লবা সর্দার ১৬ মুর্নেন খাঁ/লেংমাসা, মোনাই, অকোন, আলুপ, সুলৈয়া/চুলৈয়া/চুনালিয়া/ নমফা; ফাইতোং, তুমিয়া, থময়া, অমান, খেলা/খেন্দো, অকয়া খম্বা/সম্প্র মহম্মদ; মীয়াম্বা/লাম্মী য়াম্বা/অয়াম্বা, পুনোম/পুর্ন, অমসুং কশ্র মহম্মদ য়াওবা লাম্মী ১০০৭ শাবা তেঙ্গোল পুদুনা খৃঃ ১৬০৫ গী নেরা থাগী থানিন থাবুং নিংথৌকাবা হুমিত্তগী ময়ুম থাদোক্তুনা কছারদা থোঙসল্লম্মী। মফমদুদগী কছারী লাম্মী সর্দার ৬ হাঙ্গীবদি ফালৈতাও, মোইকাতাও, সেপুবি, তেক্করাচা, কৈকিয়ালুং অমসুং থরকপা য়াওবা য়াথারেক অমসুং ভীমবল অনিনা লুচিংবা তেঙ্গোলগা লোনচৈরগা মৈদিংঙুচা সানোংবা অমসুং মাগী মীশিংনা লমজিংলগা য়াই তুরেল লাল্লক্তুনা, লাইমতোন ফৌরুংবা চাঁউসাং লাল্লক্তুনা খৌবুম তারক্লগা চক্পা থোংজাওদা থুংলখি। মৈতৈশিং না ইহারাইদগী হাওয়েন য়াঙ্গোইবুং য়ৌনা লানবল শায়গা তেঙ্গোল মফম ৪ থোক্তা শাহুনা অহিংদা উচান মৈরা পরেং শানা তেঙ্গোল থুংনা থাল্লগা লাম্মী মশীঙ য়াম্বা মানহনখি। অয়ুক সুংথিলগী মতমদা মখোঙ্গীগী লৈজবা হান্নগী নোংমৈ তোপ অমগা হন্দক্তা নৌনা ময়াংশিংদগী ওক্রমচা কিয়াম্বা অমসু রাইরোকপমচা থুঙম অনিনা হুহুনা লোকখিবা যাত্রাবা কৌবা নোংমৈ তোপকা, তেঙ্গোল মরিমক থুংনা উরু-উরু লৈহুনা চিংলগা তোপ কাপ্তুনা নোংমৈ তোপ মশীঙ য়াম্বা মানহনখি অতুগা মৈদিংঙুচা কোইরেম্বা/চীঙসোম্বা/ কৈসা পাম্বনা লাঙ্গোই সায়াঙংক্তগী ময়াংগী অবন্বা লাম্মী অমা

হিংনা ফাহুনা কাক্লা ভানুমচা লাকপগুম লাকথিবা উবদগী ময়াং-শিংনা কীহুনা তমদা য়াঙ্গোই তুরেল মপান্দা তেঙ্গোল শাহল্লিবা পাসা মুসল্মান্ লান্মীশিংবু পাও পীরমদনা অমসুং মরোল অমতা খণ্ডহল্লমদা লোন্না চেল্লক্লবদা মৈতৈনা পাও তাহুনা লানফম্ তুং-লোমদগী থত্তুনা তান্নরগা তৌবুল থোইজুমান্দা লান থেংনখি। লানফম অসিদা মৈদিংঙু খাগেম্বা শিবা য়ানা লৈরবদগী নোংসামৈনা কনখি অমসুং মৈতৈনা মুর্নেনখাঁ/লেংমাসা ফালৈ-তাও অমসুং মাইকাতাওবু হাংখিবগী ময়াং লন্মা কঈহুনা মাঙ্গৈকে খণ্ডদনা চেন্নখি অমসুং মৈতৈনা লানফম অহু মপুং ফানা মাঙ্গ পাকখি।

ময়াং কছারী লান্মীশিংবু মাঙ্গথিবা পীরবা মতুংদা মৈদিংঙু খাগেম্বগী লান্মী মৈদিংঙুচা কোইরেম্বা, লাইরেন নোংসামৈনা লুচিংবা অকন-অংগী কযা অমসুং সাগোল লাম্না ১৮০ য়াওবা লান্মীনা সারেন য়াঙ্গোই মপান্দা শারিবা পাসা মুসলমানশিংগী লানবন্বু মাঙ্গৈকে ৪ মক কোঙ্গশিন্দুনা নোংমৈ তোপ, খুদোং ১স্সুং কামারনা চিংবা নোংমৈ কাপশিন্দুনা পুং ৩ চুপ্পা লান্দাবনু মৈতৈনা করিস্সু তৌবা ঙমদ্রে। মহুদা মৈতৈগী লুচিংবা; নিংথৌ, লানচিং-লেনশিং অমসুং লানচিংবশিং য়াতানহুনা মুসলমানশিংবু খুলাঙ্গ পাঙ্গনরগা পাঙ্গলনা মায়থীবা পীবা য়াররোই খুংলাঙ্গ য়াওনদনা লৌ তৌরগা লৌশিংনা ফারসি থন্নহুনা মুসলমান লানচিংলেন মহম্মদ সানী অমসুং মহাকী লানচিংবা ১৫ মকপু লৈপাক অনি তাইশিন্নবগী য়াতাই য়ারেপ্পসি হাঙ্গনা মৈতৈগী লাম্বলদা কৌরম্মী। মুসলমান্ লুচিংবশিংনা লাক্লবদা লাইরেল নোংসামৈনা সন্ধি তৌনবদা খুংলাঙ্গ লৌথোকক্কুনা থম্নসি হাঙ্গনা মানা হন্না খুংলাঙ্গ লৌথোক্কুনা থম্নগা, লৌ থারকপদা মুসলমান্ লুচিংবশিংনা ইকাই

থাঙদগী খুৎলাঈ লৌথোক্লুনা থঃম্লগা ঝারেপ্লফমদা ফম্লবদা মখোঈবু মৈতৈগী মফমদা মাঈথীরে হাঈনা লোই হারো, নত্রবদি মখোঈ মৈতৈ লাম্মীনা কোঈশিল্লবনি হাৎলগনি হাঈরগা মহম্মদ সানবী থুরাঈরাক্পা চীঙ সোন্দনা, অতৈশিংবু মৈতৈ অকন্ অথৌশিংনা মপা মপা কোন্নহুনা মৈতৈগী মুক্লাগী মহৈনা কারগা পাসা মুসল-মানশিংবু নুমহুনা মৈতৈদা চঙজহনখি । মহম্মদা সানীনা মানা তরফ সনা লৈপাক্তগী পুরকপা, পুম্নমক্ অমতা খাক্তনা পাসা মুসলমান লাম্মী ১০০০ গা লোঈনা কৎখি । অম্মুম্না য়াঙ্গোই মপানগী ময়াং লান অসি খৃঃ ১৬০৬ কী ইংঙা থাগী ১৭ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা লোইশিল্লগা মুসলমানশিংবু মা-মাগী হৈজবা হৈনরকপা শিনফম পীরগা মানা মানা তৌরক্পা থবকী মথৌমল ওইনা মৈতৈ নুপী অমমমমবু তাল্লোই মতু ওইনা পীরগা মাগী মাগী পরুবা য়ুন্নাক্ সাগৈ মমিং পীহুনা পাসা মুসলমানশিংবু মৈতৈ মুসলমান শগ্লোক্লগা মাগী মাগী খুন্দা-লৈতাফম পীহুনা মৈতৈ লৈপাক্তা মতমচুপ্পগী ওইনা খুন্দাহনখি ।

মাইবমগী সাগৈ পুকোক্, নবাপ মহম্মদ সানীগী সিপাহি সর্দার ১৬ সুবা কশ্রা মহম্মদ অসিসু মথক্কী পাসা মুসলমান খুম্লোক অচৌবা অসিদা য়াওবা খৃঃ ১৬০৬ তা মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্দাখিবা মৈতৈ মুসলমান্ খল্লাকপা নবাপ মহম্মদ সানাগী লৈঙাক ঝায়েল মথাদা অমসুং মৈতৈ মুসলমান মৌলবী মিরসৈয়দ অমখিয়া মির সৈয়দ আব্দুল্লাহ অমসুং মির সৈয়দ কালকা হুসেনগী ইমাম ঝায়েল মথাদা লৈবা প্রজা অমা ওইনা লৈরক্লবদা মুসলমান্ কাং-লুপশিংগী অশোক-অপন, অয়েক অথিন, অনা-লাইচঙববু লাইয়েংবা মাইবগী শীনফম্ব পাঈরকখি । লাইগী তীনগী মথৌ মওম তৌববু মাইবা নত্রগা অনাইবা কৌইঃ পুক্রি খুদম শুবা, হিদাক-লাংথক

শিজিন্নদুনা লাইয়েংববু অমেৎপা নত্ত্রগা মাইবা কৌই। অশুন্না মাইবগী শীনফম তৌবা কস্ত্রা মহম্মদকী ময়ুমবু মাইবা ময়ুম. মাইবম হাঙৈনা লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা থোনবীখি। মাইবম য়ুম্নাক্ থোনখিবগী মতম অসি চাওরাক্লা খৃঃ ১৬২৭ কী মতুং খৃঃ ১৬৪১ গী মমাঙগী মতম অসিদা ওইবা য়াই মরমদি লৈপাক্ মরা চেৎলক্লবা, পানা হিয়াঙবু অতোপ্পা ফম্নাইবশিংনা তোংলক্লবা মতমনি অমসুং লৈপাক্ খ্বাইগী মমাঙ্দা অশোক্-অপন থোক্লরকপা য়াবা পানা মসেন্স খৎনরম্বা য়াবা মতমদা অসিগুম্বা মীওইশিংবু লৈপাক্ নিংথৌনা সক্থঙবা মতমনি।

## (২৩) থোংখোঙময়ুম্

সাগৈ অসি ভারতবর্ষগী ওইনা মৈতৈ লৈপাক্তা চৎনরিবা মুসল্মান্শিংগী কাংলুপ ৪ হাঙৈবদি সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল হাঙৈরিবসিগী মনুংদা সৈখ হাঙৈবা কাংলুপ অসিগী মনুং চনবা ফুরুপ, সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্তি কৈসা অকনবা হাঙৈনা কৌই। মহাক অসি কছারগী লৈপাক্কী অরাং অমসুং নোংচুপ্তা লৈবা পাসা হাঙৈনা খঙনবা লমগী মনুং চনবদা লৈবা তরফ সনা লৈপাক্ হাঙৈবা পাসা মুসল্মান্ নিংথৌশিংনা পানবা লম অতুদগী মহম্মদ নাজিরী কৌবা নিংথৌগী মতমদা লৈরম্বা শা-সান্দা থৌবা মপাঙ্গল্ কনবা মীশক অমনি। তরফ হাঙৈবা অসি হৌজিক্কী বাঙ্গলা দেশকী সিলেট ডিষ্ট্রিক্কী মনুংদা হবিগঞ্জদগী খা নোংপোক্তা কিলোমিটর ১৬ (মাইল ১০) রোম চৎলগা লৈবা মফম অমনি। থোংখোঙময়ুম্গী পুকোক্ কৈসা হাঙৈরিবা অকন্বা মুপা অসি তরফ হাঙৈরিবা মফম অসিদা শোম্নুং ওইরগা পানবা লৈপাক তরফ সনা লৈপাক হাঙৈবদুগী নিংথৌ নাজিরীগী মনাও নিপা থোকপা তরফ সনা লৈপাক্কী মথা থংবা শরুক্কী নবাপ ওইরিবা মহম্মদ সানীগী লান্মী তেঙ্গোল্ মরক্তা য়াওবা সিপাহীশিংগী সর্দার অমনি।

কছারী থোংনা মাইবোং নিংথৌ প্রথফিনান্না তরফ সনা লৈপাক্কী নিংথৌ মহম্মদ নাজিরীদা, মহাক্কা মৈতৈ লৈপাক্কা লান্দাবদা মতেং পাংবিয়ু হাঈজরবদা মহম্মদ নাজিরীনা মনাও নিপা নরাপ্ন মহম্মদ সানীদা কছারীশিংগী লানগী মতেং পাংনবা য়াথং পীরম্মী। মরম অসিনা মহম্মদ সানীনা মশামক্কা লানচিংলেন ওইরগা অথন্নবা লানচিংবা সর্দার ১৬ য়াওবা লাম্মী ১০০৭কী লাম্মী তেঙ্গোল অমা পুন্থনা খৃঃ ১৬০৫ গী মেরা থাগী নিংথৌকাবা নুমিত্তা তরফ সনা লৈপাক্ থাদোক্তুনা কছারীশিংগী লানগী মতেং পাংনবা কছারীশিংগী লৈপাক্তা লাকখি। মফম অতুদগী ময়াং লাম্মী সিপাহী সর্দার ৬ য়াওবা ভীমবল অমসুং য়াখারেক্কা লুচিংবা লাম্মীগা লোঈনরগা মৈদিংঙু চা সানোংবা অমসুং মাগী অকন-অথৌ থরনা লমচিংতুনা খাই তুরেল্ লাল্লক্লগা চীঙ্ লম্বীদা লাইমতোন ফৌরুংবা কারক্তুনা খৌবুম তারক্লগা চকপা থোংজাও চীংদোল্দা ময়াংনা তেঙ্গোল সারগা পাসা মুসল্মান্শিংবু সারেল য়াঙ্গোই তুরেল মপান লম্মাংদোংদা তেঙ্গোল সাহনখি। মৈতৈশিংনা ইহারাইদগী হাওয়েন য়াঙ্গোইবুং ফাওবদা তেঙ্গোল ৪ থোক্লা শারম্মী। মৈতৈশিংগী লাম্মা য়াম্বা, নোংমৈ য়াম্না মানহনবা অমসুং মৈদিংঙু চা থুরাঈরাকপা কৌঈরেম্বা/চীঙসোম্বা/ লৈসাপাম্নবা শগোল মথক্তা তোংনা তোংনা কছারী অকনবা অমবু উমাঈবীনা য়েন্নাও চেনখিবগুম চেন্দুনা ফাখিবা উবদগী কছারী ময়াংশিংনা মখোঈনা লাননেক্লকপা মুসলমান্ লাম্মীশিংবু তাক্লমদনা লোন্না চেনখ্রবদা মৈতৈনা থত্তুনা তৌবুল খোইজুমান্দা লান শোক্লখি। লানফম অতুদা মুসলমান্ অথৌবা মুর্নোন খাঁ নত্রগা লেংমাসাগী মথক্তা মৈদিংঙু থাগেম্বা শিবা য়াবা ফিবমদা লৈখ্রবদা নোংসামৈগী লৌশিংনা কল্লগা মুর্নোন খাবু হাংখি। অতুদসু নত্তনা ময়াংগী অকনবা ফালৈতাও অমসুং মাইকাতাওবু মৈতৈনা হাংখ্রবদা ময়াং লাম্মীশিং কাঈতুনা মাঈকৈ শুঙদনা চেন্নখি অমসুং ময়াং লাম্মীশিংবু মৈতৈনা মপুং ফানা মাঈথিবা পীখি।

ময়াংশিং চেনখ্রবা মতুংদা মৈদিংগু খাগেম্বগী খুরাঙ্গৈরাকপা কোঙ্গৈরেম্বা, লাইরেন নোংসামৈ, মোংবিজাম্বা হাওমু য়ারবনচিংবা অকন-অথৌ ২০ মুক য়াওবা, শগোল তোংবা লাশ্মী ১৮০ য়াওবা লাশ্মীনা নোংমৈ তোপ অনি, কমার নোংমৈনচিংবা য়াওনা কাপশিন্দুনা সারেল য়'ঙ্গোই মপান্দা শারিবা পাসা মুসল্মান্ তেঙ্গোলবু মাঙ্গৈকৈ ৪মক কোঙ্গৈশিন্দুনা পুং ৩ চুপ্পা লান্দাববু করিস্থু তৌবা ওমদ্রবদা মৈতৈগী অঙম-অথৌ ময়াম রাতাম্নরগা খুৎলাঙ্গৈনা য়াওনরগা পাঙ্গলনা মুসল্মান্শিংবু মাঙ্গৈথীবা পীবা ওম্নরোই, খুৎলাঙ্গৈ য়াওদনা লৌশিংনা লৌ তৌরগা ফারসি হাঙ্গৈনা লেপ্পখি। লৈপাক অনিগী তাইশিন্নবা ৱা ওাংনসি হাঙ্গৈতুনা মুসল্মান্ লানচিংবা ১৬ মকপু মৈতৈ লানবন্ মঙ্গুংদা কৌরগা, মখোঙ্গৈনা লাক্লবদা লাইরেল নোংসামৈনা সন্ধিগী ৱা ওাংবদা খুৎলাঙ্গৈ য়াওনগুমসি হাঙ্গৈনা মানা হান্না লৌথোক্লুনা থম্নবদা মুসল্মান্ লানচিংবশিংস্থু লৌথোক্লুনা থম্নগা সন্ধি তৌনফমদা ফম্নরবদা মখোঙ্গৈবু মুক্লাগী মহৈনা নমতুনা ফারগা মাঙ্গৈথীরে হাঙ্গৈনা য়ানখি অমস্থুং নবাপ মহম্মদ সানীনা মানা পুরকপা পুন্নমক পাসা মুসল্মান সিফাহী ১০০০গা লোঙ্গৈননা, লোই হাতুনা থা ৮ চুপ্পা ময়ুম থাদোক্লম্নগা মীগী মতেং পাংবা লাকপা লান অদু খৃঃ ১৬০৬ কী ইংডা ১৭ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা লোইশিন্খি। অমস্থুং পাসা মুসল্মান্ পুন্নমক মৈতৈ লৈপাক্ থাদোক্কনা খুনদারো হাঙ্গৈতুনা মৈদিংগু খাগেম্বনা মানা মানা হৈরকপা সিনফম পীতুনা মানা মানা তৌরকপা থবক্কী মহৈ, মপা মপুগী লোঙ্গৈনরকপা মওং মতৌগী মথৌ মঙম পীতুনা, মখোঙ্গৈগী মথৌমলগী মনা, তাল্লোই মতু অমমম পীতুনা মৈতৈগী চৎনবীদা মখোঙ্গৈগা চুনবা য়ুম্নাক অমমম পীরগা মহম্মদ সানীবু মখোঙ্গৈগী নিংথৌ/খুল্লাকপা হাপ্লগা মাগী মথাদা পাসা মুসল্মান্শিংবু মৈতৈ মুসলমান ওনহনখি।

থোংখোঙ ময়ুমগী পুকোক কৈসা অসিসু মথক্কী মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্দাখিবা মৈদিংঙু খাগেম্বা হাক্তকী, খৃঃ ১৬০৬ কী মৈতৈ পাংঙল্ খুন্দোক্ অচোবা অসিদা য়াওবা মীওই অমনি। মহাক অসি, খ্বাইদগী ইহান হান্না মমিং চৎপা থোং লৈবা লমদা খুন্দাহনখি। হাঙৈরিবা থোং অসি মেন্নু থোং ওইবা য়াই। থোং অসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা লৈরে হাঙৈবগী খুদম হাঙৈববু মৈদিংঙু খাগেম্বনা সনা কৈরাক থাখিবা, মৈদিংঙু খুঞ্জাওবনা সনা ফম্বাল কাবা কুম্, সাইরোম মিৎসংগী কুম সক্ ১৫৭৪ ( খৃঃ ১৬৫৩ ) ........... ব্রাকচীঙ থা ....॥ লমদা থা ······॥ মেন্নুথোং চৎহৈদতুনা॥ লফুনা উঙাম শাতুনা লানএ॥ লান্দি কৈদোংব্রাং ফাইএ॥ অসিদা থোং অসি তেক্লি। মফম অসিদা খুন্দারদি নবাপ মহম্মদ সানীনা খুন্দারিবা মোংবাহনবা উমংলেনগী মখা পাকা লৈকাঙৈগসু নক্কবনিনা খুদোং চাই। কৈসা অকনববু থোং মনাক্তা, থোংগী মথোঙদা খুন্দাবা ময়ুমনি হাঙৈতুনা অশম্বা পাম্বা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মনাই মৈতৈ মুসল্মান্ অহল শিংনা "থোংখোঙ" হাঙৈবদগী মৈদিংঙু খাগেম্বনা থোংখোঙ ময়ুম হাঙৈনা থোনবিখি।

## (২৪) কমল্ ময়ুম

সাগৈ অসি ভারতবর্ষগী ওইনা মৈতৈ লৈবাক্তা চৎনরিবা মুসল্মান্শিংগী কাংলুপ সৈয়দ, সৈখ, পঠান, অমসুং মুগল হাঙৈরিবা মরি অসিগী মনুংদা পঠান কাংলুপকী মনুং চনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি মুনোর খাঁ কৌই। মুনোর খাঁ হৌজিক্কী বাঙ্গলা দেশকী অব্রাং নোংপোক লমদমগী সিলেট হাঙৈবা ডিষ্ট্রিক্কী মনুংদা লৈবা ১৬ শুবা অমসুং ১৭শুবা খৃষ্টগী চহি চাদা পাসা মুসল্মান্ নিংথৌমচা মহম্মদ নাজিরী কৌবনা পানবা তরফ সনা লৈপাক্ অহুদা লৈরম্বা পাসা মুসল্মান্ অমনি। মহাক মথোঙৈগী নিংথৌ

মহম্মদ নাজিরীগী মনাওনিপা থোকপা তরফ সনা লৈপাক্কী খা থংবা কছারী ময়াং নিংথৌগী লমগা তাইনবা তরফক্কী লম্‌দা নবাপ ওইবা মহম্মদ সানী মখাদা লাম্মীগী থবক্ তৌবা সিপাহী অমনি। মহাক কছারগী নিংথৌ প্রথফিনাম্না মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দাবদা মতেং পাংবি-নবা লান্নেক্লকপদা পাসা মুসলমান লাম্মী তেঙ্গোলদা য়াওরক্নুনা খৃঃ ১৬০৫গী মেরা থাগী থানিন থাবুং নিংথৌকাবা হুমিত্তা তরফ সনা লৈপাক্ থাদোক্লম্নগা মৈতৈ লৈপাক্তা থোরকপনি। লান অসি হৌজিক্কী বিসেনপুরগী অকোইবদা লৈবা মক্কমশিংদা শোক্নরগা ময়াং কছারীশিংনা মাইথিতুনা চেনখ্রবা অমসুং মখোঙ্গী পাসা মুসল্‌মান্ লুচিংবা ১৬ পু মৈতৈনা লৌশিং তৌতুনা ফাখ্রবদা মাঈথীরে হাঙ্গবা য়াতুনা খৃ: ১৬০৬ কী ইংঙা থাগী ১৭ পানবা ইরাই হুমিত্তা মৈদিংঙু খাগেম্বগী লানফা ওইবা পাসা লাম্মী ১০০০গী মনুংদা য়াওরকপনি। লান লোঈরবা মতুংদা মৈতৈশিংনা পাসা মুসলনানশিংবু মানা মানা হৈরকপা অমসুং হৈনরকপা শীনফম পীতুনা মখোঙ্গী মথৌমল্ তাল্লোই মৈতৈ চনু অমমম পীতুনা মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্দাহনবা মতমদা কমল্ ময়ুম্‌গী পুকোক্ মুনোর খাঁ অসিসু য়াওরম্মী।

মুনোর খাঁনা লৌবা নুপী, মাগী মরাইবক্তা তম্নরম্বা নুপী অসি কনক্ নিংঙোল অমা ওইখি। মানা নুপী অসি লৌরুবদগী মহাক্কী ময়ুমবু মৈদিংঙু খাগেম্বনা কমলময়ুম হাঙ্গনা থোনখি। মরম অসিনা মানা লৌরিবা কনক্ নিংঙোল অসি কমল নত্রগা কমলা হাঙ্গনা সোঙ্গদনমক্কী কৌরমগনি। হাঙ্গরিবা কনক্ নিংঙোল অসিগী মমিংদগী লৌতুনা মুনোর খাঁগী ময়ুমগী য়ুম্নাক সাগে মমিং থোনখিবনিনা নুপী অসিগী মমিং কমল্ (থম্বাল্) নত্রগা কম্‌লা (থম্বালগুম থোংপী) কৌই হাঙ্গবসি ময়েক্তা তারবনি। অতুগা য়ুম্নাক্কী মওংদা লৈরিবা অসিনা তাকপদি কমলাদগীদি কমল্‌না হেন্না চুনৈ।

## (২৫) বাসৈ ময়ুম

সাগৈ অসি ভারবর্ষদা চৎনবগী মতুংইন্না থাঙ্গৈথোক্লিবা মুসলমানশিংগী কাংলুপ থুংখাঙ্গগী মতুং ইন্দুনা মৈতৈ লৈপাক্তসু মৈতৈ মুসলমান্, মতম থরগী মমাঙ্গী মৈতৈ পাংগল অমসুং হৌজিক্কী মনিপুরী মুস্লীমশিংগী কাংলুপ ৪, হাঙ্গৈবদি সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল হাঙ্গৈরিবসিগী মনুংদা সৈখ কাংলুপ্তা চিংবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মনিংদি মুসক্রামুলা/মুসকালিমুলা/মুসাকালামুন/মুশাকালিমুল্লা কৌই। অহুবু অশেংবা মমিংদি মুশাক আলি মুল্লা হাঙ্গৈবনি।

মহাক প্রেমিয়ো হায়বা তরফকী লোংপোক্তা লৈবা লম অহুদা পোকপনি। সাইরেন নিংসংগী কুম সক ১৫৭৪ (খৃঃ ১৬৫৩) কা ফাইরেল থা ১১ নি পানবা নিংথোকাবা হুমিক্তা প্রেমিয়ো লৈপাক্তগী ইসেক্রামুলা, ইসেক্রামুলাগা হুপা বিবি ফোংমা মনাও-নিপা মুসাকালামুন, ক্ষেত্রি তাস, বানোন সিতারাম, কোনোক তখিলা অমসুং কোনোক বাসুদেব মখোঙ্গৈ তরেৎনা মৈতৈ লৈপাক্তা থোক্লকপদা, তখেলগী লম্খেল লোমদা লাকপদা, ময়ুরোন কবুই চাওনাশিংনা লম্বাদা থৎলমহুনা চেনলকপদা মখোঙ্গী মরক্তগী অহুম কবুইশিংনা ফাহোরগা ইসেক্রামুলা, ক্ষেত্রি তাসি, বানোন্ সিতারাম অমসুং কোনোক তখিলা মখোঙ্গৈ ৪ দি মৈতৈ লৈপাক্ য়োখ্রে। মতৈমা ফোংমা বিবিগা মনাও নিপা মুসাকালামুন গা ময়ুরোন কবুইশিংনা ফারগা থম্বদগী মতৈমা বিবি ফোংমাদি মীনাই ওইনা কবুইশিংনা য়োম্থোখ্রে। কবুই ময়ুরোন খুন্দা মীনাই ওইহুনা ফাইরেলদগী খৃঃ ১৬৫৩ গী শজিবু ফাওবা থা ৩ লৈরক্লবদা মুসাকালামুন্ চেনগে হাঙ্গৈনা থৌরাং তৌহুনা কবুই ময়ুরোন খুন্দগী চেল্লক্কুনা থৌকুনাউজম তখেন্গী কুম সক ১৫৭৫ (খৃঃ ১৬৫৩) গী কালেন ছমনি পানবা সগোলসেল হুনিক্তা মৈদিংঙু খুঞ্জাওবগী

মথোঙ্ খাদা চঙজখি। মৈদিংঙু খুঙ্গাওবনা মাবু নিংবা মনাইনি হাঙ্গইদুনা নিংথেম মাইবীহঞ্জবীদা শিন্নদুনা নাওয়োক নাওকোনতনখি।

নিংথৌনা নিংথেম মাইবী হঞ্জবীদা পাংসোই লমজাও পীরবদা নিংথেম মাইবীনা পংসোই লমবু মুসাকালামুন্দা পান্নহল্লি, মনাও অতোম্বী কিয়াম্বীস্থ পীদুনা লৌন-লৈনহল্লে। মুসাকালামুন্না হুমিং খুদিংগী সগোল তোংদুনা কোন্নুং কাবা চৎপদগী মাবু মীয়াম্না পাংসোই চাবা কৌখি। অদুদগী মাগী ময়ুম্বু পাংসোইচাবা ময়ুম, পাসোইময়ুম কৌবদগী, অমুক অসম্বা পাম্বা মুসলমান্ অহলশিংনা পাসৈময়ুম কৌ-নবদগী থৈথরক্কুনা বাসৈময়ুম হাঙ্গনা কৌনখি। অদুবু মনা কোন্নুংগী পণ্ডিতশিংনা বাঁশীময়ুম হাঙ্গনা পী। অদুগা বাঁশী খোংবদগী খাগেম্বনা থোনখিবা সাগৈ মমিংনি হ ঙ্গনা পীরিরম্মী। মতাং অসিদা পঞ্জনিংবদি বাসৈ ময়ুমগী পুকোক্ ওইরিবা মুসাক আলি মুল্লা অসিনা মৈতৈ লৈপাক য়ৌরকপা মতমদদি য়ুন্নক মমিং থোনগদৌরিবা নিংথৌ মৈদিংঙু খাগেম্বদি নোঙ্গাখ্রে। অদুনা বাঁসিময়ুম কৌজদনা বাসৈময়ুম লৌথৎচবনি।

মুসাক আলি মুল্লা/মুসাকালামুন্না মাইবম চনু কিয়াম্বী পানাদুনা তুজারা, কোঙ্গরেং, কবো অমম্মুং খম্বা ৪ অসি পোকএ ॥ ✻ ॥ তুজারানা অতোন, মোইরাং, মুনোন; অমম্মুং খোইনাই ৪ মা পোকএ। অদুগা অমুক তেল্লিচনু হোঙবী পানাদুনা অব্রানসেথ, মুসে, মাঙ্গচৌ অমম্মুং মুনোন ৪ মাস্থ পোকএ। কোঙ্গরেংনা হোঙ্গতো পোক্‌এ। হোঙ্গতোনা সোনবা পাকএ। সেনবনা খুঙম পোকএ। খুঙমনা ঙাংবগা হাওচৌগা ২মা পোকএ। ঙাংবনা হবিবা মনি কংপোকএ।

## (২৬) কোম্থা ময়ুম

সাগৈ অসি ভারতবর্ষগী ওইনা চৎনরিবা মুসলমান্‌শিংগী কাংলুপ খাঙ্গদোকপগী মতুং ইন্না মৈতৈ লৈপাক্তা লৈরিবা কাংলুপ মরি,

হাঙৈবদি সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল/মংগল্ হাঙৈবসিগী মনুংদা সৈখ হাঙৈবা কাংলুপ অতুগী মনুং চনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি য়িসক্রামুলা/ইসেক্রামুলা/ইশাকালি মুল্লা হাঙৈনা কৌই। অতুবু অশেংবা মমিংদি ইশাক আলি মুল্লা কৌই। মহাক অসি কন-থৌরবা লাম্মীগী মকোক ওইরম্বা মীশক অমনি অমসুং মহাক পাসা মুসল্‌মান্ নিংথৌমচা মহম্মদ নাজিরী কৌবনা পানবা তরফ সনা লৈপাক হাঙৈবা অতুগী নোংপোক মৈরম থংবদা লৈবা মুলুক থুন্ অচৌবা হাঙৈবা মফম অতুদা লাম্মীগী সর্দার অমা ওইনা থবক তৌরম্মী। মহাক্কী অসেংবা মরৈপাক্কী মমিংদি প্রেমিয়ো কৌই।

ইশাকালি মুল্লানা মাগী নুপী ফোৎমা বিবি অমসুং মনাও নিপা মুসাক অলি মুল্লা/মুসাকালামুলাগা লোঙৈননা মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্থোক-খুন্দারুরগে হাঙৈদুনা অতৈ খোঙলোঙৈ ক্ষেত্রি তাসি, বামোন সিতারাম, কোনোক তখিলা অমসুং কোনোক বাসুদেবগা লোঙৈননা মখোঙৈ ৭ থোকমিন্নরকপদা, তখেল লম্বাঁরোমদা লাক্পদা, লম্‌খাওদা চাওমী কবুই ময়ুরোনশিংনা থত্তুনা লান্দারকপদগী মখোঙৈ তরেৎকী মনুংদা বিবি ফোৎমা, মুসাকালামুলা অমসুং কোনোক বাসুদেববু ময়ুবোন কবুইশিংনা ফাহৌরগা মখোঙৈ মরি, হাঙৈবদি ইসাকালামুলা, ক্ষেত্রি তাসি, কোনোক তখিলা, বামোন সিতারাম খৃ: ১৬৫৩ গী ফাইরেন থা ১১ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা মৈতৈ কোন্নুংদা খুংদুনা মৈদিংঙু খুনজাওবদা চঙজফম পীবিনবা থুরুম্লবদা ইসাকালামুল্লাবু মৈদিংঙু খুঞ্জাওবনা অপোং ইংখোল (হৌজিক্কী রাজা দুম্বসিং হাই স্কুল লৈরিবা মফম) দা খুন্দাদুনা লৈহনখি।

মহাক্না নিংথৌ খন্দুনা কোনুং নুমিৎ থুদিংগী কারকপদা নোংমদি মৈতৈ নুপীগী ফিজেৎ লৈতেংবী, নহা ওইরিবী অমনা থাউত্তল

(থাউদা হৌবা তল), চাকচা উরুক খুদেং অমদা হাপ্তুনা কৎলম্মী। মতুদা ইসাকালামুল্লানা করি তৌরবগে, করি ননিঙ থুংদবা লৈরবগে হংবদা মুপী অহুনা মীরৈপাক্তুগী লাকপা মসেন্নি মহাক মপুরোইবগা কাঈনরে, মাগী মপুবোইবগী মমিং ইসাক আলি মুল্লা কৌই মশক খঙবা উবা লৈবরা লৈরবদি মতোন্দা তাক্পীযু হাঈরবদা ইসাকলা মুলানা মু নী অহুবু ফোংনা বিবিনি হাঈবা খুদক্তা খঙলকখি অমসুং মহাকপু করম তৌরকপনো হংবদা ফোংমানা কবুই ময়ুরোম্না মাবু ফাবা মীনাই ওইনা লাইরিকয়েংবম অতোম্বদা য়োল্লকপা, মহাক্না ইসাকালামুলাবু মশক খঙলকপা অসিনচিংবা পুন্নমক তয়বদা ইসাকলামুল্লানা ফোংমাবু পুহুনা মৈদিংঙু খঞ্জাওবদা ব্রারী পুন্নমক লিরবদা মৈদিংঙুনা লাইরিকয়েংবম অতোম্ববু কৌহুনা ফোংমাগী মীনাই কোকংল্লগা ময়ুমদা পুহুনা মতৈ-মনাও অমুক হন্না থুংনহুনা শুংগাইনা পানমিন্নখি।

মথোঈনা অপোং ইংথোলদা থুন্দাহুনা লৈবিঙৈদা মনাও নিপা মুসাকালামুলাসু চেল্লক্নুনা মৈতৈ লিংথৌদা চঙজরবদগী উন্নবা ফংখি। মহুগী মতুংদা মখোঈ কোম্বা হ ঈবা মফম অহুদা লিংথৌগী কৈ ডাকপা ওইনা থুন্দাকনবা থাবকখি। অমসুং কোম্বা হাঈরিবা লম অসিদা লৈরিবা কৈ অসি মৈদিংঙু খাগেম্বা (চাওরাক্লা খৃঃ ১২৬৩-১২৭৮) হাক্তক্তা লিংবা কৈ ওইরবসু মুসলমানশিংনা কৈ ডাক্লবা অমসুং থুন্দারবদি ইসাকালামুলাগী ময়ুম অসিনা ইহান হানবনি। মরম অসিনা কোম্বাদা থুন্দাব অহানবা ইসকালা মুলাগী ময়ুমবু কোম্বা ময়ুম হাঈনা মৈদিংঙু খুঞ্জাওবনা থোনবীখি।

ইসাকালামুলানা ফোংমা বিবি পানাহুনা য়োনচা পোকএ। য়োনচানা ময়াং, থাকী, তাংখুন তেনবা অমসুং অমুৎমা পোকএ। * ॥ অমুনা রুমা (উমা) পোকএ। উমানা উমরজান লান্জিংবা পাকএ। উমরজান লানজিংবনা হরান পোকএ।

## (২৭) সাজবম/সাজৌবম

সাগৈ অসি ভারতবর্ষদা লৈরিবা মুসল্মান্শিংনা মথোঙ্গীগী কাংলুপ থাঙ্গদোকপগী মতুংইন্না মৈতৈ মুসল্মানশিং, ঙরাংগী মৈতৈ পাংঙন্ অমস্যুং ঙসিগী মনিপুরী মুস্লীমশিংনা চংনরিবা কাংলুপ থুংথাঙ্গীগী কাংলুপ সৈয়দ, সৈখ. পঠান অমস্যুং মুগল হাঙ্গবা কাংলুপ মরি অসিগী মনুংদা সৈখ কাংলুপ্তা চনবা সাগৈ অমনি । সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি সাহ কুসুম কৌই । সাগৈ অসি খুল্লাকপম সাগৈদগী থাঙ্গদোরকপা সাগৈ অমনি । সাগৈ অসি পুকেক্ সাহ কুসুম হাঙ্গরিবা অসি মৈতৈ মুসল্মান্শিংগী নিংথৌ/খুল্লাকপা মহম্মদ সানী. মৈতৈনা প্রেসনা লানচিংলেন মহম্মদকী মতুংগা মরুন নিংথৌ সায়ি হাঙ্গনা কৌবা অতুগা পোকমিন্নবা অতোনবা মনাও নিপানি । মহাক অসি সাদা লান্দা থৌবা পাসা মুসলমানশিংগী তরফ সনা লৈপাক্কা নিংথৌনচা অমনি ।

মৈতৈ লৈপাক্কা নিংথৌমচা. লাইথিংগৌ. খাগেম্বগী মনাও নিপা অতোনবা য়াইস্কল্লাকপা সানোংবগী হিগাই য়াগী য়াথোক্নী মৈদিংঙ্চা সানোংবনা থোংনাং মাইবোং নিংথৌ দিমাচা কছারা নিংথৌ প্রথফিনান্দা চঙ্জহুনা মৈতৈ লৈপাক্কা লান্দাহুনা মৈতৈ লৈপাক লৌরগা মৈতৈ নিংথৌ হাপ্পীয়ু হাঙ্জবদগী কাছারী নিংথৌনা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দাবদা মতেং পাংবীয়ু হাইনা তরফ সনা লৈপাক্কী নিংথৌ নাঞ্জিহীদা হাঙ্গজরুবদগী তরফ নিংথৌ মহম্মদ মাজিরীনা মাগী লৈপাক্কী মথা থংবা শরুক; কছারগা তাইননা লৈরিবা লম্শিংগী নবাপ্ ওইরিবা মনাও নিপা থোকপা মহম্মদ সানীদা কছারী নিংথৌগী লান্ পাংঙ্ হাঙ্গনা পীরকপা য়াথংগী মতুং ইন্না মহম্মদ সানীনা মশামক্কা লান্জিংলেন ওইরগা লানচিংবা

সর্দার ১৬ য়াওবা লম্মী ১০০৭ না সাবা লাম্মী তেঙ্গোল অমা পুন্থনা খৃঃ ১৬০৫ গী মেরা থাগী থানিন-থাবুং নিংথৌকাবা ঙুমিত্তা মনাও নিপা অহুম সাকুসুম (সাহ কুসুম্), সেক্‌চুনেৎ (সৈখচুনেৎ) কৌরিপ সৈখ অমসুং মচানুপা নজরা (নজ্রা) গা লোঙ্গননা তরফ সনা লৈপাক্তগী কছারী নিংথৌগী কোংঙুদা খোঙ্‌সাল্লকুম্মী। মহম্মদ সানীনা মনাওনিপা সাকুসুমগা মচানিপা নজরাগবু কছারী নিংথৌগী কোনুংদা থম্মুগা মৈতৈ লৈপাক্তা ময়াং কছারীশিংগী লান পাংবা চৎখিরম্মী।

সাকুসুম অমসুং নজরা অনিমক্তা কছারী কোনুংদা লৈবদগী ময়াং অমসুং মৈতৈগী লানগী পাও পুন্নমক্‌ তারে। ময়াং কছারী-শিংগী তেঙ্গোল কাঙ্গবগী পাও ফংলবগা, লান্দগী চেল্লকপশিংবু ওকপীরুগে হাঙ্গনা মখোঙ্গ অনিনা মী খরগা লোঙ্গননা তন্না থোক্লকুম্মী। অদুবু লাইবক থীয়ু হাঙ্গবন্থনা কবুই থোংনাং খারুপ্পা মখোঙ্গ অনিবু ফারে অমসুং থোংনাং কবুই খারুপকী মীনাই ওইহন্দুনানা থম্লে। অদুবু অমুক হেন্না লাইবক থীবা অমনা মখুরা সাকুসুম্‌গা মচা নিপা নজরাগা পুন্না লৈমিন্নরম্বা অদুদগী মচানুপা নজরাবু নফম খণ্ডনা লোইবী কবুই থোংনাং খারুপনা য়োনথো কখ্রে। অসুম্না নিংথৌমচা ওইরকপা সাকুসুম্ কুমশীঙ্ থা শীঙ্ খণ্ডনা চাঙ্‌দা মীনাই ওইহ্নুনা হিংননবতা লাক্নুনা লৈরম্মী।

অসুম্না মীনাইগী পুন্সিদা হিংলিঙৈগী মতম অসিদা তরফ সনা লৈপাক্তা ইকাই থুন্নফমগী ফিদা মথক্তুদা ফম্লম্বা ময়াম্বা মহম্মদ সানীনা য়েরুবগী লান্‌ফা ওইখিবা অদু তাবদগী লাইবক্কী নোং-দমখোলবু পল্লেপফম্ খণ্ডনা অশিৎ-অরা থাগী নোংমুংশিংনা হুমহুনা পুরিবা অকংবা উনাগুম্না পুন্সি ল্লেরকপদা কুইরবগী তুংদা-থোংনাং খৌবুমদা পোইরৈ মৈতৈগী লোই থৌবা লাকপা লম্

চাবা লম্বু অমা ওইনা লাকুপ হাওরোঙবম্চা কোইওম্বা কৌবদগী মৈতৈ লম্গী পাও হংবা শারগা মযাম্বা মবাপকী পাওবু লৌরকপদা, মযাম্বদি মৈতৈ সনা লৈপাক্কী নিংথৌগী থৌজাল যংবা অঙেম-অথৌ ওইবে হাঙ্খীবা তাবদগী মৈতৈ লম্জাবা লম্বুগী মফমদা পাওজেন্দুনা মযাম্বগী মফমদা মাগী ওইরিবা পুন্সি অচুগী মরমদা পাওদম্বীনবা লেকচবে। পাও অসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মচা ইবুংঙো স্নাহলগী মনাই হাওবোঙবমচা কোইওম্বনা প্রসেনা লানজিংলেন মহম্মদ সনীদা পাবদা মহম্মদ সানী ওমথৈ লৈতনা ল্লাখি। মতু উবদা মৈদিংঙু খা-গেম্বনা থোংনাং খবগী লমাডবা হাওবোঙবমচা কোইওম্বদা চেংজেন চিঙ্কক পীদুনা থোংনাং খাকুপ যুন্নাক ১৫০০ থোংগতুনা নক্তর বু পিবুরিবা যংদ্র অচুম্বগী অমুক মফম খুদিংমক্তা পিবসু ফংলক্তবা থৌন্নাং খুল্লক্পানা অকনবা হাও পাখং ৩০ লেপ্তুনা খা মাঙৈকেদা লেবা কবুই খুঙ্গং ৯ লাংখোং লুথামযি, হোচোং, য়িংথি, মযুরোন খোবুম পোংনাম, অপুম্ব অমস্তুং পালোক্ ল্লাইবংবদা থাবস্তু লৈ-রমজ্রবদা পালোক ল্লাইবংবগী খুল্লাকপনা মাগী মশিংনা মঙোন্দা কংলবা মযাং মচা অাদি নবাং নবম নঙ্ক চেনখিগনি হাঙ্গৈদুনা অবাংগোনদা থুন্নযো লেন্দা যোন্খি হঙ্গৈনা তাক্লবদা সাকুম্ভম পুদুনা কোইওম্বনা মৈতৈ তম্পাক্তা কুম্নকখি।

অস্তুম্না মতম শাংনা লৈরুবা মতুংদা খৃঃ ১৬২৩ অদুরাইদা সাকুম্ভম মৈতৈ তমপাক্তা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মদাইরেম প্রসেনা লানজিংলেন মহম্মদ সানীগা উনখি। সাকুম্ভমবু খাগেম্বগী লৈনরেন্না মাগী মনাই ওইহনজগে হায়না নিজদুনা লৌবগা লৈমবেলগী থোগলনাই লাম্মী যাম্বগী মচানুপী নেৈন্না পীদুনা লুহোংবীরগা মুতুম চনু সিঙজা পৈদা (সীঙজমৈদা) খুন্দাহনখি। তরফ সনা লৈপাক্কী লানচিংলেন্নচিংবা লাঞ্জিংবা ১৫দা লৌ পীবদা সাকুম্ভমগীসু শকক থুংখি অমস্তুং লৌফম অদুবু কুম্ভম লৌ হায়না মমিং থোনখি।

সাহকুসুম অসি মশা নোই-চাওবা, মীওই মীতৌ চাও-শাংবা মীনি মাগী মশা-মউ অতুদগী লৌহুনা মাগী ময়ুমবু মশা। চাওবা মান শাজাওবম হাঙীবদগী অসহা পান্বা মৈতৈ মুসলমান্ অহলশিংনা শাজৌবম হাঙী-নম্বিবদগী ওরাংগী মৈতৈ পাংগলশিংনা শাজবম হাঙীন নিংথোনখি। শাজৌবম্ হাঙীবসি মৈদিংঙু খাগেম্বনা থোনখিবা সাগৈ মনিংনি; সাকুম্বম্না মেইল্লৈ পানাহুনা শাতোন পোকই।

## (২৮) লৈসাংথোং

সাগৈ অসি ভারতবর্ষগী ওইবা মুসলমান্শিংগী কাংলুপ থাঙীবগী খুংথাঙীদা মৈতৈ লৈপাক্তা চংনরিবা কাংলুপশিং সৈয়দ, সেখ, পঠান্ অমসুং মুগল/মোগল/মংগল হাঙীবা মরি অসিগী মনুংদা সৈথ হাঙীবা কাংলুপতা চিংবা মৈতৈ মুসলমান সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্কি আক্যা তুল্লাহ হাঙীনা কৌই। আক্যা তুল্লাহ হাঙীরিবা পুকোক্ অসি মৈতৈ মুসলমান খুন্থোক অচৌবা, মৈদিংঙু খাগেম্বা/পোইরৈ নিংথৌহনবা/সনাহিহোনহন/ময়াংঙম্বা/ (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২) গী মতমগী মীওইনি। মহাক কামাতা লৈপাক্কী মথা থংবদা লৈবা পাস হাঙীরিবা লৈপাক্তা মনুংদা লৈরম্বা ১৬ শুবা অমসুং ১৭ শুবা খৃষ্টগী চহি চাগী মতমদা পাসা মুসল্মান্ নিংথৌমচাশিংনা পাল্লম্বা তরফ সনা লৈপাক্ হাঙীবা অদুগী লাম্মীগী থবক তৌবা সিফাই অমনি। মহাক তরফ সনা লৈপাক্কী মথাথংবা, কছার লৈপাক্তা তাইনবা সরুক্কী নবাপ ওইরিবা তরফ সনা লৈপাক্কী নিংথৌ মহম্মদ নাজিরীগী মনাওনিপা থোকপা মহম্মদ সানী, মৈতৈনা প্রসেনা লানচিংলেন মহম্মদনি নত্রগা মংগল্ নিংথৌ সান্নি হাঙীনা কৌবা অদুগী লাম্মী তেঙ্গোল্ মরক্তা য়াওবা সিফাহী অমনি। মহাক লাম্মী অমা ওইনা শা-লান্দা থৌবতা নত্তনা তাইবং মপুবু চেৎনা থাজবা, নোম্বা কনবা মুসলমান মীওই অমনি।

মহাক মরৈপাক তরফ সনা লৈপাক খৃঃ ১৬০৫ গী মেয়া থাগী থানিন্ থাবুং নিংথৌকাবা মুনিত্তা থাদোক্লম্মী। মৈতৈ লৈপাক্তা সানোংবা হিগাইরাগী য়াথোক্তগী মৈদিংগুচা সানোংবা য়াইস্কুল লাকপনা খোংনাং মাইবোং নিংথৌ কছারদা পানবা প্রথফিনান্দা চওক্তকম নিজরগা মৈতৈ লৈপাক লৌরগা মৈতৈ নিংথৌ হাপ্পীয়ু হ ঈজবদনী ময়াং কছারী নিংথৌনা তরফ সনা লৈপাক্কী নিংথৌ মহম্মদ নাজিরীদা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দাবদা মতেং পাংবিয়ু হাঈহুনা লানগী মতেং নিরকপদগী তরফ সনা লৈপাক্কী নিংথৌনা মাগী লৈপাক্কী মথা থংনা শরুক্কী নবাপতা কছারী নিংথৌগী লানগী মতেং পাংনবা য়াখং তৌরকপদগী নবাপ মহম্মদ সানীনা মশামক্তা লান-জিংলেন ওইরগা অকনবা অথৌবা লানচিংবা লম্মীগী সার্দার ১৬ হাজনা সিফাঈী ১০০৭ না সাবা পাসা মুসলমান লাম্মী তেঙ্গোল অমা পুহুনা কছারগী লান্ পাংবা লাকপদা লৈসাংখোং মৈতৈ মুসলমান সাগৈগী পুকোক আক্যা তুল্লাহ অসিস্থু লাম্মী অমা ওইনা য়াওরকখিবনি অমসুং মৈতৈ লৈপাক্তা থোক্লকখিবনি।

হাঈরিবা লানকম অসিদা ময়াং কছারী মাঈথীহুনা চেনখ্রবা অমসুং খৃঃ ১৬০৬ কা ইংঙা থাগী ১৭ নি পানবা ইরাই মুমিত্তা পাসা মুসলমানশিংবু মৈতৈশিংনা লৌশিংনা ফারগা মাঈথীবে হায়বা য়াহন্দুনা লোই হাহনবদা য়াওবা পাসা মুসলমান লাম্মী ১০০০ গী মনুংদা আক্যা তুল্লাহসু অমনি। লান লোঈরবা মতুংদা পাসা মুসলমানশিংবু মানা মানা হৈনরকপা, হৈরকপা অমসুং তৌরকপা সিনফম অমদি তেগে হাঈবা সিন্ফম পীহুনা মখোঈ মখোঈনা তৌথোরকপা থবক্কী মথৌমল ওইনা মৈতৈ চহু অমমম্ মনা ওইনা ভাল্লোই মতু ওইননবা পীরগা মৈতৈ লৈপাক্তা মখোঈ নবাপ মহম্মদ সানীবু মখোঈগীনা নিংথৌ, মৈতৈ লৈপাক্কীনা মুসলমান মংগলশিং থুল্লাকপা হাপ্তুনা অমসুং সৈয়দ অন্নীয়াবু মৌলবী হাপ্তুনা মখোঈ

অনিগী ব্রায়েল মথাদা থম্লগা খুন্দাইহনখি। মা-মাগী মপা মপুগী লোঈ রকপা সাগৈগী মিং, ইকাই খুম্নফমগী মিংথোল, মা-মানা তৌ-খোক্লকপা মথৌ-মওনগী মওং মতৌ অমসুং খুন্দ-লৈতাখিবগী থৌওং-থৌদাগা লোঈননা ময়ুম অহুবু থওনবা যুম্নাক্ মিংথোল অমমম পীরগা পাসা, মুসলমানশিংবু মৈতৈ মুসলমান ওনহন্দুনা মতম চুপ্পগী ওইনা খুন্দাইহনখিবশিং অহুগী মনুংনা আক্যা তুল্লাইহল্লু অমনি।

আক্যা তুল্লাইগী ফুঙ্গা অসিবু মৈদিংগু খাগেম্বনা থোংচ্ রাইরোক্পা মসুমাত, পাংয়াঈ চনম্বা মীকাঈফম থোঙলেন ভাইবী লংথবানগী লৈসাংথোং থোংলেন মরীল ইন্না খুন্দা লৈত্তাকম পীখি। নিংথৌগী য়াথংগী ইন্দুনা লৈসাংখোং থোংলেন মরীল ইন্না খুন্দাখিবা আক্যা তুল্লাইগী ফুঙ্গা ময়ুমবু মৈদিংগু খাগেম্বনা লৈসাংথোং খুন্দাবা ময়ুমনি হাঈবগীদমক লৈসাংথোং ময়ুম হাঈনা মিংথোনবীখিববু পোঙৈরৈ ভাবা খিবা লহানগী মৈতৈ মংগলনা অসম্বা পাম্বা ওরাংগী মৈতৈ পাংওলনা লৈসাংথোং হাঈনা কোনবদগী ঙাসিগী মনিপুরী মুস্লীমনা লৈসাংথোং সাগৈ হাঈনরি।

## (২৯) ইফম্

সাগৈ অসি মৈতৈ পাংঙল্ মুসলমান সমাজনা চংংরিবা ভারত অপুম্বগী ওইবা মুসলমান ফুরুপশিংগী কাংলুপ্ খুংথাঈ সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল/মংগনি হাঈহুনা লৌরিবা মরি অসিগী মনুংদা পঠান হাঈবা কাংলুপকী মনুং চন্‌বা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্শিংগী মমিংশিংদি পুত্তোমখাঁ, মিনখাঁ, লুকুমামখাঁ, তিম্লেনখাঁ অমসুং শালিমাখাঁ/সিলিমখাঁ কৌই। পুকোকশিং অসি লৈপাক অমত্তদগী পুন্না লাকমিন্নবা অমসুং পুন্না লৈমিন্নবা, থবক তৌমিন্নবনি। পুত্তোন্খাঁ অমসুং মহাক্কী মচানিপা শালিম/সিলিম্খাঁ মুগোল লৈপাকী লান্মীগী থবক তৌবা মীওইশিংনি। অহুবু মখোইগী

লৈকম্ অমসুং নরৈপাক্তি গুজরাটমি। অদুগা অতৈ পুকোকশিং অহুম মিনখাঁ, লুকমানখাঁ অমসুং তিল্লেনখাঁ মখোঙৈ অনিগা য়াম্না মক্লবা মরী-মতা ওইরগনি।

ইফম সাগৈগী পুকোকশিং অসি চনম্ চাওবগী কুম সক ১৬০৯ (খৃঃ ১৬০৮) .... গী লোইদাম্ রাকটৌ থা ৩ মি পানবা য়ুমশবৈস সুনিত্তা গুজরাট লৈপাক্কী পোত্তোন্খাঁ, মপারী সিলিমখাঁ, মিনখাঁ লুক-মানখাঁ তিলেন/তিল্লেন্খাঁ, মেগা, ক্ষেত্রিদাস, বামোন রামরান অমসুং হরিচরন চমা থোক্লকএ। মখোঙৈনা মৈতৈ লৈপাক্কা থুংলরবগা মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু পাইখোম্বদা চত্তজহনা মখোঙৈগী থুন্দ লৈতাফম্ নিজখি। পোত্তোন্খাঁ, সিলিমখাঁ অনিগী ইকাইখুম্ননিংঙাই ওইরবা মুগল/মোগল সম্রাজগী লাম্নী অমা ওইবগী লিংজেন্ অদুবু উরুবদা মৈতৈ নিংথৌবু নিংবা মনাইনি হাঙৈদুনা মৈতৈ লৈপাক্কা খুেরাক্লকপা অকন্ অথৌ লাম্নীশিংগী থুদোল্ তাক্লোই মতু মৈতৈ চনু অনমন পিদুনা মৈতৈ কংবা [হৌজিক্কা অসাম রাইফল্সনা 'য়ুম্ফাল সহরগী ময়ৈ চৈবুক্তা, গভর্নর হাউসকী নোংপোক্তা কল্লিবা থাংগপাৎ অমসুং ইম্ফাল তুরেলনা কোঙৈশিল্লিবা লমগী শরুকশিং] গী মসুংদা কুচু থোন-লাংমৈগী মথাদা সওলা মৈগী মনাক্তা মংগাল সগুত্তোং শানা মঙান থুংসমসও কৌনা লৈহনখি। লুম্নাক অসিগী পোত্তেনখাঁ অমসুং সিল্লিনখাঁনা মৈদিংঙু পাইখোম্ববু তখেল নিংথৌগী লাম্নী তেদারসিং সেনাপতিনা লানজিংবনা কাথী হিদেম্দা হিগী মথাদা য়োংলি থাংকলগা মৈতৈ নিংথৌনা হিদা তোংহল্লকপা নোংমৈ কাপ্লগা হি চিংদুনা ফাগে হাঙৈনা তৌবদগী কনখি।

সাগৈ অসিগী ফুঙ্গাশিং অসি কংলাগী মংগল্ সওগী য়িমফম অসিদা থুম্নারম্বদগী পোত্তোন্খাঁ অমসুং মচানিপা সিলিম্খাগী ফুঙ্গাবু

মৈতৈ নিংথৌগী ইয়োকপা ইংখোলদা ইসঙগা পুং ওইনা থুন্দাহনখি। মতুদগী মখোঙ্গী অনিগী সাগৈ ফুরুপ অসিবু ইগী ইং খোল, ইগী মফমদা থুন্দাখিবা মনুংনি হাঙ্গইদুনা ইংখোল ময়ুম, ইগী মফমদ ময়ুম ইম্ফম ময়ুম হাঙ্গৈবদগী পোইরৈ তাবা খিবা মৈতৈ মংগলনা ইমফম্ কৌনবদগী অশঙ্গা পম্বা ওরাংগী মৈতৈ পাংঙলনা ইফম হাঙ্গৈনা কৌনরকদগী ওসিগী মনিপুরী মুস্লীম সমাজনা ইফম হাঙ্গৈমা থঙনরি।

## (৩৭) লবুক তোংবম

সাগৈ অসি ভারতবর্ষগী মুসলমান সমাজদা, মখোঙ্গী মখোঙ্গীগী লাইকম অমসুং সিনফম্গী মতুং ইন্না মুসলমান ফুরুপংশিংবু কাংলুপ থাঙ্গবগী থুংখাঙ্গীগী চৎনবী রায়েলগী মতুং ইন্না মৈতৈ মুসলমান সমাজদা চৎনবিবা কাংলুপ মরি সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল মোগল/মংগল হাঙ্গৈরিবা অসিগী মনুংদগী পঠান হাঙ্গৈবা কাংলুপ কী মতুং চনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্ নিনথা ধর্ম্মদা মাঙ্গইপুনবা নীন।

মহাক গুজরাট লৈপাক্কীগী গুজরাটকী লাম্নীগী সর্দ্দার পোতোন খাঁ অমসুং মহাক্কী মচানুপা মুগল লাম্মীগী সর্দ্দার সিলিম্ খাঁ অনিগী মতুং ইন্দুনা খৃঃ ১৬৮৮ গী রাকচীঙ্ হুমনি পানবা য়ুমসকৈস চুমিত্তা মৈতৈ লৈপাক্কী কোংথুংদা থুংলবনি অমসুং মখোঙ্গী লুচিংবা অনিসিগী মতুং ইন্দুনা কংলাগী মনুংদা লৈবা মংগল সঙগী যুম্ফমদা থুন্দারম্বনি অদুবু নিংথৌ য়াথং মতুংইন্না পোতোন খাঁ অমসুং সিলিম খাঁনা ইগী ইংখোলঙাকপা ওইনা ইফমদা থুন্দাখ্রবা মতমদা মহাক লৌবুক্ অমদা লৌতাংসঙ সাহুনা থুন্দাবা হৌখিবনি। মতুদগী নাগী ফুঙ্গাবু লৌবুক্তা থুন্দাবা, লৌবুক তোংবা ময়ুম হাইনা খঙনবদগী নহানগী মৈতৈ মঙ্গলশিংনা লৌবুক তোংবম হাঙ্গৈনা কৌখিবদগী ওরাংগী মৈতৈ

পাঙ্গলশিংনা লৌবুকতোংবম হাঙৈনা কৌথিবদগী ওরাংগী মৈতৈ পাংগলনা লৌবুকতোংবম কৌববু ওসিগী মনিপুরী মুস্লীমশিংনা লবুক-তোংবম হাঙৈবনি।

## (৩১) মোইচৌঙ্ মরীম্/মোইজিংময়ুম্

সাগৈ অসি অপুনবা ভারতবর্ষগী ওইনা মুসলমান সমাজনা মখোঙৈগী মপা মপুশিংনা লাকপা লমগী মকুংইন্না মুসলমান ফুরুপশিংবু কাংলুপ খাঙৈদোক্পগী খুৎখাঙৈগী রায়েল ওাক্তুনা মৈতৈ লৈপাক্তা চৎনরিবা কাংলুপ ৪ হাঙৈবদি সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল হাঙৈবশিংসিগী মনুংদা সৈখ হাঙৈবা কাংলুপ অদুগী মনুং চনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি মহম্মদ কৌই। মহম্মদ হাঙৈবা পুকোক অসিগী তাংদাংবা খঙবা ওমদে। মহাকপু মহম্মদ হায়বা অহল অ'স মৈতৈ রাজকুমার অমদগী মুসলিম ওল্লকপনি হাঙৈনা এম এ জনাবখাঁ, হাফিজ হাত্তা মিনুথোং, ইম্ফাল)না ফোঙবা (খৃঃ ১৯৭৩) নোংসাসৈ (পুয়া) গী হাপচিল্লকপা সরুক্কী ২ শুবা মচেৎ মনীপুরী মুস্লিমশিংগী শাগৈশিং হাঙৈবা অদুদা পীরি। অদুগা কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমনা লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসন, ইম্ফালগী দমক ফোঙবা (এপ্রিল ২১,১৯৮৫ ইং) পাঙল থোরকপা কৌবা লাইরিক্তা হাহৌদোক্কী অরোইবা শরুক কোমুং পণ্ডিতশিংগী মতুংইন্না মৈতৈ পাঙলশিংগী শাগৈ হাঙৈবদুদা পীবনা, ১২। মোইজিং—মাইজিং চৌগী চৌংথোংদা তাবদগী থাগেম্বনা থোনখিবা শাগৈনি—হাঙৈবসিনি। অনি অসি, মতমগী মতাংদা য়াম্না শাথিনা চহি ৩০০গী মথক্তা ফাগ লৈনৈ। কোমুংগী পণ্ডিতশিংগী রাফমসি য়ুম্ফম য়াওদবনি পণ্ডিতশিংনা মৈতৈ লাইরিক অতৈ নোংচুপ হারমসোনশিং অমসুং চৈথারোল কুম্বাবশিং নিংথিনা নৈনবীবা কৈ, মৈতৈ লাইরিকশিংবু ফাগী তাইনবীগনু। অদুগা মিষ্টর জনাব খাঁ গীসি য়ুম্ফম লৈরম্বা য়াই অদুবু

কলচরনা য়াগ্রে, রাজকুমার মৈতৈনা খাইগী ওইনা নিংথেমচাশিংবু কৌরিদে ওসিগী মনিপুরী মুস্লীমশিংগী মতমদনি অদুনা মহম্মদ হাঙৈবা পুকোকসিগী মতম পুথে'কপা রানা থোক্লিবনি। অদুবু ওইবা য়াবা মতমগী তাংকক্ত খৃঃ ১৬৫৪ দগীনা খৃঃ ১৮৩১ অদুরাই ফাওবগী মনুংদনি। অদুবু মহম্মদ হাঙৈবা পুকোক অসিনা থৌবাল মোইচা চীঙ মোইচীঙ চীঙখোঙদা খাইদগী ইহান হান্না তাবা মৈতৈ মুসলমান/মৈতৈ মংগন/মৈতৈ পাংঙলনি হাঙৈবা অদুমদি অশেংবনি।

মোইচাচীঙ চীঙখোঙদা খাইদগী ইহান হান্না খুন্দাবা ময়ীমনি হাঙৈদুনা মহম্মদগী ফুঙ্গা ময়ুম্বু মোইচীঙ ময়ীম কৌববু মৈতৈ পাংঙল অসম্বা পাম্বনা মোইচীংময়ুম্ কৌই। অদুদগী অনুক থৈথরক্লুনা মোইজীংময়ুম কৌনরি।

## (৩২) কইনৌ ময়ীম্/কৈনৌময়ুম্

সাগৈ অসি ভারতবর্ষ পুম্নমক্কী ওইনা মুসলমান সমাজগী চৎনবী মথোঙৈগী মপা মপুশিংনা খুম্হোক-খুনহোংলকপগী মতুংইন্না মুসল-মানশিংগী কাংলুপ থাঙৈবা খুৎথাঙৈ অংগী মওং-মতৌদা মৈতৈ লৈপাক্তা লৈরিবা কাংলুপশিং সৈয়দ, সৈখ, পঠান্ অমসুং মুগল্ হাঙৈবা কাংলুপ মরি অসিগী মনুংদা কাংলুপ অনি সৈখ অমসুং পঠান কাংলুপ অনি অসিগী মীওইশিংগী চাদা মাওদানি। মরম অসিনা সাগৈ অসিগী ফুঙ্গা থরনা সৈখ কাংলুপ্তা অদুগা ফুঙ্গা থরনা পঠান কাংলুপতা চল্লি। মসি মাগী মাগী পুকোকশিং অদুগী মতুংইন্না সাগৈ অসিগী ফুঙ্গাশিংগী কাংলুপ্ লেপকদবনি। অদুগা সাগৈ অসিগী পুকোকশিংদি উখাঁ তোল্লোং, উরাক খাঁ অনি অসিনা পঠান কাংলুপকী পুকোকশিং অদুগা হৈব্রান সৈখ অমসুং পাচু সৈখ অসিনা সৈখ কাংলুপকী পুকোকশিংনি। অদুম ওইনমক সাগৈ অসিগী লুচিংবদি উখাঁ তোল্লোংনা ওইরম্মী।

হাঙ্ঈরিবা পুকে কশি সি মৈদিংঙু লাইনিংখোম্বা,পাইখোম্বগী স্না হাক্তক্তা খ্রঃ ১৬৭৯, য়েনখোইবা লাংমৈগী কুম সক ১৬০১ গী ইংঙা থা ৬ নি ইরাইদা মকক স্না লৈপাক্তগী মকক নিংথৌমচা সুনারফুল অমসুং লুখিযাফুলগী মতুং ইন্দুনা মৈতৈ লৈপাক্তা থুংলবনি। মখোঙ্গী খোঙবুশিংদি মকক নিংথৌমচা সুনারফুল, লুখিয়াফুল, লৈগী লইপাক্কী লনকোইবা ফ কর মিলিয়া সৈখ, লৈগী লৈপাকমচা মানফুলাম সৈখ, লৈথৌ, লাংঙময়াম লৈপাক্কী সৈখ জালি, ককচিঙ তাবা ওইনামজান, মহম্মদকী মচা অকুন্ সৈখ, অকুনসৈখকী মচানিপা ইসমান খাঁ, প্রতাপনা, অমুন, কৈনৌ তাবা উখাঁ তোল্লোং, হৈরানসৈখ, উরাকখাঁ, পাচুসৈখনচিংবা মী ৩৭ থোকমিন্নরকপনি। মখোঙ্না মৈতৈ লৈপাক্তা থোরক্লবদা মখোঙ্বু মৈদিংঙু পাইখোম্বনা তাল্লোই মতু, মৈতৈ নিং-ঙোল অনমম পীডুনা মখোঙ্গী খুন্দা লৈতাফম পীডুনা মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্দাহনবদা উখাঁ তোল্লোং, হৈরানসৈখ, উরাক খাঁ অমসুং পাচু সৈখপু মবুধৌ সেনবী খাগেন্না কৈলিংলম্বা কৈনো কৌবা মফমদা কে ঙাক্‌ণগী থবক লৈপাক নিংথৌগী ওইনা শিন্নডুনা উখাঁ তোল্লোংপু কৈনৌগী কৈরাকৃপা হাপ্তুনা খুন্দাহনখি।

কৈ ঙাক্লবা কৈনৌদা ইহান হান্না খুন্দাখিবা মৈতৈ মুসলমানগী ফুরুপ অসি মখোঙ্দা পীরিবা মখো অমসুং মখোঙ্না খুন্দাখিবা লমদম অতুগী মমিং লৌডুনা কৈনৌ ঙাকপা কৈনৌ তাবা ময়ীম হাঙ্বদগী অসম্বা পাঙ্গা মৈতৈ মংগল অমসুং মৈতৈ পাংঙলশিংনা কৈনৌময়ুম কৌখি।

উখাঁ তোল্লোংনা সৈখপোতোন, কোইঙাং, খোঙ গোন অমসুং কৈনৌ ৪মা পোকএ। *। কোইঙাংনা ঙাংতোন, অমসুং খুঙম ২মা পোকএ। *। খোঙগোন্না খোমদাং, অরোই অমসুং কিয়াম্বা ৩মা পোকএ। *। কৈনৌনা লেম্বা, খুঙম, খম্বা অমসুং ঙাংতোন ৫মা পোকএ।

## (৩৩) ঊরুপ ময়ুম্

সাগৈ অসি ভারত অপুম্বগী ওইনা মুসলমান সমাজনা মখোঙীগী মপা-মপুশিংনা খুন্থে ক-খুনহোংলকপগী লমদম অমসুং কাংলুপকী য়ুমফম য়েংতুনা থাঙীবা মুসলমান কাংলুপ থাঙীবা খুৎথাঙীগী রায়েন মখাদা মৈতৈ লৈপাক্তা চৎনরিবা মুসলমানশিংগী কাংলুপ মরি হাঙীবদি সৈয়দ, সৈখ পঠান, অমসুং মুগল/মোগল হাঙীবশিংসি মনুংদা পঠান কাংলুপতা চিংবা সাগৈ অমনি সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি কনর খাঁ/খনোন খাঁ কৌই। মহাক্কী অশেংবা লৈপাক্কী মমিংদি য়োঙীথা কৌই অদুবু মহাক তরফ সনা লৈপাক হাঙীবা অদুদা শীন-লংতুনা লৈরম্মী।

পুকোক খনোনখাঁ/কানর খাঁ অসি হৌজিক্কী বাঙ্গালা দেশকী অরাং নোংপোক লমদমগী জিলা, শ্রীহট্ট, হৌ জক্কা সিলেট হাঙীনা খঙনরিবা অসিগী মনুংদা লৈবা মমিংচৎপা পাসা হাঙীনা খঙনরম্বা লম অদুগী মনুংচনবা তরপ সনা লৈপাক হাঙীনা কৌবা হৌজিক্কী হাবিগঞ্জগী থাঁ নোংপোকলোমদা কিলোমিটর ১৬ লোম চৎলগা লৈবা, তরফ হাঙীবা মফমদা ফোঙ্নুং ওইবা, লৈপাক অদুগী মনুংদা লৈরিবৈদা তরফ সনা লৈপাক্কী খা থংবা সরুক্কী নবাপ মহম্মদ সানীনা তরফ সনা লৈপাক্কী নিংথৌ মহম্মদ নাজিরগী য়াথং মতু ইন্না কছার নিংথৌ প্রথিফনান্না মৈতৈ লৈপাক লান্দাবদা পাসা লাম্গী ১০০৭ পুতুনা মতেং পাংবা চৎখিবদা লান্দা মাঙীথিতুনা পাসা মুসলমান ১০০১ খৃঃ ১৬০৬ কী ইংডা থাগী ১৭নি পানবা ইরাই নুমিত্তগী খুন্দাখ্রবা মতুংদা লানফম অদুদা য়াওবা মৈত্রবাক্তা খুনহোংখ্রবা সপ্রমহম্মদ কৌবা লাম্গী সর্দারনা মৈতৈ নিংথৌ খাগেম্বগী য়াথং লৌতুনা মনাওনিপা কম্র মহম্মদ অমসুং মচন নুপী চৈনান্দি লৌথে কে হাঙীনা তরফ সনা লৈপাক্তা খৃঃ ১৬০৬ কী লাংবন্

[illegible]মকুগা শ্রীহট্ট, সিল্হেৎ/সিলেট হাঙৈবা বঙ্গাল দেশকী অৱাং নোং-[illegible]লা অদুগী মনুংদা লৈবা পাসা মুসলমান নিংথৌমচা মহম্মদ [illegible] পানবা তরফ সনা লৈপাক হাঙৈবদুগী মথা থংবা শরুক্কী নবা[illegible] মহম্মদ সানিগী লাম্মীগী অথন্নবা লানজিংবা অমনি।

কছারী ময়াং নিংথৌ প্রথফিনান্না মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দাবদা মতুং নিজবদগী তরফকী নিংথৌনা মনাও থোকপা নবাপ মহম্মদ সানিদা লান মতেং পাংনবা য়াথং পীবগী মতুংইন্না মহম্মদ সানীনা মখামক্তা লানচিংলেন ওইরগা অথন্নবা লানচিংবা ১৩ য়াওবা লাম্মী ৭০০৭ না শাৰা তেংগোল অমা পুত্নুনা খৃঃ ১৬০৫ গী মেরা থাগী থানিন থাবুং নিংথৌকাবা মুমিত্তা তরফ থাদোক্নুনা কছারীশিংগী লান পাংনা লাকখি। খৌবালময়ুমগী পুকোক ইব্রাহিম মিয়া অসিমু তেঙ্গোল অসিদা লানচিংবা ১৬ কী মতুংদা ৯শুবা ওইনা য়াওরকখি। লান অসি বিসনপুর লমাংদোংগী সায়েল য়াঙ্গোঈ তুরেল মপান্দা খেংনরগা মৈতৈনা লৌশিং তৌদুনা মুসলমান লুটিংবশিংবু খুৎলাই থমহল্লগা ফাদুনা খৃঃ ১৬০৬ কী ইংগা থাগী ১৭নি পানবা ইরাঈ মুমিত্তা মুসলমানশিংবু নাঙৈথিরে হাঙৈবা য়াহন্দুনা মখোঙৈনা পুরক্পা পুন্নমক মুসলমান লাম্মী ১০০০গা লোঙৈননা লোই হাহনখি। অমসুং মতুদগী পাসা মুসলমানশিংবু মানা মানা হৈনরকপা, হৈরকপা শিনশিংদা থাজিন্দুনা মাগী মাগী মথৌমলগী মনা মৈতৈ চনু অমমম পীদুনা মৈতৈগী চংনবীদা য়ুম্নাক মমিং খোনবীরগা পাসা মুসলমানশিংবু মৈতৈ মুসলমান ওনহনখি।

ইব্রাহিম মিয়াসু অমুয়া মৈতৈ মুসলমান ওলহল্লগা মৈদিংগু খাগেম্বনা খৃঃ ১৬৩০ অদুরাইদা থৌবালদা মরিংশিং লম হেল্লক্নবা ত্তাকপা ওইনা খুন্দাহনখি। মমম অসিদগী মাগী ময়ুমবু থৌবাল তাবা মুসলমান ফুরুপনি খওননবা থোনখিববু অসম্বা পাম্বা মৈতৈ মংগল অমসুং মৈতৈ পাংঙলশিংনা থৌবাল ময়ুম হাঙৈনা কৌনখি।

## (৩৫) মোইনাম্

সাংগৈ অসি ভারত অপুম্বগী ওইনা মুসলমান সমাজনা মুসলমান ফুরপশিংবু মথোঙ্গী মপা-মপুশিংনা খুন্থোক-খুল্হোংলকপা মফম শিংদা য়ুম্ফম ওইরগা কাংলুপ থাঙ্গবগী থুংথাঙ্গী ব্রায়েল মতুংইন্না মৈতৈ লৈপাক্তা চৎনরিবা কাংলুপশিং হাঙ্গবদি সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল হায়না খঙনরিবা মরি অসিগী মনুংদা সৈখ কাংলুপকী মনুং চনবা সাংগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি জান মহম্মদ হাঙ্গনা কৌই। মহাক অসি হৌজিক্কী বাঙ্গলা দেশকী অরাং-নোংপোক্কী লম সিলেট জিলাগী মনুংদা খৃষ্টগী ১৬ শুবা অমসুং ১৭ শুবা চহিদা পাসা মুসলমান নিংথৌ মহম্মদ নাজিরী কৌবনা পানবা তরফ সনা লৈপাক হাঙ্গনা মমিং থোনবা হৌজিক্কী সেরাইল পারাগানাগী অরাং নোংপোক বাক্লোমদা কিলোমিটর ৫৫ রোম লাপ্না লৈরিবা তরফ হাইবা মফম অসিদা কোন্নুং ওইরম্না লৈপাক অদুগী লানগী সিফাহী অমনি। মহাক্না তরফকী মথাথংবা সরুক্কী নবাপ মহম্মদ সানীগী মথাদা লৈরম্মী। খৃঃ ১৬০৬ দা তরফকী লান্মীনা কছারনা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দাবদা নতেং পাংনবা মহম্মদ সানীগী সিফাহী ১০০৭ না শাবা, সার্দার ১৬ য়াওবা লান্মীদা য়াওদুনা তরফ নীরপাক থাদোক্লুনা খৃঃ ১৬০৫ গী মেরাগী থানিন থাবুং নিংথৌকাবা নুমিত্তগী থোঙ-সান্নকপনি। অদুবু লান অদুদা মাঙ্গখীদুনা খৃঃ ১৬০৬ কী ইংগা ১৭ নি ইরাই নুমিত্তগী লানফা ওইদুনা মৈতৈ লৈপাক্তা মুসলমান লান্মী ১০০০ গুন্দাহনবদা য়াওখি।

মুসলমানশিংবু মামা মানা হৈনরকপা অমসুং হৈরকপা শিনফমদা থাজিন্দুনা মাগী মাগী মথৌমলগী মনা পীদুনা মর্বাক্ মুসলমান শিংবু মৈতৈ মুসলমান ওনহল্লকপা মতম অসিদা ইব্রাহিম মিয়ানা লাইগী নোংদমদগী ময়না হাঙ্গবা উচেক অদু অনথক ফাখি। মহাক্না

মহু লাইয়িংথৌ খাগেম্বদা কৎখি। লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা মহাক্কপু তাল্লোই মতু ওইনবা মৈতৈ নিংঙোল অমা পীবগা লোইননা মহাক্কী ফুঙ্গাবু মোঙ্গৈনা কংপা নয়িমনি হাঙৈহুনা মোঙ্গৈনা ময়িন হাঙৈনা খোনবিখি। অহুবু পোইরৈ তাফাখিবা, য়াংঙম্ হাঙৈমন তানবনা মোঙৈনাম হাঙৈনা কৌববু মৈতৈ পাংঙল অসঙ্গা পান্দনা মোইনাম্ কৌনখি।

## (৩২) কইনৌ ময়াম্/কৈনৌময়ুম্

সাগৈ অসি ভারতবর্ষগী মুসলমান সমাজনা মুসলমান ক্লপশিংগী মপা মপুশিংনা থুন্তোক থনহৌংলকপগী মওং-মতৌ অমসুং মফমশিংদা য়ুমফম ওইরগা মুসলমানশিংগী কাংলুপ খাঙৈদোকপগী য়াহেল্ পাবিংদা মৈতৈ লৈপাক্তা চংনখিবা অমসুং লোখংলিবা কাংলুপশিং সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল হাঙৈরিবা মার অসিগা মন্নংদা সৈখ হাঙৈবা কাংলুপ অহুগী মনুং চনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি মুস্তাকলি মুল্লা কৌই।

মুস্রা কাম্লি মুল্লা তরফ সনা লৈপাক হাঙৈবা হৌজিক্কী বাঙ্গালা দেশক্কী সিলেট ডিষ্ট্রিক্টা মনুংদা লৈবা হবিগঞ্জদগী খান্নোংপো-ক্রোমদা কিলোমিটর ১৬ লোম চৎলগা লৈবা তরফ হাঙৈবা মফম অহুদা কোন্নুং ওইরগা খৃষ্টগী ১৬ শুবা অমসুং ১৭ শুবা চহি চাদা পাসা মুসলমান নিংথৌ সাগৈগী নিংথৌ মহম্মদ নাজিরনা পানবা মতমদা লৈরম্বা সিকাই অমনি মহাক তরফ সনা লৈপাক্কী খাৎংবা সরুক্কী নবাপ মহম্মদ সানিগী মখাদা লৈবা লাম্মী তেঙ্গোলগী মন্নুংদা য়াওরবা লাম্মী অমনি। মহাক্ খৃঃ ১৬০৫ গী মেরাগী থানিন থাবুং নিংথৌক বা হু মন্তা তরফ সনা লৈপাক্কী মুসলমান লাম্মীনা, কাছারী-শিংনা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দাবদা মতেং পাংবা লাকপদা য়াওরকুনা

মৈতৈ লৈপাক্তা থোক্লকপনি। অতুবু লান অমু মৈতৈনা ওমদুনা খৃ: ১৬০৬ গী ইংঙা থাগী ১৭ পানবা ইরাই মুমিত্তা পাসা মুসলমান তরফ সনা লৈপাক্কী লাগী ১০০০ লানফা ওইবা মতমদা মুস্রা-কালি মুল্লাসু য়াওরম্মী। মতুংদা মৈতৈ লৈপাক্তা মুসলমানশিংবু মানা মানা হৈনরকপা, হৈরকপা সিনফমদা থাজিন্দুনা মাগী মাগী মহৈ মশিংগী মতুং ইন্না পাংথোক্লকপা মথৌ, থবক থৌওংগী মমল ওইনা মৈতৈ নিংথোউ অমমম ভাগ্লোই মতু ওইনা মনা পীতুনা পাসা তরফ মুসলমানশিংবু মৈতৈ মুসলমান ওলহল্লকপদা মহাকসু য়াওরম্মী অমসুং মৈতৈ লৈপাক্তা মতম পুম্নমক্কী ওইনা চাদা নাওদা সন্দোক্তুনা শুন্দাহনখিরম্মী।

মৈতৈ মুসলমানশিংগী য়ুম্নাক সাগৈ মমিং পীনরকপা, থোন্নরকপা মতমদা মহম্মদ মুস্রা কালি মুল্লাদি অনৌবা য়ুম্নাক সাগৈ মমিং অমুক লৌখিদ্রে। মহাক মশামক্কী মমিং অদু অহুম্মক মাগী য়ুম্নাক সাগৈগী মমিংদা চঙখি অমসুং শিজিন্নখি। অদুবু মৈতৈগী চৎনবী মরম্ খুদিংগী চম্বা, "ম" না লৌইবা অহুদি অহুম্মক লৌতুনা মহাক মৈতৈ মুসলমান্নি হাঈবতু খঙহল্লি। মুস্রা কালি মুল্লাগী ময়ুনি হাঈদুনা মুস্রাসময়ুম হাঈনা থোনববু মৈতৈ মুসলমান অসম্বা পাম্বনা অস্রান হাঈনা কৌনখি।

## (৩৭) সাইরেম

সাগৈ অসি ভারতবর্ষগী মুসলমান্ সমাজদা চৎনরিবা মুসলমান ফুরুপশিংগী মথোঙ্ঈ মপা-মপুশিংনা খুনহোং-খুংস্থাক্লকপা মফমশিং দা অমদি খুন্দা-লৈতারকপগী থৌওং থৌদোকশিংদা য়ুমফম্ মরু ওইনা ওইরগা কাংলুপ-থাঈদোকপগী খুৎথাঈ. বায়েল অতুগী মতুং ইন্না মৈতৈ লৈপাক্কী মুসলমান্ সমাজদা চৎনরিবা কাংলুপশিং সৈয়দ,

সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল হাঙৈনা খঙনরিবা কাংলুপ মরি অসিগী মনুংদা সৈখ কাংলুপ্তা। চিংবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোকী মনিংদি কৈসাম মিয়াঁ হাঙৈনা কৌই।

পুকোক কৈসাম মিয়াঁ অসি মৈদিংগু খাগেম্বা মতমগী খৃঃ ১৬০৬ কী মুসলমান খুন্থোক অচৌবা অতুদা য়াওরকপা তরফ সনা লৈপাক্কী লাম্মী অমনি। তরফ সনা লৈপাক খৃঃগী ১৬ শুবা অমসুং ১৭ শুবা খৃষ্টবদা হৌজিক্কী বাঙ্গলাদেশকী মনুং চনবা অরাং নোংপোক্কী জিলা থাইনা পাসা কৌরম্বা খরা থেংথরকপা মতমদা শ্রীহট্ট অমসুং সিলেট কৌরিবা অসিগী মনুং চনবা সেনাইল পারাগানাগী অরাং নোংপোকলোমদা কিলোমিটর ৫৫ রোম লাপ্পা লৈবা হবিগঞ্জগী খা-নোংপোক্লোম্দা কিলোমিটর ১৬ রোম থাপ্পা লৈবিবা তরফ হাঙৈবা মফম অসিদা কোনুং ওইবা লৈপাক অমনি। লৈপাক সিদা "পাসা মুসলমান নিংথৌ মহম্মদ নাজিরী কৌবনা পাংথা মমনদা মহাক্কী লৈপাক্কী খা থংবা শরুক কহরী নিংথৌ প্রথাফিনানগী লৈপাক্তা থাইনবা লমদমশিংদা নবাব ওইবিবা মহম্মদ সাগৈগী লাম্মী কেঙেলদা সাইরেম সাগৈগী পুকোক কৈসাম মিয়াঁ অসিসু সিফাই অমা ওইনা থবক তৌবম্মী। কছারী নিংথৌনা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দানবগীদমক্তা তরক নিংথৌদা লানগী মতেং নিরক্লবদা অমসুং তরফ নিংথৌনা মাগী নবাপ মহম্মদ সানিদা লান পাংনবা মাথং পীরকপগী মতুংইন্না লান পাংবা লাকৃপা মাগী লাম্মী ১০০৭ না শাবা চেঙোলগী সিফাই মরক্তা কৈসাম মিয়াঁসু য়াওরকখি। কৈসাম মিয়াঁ খৃঃ ১৬০৫ গী মেরা থাগী থানিন-থাবুং নি থৌকাবা হুমিত্তা ময়ুম তরফ সনা লৈপাক থাদোক্তুনা থোক্লকখিবনি।

লানফম অতু মাঙৈথীহনা তরফ মুসলমান লাম্মী ১০০০ মৈতৈগী লানখোম ওইবদা কৈসাম মিয়াঁসু য়াওরম্মী। মৈতৈনা

মুসলমান লানফাশিংবু পুরগা খৃঃ ১৬০৬ কী ইঙাগী ১৭ নি পানবা ইরাই নুমিত্তগী হৌনা মৈতৈ লৈপাক্তা থুন্দাহনখি। মুসলমানশিংবু মানা মানা হৈরকপা, হৈনবকপা অমসুং অপাম্বা সিনফমশিংদা থাজিন্দুনা মানা মানা ভৌরকপগী মথৌমলগী মনা ওইনা মৈতৈ অমম নিংথৌল তাল্লোই মতু ওইনা পীদুনা পাসা/তরক মুসলমানশিংবু মৈতৈ মুসলম ন ওইহন্দুনা মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্দাফম পীদুনা খুন্দা লৈহাহনখি। মথোঙৈ অদুগী মরক্তা কৈসাম মিয়াম্বাংসু মুসলমান প্রজা অমা ওইনা য়াওরম্মী।

মহাক নাগী তাল্লোই ওইনা সাইবেম্ নিংথৌল অমা ফংজখি। সাইবেম নিংথৌল্ অদুগী য়ুম্নাক্তী মমিং অদু লৌদুনা মৈদিংগু খাগেম্বা কৈসাম্ মিয়াঁগী মমুম সাইবেম হাঙৈনা খোন্নখি।

## (৩৭) য়াংময়ুম

সাগৈ অসি ভারত অপুম্বগী ওইবা মুসলমান সমাজনা মথোঙৈ মুসলমানশিং কুরূপশিংদু মথোঙৈ মথৈঙৈগী মপা-মপুশিংনা খুন্থোক-খুনহোংলকপগী মফম অমসুং থৌওং-থৌরাংশিংদা য়ুমফম ওইরগা মরু ওইনা কাংলুপ থাঙৈবগী য়াবেল মতুং ইন্না মৈতৈ লৈপাক্কী মুসলমান্ সমাজদা চংনরিবা মুসলমান কাংলুপশিং সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মংকল্/ হাঙৈনা খণ্ডনরিবা কাংলুপ মরি অসিগী মনুংদা সৈখ হাঙৈবা কাংলুপ অসিনা মঙাচনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি সৈখ সালম হাঙৈনা কৌই।

সৈখ সালিম্ হাঙৈবা পুকোক্ অসি তরফসনা লৈপাক্কী নবাপ, মৈতৈ মুসল্মান্শিংগী নিংথৌ, মৈতৈ লৈপাক্কীনা মুসল্মান থুম্লাক্পা মহম্মদ সানী/প্রসেনা লানচিংলেন মহমদনি/মংগন নিংথৌ য়িগীনাও নিপা সৈখচুনেৎ/সৈচানাং কা মচানিপা য়াঙৈমনি।

সৈথ চুনেংনা থোকচোম চন্থু ঙাংবী পান্থুনা নাত্তি, পোল্লবা মতুংদা পোক্পনি। মরম অসিনা য়ুম্লাক সাগৈ অমি থল্লাকপম সাগৈদগী থাঈদোরকপা য়ুম্নাক্নি। ব্রাং মনুম্গী পুক্নোক্ সৈথ সালিম্ অসি মখোনা ফবা, লান্দা হৈ-শিংবা অচুম্বা চৎপা মজাত্তিবু হুংশিবা মীনুংশি চাওবা মীশক অমনি।

মহাক অসি গুজারাটকী পোত্তোনখংগী মচানিপা মোগল লান্মীগী সর্দার ওইরম্বা। সিলিম খাঁগা লোঈননা তখেল্ নিংথৌগী মনাক্তা মৈদিংঙু পাইখোম্বনা খৃঃ ১৬৯৭ লাইবার থাক্রবদা তরফ সানা লৈপাক্ য়ৌরকই অমসুং মানা তরফ চণ্ডীখৈদা সিলিমখাঁনা তখেল নিংথৌদা লৈপাক্ মচা তাদবা ব্রা ডাংগুবদগী ফারগা য়োংহিং চল্লুনা থম্লগা তখেল নিংথৌগা মথক্তা হুমিং খুদিংগী ইকজ্রশিনবা হৈনা লৈরম্বদগী কনহিরক্লগা মৈতৈ লৈপাক্তোমদা তখেল নিংথৌগী খুদোল্ পুহুনা থাক্মিল্লরকই। নবখাংদা সিলিম খাঁনা তখেল নিংথৌনা মৈদিংঙু পাইখোম্বগীদমক্তো খুদোল্ তম্লক।। হিংনেৎপগী সৈথ সালিমগা থংনহুনা লাকপদা মৈতৈ নিংথৌগী কোনুংদা ব্রায়েন তৌনবদা সৈথ সালিমনা চুম্লবদা তৌনবা হওবা অচুম্বা চৎপা মীনি হাঈদুনা মৈদিংঙু পাইখোম্বনা হাঈরিবা চহিসিদা মনু কাজি ফম হাপখি।

সৈথ সালিম্ কাজিগী মতুংদা মাগী মচা মণ্ডশিং অসি মৈদিংঙু তুবি চরাইরোংবা [খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯] গী মমা হাক্তক্তা পুম্লাকপা মহম্মদ সানীগী মচা তোনবগী খাংবুম্ খোংজোম নম্বন হাওয়েরাম হৈমদী হৈমদী ইংখোলদা যুম্লাকপা নিংদমদম অসিদা ব্রাংজিং লৈল্লাও য়ীদা খুন্দাখি। মখোঈ অসিনা ব্রাংজিং কৌবা লম অসিদা অহানবা ন্দাবা মুসল্মান্ মংকন কুম্পানি। মসুদগী ফুরুপ অসিবু ব্রাংজিং ছাবা ময়ুম হাঈনা সাগৈ য়িম্লাক মশিং থোনখি অহুবু মৈতৈ মংগন

পোইরৈ তাবা থিবা, মৈতৈ পাংঙল অসম্বা পাম্বনা য়াংনয়ুম্ হাঈনা মিংথোলখি।

## (৩৯) ফিসবম্

সাগৈ অসি ভারতবর্ষ পুম্নমক্কী মুসলমান্ সমাজগী ফুরুপশিংবু মখোঈ মখোঈগী মপা মপুশিংমা য়ুমহৈং কৈহোংলকপা অমসুং খুন্থোক-খুন্দারকপগী মওং মতৌ অমদি লাকফমদা মরু ওইবা য়ুমফম ওইরগা কাংলুপ খাঈবগী খুৎখাই অতুগী ময়েল মতুং ইন্না মৈতৈ লৈপাক্তা চৎনরিবা। ভারত মুসলমান সমাজগী কাংলুপশিং সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল্ হাঈরিবা মরিসিগী মনুংদা সৈখ কাংলুপকী নমুং চনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসি মৈতৈ মুসল্মান সমাজগী মতম অতুগী খুল্লাক্লিবা খুল্লাকপম্ সাগৈদগী চোংথোক্লকপা সাগৈ অমনি। মসিগুম্ সৈয়দ সৈখ চুনেংকী ফুঙ্গাদগী চোংথোক্লক্পা সাগৈ অমনি। সৈয়দ সৈখ চুনেংমা থোকচোম চমু ওাংবী পানাহুনা মচানিপা অহল নাজ্রি অমসুং মচা নিপা য়াইমা সৈয়দ সৈখ সালিম্ পোক্লবা মতুংদা ফিসবম্ সাগৈগী পুকোক্ অসি পোকুখিবনি।

পুকোক্ ওইরিবা সৈখ চুনেংকী মচা অসি ফিসা-লোনসা থবক্ পাঈখৎখি। মুসল্মান সমাজগী মনুংদা নিশামা ফিসাবগী সিনফম পাঈখৎপসি মহাক্না অহানবনি। মরম অসিনা মহাক্কী ফুরুপপু ফিসাবা মযুমনি হাঈহুনা ফিসাবম কৌবিবু মৈতৈ পাংঙল অসম্বা পাম্বনা ফিসবম হাঈনা কৌনখি।

## (৪০) সিঙ্গা খোংমম্

সাগৈ অসি ভারতবর্ষ পুম্নমক্কী ওইমা চৎনরিবা মুসল্মান সমাজগী ফুরুপশিংবু কাংলুপ খাঈদোকপগী ময়েলদা মৈতৈ লৈপাক্তা

থুহুক্ত ইন্নিবা কাংলুপশিং সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল হাঙৈবা মরি অসিগী মনুংদা সৈখ হ ঙৈবা কাংলুপ অতুগী মনুং চনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি সৈখ সানী মুল্লা হাঙৈনা কৌই। মহাক্ অসি পাসা হাঙৈবা হৌজিক্কী বাঙ্গলা দেশকী সিলেটকী লমদম অসিরাঙৈদা লৈরম্বা লৈপাক্কী মুসলমান নিংথৌশিংনা পানবা, হৌজিক্কী সেরাইল পারাগনাগী অর ং নোংপোক মাইকৈদা কিলোমিটর ৫৫ রোম্ লাপ্পা লৈবিবা তরফ কৌবা মফম অসিদা কোন্নুং ওইরগা তরফসনা লৈপাক হাঙৈনা কৌহুনা ১৬ শুবা অরসুং ১৭ সুবা খৃষ্টাবদদা লৈরবা লৈপাক্ অতুনা মহম্মদ নাজিরী কৌবনা নিংথৌ ওইনা পাল্লিরৈদা তরক সনা লৈপাক্কী মথা থংবা কছারী নিংথৌ প্রথফিনানগী লৈবাক্কা তাইনবা লমদমশিংগী নবাপ মহম্মদ সানিগী লামী তেঙ্গোল মরক্তা সিফাহীশিংগী যন্ত্র খোংবা ফৌজীগী সিঙ্গা হাঙৈরিবা খোংনবা খুৎসাঙৈ অহু খোংব নুপা অমনি। মহাক তরফ লৈপাক্কী মুসলমান দোলী অমনা কছারগী লান পাংবা ওইনা মৈতৈ লৈপাক্তা থোক্লকপনি। সৈখ সানী মুল্লা খৃঃ ১৬০৫ গী মেরা থাগী থানিন থাবুং নিংথৌকাব মুমিত্তা তবফ সনা লৈপাক থাদোক্লমহুনা লাকপনি। অহবু কছারীশিংনা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দাবগী লানফম অসি খৃঃ ১৬০৬ কী ইংভা থাদা কছারী-শিংনা নাঙৈখীরবদা তরফকী মুসলমান লাম্মী ১০০০ মৈতৈগী লানথোম্ ওইবদা সৈখ সানী মুল্লাসু য়ারম্মী। মহাক থৌদোক অসিদা খৃঃ ১৬০৬ কী ইংভা থাগী ১৭ নি পানবা ইরাই নুমিত্তগী মুসলমান লানফা ময়াম মৈতৈ লৈপাক্কী মফম পুয়মক্তা মখোঙৈ নবাপ মহম্মদ সানীগী খুল্লাক্ রায়েল্ মথাদা থুন্দাহনবা মতমদা য়াওখি। মরিংলান্ খৃঃ ১৬২৭ তা লোঙৈরবা মতমদা মুসলমানশিংবু মানা মানা হৈরকপা, হৈনরকপা, তৌরকপা নত্রগা অপাম্বা শীনফমদা থাজিন্দুনা মানা মানা তৌরকপা পাংথোক্লকপা থবক্কী মথৌমল মনা ওইনা মৈতৈ নিংভোল অমমম

তাল্লোই মতু ওইনা গীরগা পাসা তরফ মুসলমানশিংবু মৈতৈ মুসলমান ওনহন্দুনা মৈতৈ লৈপাক্তা মুসলমান সমাজ অহানবা লিংখৎলকপা মতমদা সৈখ সানী মুল্লাস্ত য়াওরকৃখি।

মৈদিংঙু খাগেম্বনা সৈখ সানী মুল্লাবু নৌনা নিংথৌ অসিগী মহ'কথক্তা লিংখৎলিবা য়াইরিপোক লৈমনাইকৈ ঙাকপা ওইনা থুন্দারুমবা য়াইরিপোক্তা থম্না-লৈতাহনখি। হৌজিক ফাওবদা মাগী চাদা নাওদাশিং য়াইরিপোক্কী ফৌদেল কৌবা মফমদা লৈরি। মহাক কৈ ঙাকপা লাম্নী অমা ওইবতা নত্তনা লৈপাক নিংথৌগী লাম্নীগী মবক্তা য়াওবা ফৌজী সিঙ্গা খোংবা অমসু ওইরম্মী। সিঙ্গা হাঙ্গৈরিবা যন্ত্র অসি হিরোই নক্রগা সলগী মচিগী মওং তমতুনা কে'ন্ নক্রগা ধাতুনা (সেন, পিথাই নক্রগা কোরীনা) শাবা চিন্না কামতুনা খোংনবা খুংলাই অমনি। খুংলাঈ/যন্ত্র অসি মৈদিংঙু নরসিংহ (খৃঃ ১৮৪৪–১৮৫০) মহাবাজগী সনা হাক্রক ফাওবদা মৈতৈ লৈপাক্তা নিংখিনা শিজিন্নরগা, হবাও কুম্মেগী, ঈশৈ-নোংমাইগী খোংনবা খুংলাঈ অমনি। অসিগুম্বা সিঙ্গা হাঙ্গৈরিবা যন্ত্র অসিবু খোংবা সৈখ সানী মুল্লগী ফুকপশু সিঙ্গা খোংবা মরীম হাঙ্গৈনা লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা থোনবীবনু পোইবৈক্তাবা খীবা মুসলমান অমম্বা পাম্বনা সিঙ্গাখোংবন্ হাঙ্গৈনা কৌনখি।

## (৪১) নোংজাইমযুম্

সংগৈ অসি অপুনবা ভারতকী ওইবা মুসলমান সমাজদা হিন্দুস্তানী মুসলমান ফুরুপশিংগী মপা-মপুশিংনা মখোঈ মশাদা য়াওরক মুসলমান ওইবশিংগী মওং-মতৌ, খুনহোং-খুন্নোক্রকপা লমদমদা মুনফম মরুওইনা ওইরগা মুসলমান ফুরুপশিংগী কাংলুপ থাঙ্গৈবগী খুৎথাঈ অদু লৌতুনা মৈতৈ লৈপাক্তা চৎনরিবা কাংলুপশিং সৈয়দ,

সৈথ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল হায়রিবা কাংলুপ মরি অসিগী মনুংদা সৈথ হাঙ্গৈবা কাংলুপ অতুগী মনুং চনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মনিংদি মুহম্মদ অবদুল করিম হাঙ্গৈনা কৌই।

মুহম্মদ অবদুল করিম হাঙ্গৈবা পুকোক অসি সিঙ্গাখোংবম হাঙ্গৈবা মৈতৈ মুসলমান/মৈতৈ মংগল/মৈতৈ পাংগল/মনিপুরী মুসলীমগী সাগৈ অতুগী পুকোক সৈথ সাননী মুল্লা হাঙ্গৈবা ফৌজা সিঙ্গা খোংবা অতুগী পোকমিন্নবা মনাও নিপানি। মহাক্কী মরৈপাক্তি তরফ সনা লৈপাক হাঙ্গৈবা পাসা মুসলমান নিংথৌশিংনা ১৬ শুবা অমসুং ১৭ শুবা খৃষ্টাব্দদা পাল্লম্বা লৈপাক অতুনি। তরফ সনা লৈপাক হাঙ্গৈবা অসি হৌজিক্কী বাঙ্গালা দেশকী অরাং নোংপোক্কী জিলা সিলেট হাঙ্গৈবা অসিগী মনুংদা সেরাইল পারাগান গী অৱাং নোংপোক্লোমদা কিলোমি- টর ৫৫ রোম লাপ্পা লৈবা, হবিগঞ্জগী নাকোংপোক্লোমদা কিলোমিটর ১৬ লোম থাপ্পা লৈরিবা তরফ হাঙ্গৈব লম অসিদা কোক্নুং ওইরগা পাল্লম্বা লৈপাক অমনি। মহম্মদ আবদুল করিমগী মতমদা পানবা তরফকী নিংথৌদি মহম্মদ নাস্রিরী হাঙ্গৈনা কৌই। মহম্মদ আবদুল করিম তরফ সনা লৈপাক্কী মথা থংবা লমদমশিংগী লমথৈ ঙাক্লম্বা নবাপ মহম্মদ সানীগী তরফকী ফৌজ দোলাদা য়াওবা ফৌজা সিঙ্গা খোংবা সিফাই অমনি।

মহাক নবাপ মহম্মদ সানীন কছারী নিংথৌ প্রথফিনান্না মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দাবদা মতেং পাংনবা পুরক্পা তরফ ফৌজ দোলী ১০০৭ শাকগী মরক্তা য়াওরক্লুনা খৃঃ ১৬০৫ গী মেরা থাগী থানিন থাবুং নিংথৌকাবা খুনিক্তা তরফ সনা লৈপাক থাদোক্লুনা খোংসা- ল্লকপনি। মৈতৈ লৈপাক্কী লম্মাংদোং, হৌজিক্কী বিসেনপুরগী অকোঙ্গৈবদা লৈরিবা লমদমশিংদা লানথেংনবদা ময়াং কছারীশিং মাঙ্গখীবা ফংদুনা খৃঃ ১৬০৬ কী ইংঙা থা ১৭নি পানবা ইরাই নুনি তা

ঙান লোঈরবদা মৈতৈনা তরফ মুসলমান লাম্মী ১০০০ লোক্কুনা মৈতৈ লৈপাক্তা লৈপাক নিংথৌ খগনা মুসলমান খুন্দা-খুম্হোকপা মতমদা মহম্মদ আবদুল করিমসু ময়াম্বা সৈখ সানী মুল্লাহগা লোঈননা য়াওরম্মী। মুসলমানশিংবু মানা মানা হৈজরকপা, হৈনরকপা অমসুং তৌরকপা সিনফমশিংদা থাজিন্দুনা মানা মামা তৌরকপা মীনা তৌথিত্রিবা থবকশিং তৌথোরকপা মুসলমান লৈপাক মচাশিংদা মানা মানা তৌরকপা থবক্কী মথৌমল ওইনা মৈতৈ মুগী অমমম তাল্লোই মতু ওইনা পীরগা তরফ মুসলমানশিংবু মৈতৈ মুসলমান ওন্হল্লকপা মতম অতুদা আবদুল করিমসু য়াওরম্মী।

হাঈরিবা নোংজাই ময়ুমগী পুকোক মহম্মদ আবদুল করিম অসিনা হৈনজরকপা অমসুং তৌরকপা সিনফমদি ময়াম্বা সৈখ সানীগী মতুং ইন্দুনা সিঙ্গা খোংবনি। অদুবু খৃ ১৮২৭ তা মরিংগী লান লোঈরবদা মহম্মদ আবদুল করিম মৈতৈ লৈপাকী নোংচাই কৌবা মফমদা মৈদিংগু খাগেম্বনা খুন্দাহনখি। মতুদগী ময়াম্বসু সিঙ্গা খোংবনি, মহাকসু সিঙ্গা খোংবনি অদুনা মচিন মনাও অনিবু খেন্নানা খগন্নবগীদমক্তা নোংচাই খুন্দাবা সিঙ্গা খোংবা ময়ামবু নোংচাই খুন্দাবা ময়ীম, নোংচাই ময়ীম হাঈনা থোনখিখি। মৈতৈ মুসলমান হাঈমন তানবা, মৈতৈ মংগন পোইরৈত্তাবা থিবনা নোংজাইময়ুম কৌববু মৈতৈ পণ্ডিত লোন্থৈ ঙাংবনা নোংজাইময়ুম কৌই। মমিং অসি কোন্নুংগী পণ্ডিতশিংনা মৈদিংগু বীরচন্দ্র/ময়াংঙম্বা/নোংপোক ন্নাইরং পানহৈবা/মাজিৎ ( খৃঃ ১৮১৩-১৮১৯ )না থোল্লম্বনি হাঈনা লোংজাইময়ুম হাঈনা পীরম্মী, মৈতৈ লাইরিক নোংচুপ হারমলোন, খাগেম্বা লানফা নৈনদে হাঈবা খগজৈ। অদুগা মৈতৈ পাঙল অহল লমন্না নোংজাই হাঈবসি সিলেটতা লৈবা লন অমা ওইনা পী, মসিসু নোংজাই মৈতৈ লৈপাক্তা লৈবনি, মৈতৈ লোন্নি অদুনা সিলেটতা লৈবা য়াদে, লৈরম্লোই হাঈজনিংই।

## (৪২) কৈথোঙ্ তা

সাগৈ অসি ভারতবর্ষগী মুসলমান সমাজদা হিন্দুস্থানী মুসলমান ফুরুপশিংগী কাংলুপ খাঙদোকপগী য়ুমফম মতুং ইন্না মৈতৈ লৈপাক্তা লৈরিবা মৈতৈ মুসলমান/মৈতৈ মংগন/মৈতৈ পাংঙল/মনীপুরি মসলীম সমাজগী কাংলুপশিং সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল হাঙনা খঙনরিবা কাংলুপ মরি অসিগী মনুংদা সৈখ হাঙবা কাংলুপকী মনুংচনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী ফুরুপশিংনদি মখোঙ অসি মিরাইময়ুম/মেরাইময়ুম হাঙনা কৌজে। সাগৈ অসিগী পুকোকশিং অসি মিরাইময়ুমগী মির সৈয়দ অহুমগা থোমিন্নরকপা মখোঙগা তিন্নতুনা লৈরম্বা মীওইশিংনি। মিরাই/মেরাই ময়ুমদি মুসল্মান সৈয়দ কাংলুপকী মনুং চল্লি অদুগা কৈথোঙতাগী ফুরুপশিং অসিনা সৈখ কাংলুগকী মনুং চল্লি। মসিনা তাকপদি সৈয়দ অহুমগা লাকমিন্নরিবা মুসলমান খোঙলুপশিং অসি হান্নদগী সৈখ কাংলুপ্তা চল্লরুবা ফুরুপকী মীওইশিংনি হাঙবা অসিনি। কৈথোঙতা সাগৈগী পুকোকশিংদি মানতকুপ, কানসিং/খানসিং, মিনসেক/মিমসৈখ, অপুখাঁ/অবুখাঁন অমসুং চমপিয়া/জমবিয়ানি।

হাঙরিবা পুকোকশিং অসি খৃঃ ১৬০৯ থোংবম মংসাগী কুম সক ১৫৩০ গী ফাইরেল ১১ নি পানবা নিংথৌকাবা খুমিত্তা মৈতৈ কোন্নুংদা থুংলৈ। মখোঙগা খোঙবু ওইরকপা মীশিংদি সৈয়দ অমপিয়া, সৈয়দ অবতুলা, সৈয়দ কালকা হুসেন, বামোন রামনারান্নচিংবা বামোন ৭, সুত্রা কাসিলানচিংবা সুত্র ৫ অমসুং মখোঙগা থারগা পুন্না মী ৩৭ নি। মখোঙ তরফ সনা লৈপাক্তগী হাঙখ্রিবা চহিসিগী কালেন থা হুমনি পানবা লৈপাকপোকপা খুমিং (খৃঃ ১৩০৮) তগী খোয়ল্লগা লম্বীদা থা খর ফাইরল্লগা মৈতৈ লৈপাক্তা থুংলবনি। মখোঙ মির লাই ওইবা অহুমগা লোঙমনা মতম খর মিরাইময়ুম

ওইতুনা লৈমিন্নরম্বা মীওইশিংনি। মরম অসি লাইরিকশিংদা পীরিবদি—অতুকীপু নিংথৌনা॥ তাল্লোঈ মতু পী॥ তয়ুম মনাই থাইনা॥ নুংঙাই পুকনিং থুংনা পাল্লাপাতা॥ সৈত (সৈয়দ) ও মানা॥ মুসলমান মরূপ সেমনা"॥ থুনত্তাহলএ হাঈতাপারা॥ হাঈবা অসিনি। অমুম্না মিরাইময়ুম/মেরাই ময়ুম ওইরম্বদগী মঙ্গিংলান মতুংদা মৈদিংঙু খাগেম্বনা তাল্লোই মতু পীনা লাইয়িংথৌ নাওথিংখোং (চাওরাক্সা খৃ: ৬৬৩—৭৬৩) গী মতমদা লিংখৎলম্বা কইখু কইরেল ভাকউ হাঈতুনা কৈথু কৈথোঙদা খুন্দাহনখিগবদগী ফুরূপ অসিবু কৈথু কৈথোঙ তাবা ময়ীম, কৈথোঙ তাবম হাঈনা লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা থোলম্ববু মৈতৈ মুসল্মান হাঈমন তানবা, মংগন পোইরৈ তাবা, থিবা মৈতৈ পাংঙল অসম্বা পাম্বনা কৈথোঙতা হাঈনা থোনখি।

## (৪৩) হিদাকইংখোল

সাগৈ অসি ভারত পুম্বগী মুসলমান সমাজগী ওইনা চৎনরিবা মুসলমান ফুরূপশিংগী কাংলুপ থাঈবগী খুৎথাঈদা য়ুনফম ওইরগা মৈতৈ লৈপাক্কী মৈতৈ মুসলমান সমাজনা চৎনরিবা কাংলুপশিং সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল হাঈরিবা কাংলুপ মরি অসিগী মরক্তা সৈখ হাঈবা কাংলুপ অসিগী মমুং চনবা মুসলমান সাগৈ অমনি। অতুগা মৈতৈগী ওইনা কাংলুপ থাঈবা খুৎথাঈগী নিংথৌ পাল্লিঙৈদা খৃ: ১৮৯১ ফাওবদা চৎনরম্বা মুসলমান/পাংঙল খুঞ্জা অমসুং মুসলমান পাংঙল ইংখোল সঙবা নত্ত্রগা পাংঙল ইংখোলগী অনিসিগী মরক্তা অকোনবগী কাংলুপতা চিংবা সাগৈ অমনি। পাংঙল খুঞ্জাশিংদি লাম্মী ওই, লাল্লুপ কাই অতুগা ইংখোল সঙবশিংনা খুৎহৈবনি, লাল্লুপসু কাই অতুগা নিংথৌদা লোইপোৎসু কাই। অতুনা মৈতৈ সমাজগী থাক্তদি খুঞ্জাশিংনা থাক য়াংবা হেল্লি অমসুং মৈতৈ মুসলমান/পাংঙল সমাজমা ইংখোল সঙবা, নত্ত্রগা পাংঙল ইংখোলশিংনা থাক হৈঙ্গে, নেমই।

হৌদাক ইংখোল্ হাঙৈবা সাগৈসিগী পুকোক্তি সৈখ বমন/সৈখ প্রলন্তাম/ব্রালাত্তাম কৌই। সৈখ বনন হাঙৈবা পুকোক অসিগী মপাগী মমিংদি সৈখ চারি/সৈখ জীল হাঙৈনা কৌই। সৈখ চারি অসিগী অশেংবা মরৈপাক্কী মমিংদি লাংঙামযাম হাঙৈনা কৌই। সৈখ জালি লাংঙামযামদগী লাক্লুনা মকক (হৌজিক্কী বাঙ্গালা দেশকী অম্রাং নোংপোক্কী জিলা সিলেটকী মনুংচনবা লম অমা) স্না লৈপাক কৌবা লমদা সিল্লংতুনা লৈম্নবদগী মকক্কী নিংথৌ মচা ম্লুসারফুলগী মতুং ইন্দুনা মৈতৈ লৈপাক্তা থোকমিন্নরক্লুনা মহাক মৈতৈ লৈপাক্তা খৃ: ১৬৭১ গী ইংতা থাগী ওমি পানবা ইমাই হুমিত্তা মৈতৈ লৈপাক্তা থুংলবনি। মহাক মতম অতুগী মৈতৈ মুসলমান কাংলুপশিংগী নিংথৌ খুল্লাকপা ওইরিবা নবাপ মহম্মদ সানী/প্রসেনা লানচিংলেন মহম্মদনি, মংগন নিংথৌ সায়ি কৌবগী মচা নিপা নাজরাগী চান্নবা মরুপ্প। মহাক্কী নোল্লুকপা, হাঙৈবা ইনবগী মতৌদগী মহম্মদ সানীনা মচা নুপা নাজরাগা চপ মান্নবা অখোই অহেন নাইদনা য়োক্লুকপনি। সেকচারি/সৈখ জালিগা নাজরাগা অনিনা অপোং ইংখোল (হৌজিক্কী রাজা চুমব্রসিংহ হাইস্কুলগী য়ুম্ফমগী লম) দা কব্রংচাক্ পান্বী অমা ফংলুবদগী অমম্লুং মফম অতুদা খুন্দাতুনা কব্রংচাক পান্বী থারগা কব্রং জীল য়োক্লুত্তা কব্রং পুথোক্কপা-থোকহনবা ঙম্নবদগী মখোঙৈ অনিবু কব্রং মুগা থোকহনবা লমদা মখোঙৈ অনিগী অখোইবা শিনফম ওইহন্দুনা লৈমা নিংথৌগী কব্রং মুগা লোইহাবা কাংবু ওইনা লৈরিঙৈদা সৈখাজলিনা মৈতৈ নিংঙোল লৌহুনা সৈখ ব্রলাতাম মত্রগা সৈখ বনন অসি পোকখি। সৈখ বনন মৈতৈ লৈপাক্তা অপোং ইংখোলদা পোকখিবনি। অহুবু মহাক্না খঙলকপা মতমদদি কব্রং মুগা থোকহনবা লমদা লৈরম্লে। মহাক্না কব্রং মুগা থোকপা লমদা লৈম্নবস্লু সিনফম অতু পাঙৈতুনা, পোক্লুকঙৈদগী কব্রং মুগাগী ময়ুমগী মী ওইনা পীথোক্লুক্লবা নোংপোক হারমগী মীওইশিংবু মহাক্না

লাম্বা পাবা ঙমখিদে। মরম অসিনা সৈখ বনম্না মীনা তৌনদবা শিনফম পাঈতুনা মুসলমান সমাজদা ছিংননবা অমসুং মীথোই মীহেনবগী লানফমদা থুংশুমল অমদি মখোমল ফংগদবা ললোনপোৎকী শিনফম খনবদা মীনা য়াম্না তৌনদবা সমাজগী মীয়াম্নদি য়াম্না পা-মুখৎনরক্লিবা, মৈদিংঙু খাগেম্বনা মোইবুংলোকপম ময়াংগী কুম সক ১৫৩২ (খৃঃ ১৬১০) দা মৈতৈ লৈপাক্তা হেদোক্লম্বা খৃ: ১৬১৫ দা মৈখু মঙ্গলকু থোকখিবগী মচাক ওইনবা হীদাক মনা থাত্নুনা ইংখোল লিংবা হৌদোকখি। মতুদগী মাগী ফুরুপপু হীদাক মনা থংবা ইংখোল্ লিংবা ময়ুমনে হাঈবগী হীদাক ইংখোল ময়ুম কৌনবু মৈতৈ পাংগল অসম্বা পাম্বনা হীদাক ইংখোল হাঈনা কৌনখি।

## (৪৪) যোংসায়াইবম

সাগৈ অসি ভারত অপুম্বগী ওইবা মুসল্মান সমাজদা হিন্দুস্থানী মুসল্মানশিংগী ফুরুপশিংনা মখোঈগী মপা-মপুশিংনা থুনহোং-থুম্নোক্লকপগী মফমশিং অমসুং থৌদা থোওংদা মরু ওইবা য়ুমফম ওইরগা মখোঈগী কাংলুপ থাঈবগী ব্রায়েল মখাদা মৈতৈ মুসলমান মংগন/পাংঙল/মুস্লীম ফুরুপশিংগী কাংলুপ থাঈবা থুংখাঈদা মৈতৈ লৈপাক্তা চৎনম্লিব কাংলুপশি সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল্ হাঈবা কাংলুপ মরি অসিগী মতুংদা মুগল অমসুং সৈখ কাংলুপ অনিমক্তা চনবা য়ুরুপশিংনি। হাঈবদি য়ুঙা নত্রগা ফুরুপ খরনা সৈখ কাংলুপনি অমসুং ফঙা নত্রগা ফুরুপ খরনা মোগল/মুগলনি। কাংলুপ অনিম্দি পুম্লগা সাগৈ অসি শাবনি।

সাগৈ অসিগী পুকোকশিংদি মালতুলাম সৈখ/মালতুয়া সৈখ অমসুং মাগী মচা নিপা লৈথৌ, অকুন সৈখ অমসুং মচানিপা ইসমান খাঁ, উমরজান অমসুং মচা নিপা অপু সৈখ অসিং সৈখ

কাংলুপকী পুকোকশিংনি অতুগা ককচীঙ তাবা ওইনামজান/ পোইনামজাননা মুপোল কাংলুপকী পুকোকশিংনি। হাঙৈরিব। পুকো-কশিং অসি মকক ময়ুমগী মকক ময়ুম অমুবগী সাগৈ য়ুম্নাক্তা চঙহুনা মতম থর লৈরমহুনা মখোঙৈসি মকক অমুব ময়ুমদা চঙলুবনি। অতুবু মখোঙৈ কোন্না ওইনামজানগী মতুং ইন্দুনা সাগৈ খাঙৈদোকপনি। মখোঙৈগী সাগৈ অসি মৈতৈ মুসলমান/মংগল/পাংঙলগী কাংলুপ, খাঙৈবা খুৎখাঙৈদা পাংঙল খুঞ্জাগী কাংলুপকী মনুংদা চল্লি। মখোঙৈগী লুচিংবদি মালতুলাম সৈখ অমসুং ওইনামচান্ হাঙৈবা অনি অসিনি।

পুকোকশিং অসি মৈদিংঙু পাইখোম্বা সনা হাক্কুনা মকক (মোগলপুর, বাঙ্গলা দেশকী অন্নাং-নোংপোক থংবা সিলেট কৌবা জিলাগী মনুংদা লৈবা লম অমা) নিংথৌ মচা নত্রগা মোগল নিংথৌমচা সুনারফুল্ অমসুং লুখিয়াফুলগা লোঙৈননা থোকমিন্নরক্লনা খৃঃ ১৬৭৯ গী ইংঙা থা ওনি পানবা ইরাই হুমিত্তা মৈতৈ য়োরকখি। মখোঙৈ অসি মোগলপুর/মুগলপুর নত্রগা মকক সনা লৈপাক হাঙৈ-বহুদা লৈবা মোগল/মুগল্ নিংথৌমচাশিংগী প্রজানি।

মখোঙৈনা মকক ময়ুম অমুবগা পুন্না লৈমিন্নরিবৈ মতমদা মখোঙৈ অসি অশাবা লমদগী লাকপা মীওই ভাক্তা ওইবা মরম্না অইংবা হৈনদহুনা নিংখমথাগী মতমদা নোংসা য়াইহুনা লৈ হাঙৈবদগী মখোঙৈগী ময়ুমশিংবু পুন্না নোংসা য়াইগনবা ময়াম হাঙৈনা মৈতৈ মুগল/মোগল/মংগলশিংনা থোনববু পোইরৈ তাবা থিবা পাংঙল অসম্বা পাবনা নোংসাম্বাইবম হাঙৈনা কৌনখি।

মালতুলাসৈখনা লৈথৌ, খোমবা, তখেম্বা, খুৎলোঙ, মেরা অমসুং তিলেন পোকএ॥ ❋॥ খোমনা তখেম্বা, কোইঙম, লুখোই, খুঙম, কোইঙাং অমসুং ফাইরেনচুম্বা ৬ অসি পোকএ।

অকুন সৈখনা ইসমান খাঁ পোকএ।

উমরজান্না অপুসৈখ পোকএ। অপুসৈখনা তোলৈ পোকএ। তোলৈনা সৈখ পোত্তোল পোকএ। সৈখ পোতোন্না কালা পোকএ। কালানা ব্রাংঙু তাবা পোকএ। ব্রাংঙু তাবনা সৈখঁপা পোকএ।

পোইনামজান/ওইনামজান্না কবো পোকএ। মাগী চাক্ থোংবদি সেখ্খাঁ কৌএ। পাৎ পুবনা ম্নিমিংলুপে মোংকাং কৌএ। ব্রাংঙু তাবা কবো লং সঙ্বা চেংবগী মপুগা লাক্মিন্নদুনা পোইনামজান্না কক্চীঙদা খুন্দাথী।

সাগৈ অসিগী সৈখ কাংলুপ অসিদা মৈতৈদগী মুসলমান্ ওল্লকপা জয় কৌবা অমগী ফুঙ্গাম্ব পকখি। মহাকপু কনাগুম্বা অখঙ অহৈ অমনা নোংসায়াইবম্ সাগৈগী পুকোক্কি হাঙ্গনা পী। জয়না সৈখ কাংলুপ্তা পক্লকখিবসি মৈদিংঙু নাওচীংলেন নোংত্রেন খোম্বা [ম্নাহল নিংথেম পীশক্, চন্দ্রকীর্ত্তি, ঈশ্বরসিং, কো স, এস, আই (খৃঃ ১৮৫০—১৮৮৬] গী মতমদা ওইবা য়াই। মহাক্না পুকোক্ ওইবদি মৈতৈ হিন্দুদগী ওল্লকপা মুসল্মান ফুঙ্গাগী পুকোক্ ওইগদবনি।

## (৪৫) মেঞ্জরমযুম

সাগৈ অসি ভারত অপুম্বগী মুসল্মান সমাজনা হিন্দুস্থানী মুসলমানশিংগী ফুরুপশিংপু মখোঙ্গী মপা মপুশিংগী খুন্তোক-খুনহোংলক্পগী মফমশিং অমস্তুং থোদোক্ ব্রাথোক্তা মরু ওইবা য়ুম্ফম্ ওইদুনা মুসলমান্ সমাজগী কাংলুপ থাঙ্গবগী খুৎথাঙ্গ অতুগী ব্রায়েল্ মথাদা মৈতৈ লৈপাক্তা লৈরিবা মৈতৈ মুসলমান/মংগনা পাংঙল মুসলীম্গী সমাজনা লৌখৎলিবা কাংলুপ, সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমস্তুং মুগল/মোগল/হাঙ্গবা মরি অসিগী মখুংদা পঠান

কাংলুপকী মনুংচনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসি য়িফম/ইফম হায়বা মুসলমান সাগৈ অতুগী মনুংদগী চোংথোক্লকপা, খায়দোম্বদি মতুংবা সাগৈ অমমি। সাগৈ অসিগী পুকোক্তি থাবল মেঙ্গোরনি।

সাগৈ অসিগী পুকোক থাবল মেঙ্গোর অসি ইফম সাগৈগী পুকোক তিল্লেন্থা নত্রগা তিমেলথাগী ঈদগী লাকপা মুথাংনি। মহাক মৈদিংগু মাওজিংলেন্ নোংদ্রেন খোম্বগী মতমদা খৃঃ ১৮৫০ দা লৈতাম্চা মেঙ্গোরনা চহি অসিগী ইংলেল্ থাগী ২১ নি লৈপাক্‌পোক্‌পদা লৈথিল্লবদা মাগী মহুত্তা মেঙ্গোর ফম খিন্দোক খিবনি। মহাক্কী মরমদা চৈথারোল্ কুম্বাবদা চল্লম্বদি—কুম্বী থুন নাথাবগী কুন সক ১৭৭৩ .... শজিবু থা ১৯ নি * গোলসেন্দা মীরৈবাক্কী সিফাই পঠান কোরা ১ না পাঙল্ মেঙ্গরগী মনাক্তোন্দা থাউনা য়াল্লে হায়দুনা য়োংহিং চল্লে। হায়বা অসিতনক থেংনৈ। থোদোক্ অসি খৃঃ ১৮৫২ গী এপ্রিল থাগী তরিক ৮ দনি।

মৈতৈ লাম্মীগী মেঙ্গোর অমা ওইবা হায়বা অসি অরাইবা থবক নত্তে। ফম অসিগী মথক্তা লৈ রবসি মৈতৈ নিংথৌ অমসুং সেনাপতিদনি। মেঙ্গর অমগী মথদা লৈরিবদি পোইলা, সাজোরা, সুবেদার, জমাদার, কুত, কোথোন্দার অমসুং সিফাইনি। মেঙ্গোর অমনা তুলি নত্রগা দোলী অমগী লানচিংবনি। মতমসিদা মৈতৈ লৈপাক্তা তুলি (বেটালিয়ন) নিপালথক্তমক লৈরম্মী। মেঙ্গর অমনা মানা লুচিংলিবা তুলিগী মনুংদা লৈবা কমপনী মশীঙগা মান্নবা লোপরি মশীঙগী কোচা ফংই। অসিগুম্না মেঙ্গার অসি ওই হায়দুনা ইফম খিন্নাক্কী থাবল মনুমবু মেঙ্গোর মরুন হায়না কৌই।

(৪৬. পঙ্গাল্লময়ুম

সাগৈ অসি ভারত অপুম্বগী মুসলমান সমাজনা হিন্দুস্থানী মুসলমান কুক্তাশিংগী মপা মপুশিংনা খুন্দা-খুম্বোক্লবগী মফমশিং

থৌওং থৌহু অমসুং মখোঙ্গী মখোঙ্গী মশাদা তেল্লকপা ঙ্গী মরীদা মরু ওইবা য়ুমকম্ ওইরগা কাংলুপ থাঙ্গবগী রায়েল মথাদা মৈতৈ লৈপাক্তা চংনরিবা কাংলুপশিং সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল্ হাঙ্গবা মরি অসিগী মমুংদা পঠান হাঙ্গবা কাংলুপ অসিগী মমুংদা চনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসি ইকম হাঙ্গনা য়ুম্নাক সাগৈ মমিং থোনবা মৈতৈ মুসলমান/মংগন/পাঙল নত্রগা মনিপুরী মুসলীমগী সাগৈ অহনবী তোংখোরকপা/খোল্লকপা. খাঙ্গ-দোকখিবা নত্তবা সাগৈ অমনি।

সাগৈ অসিগী পুকোকশিংগী মরিংদি চগেম্বা অমসুং অঙোম সুবেদার হাঙ্গনা কৌই। মৈতৈ লৈপাক্তা মৈতৈ মুসলমান সমাজগী রারোঙ-রাখৎনবগী অমসুং লৈঙাক-লৈকন থৌদাগী রায়েন অসি মুসলমানগীদি নিংথৌ মৈতৈ লৈপাক্কীদি খুল্লাককমগী খুল্লাকপনা খৃঃ ১৬০২ ফাওবা .তৌরম্মী, খৃঃ ১৬০২ দগী .কাজীনা খৃঃ ১৮৯১ ফাওবা তৌরগা খৃঃ ১৮৯১ গী এপ্রিল তাং ২৭ তগী মৈতৈ লৈপাক্কী মনিং মখা তম্বা মাংখিহনা বৃটিসকী পোলিটিকেল এজেন্টনা খৃঃ ১৮৯১ পোইন্থু থাগী ৫ নি পানবা নোংমাইজিং, [৫।১।১৮৯২] ফাওবা রায়েল তৌরম্মী। খৃঃ ১৮৯২ গী জানুয়ারী তাং ৬ তকী মৈতৈ লৈপাক্কী রায়েল্ তৌমবা বৃটিসনা হাপ্পা মেম্বর তরানা খৃঃ ১৮৯৭ কী পোইন্থু থা ২৬ নি সগোনসেন ৯।৫।১৮৯৭ ফাওবা তৌরম্মী। খৃঃ ১৮৯৭ মে তাং ১০ দগী মৈতৈ লৈবাক্কী বিচার তৌনবা চৈরাপ কৌবা মী ৫ না শাবা রায়েলসঙ অমসুং পঞ্চায় কৌবা মী ৫ মা শাবা রায়েলসঙ অমমুম. বৃটিসনা হাপ্তুনা লিংবা হৌরগা খৃঃ ১৯০২ গী রাকচীং থা ২৫ নি নিংথৌকাবা ফাওবা রায়েল তৌরম্মী। খৃঃ ১৯০২ গী রাকচীং থা ২৬ নি লৈবাকপোকপা চুমিত্তা মৈতৈ লৈপাক্তা খ্বাইদগী ইহান হানবা ওইনা মৈতৈ পাংঙল-শিংগী-রায়েল থৌদা তৌনবা মৈতৈ পাংঙলগী তোংঙানবা পঞ্চায়

মেম্বর মৈতৈ পাঙনগী মরক্তগী হাপ্তুনা লৈত্তোক্ রায়েল-থৌদা তৌহন্নখি। অহানবা পাংঙনগী পঞ্চায় মেম্বর ওইখিবা মীওক অসি পুক্রোক্ চগেম্বা হাঙৈবা অসিনি। অতুগা অত্তো সুবেদার অসিনা মগী মনাও নিপানি। পাংঙনগী পঞ্চায় মেম্বর ওইবা চগেম্বগী ময়ুম্না হাঙৈফুনা মখোঙৈ অনিগী ময়ুম্ য়ুম্নাকপু পঞ্চায় ময়ুম হাঙৈনা থোনখি।

## (৪৭) কাজী খুৎ

সাগৈ অসি ভারতবর্ষগী মুসলমান সমাজনা হিন্দুস্থানী মুসলমান ফুরুপশিংগী মপা-মপুশিংনা খুন্থোক-খুন্হোংলকপগী মফমশিং, মখোঙৈগী ঃসাদা পুরকপা ঊগী মরী অমসুং থৌওং থৌদাদা মরু ওইবা য়ুমফম ওইরগা কাংলুপ খাঙৈবগী রায়েলদা মৈতৈ লৈবাক্কী মুসলমান সমাজদা চৎনরিবা কাংলুপশিং সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল হাঙৈবা কাংলুপ মখিসিগী মতুংদা পঠান হাঙৈবা কাংলুপক্কী মতুং চনবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসি ঈফম্ হাঙৈবা সাগৈ অহুদগী থোরকপা, ফু কাঙৈনরিবা নত্রগা খাঙৈদোক্লিবা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুক্রোক্কী মমিংদি তোলেল কজী হাঙৈনা কৌই। তোলেল্ কাজি অসি পুক্রোনথোঁ মচানিপা স লিম্থাগী ঈদগী লাকপা ধারানী।

তোলেল্ কাজি খৃঃ ১৮১৯ দা মৈতৈ লৈপাক কাঙৈবরদা কছারদা চেল্লকখি। মফম অতুদা মহাক মৈদংও গমভির সিংহ অমসুং মনাও ইবুংঙো নরসিংহনা মৈতৈ লৈবাকপু আরাশিংগী মখুত্তগী হন্দোক্লবা লাগ্নী থোমগংলকপা মতমদা মৈতৈ লাগ্নী নরক্তা মতুম্মক য়াওরকখি। মহাক কছারদা মমিং লৈবা মীসক্কি অসুং মাগী মমিং লৌরগা থোনবা খুল তোলেলগ্রাম কছারদা লৈরি। লান লাকপদা, খৃঃ ১৮২৫ দা মৈতৈ লাগ্মীনা মনিপুর হন্দোকপা লাকপদা

মহাক্না ঈশিং পীথকখিবা তোলেল পুখ্রি ওইনাম্লোং চৈংলক্না লৈরি। মৈতৈ লৈপাক হন্দোক্লবা মতুংদা মাবু খুন্দাহল্লবা মাগী কাজী ফমগী মমিং লৌরগা থোনখিবা কাজীখুল হৌজিক্তা কাচী-খুল হাঈনা খঙনবা সলাংসেন/ভয়নগর কোন্থুংগী মনাক্তা লৈরি। কাজীখুলদগী হোংকল্লগা থোংজুদা লৈরবা মতমদা গম্ভীরসিংহ মহারাজনা পীখ্রবা মাগী ফমগী মমিংদা থোনবা কাজী পাৎ লৈরি। মহাক খৃ: ১৮২৬ কী মেরা থা ১৪ নি ইরাইদা শ্রীপঞ্চযুক্ত গম্ভীরসিংহ মহারাজনা ঈখুল লান্দাবা চৎপদা ম্না থৌগল ইন্দুনা চৎপদা তোলেন কাজীগী চান্দা হৈজ-শিংজবা উৎলকপদা মৈ চংদু গম্ভীর সিংহনা উখ্রুল ভম্ব: হাঙ্গৈবা নিংথেল পীবিখি। কাজী অসি খৃ: ১৮২৯ গী সাজিবু থা ২৫ নি নিংথৌকাবদা থাহি [থালি] নাবা চৎপদা ম্না থৌগল্ ইনখি।

মথৌমা অমম্বা নিংথেজলতনা চুম্নগী মুসলমান লান্মী অমা ওইরম্বদগী নিংথৌগী অখোইবা নাকথং থেংমাই লেম্না (বোডী গার্ড) লানচি লৈন ওইখি তোলেল লান্মী শিনফমতা নত্তনা লৈঙক রায়েল থৌদাদা মৈতৈ মুসলমান সমাজ অপুম্বগী কাজি ফম ওইরব, হিবম খুদিংমক্তা হৈ শিংনা মীশক্তি। মহাক্কী কাজী হাঙ্গৈবা ফম্ অসিদগী লৌহুনা মহাক্কী ময়ুমবু ইফম সাগৈগী মমুংদা কাজীখুৎ হাঙ্গৈনা কৌনবম্বদগী ওবাংগী মুসলমান সমাজগী মৈতৈ পাংগলনা মুস্লীম সমাজগী মতুংদা অকক্নবা খুৎকী মশক লেপ্লবা মাগী চাদা-নাওদাবু কাজী খুৎ হাঙ্গৈনা থোনখি।

## (৪৮) য়াংখুবম্

সাগৈ অসি ভারতবর্ষ অপুম্বগী ওইনা হিন্দুস্থানী মুসলমান সমাজদা মুসলমান কুরুপশিংগী মপা মপুশিংনা খুনহোং-খুন্থোকপদা

মখোঈনা লাকপা মফমশিং, মখোঈদা চেললিবা মপা-মপুশিংগী ঈ অমসুং মখোঈনা থুম্মোক্লকপগী থৌওং-থৌদোদা মরু ওইবা য়ুমফম ওইরগা কাংলুপ থাঈদোকপগী রায়েল মতুং ইন্দুনা মৈতৈ লৈপাক্তা লৈরিবা মৈতৈ মুসলমান/মংগন/পাংগল সমাজদা চংনরিবা কাংলুপ থাঈদোকপগী কাংলুপশিং সৈয়দ সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল হাঈবা কাংলুপ মরি অসিগী মনুংদা সৈখ হাঈবা কাংলুপতা চিংবা সাগৈ অমনি।

সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মখিংদি য়াংলেম খম্বা/য়াংখম্বা হাঈনা কৌই। মহাক অসি মৈতৈ অমা ওইনা খুমন য়েক্তা পোকখিবা মুপা অমনি। অদুবু মহাক্না তাইবংপালবা মী ওইবগী মফমদা হজরত মুহম্মদনা পীরিবা মংলেম মপু সক্লাইদবগী পাওজেল অসিদা থাজদুনা মুসলমান ওন্দুনা মপুনসি লোমখিবা মীশক অমনি মহাক খু ১৬০২ দা মৈদিংগুচা লোইয়ম্বা হাঈবা চুবী চরাইরোংবা খোইমোম লাইয়িংথৌনা সানওনবা (খুঃ ১৬৯৭ ১৭০৯) গী পোকম্নিবা মনাও নিপানা মুসলমান মংগন সওগী অথৌবশিং থোমদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওইগে হাঈদুনা লান হৌই। লানহৌ অসিদা মাঈপুননা য়াওবা মীওইশিং লোইনমক হাৎখি। থৌদোক অসিগী মরমদা চৈথারোল্ কুম্বাবনা পীবা রায়োলদি—হাওরোইবম লনহাংগী কুম সক ১৬২৩ — .... রাকচীও থা ...... থাশি নোংইরাইদা সওগাই য়ুমজাও মৈ হৌএ। খোওলেন সগোল্ থোও॥ কালিকাসুও॥ মংকনসওসুং॥ সও ৬মা চাকএ॥ মিংথেম চুবী সওগাইসুগা॥ মনাই ২গা মৈনা চাক্তনা সিএ। খাগোকপম্ কোইরেং॥ মেরাই ওাংবা॥ অঙোম লনহাং॥ পাংগল্ সংকোম॥ মখোঈ ৪ মানা॥ য়ুমজাওগী সাইজিন্দা মৈ খাইএ॥ ফাইয়েলথা ....— থানিন নোং থাওজদা॥ নাওসোমচা পুখ্রনবা অমোইনচিংনা॥ ইবুংঙো লোইয়ম্বু॥ নিংথৌ ওইহনগে হাঈদুনা॥ সওগাই য়ুমজাও মৈ থাবা খৈবিকৃপু রাকোওএ। মুমিদাংদা নাওসোমচা

অয়োইদি থৌরীনা লাকএ ॥ মচা মাইচৌদি মারক্তিংদা হাৎনৈএ ॥ ময়ুম তুম্নাহাৎএ ॥ সুপ্নগী মী ৩১ নে ॥ — •• হাঙবা অসিনি ॥ হাঙৈরিবা লানহৌ অসিদা পাংঙলগা তিন্নবগী মরাল পীদুনা য়াংলেবা মুসলমান ওলহনখিবা মাল্লি মরমদি মুসলমান য়ুম্নাক অসি মৈ'দিংঙ, তুবী চরাইরোংবনা থোনখিবনি হাঙৈনা কোম্লুংগী পণ্ডিতশিংনা পীরি।

মৈতৈ ওইবগী খুমল ময়েকচাদগী মুসলমান পাংঙল ওল্লবদসু খুমল ময়ুম্নাক, মশা তয়া' ভয়াংএ হাঙৈবগী য়াংলেম কৌববু হোংদনা য়াংলেম খম্বা পুকোক্কী চাদা নাওদানি খওনবা য়াংলেমগা খম্বগা লোয়্নুনা য়াংখুবন হাঙৈনা থোনখি।

## (৪৯) ওঈনাম্ময়ুম/ওইনাম্ময়ুম্

সাগৈ অসি ভারত পুম্বগী ওইবা মুসলমান সমাজনা হিন্দুস্থানী মুসলমান ফুরুপশিংবু মথোঈ মথোঈগী মপা মপুশিংনা থুনহোং খুম্হৌক্লকপগী মফম, মথোঈনা চেল্লকপা ঈগী মমী অমসুং মথোঈগী থৌওং-থোদোগী মতুং ইন্না মরুওইবা য়ুমফম ওইরগা কাংলুপ থাঙবা খুংথাঙগী মায়েল লৌদুনা মৈতৈ লৈপাক্কী মুসলমান সমাজদা চৎনরিবা কংলুপশিং সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল, হাঙৈরিবা কাংলুপ মরি অসিগী মনুংদা সৈখ হাঙৈবা কাংলুপ অতুগী মনুং চনবা সাগৈ অমনি।

সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি ওঈনাম বীর কৌই। মহাক হিন্দু ওইরম্বদগী মুসলমান ওনখিবনি। মহাক্কী হান্না মৈতৈ হিন্দু ওইরিবৈদগী খুমন ময়েকচাগী সুবা, চৎপা, চাবা, থকপা পুম্নমক্তা ওঈনৈ হাঙৈবদগী ওঈনাম হাঙৈনা কৌখিববু হোংদনা মৈতৈ পাংঙল ওল্লকপা ওঈনামগী ময়ুমনি হাঙৈদুনা ওঈনাম ময়ুম হাঙৈনা থোনখি।

য়ুমনাক অসি মৈদিংগু মাঙজিংলেন নোংঙ্রেন খোম্বা, চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ (খৃঃ ১৮৫০–১৮৮৬) গী মতমদা থোকখিবনি।

## (৫০) ময়াংময়ুম অরিবা/ময়াং অরিবা

সাগৈ অসি ভারত অপৃম্বগী ওইরিবা মুসলমান সমাজনা হিন্দুস্থানী মুসলমান কুরুপশিংবু মখোইগী মপা-মপুশিংনা চেল্লকপা ঈগী মরী, মখোইনা খুম্বোক-খুনহোংলকপগী মফম অমসুং থোওং থৌদৌশিংদা মরু ওইবা য়ুমফম ওইহনা মুসলমান সমাজগী কাংলুপ খাঈদোকপগী রায়েল মখাদা, মৈতৈ লৈপাক্তা মৈতৈ মুসলমান সমাজনা লৌনখিবা কাংলুপশিং, সৈয়দ, সেথ পঠান অমসুং মুগল/মোগল হাঈনা মিংখোল্লিবা কাংলুপ মরি অসিগী মনুংদা সেখ কাংলুপকী মনুং চনবা সাগৈ অমনি।

সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি জমাই মিয়া হাঈনা কৌই। মহাক অসি বঙ্গলা দেশতগী লাক্লুমা কছারদা গমভীর সিংহ অমসুং নরসিংহ অনিনা মৈতৈ লৈপাকপু অরাগী মখুত্তগী হল্দোক্লবা লাক্লবগী মনিপুর লেভি লিংথংপদা সিকাই অমা ওইনা চংলকপনি। মহাক্না খৃঃ ১৮২৫, ওইরাম বলরামগী কুম সক্ ১৭৪৭ কী হীয়াঙ্গৈ থাগী ৯ শানবা নোংমাইজিং কুমিত্তা লাম্বী অমা ওইনা মৈতৈ লৈপাক্কী মাকলংদা থুংলবখি। মহাক গমভীর সিংহ মহারাজগী মতমদা জমাদ্দর ফম ফাওবা ওইরম্মী।

মহাক অসি ময়াং লৈবাক্তগী লাকপা মুসলমন্নি অদুগা হান্না লৈরম্বা মুসলমানশিংনা মৈতৈ পাংগলনি হাঈনা লৌদুনা মৈদিংগু চীংলেম নোংঙ্রেন খোম্বা মহারাজনা ময়াং পাংগল ময়ুম হাঈনা খোনবীবনি। অদুবু মৈতৈ পাংগল মকক্তা অসম্বা পাঙ্গনা ময়াং

ময়ুম্ হাঈনা মিং থোল্লম্বর্ মৈদিংঙু নাওজিংলেন নোংঙ্রেম খোম্বা হাক্তক্তা বাঙলা ময়াং লৈপাক্তগী অনৌবা ফুরুপ মুসলমান ময়ুম অমা থোক্লকপদগী মখোঈ অনিগী ময়ুমবু খেন্নরা খণ্ডননবা অরিবা, অনৌবা হাপ্পুনা ময়াং ময়ুম অরিবা হাঈনা থোনবদু অসম্বা পাম্বা মৈতৈ পাংঙলনা ময়াং অরিবা হাঈনা কৌনখি।

## (৫১) ময়াং ময়ুম অনৌবা/ময়াং অনৌবা

সাগৈ অসি ভারত অপুম্বগী ওইবা। মুসলমান সমাজনা হিন্দুস্তানী মুসলমান ফুরুপশিংবু মখোঈ মখোঈগী মপা মপুশিংনা থনহোং-খুম্মোক্লকপা মতমদা মখোঈগী শিংলিদা চেল্লকপা ঈগী মরী অমমুং মখোঈনা থুনহোং-খুম্মোক্লকপগী হৌরকপা মফমশিং অমদি মখোঈগী খোঙং থৌদোকশিংগী থৌদোক বাখোক্তা মরু ওইনা য়ুংফম ওইত্তুনা মুসলমান সমাজগী কাংলুপ খাঈবগী খুৎখাঈ মতুং ইন্দুনা মৈতৈ লৈপাক্তা চৎনরিবা মৈতৈ মুসলমান সমাজগী কাংলুপশিং সৈয়দ সৈখ, পঠান অমমুং মুগল/মোগল/হাঈবা মরি অসিগী মমুংদা সৈখ কাংলুপকী মমুং চনবা সাগৈ অমনি।

সাগৈ অসিকী পুকোক্কী মমিংদি য়াসিন্ মিয়াং হাঈনা কৌই। য়াসিন মিয়া হাঈরিবা পুকোক অসি বাঙ্গালদেশকী মমুং চমবা সিলেট হাঈবা মফম অদুদগীনি। মহাক মৈদিংঙু নাওজিংলেন নোংঙ্রেন খোম্বা [চন্দ্রকীর্তি, ম্নাহল নিংথেম পীশক্, ঈশ্বরসিংহ, কে, সি, এস, আই, খৃঃ ১৮৫০–১৮৮৬] গী মা হাক্তক্তা মৈতৈ লৈপাক্তা থোক্লকপনি। মহাক খৃঃ ১৮৪৭ দগীনা খৃঃ ১৮৫০ ফাওবা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্তি, সিংহনা নজরবন্দী ওইনা কছারদা লৈবা মতমদা শ্রীজুৎকী মা থৌগল ফংজখি। খৃঃ ১৮৫০ দা মৈদিংঙু নরসিংহনা সনা কৈরাক্ থাত্তুনা মপুগী ফুরালাইয়ুম

মনুংদা চওথরবদা চন্দ্রকীর্ত্তিনা কছারদগী লানহৌরকপা মতমদা স্না থোগল ইল্লকুনা খৃঃ ১৮৫০ পুয়াম যুপা সিংকী কুম সক ১৭৭২ ইংঙা থা ৬নি পান্‌বা থাংজা সুমিত্তা মাক্‌লংদা থুংখি।

মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিনা পাল্লবা মতমদা ময়াং লৈপাক সিলেটতগী লাকপা মুসলমান পাংঙলনি হাঙৈহুনা ময়াং পাংঙল ময়ুন থোনববু হান্ননা মৈদিংঙু গম্ভির সিংহ হাক্কা থোক্লকপা ময়াং মুসলমান পাংঙল ময়ুম অমা, মৈদিংঙু গম্ভিরসিংহনা ময়াংময়ুম থোন্দুনা লৈরম্বনা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিনা অমুক হন্না ময়াং ময়ুম হাঙৈনা থোল্লবদা ময়ুম অনিবু খেন্নবা খণ্ডননবা হান্না লাক্কুনা মমিং থোল্লম্ববু অরিবা, অনৌবা হাপ্তুনা সাগৈ অসিবু খাঙৈদোক্কুনা ময়াং ময়ুম অরিবা অমসুং ময়াং ময়ুম অনৌবা কৌববু মুসলমান হাঙৈমন তানবা, পাংঙল অসম্বা পাম্বমা ময়াং অরিবা অমদি ময়াং অনৌবা হাঙৈনা থোনখি।

## (৫২) ফিরিংজী ময়ুম

সাগৈ অসি ভারত অপুনবগী ওইবা মুসলমান সমাজনা হিন্দুস্থানী মুসলমানশিংগী ফুরুপশিংবু মখোঙৈ-মখোঙৈগী মপা মপুশিংনা খুন্থোক খনহোৎলকপা মতমদা মখোঙৈগী মশাদা চেল্লকপা ঈগী মরী, মপা মপুশিং অতুনা হান্না লৈরম্বা মফমশিং অমসুং মখোঙৈগী থৌওং-থৌদোগী থৌদোক-রাথোক্কা মরু ওইনা য়ুম্ফম ওইহুনা কাংলুপ খাঙৈবগী খুৎখাঙৈ অতুগী রায়েল মথাদা মৈতৈ লৈপাক্তা লৈরিবা মৈতৈ মুসলমান মৈতৈ পাংঙল সমাজনা লৌথৎলিবা ফুরুপশিং সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল হাঙৈরিবা ফুরুপ অসিগী মনুংদা সৈখ হাঙৈবা কাংলুপ অসিগী মনুংদা চনবা ফুরুপ অমনি।

সাগৈ অসিগী পুকোক্‌শিংগী মমিংদি তেলঙ্গা খনবা মাইমু, পুক্‌গাও অমসুং তোনুবা কৌই। মখোঙৈ ৩না খৃঃ ১৭২ গী ১১নি

পান্‌বা সগোনসেন্দা অরালাম তুম্মু কৈথেলদা শোক্লবা লানফমদা লৈখিত্রবদা মনাওনিপা অতোনবা থোংলেন্না পুকোক অমসুং য়ুমলেন্ পীবা ওইহৌই। মখোঙ্‌গী অসি নোংসায়াইবম মৈখ কাংলুপ্পুগী থাঙ্‌দোক্ত্রিবা মৈতৈ পাংগলনি।

থোংলেম হাঙ্‌ঙিবা পুকোক অসি মৈদিংগু চীঙথংখোম্বনা অহানবা পানবা মতমদা খৃঃ ১৭৬১, মাগুসেকপম চীঙপনগী কুম সক ১৬৮৩ দা লম্নোইবা হরিদাসিকা থোকমিন্নরকপা তেলংগা (ফিরিংকী/ ফিরিংজি, মলেস, সাহেব, ব্রিটিস, ইঙ্গেজ, ইংলিস) সিফাইশিংগা লোঙ্‌ঠুনা লৈমিন্নবা নিংথৌ, য়াথং পীঠুমা লোঙ্‌নবদগী মহাকপু তেলঙ্গা খনবা হাঙ্‌না খঙনখি। তেলংগাশিং অসিবু মৈতৈনা ফিরিংগী হাঙ্‌নসু খঙনৈ অমসুং ফিরিংগী হাঙ্‌বা অসিনা খাঙ্‌দগী হেন্ন লৈপাক্লা খঙনবা ঈংরেজশিংগী জাতি মমিংনি অতুনা মৈদিংগু চীঙলেন নোংপ্রেন খোম্বগী মতমদা খৃ: ১৮২৫ দগী লংথবান্দা ফিরিংগী অহুম ময়ুম শাহুনা লৈরবদসু মহাক্না লোঙ্‌নখি। মতমতুদগীদি মহাকপু তেলঙ্গা খন্বা কৌরম্বতু তোকুনা ফিরিংগী লোইনবা ময়ুমনি হাঙ্‌ঠুনা ফিরিংগীময়ুম হাঙ্‌না মৈতৈনা কৌবদগী মৈতৈ পাংগল লোনচুম গাংবনা ফিরিংজীময়ুম কৌনখি।

## (৫৩) লাইরিকয়েংবম্

সাগৈ অসি ভারতবর্ষগী ওইনা মুসলমান সমাজনা হিন্দুস্থানী মুসলমান ফুরুপশিংবু মখোঙ্‌ মখোঙ্‌গী মপা মপুশিংনা ভারতবর্ষদদা খুন্থোক খুনহৌংবপদা মখোঙ্‌গী মসাদা পল্লকপা ঈগী মরী, মখোঙ্‌না হান্না খুন্দা লৈতারবা মকমশিং অমসুং খুনহোং-কৈহোং-লকপগী থৌওং থৌদাম্নী মগুংদা মরু ওইবা য়ুমফম ওইতুনা কাংলুপ থাঙ্‌বা খুংখাঙ্‌গী রায়েল মতুং ইন্না মৈতৈ মুসলমান সমাজদা চৎনরিবা

কাংলুপশিংদি সৈয়দ, সৈখ পঠান, অমসুং মুগল/মোগল হায়বিবা কাংলুপ মরি অসিগী মসুংদা সৈখ কাংলুপনা চিংবা সাগে অমনি। মখোয় অসি কৈথোঙতা মুসলমান সাগে য়ুম্নাক্কী ফুঙ্গা, ফুরুপ অমনি।

মখোয়গী পুকোক্কী মমিংদি নাপিৎ ভাগীরথ কোই নাওয়ান্দা পকলবা যাঙ্গোই লানযমদগী ফাবা ব্রাই তৈথা ১, থালা সঙ্গোমসুম্বা ১, মাল্লি লৈগী ইংখোল সঙবা ১, অমসুং কোন ফেউবা ১ মখোয়শিং অসিসু পুকোকশিংনি। লাইরিকয়েংবমশিং অসি থৈথোক ইংখোল তাবা লাইরিকয়েংবম পনসাংবাবম কৌবা হিন্দু ফুকপুগী মুসলমান ৫ শুরকপনি। লাইরিকয়েংবম পনসাংবাবমগী পুকোক ভগীরথ অসিদি তেথাও লৈবাকগী থোক্লকপনি। মাগী যুমলেন পীবা ফুরুপা অহুম্মক হিন্দু ওইহনা লৈহৌরগা অতৈশিংনা মুসলমান শুররকপনি। মখোয় মুসলমান ওল্লদসু মখোয়না হিন্দু ওইরিবৈদা ওইরকপা য়ুম্নাক মমিং অহু মুসলমান ওল্লবদসু অহুম্মক হোন্দনা পুহনা লাকখিবদগী সাগে অসিবু লাইরিক য়েংবম হায়না কৌখি। মুসলমান লাইরিকয়েংবমগী পকপা যুম্না, ফুরুপশিংগী পুকোকশিংদি তখেল হায়বদি ত্রিপুরাদগী লাকপনি। অহুগা যুমলেন নাওদাশিংদি তেথাও হায়বদি অসামগী সিবসাগর সহরগী মনাক্তা লৈবা সরাইগাহ/বরপুরদা কোম্নুং ওইরগা ১৩ শুবা খৃষ্টবদগী ১৯ শুবা খৃস্টাব্দ ফাওবা পাল্লবা অহোম্ নিংথৌশিংনা লৈঙাক্লম্বা লৈপাক্তগী লাকপনি। লাইরিকয়েংবম যীমলেন্নি মুসলমান ওন্দবগুম থোই।

## (৫৪) হৈখা মমুম

সাগে অসি ভারতবর্ষ অপুনবগী মুসলমান সমাজনা হিন্দুস্থানী মুসলমানশিংবু মখোয়গী ফুকপশিংগী মপা মপুশিংনা খুম্হোক-খুনহোংলকপদা মখোয়গী সিংলিদা চেন্নকপা ঈগী-মরী, মখোয়না হান্না লৈরম্বা মফম অমসুং মখোয়না খুম্হোক-খুনহোংলরপগী থোদোক্

মাথোক্তা মরী লৈনবা রাকমাশিংনা মরু ওইবা য়ুমফম্ ওইহনা মুসলম্যান্‌শিংগী কাংলুপ থাঙ্গদোকপগী থৃংথাঙ্গ অতুগী রায়েল মথাদা মৈতৈ মুসলমান সমাজনা লৌখৎলিবা কাংলুপশিং সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমস্তুং মুগল/মোগল্ হাঙ্গিরিবা কাংলুপ, মরি অসিগী মন্নুংদা সৈখ হাঙ্গবা কাংলুপ অতুগী মনুং চমবা ফুরুপ অমনি।

সাগৈ অসিগী পুকেক্কী মমিংদি লৈমাসেক/খুরু সেক হাঙ্গমা মৈতৈ পুয়াশিংদা পীরম্মী। পুকোক্ অসি লাইনিংথৌ খাগেম্বগী মতমদা খৃঃ ১৬০৬ কি ঈংডা থাগী ১৭ নি পানবা ইরাই হুমিত্তা লান লোঙ্গখিবা অতুগী মতুংদা তরফ মুসলমান্ ময়াম মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্দাহনখিবা মুসলমান খুন্থোক অচৌবা অতুদা য়াওবা মীশকনি।

তশেংনমক মৈদিংগু খাগেম্বনা হৈগী ইংখোল লিংহনখিবা মীশক্তি মুসলমান সাগৈ মুয়াক, নিংথেম ইংখোলদগী হুরাই ইংখোল হাঙ্গনা তারকখিবা সাগৈ অতুগী মনুংদা য়াওখিবা সপ্রু মহম্মদ অমসুং কস্র মহম্মদ হাঙ্গবা মচিন মনাও অনি অসিনা খৃঃ ১৬০৬ কী লান লোঙ্গমবা মতুংদা সপ্রমহম্মদনা লাইনিংথৌ খাগেম্বগী য়াথং লৌহনা তরপ সনা লৈপাক্তা মনাওনিপা কস্র মহম্মদ অমিগা মচুন নুপী চৈনান্দিগা লৌথোকপা চৎপদা, মখোঙ্গনা থোক্লকপদা হৈনৌ হাঙ্গবা হৈ অসি মৈতৈ লৈপাক্তা ইহান্‌ হীন্না পুথোরকখিবা হৈ অহু থারগা পাল্লকবা মতমদা মৈদিংগু খাগেম্বদা কৎলুখদগী খোম্‌পী চৈং র ওয়াথৈপেদা নিংথেম ইংখোল্‌লেন শেমহনখিবনি। হাঙ্গিরিবা ইংখোল অসিদা মখোঙ্গনা হৈনৌ থারম্বগী প্রমান হাঙ্গবদু ইংখোল অসি লৈরবা মফমবু অরাং হৈনৌ খোঙনেম্বী হাঙ্গহুমা অনেম্বা। হৈনৌ থারম্বগী রাফম লম অসিগী মমিং অসিনা ওইরি। অতুবু মখোঙ্গদি নিংথেম ইংখোললেন অমসুং হুরাই ইংখোলদা চঙখারে। অতুগা

মখোঈগী হৈকোল সঙবদা শিজিন্নখিবা মীশক অসি হৈখা ময়ুমগী পুক্কোক লৈমাসেক্/খুরুসৈখ কসিনা হৈখোংসঙবা হৈ ইংখোল সঙবামীশক ওইহৌরে। হৈখোঙসঙবা লৈমাসৈখ/খুরু সৈকক্কী ময়ুম্‌ হৈখোঙ ময়িম হাঈনা মৈতৈ মুসলমানশিংনা খঙনরম্বদা মৈতৈ মংগন হাঈমন তানবা, মৈতৈ পাংঙল অসম্বা পাম্বা হৈখা মুয়ুম্‌ হাঈনা কৌনখি।

## (৫৫) সাককৃপম সাকাপ্‌পম

সাগৈ অসি ভারতবর্ষ অপুম্বগী মুসলমান সমাজনা হিন্দুস্তানী মুসলমান ফুরুপশিংবু মখোঈ-মখোঈগী মপা-মপুশিংনা খুম্হোক খুনহোংলকৃপদা মপা-মপুশিং অদুগী সিংলিদা পুরকপা ঈগী মরী, মখোঈনা খুম্হোক্-খুনহোংলক্লিউৈদা খুন্দা লৈতাম্বা মফমশিংগা মরী লৈননা অমসুং মখোঈনা খুম্হোক-খুনহোংলকপদা থোকৃখিবা থৌদোক্ ব্রাথোকৃচিংবগী মরীদা মরু ওইবা য়ুম্ফম ওইদুনা মুসলমান ফুরুপশিংবু কাংলুপ খাঈবগী খুৎখাঈ ব্রায়েল মতুং ইন্দুনা মৈতৈ লৈপাক্কী মুসলমান সমাজদা/মৈতৈ পাংঙল্ সমাজদা লৌথৎলিবা ফুরুপশিং সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল হাঈরিবা কাংলুপ মরি অসিগী মতুংদা সৈখ হাঈবা কাংলুপ অদুগী মতুং চনবা সাগৈ অমনি।

সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদ সুনাউতৈ হাঈবা মৈতৈ পুয়াশিংনা লৈরি। হাঈরিবা পুকোক সুনাউতৈ হাঈবা অসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা খৃঃ ১৬০৬ কী ঈংঙা থা ১৭নি পানবা ইরাই নুমিত্তা কছারী নিংথৌ প্রথাফিনাম্না মৈতৈ লৈপাক্তা মাগী লানচিংলেন সেনাপতিশিং থারকুনা লান্দাহল্লকপদা ময়াং কছারীশিংবু মতেং পাংবা লাকপা পাসা/ভরফ স্না লৈপাক্কী পাসা মুসলমানশিংবু লান লোঈনগা লানখোম ওইনা ফাখিবা নুমিৎ অসিদা য়াওরকপা লাগ্মী

সা ককৃপা সিফাই অমনি। মথোঙৈনা ময়ুম থাদোক্লকপদি খৃঃ ১৬০৫ গী মেয়া থাগী থানিন থাবুং নিংথৌকাবা মুমিত্তনীনি। লানফাশিং অসিবু খাগেম্বা লানফা কৌই। খাগেম্বা লানফাশিংবু মৈতৈ লৈপাক্তা মানা মানা হৈজরক্পা, হৈনয়রকপা অমসুং পাঙৈরকপা সিনফমদা থাজিন্দুনা মানা মানা তৌথোরকপা থবকী মথৌমল ওইনা মৈতৈ নিংঙোল অমমম্ তাল্লোই মতু ওইনা মমা পীরগা পাসা মুসলমানশিংবু মৈতৈ মুসলমান ওল্লহলকপা মতম অদুদা য়াওরবা মুনাউতৈ হাঙৈরিবা পুকোক অসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতম অসিগী মুসলমান খুন্থোক অসিবু মৈতৈ পুয়াশিংনা মুসলমান পাংঙল খুন্থোক্ অচৌবা হাঙৈনা কৌনৈ। অমসুং পাসা মুসলমান লাম্মী তরফতগী লাকথিবসি ১০০৭ নি। মসিগী মনুংদা মহম্মদ সানীগী মনাওনিপা অত্তোনবা সাহা কুসুমগা মচানিপা নাজিরাগা কাছার কোন্নুংদা কৈগৌর্বনি। মুর্নোর খাঁ। লেংমাসা লাংমৈ লাংচাউ ১১ থেংপা অমা তৌবুলন্থোইজুমানগী লানফমদা হাখি। অদুগা মৈতৈ পুয়াশিংনা লানফিং ১০০০ ফাই হাঙৈনা পীরি। অদুনদি সিথি ব স ৫ থক্তনি।

মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা মৈতৈ হিন্দু ধর্ম্ম লৌদ্রিবনিনা শা ত্তারি। মতু থোগী ময়ুম্ য়ুম্নাক থোক্লিবসিনা শাক্তি ওইরি। অদুনা মহম্মদ সানীগী লুচিং মথাদা লাক্লিবা সিফাইগী সাককৃপা অসি মহম্মদ সানীনা মৈতৈ মুসলমানশিংগী নিংথৌ অমসুং মৈতৈ লৈপাক অপুম্বগী খুল্লাকফম, মুসলমানগী খুল্লাকপা ওইবা মতম অসিদসু মাগী মথৌ সা ককৃপা অদু অদুম তৌরি। অদুনা মৈদিংঙু খাগেম্বনা মুনাউতৈ সাককপগী ময়ুমবু সাককৃপম হাঙৈনা থোনবীয়ম্বু পোইরৈ তাবা থীবা মৈতৈ পাংঙল্না সাকাপ্পম হাঙৈনসু থোন্নখি।

## (৫৬) মালসম্

সাগৈ অসি ভারত অপুম্বগী ওইবা মুসলমান সমাজনা হিন্দুস্থানী মুসলমান ফুরুপশিংবু মথোঙৈ মথোঙৈগী মপা-মপুশিংনা থুনহোং

খুনথোক্লকপদা মখোঙ্গী সিংলিদা পুরকপা মপা মপুশিংগী ঈগী মরী, মখোঙ্গনা হান্না খুন্দা লৈতারম্বা মকমশিং মরী, অমসুং মখোঙ্গনা খুন্থোক-খুনহোংলকপগা মরী লৈনবা রারীগী লিকথুম্নরিংবদা মক ওইবা য়ুমফম ওইরগা মুসলমানশিংগী কাংলুপ খাঙ্গবগী রায়েল মতুং ইন্না মৈতৈ লৈপাক্তা মুসলমান/পাংঙলশিংনা চনরিবা কাংলুপশিং সৈয়দ, সৈখ পঠাম অমসুং মুগল/মোগল হাঙ্গবা কাংলুপ মখি অসিগী মনুংদা সৈখ, হাঙ্গবা কাংলুপ অদুগী মনুং চনবা সাগৈ অমনি।

সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি প সে/বসে হাঙ্গনা মৈতৈ পুয়াশিংনা পীরম্মী। বসে হাঙ্গরিবা পুকোক অসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী খৃঃ ১৬০৬ কী মুসলমান পাংঙল খুন্থোক্ অচৌবদা য়াওরকপা মীওই অমনি। মহাক অসি তরফ সনা লৈপাক হাঙ্গদুনা মতম অদুদা খৌনবা হৌজীক্কী বাঙ্গালাদেসকী অরাং নোংপোক্কী লমমম পাসা, শ্রীহট্ট/সিলোৎ/সিলেটকী খা-নোংপোক থংবা শরুক্তা লৈবা হবিগঞ্জগী খা নোংপোক্লোমদা কিলোমিটর ১৬ লাপ্পা লৈরিবা তরফ হাঙ্গবা মফম অসিদা কোম্নুং ওইরগা পাসা মুসলমান নিংথৌশিংনা পালপ্পা লৈপাক অদুদগী লাকপনি। মহাক পাসাগী তরফ সনা লৈপাক্কী খা থংবা শরুক্কী নবাপ মহম্মদ সানীগী লাম্মী তেংগোল মরক্তা য়াওবা সিফাই অমনি। খৃঃ ১৬০৫দা কছারী নয়াং নিংথৌ প্রথফিনান্না তরফ নিংথৌ মহম্মদ নাজিরীদা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দাবদা মতেং পীবীনু হাঙ্গনা লাননেক্পদগী নবাপ মহম্মদ সানীনা লানচিংলেন ওইদুনা অকনবা, অথৌবা সর্দার ১৬ য়াওবা মী ১০০৭ শাবা লাম্মী তেঙ্গোল অমা খৃঃ ১৬০৫ গী মেরা থানিন থাবুং নিংথৌকাবা নুমিত্তা তরফ থাদোক্লমদুনা লাম পাংবা জাকপদা য়াওরকপনি। লানফম্ অসিদা মৈতৈশিংনা ওমদুনা খৃঃ ১৬০৫ কী ইংঙা থা ১৭নি পানবা ইরাই নুমিত্তা লান লোঙ্গশিন্দুনা মুসলমান লাম্মী ১০০০ কাবদা পুকোক বসে অসিসু য়াওরম্মী। লান লোঙ্গরবদা লানখোম্ মুসলমানশিংবু

মানা মানা হৈঙ্গরকপা, হৈনঙ্গরকপা অমসুং তৌরক-পাঙ্গরকপা শিমফম অমসুং মথৌশিংদা থাজিন্দুনা মানা মানা তৌরকপা মীথোই মীহেনবগী থবকশিংগী মথৌমল ওইনা লাইয়িংথোগ থাগেন্বনা মমা ওইনা মৈতৈ নিংতৌস অনমম্ তাল্লোই মতু ওইনা পীরগা পাসা/তরফ মুসলমানশিংবু মৈতৈ মুসলমান ওলহল্লখি।

মুসলমান সাগৈগী পূকোক্ বসে/পসে অসিনা মৈতৈ লৈপাক্তা থুন্দা লৈত্তারবা মতুংদা মানা পাঙ্গবা শিনকম্দি মাল সাবনি। মহ'ক্পু মৈতৈ পুয়ানা "মালসাপা পসে" হাঙ্গনা পীরম্মী। মাল হাঙ্গবসি মৈতৈ লোন্ নত্তে, মসি পোৎ-চৈ [গুভস] পু খঙনৈ। অদুনা মাল্ সাবা হাঙ্গবসি য়ুনগী পোৎ-চৈ, ফাল, খুদেং, উরুক উপু অসিনচিংবা সাববু খঙনগনি। অদুনা বসেনা পাঙ্গবা সিন্ফমগী মতুং ইন্দূনা মহাক্পু মালসাবা হাঙ্গরগা খঙনখিবনি। মাল্সাবা বসেগী ময়ুমবু নালসাবা মযুম মাল্সাপম হাঙ্গবদগী মৈতৈ মঙ্গম পোইরে তাবা থীবা মৈতৈ পাংঙল অসঙ্গা পাম্বনা মাল্সম্ হাঙ্গনা কৌনখি।

## (৫৭) থাঙ্চম/থাঙ্জম

সাগৈ অসি ভারত অপুম্বগী ওইব। মুসল্মান সমাজনা হিন্দুস্থানী মুসলমান ফুরুপশিংবু মখোঙ্গ মখোঙ্গগী মপা-মপুশিংনা খুনহোং-খুন্থোক্লকপ মতমদা মখোঙ্গগী মশাদা চেল্লকপা মপা-মপুশিং ঙ্গ অমসুং হৌরকফমগী মমী. মখোঙ্গনা খুন্থোক্-খুনহোং হৌরকপা মফমশিং অমসুং মখোঙ্গগী খুন্থোক খুনহোংলক্পগী থৌদোক য়াখোক্কী য়ারী লিকখুনগা মরী লৈনব। য়াফম্শিংদা মরু ওইবা মুমফম ওইরগা কাংলুপ থাঙ্গবগী খুৎখাই অদুগী মতুং ইন্দুনা মৈতৈ লৈপাক্তা মৈতৈ মুসলমাম/পাংঙল. সমাজনা লৌখৎলিবা কাংলুপ্শিং সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল/হাঙ্গনা

খঙনরিবা কাংলুপ মসি অসিগী মনুংদা সৈথ হাঈদা কাংলুপকী মনুং চনবা সাগৈ অমনি।

সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিংদি সেথ হাঈনা মৈতৈ পুয়াশিংনা পীবি। পুকোক অসি সেথ হাঈরিবা মমিং অসি মাগী কাংলুপপু খঙনবা মমিংনি, সৈথ হাঈবা মাল্লি। পুকোক অসি মৈদিংঙু খাগেম্বা মতমগী মুসলমান খুন্থোক অচৌবগত্তা য়াওরকপা নীওই অমনি। মহাক তরফ সনা লৈপাক হাঈবা অতুদগী লাকপনি। তরফ সনা লৈপাক হাঈবসি হৌজিক্কী বঙ্গালদেশকী অরাং নোংপোক্কী লমদম সিলেট ডিষ্টিক্কী মনুং চংবা সেরাইল পারগানাগী নোংপোকলোমদা কিলোমিটর ৫৫ রোম থাপ্পা অমসুং হবিগঞ্জগীনা অরাং খা–নোংপোকলোমদা কিলোমিটর ১৬ রোম লাপনা লৈরিবা তরফ হাঈবা মফম অসিদা কোন্নুং ওইরগা পাসা মুসল্মান নিংথৌ শিংনা খৃঃ মতুং ১৬ শুবা অমসুং ১৭ সুবা চহিচা অতুরাইদা পাল্লম্বা লৈপাক অমনি। মহাক তরফ লৈপাক্কী খাথংবা সরক্কী নবাপ মহম্মদ সানীগী মথাদা লাম্মীগী খুৎসু-খুৎলাঈ সাবা য়োৎসুবা সিফাই অমা ওইরম্মী। মহম্মদ সানীনা কছারী থোংনাং মাইবোং নিংথৌগী মচেৎ পাংহুন। মৈতৈ লৈপাক্তা লাম্দারকপদা মহাক সিফাই অমা ওইনা য়াওরকপনি। মহাক্না মরৈপাক থাদোক্লম্বসি খৃঃ ১৬০৫ শী মেরা থাগী থানিন থাবুং নিংথৌকাবা নুমিত্তগীনি। মৈতৈ লৈপাক্তা য়াঙ্গোইবুংদা (হৌজিক্কী বিসেনপুরগী য়াঙ্গোই তুরেল লৈরিবতুগী মপান্দ', শোরুখিবা লান অসি খৃঃ ১৬০৬ কী ইংঙা থাগী ১৭ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা লোঈরগা খোংনাং ময়াং কছারীশিংনা মাইথীরবদা লানফা ১০০০ খোম্বদা থাঙচম/থাঙজমগী পুকোক সেক/সেথ অসি য়াওখি। লান লোঈরবা মতুংদা মৈদিংঙু খাগেম্বনা লানথোম পাসা মুসলমান ১০০০ অসিবু মৈতৈ লৈপাক্তা

খুন্দাহন্‌খি। মখোই মখোইনা হৈরকপা, হৈনরকপা অমসুং তৌরক-পাঈরকপা শিনফমশিংদা মখোঈবু থাজিন্দুনা মা-মানা তৌখোক্লপা মীখোই-মীহেন্‌বা থবক মস্ত্রগা পাংথোক্লকপা থৌদৌশিংগী মথৌমল্ ওইনা মনা মৈতৈ নিংতোন অমমম তাল্লোই মতু ওইনা পীরগা মৈতৈগী চৎনবী কাঈদনা সাগৈ য়িম্নাক অমমম্ মমিং থোন্দুনা পাসা মুসল্‌মানশিংবু মৈতৈ মুসলমান ওন্‌হনখি।

থাঙ্‌জমগী পুকোক ওইরিবা সেক্ অসিবু মৈতৈ পুয়াশিংনা পীরবদি মুসলমান থাঙ্‌সাপা ॥ সেক কৌপা ১ ফাএ ॥ সোৎলাইতা চঙখিরে ॥ হাঈবা অসিনি। মসিদা য়াওরিবা সোৎলাই হাঈবা অসি লম মমিংনি অমসুং লম অদুদা লৈবা মীশিংবুসু খঙনবনি। মহাক্‌-ছান্না থাঙ সাবগী থবক্‌ তৌরকই হায়রসি মশা মশাদা মাবু লৈপাক্কী শিনফম্‌দা থাজিল্লমদায়দা হংলগা খঙবনি হাঈবা অসি মৈতৈগী পুয়া হারমলোনশিং পাবীরগা খঙবিগনি । থাঙ্‌ সাবগী য়ুম্নাক্ মৈতৈদদি য়েক্ [CLANNIAL BLOOD LINAGE) ৭ কি মনুংসিদা য়েক্ ৫ হাঈবদি লুরাং, অঙোম, মোইরাং, লৈসাংথেম (চেংলৈ) অমসুং খুমন্‌দা লৈ। লৈতবসি খা-ঙানবগা নিংথৌজাগদনি। নিংথৌজা অসিবু মী থম্মনা মঙাং হাঈনৈ । অদুবু পুয় শিংদদি হাঈবা থেংনদে, সেলফ স্টাল্‌নি । থাঙসাবা ময়ুমবু থাঙ্‌সাপম অদুদগী থাঙ্‌সম তাখি। মদুদগী লোইন্তে ঙাংবা 'মৈতৈনা থাঙ্‌চম হাঈনা কৌনখি অমসুং থাঙ্‌জম্/তারবখি। অদুনা থাঙসাবা সেকবী ময়ুমসু মুসল্‌মান কাংলুপকী থাঙসাবনি হাঈনা থাঙচেন/থাঙজম হাঈনা কৌনখিবনি ॥

## (৫৮) তম্পাক্‌ময়ুম/তম্পাক্‌ময়ুম

সাগৈ অসি ভারত অপুন্বগী ওইবা মুসল্‌মান সমাজনা ভারতবর্ষদা লৈরিবা হিন্দুস্থানী মুসল্‌মানশিংবু মখোঈগী মপা

মপুশিংনা থুম্হে কি-থুনহোংলক্পা মতমদা মখোঙৈগী মশাদা পক্লক্পা ঈগী মরী, মখোঙৈনা থম্লোক খুনহোংলক্লিবৈগী মমাংগী মখোঙৈনা লৈরম্বা খুন্দারম্বা মকমশিংগা মরী লৈননা অমসুং মখোঙৈনা খুন্দা লৈতারক্পদা থোক্লক্পা খৌ দাক-হ্রাথোক্না মরী লৈনবা য়ুমকমশিংদা লিকখুন ওইহুনা কাংলুপ থাঙৈদোকপা খুৎথাঙৈগী মতুং ইন্দুনা মৈতৈ লৈপাক্তা লৈম্লিবা মুসলমান সমাজদা চৎনরিবা কাংলুপশিং সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল্ হাঙৈরিবা মরি অসিগী মনুংদা সৈথ হাঙৈব কাংলুপ অসিগী মনুং চনবা সাগৈ অমনি।

ভম্পাক্‌ খ্নিম সাগৈগী পুকোক্কী মমিংদি লাইবা কোই। মহাক অসি মৈদিংগু থাগেম্বা হাক্তক্তা মুসলমান খুম্হোক অচোম্বগী থুম্লাকপম ওইখিবা মহম্মদ সানী মচানিপা অহৌডনা সেয়দ অম্বীয়াগী মচানুপী বিবি চোইনা পাম্নহুনা নামকৌ, তোনবা অমসুং কেওওই অমম পোকপদগী তোনবনা লুখিয়া ফুলগী মত লাহোওগী মচা বিবি বেকোম পাম্নহুনা লাইবা, অমু, মতোন মিয়াম্বা অমসুং অতোন হাঙৈবা মচিন মনাও মডা পোকপগী অহন্নি। মহম্মদ সানী তরফ সম্বা লৈপাক হাঙৈবা হৌজিক্কী বঙ্গাদেসকী অরাং নোংপোক্কী জিলা সিলেট হাঙৈবসি মনুংতনবা হবিগঞ্জগী থা নোংপোক্তা কি-লোমিটর ১৬ লোম লাপ্পা অমসুং সেরাইল পারাগানাগী অরাং নোংপোক্লোমদা কিলোমিটর ৫৫ রোম থাপ্পা লৈম্লিবা তরফ হাঙৈবা মকম অসিদা কোম্লুং ওইরগা খুঃ মতুংগী ১৬ শুবা অমসুং ১৭ শুবদা পাসা মুসলমান্ নিংথৌশিংনা পাল্লম্বা লৈপাক্ অতুগী অরাং নোংপোক, মথা অমসুং নোংচুপ হাঙৈনা থাইদোক্লগা নবাপ্ অমমম্ হাপ্লগা নিংথৌয়েল্ ওইহুনা পাল্লিবা মহম্মদ নাজিরিগী মনাও নিপা থোকপা, তরফ সনা লৈপাক্কী মথা থংবা থোংনাং

অদুগা মতম থর তম্পাক ময়ুম ওইরবগী হাফম অমনা :—

কছারগী ময়াং নিংথৌ প্রথক্ষিনানগা মৈতৈ নিংথৌ খাগেম্বগা শগোল শিন্নবগী হাক্তক্তগী কয়া মুংডাইনদনুনা লৈরিবৈদা খৃ: ১৬০৩গী ছিয়াক্তে কুমতনবগী হিয়াঙ কুম্মৈগী থোক্লকপা সানোংবা ছিবাঙৈবগী হাথোক্তগী মৈদিংগুচা সানোংবনা কছারী নিংথৌদা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দাবিয়ু অমসুং মৈতৈ নিংথৌ হাপ্পীয়ু হাঙৈরুবদগী কছারী নিংথৌনা তরফ নিংথৌদা লান পাংখীনবা হাঙৈজরম্মী। তরফ নিংথৌনা মাগী লৈপাক্কী খা থংবা মরুক্কী নবাপতা লানগী মতেং পাংনবা য়াথং পীরকপদগী নবাপ মহম্মদ সানীনা মসামকনা লানজিংলেন ওইরগা সর্দার লানচিংবা মুনৌন/লেংমাসা, মোনাই. অকোন, আলুপ, চুলৈয়া, নমফা, ফাইতোং, তুমিল্লা, খময়া, আঙান, খেত্তো, অকয়া, খম্বা/সপ্র মহম্মদ. লাম্মী য়াম্বা. পুনোৎ/পুর্ন অমসুং কত্রা ১৬ অসি য়াওবা সিফাই/সেমা ১০০০ না শাবা তেঙ্গোল/তুলি/দোলী অমা পুহনা খৃ: ১৬০৫ গী মেরা থাগী থামিন থাবুং নিংথৌকাবা মুমিত্তা তরফ সমা লৈপাক থাদোক্তুনা লান্ পাংবা কছারী নিংথৌগী কোনুংদা লাক্লম্মী। মফম অদুদা মচানিপা নাজিরী অমসুং মনাও অতোনবা সাহকুসুম থম্লগা তীমবল অমসুং য়াথারেক্লা লুচিংবা কছারী ময়াং লাম্মীগা তিন্নদুনা মৈদিংগুচা সানোংবা অমসুং মাগী লাম্মী থরনা লমজিংদুনা থাই তুরেল লাম্লগা লাইমত্তোন ফৌরুংবা কারক্তুনা থৌবুম্ তারকখি। হাঙৈরিবা লাম্মী তেঙ্গোল অসিদা তম্পাকয়ুম সাগৈগী পুকোক্ লাম্মীয়াম্বা নত্রগা মীয়াম্বা অসিসু য়াংবরকপনি।

ময়াং লাম্মী মমাও থংখিবশিংনা থৌবুম লম্বীদা চকপা থোংজাও হৌরকপদা মখোঙৈনা পুমকৃপা ময়াংগী তোপ নোংমৈ যাত্রাবা থৌবুক

মৈতৈ মচা কা মনা লল্লোনবা ওক্রমচা ক্যাম্বগা ব্রাইরোকপমচা খুঙমগা অনিনা ময়াং লাম্মীশিং লোক্তা ঈশিং থকপা চৎখ্রিডৈদা হুদুনা পুরক্লগা মৈদিংঙু খাগেম্বদা কৎখি। মৈদিংঙু খাগেম্বনা মৈতৈ অকন অথৌ ময়াম খোল্লগা নিংথৌ মশামক্তে, মনাও ইবুংঙো প্রাইবাকপানে. লাইরেল নোংসামৈ/মুর্জো লাইরিকয়েংবা চকসিং জগসিং জগৎসিংনে অহুম্না লুচিংদুনা ইহারাইদগী হাওয়েন য়াঙ্গোইবুং ফাওবদা লানথোং তৌদুনা লৈপন্ তাথদুনা শেম্লগা মফম ৪০০ তঙ্গোল ৪ থাক্লা লিংনে। মৈদিংঙু খাগেম্বনা পন পয়েং অতু উচান মৈরা পরেং থান্দুনা অহিং অনি লানদরকপা ডাইরদুন ময়াংশিংগী মমিত্তা মৈতৈ তেঙ্গোলগী লাম্মী য়াম্বা মালহনবা অমসুং নুংথিলগী মতমদা হান্না লৈরম্বা মৈতৈগী তোপ অমগা নৌনা লোয়ক্লবা ময়াংগী তোপ যাত্রবগা অনিবু সগোলনা থুনা য়াওনা চিংদুনা তেঙ্গোল ৪ মক থুংনা ডাইহাক লৈতনা নোংমৈতোপ কাপ্লুনা তোপ মশীঙ য়ান্না মাল্হল্লকপদা ময়াং কছারী সেনাপতি ভিমবোল অমসুং য়াথারেক অনিনা কীদুনা নখেঈগী তেঙ্গোলবুনা চকপা থোংজাও চীঙদোল্দা শারগা, ওরক মুসলমান তেঙ্গোলবুনা সারেল য়াঙ্গোই মপালদা, তম্পাক্তা শাহনখি।

ময়াং অমসুং মৈতৈ লাম্মীনা লানগী তাঞ্জা ডাইদুনা লৈরিডৈগী মতম অসি মৈতৈগী লানচিংবা মৈদিংঙুচা খুরাঈরাকপা চীঙসোম্বনা সগোল তোংদুনা ময়াং লাম্মী তেঙ্গোল তম্না থৌজিল্লকখি। মহাক মশানা সগোল্ সাবল্গী নাকথং মরুমদা লৈথরগা থৌজিল্ল কুম লাম্মী ময়াম অতুগী মরক্তা লৈরিবা ময়াংগী লাম্মী অকনবা লানজিনংংম্বা মুসলমান অমৰু সগোল মথক্তা তোংনা তোংনা চীঙগী কাকলেন্না (ঈগলগী কংলুং কী উচেক য়্যাও মচা চেনবগুম চেন্দুনা পুখিরম্মী। পুর্ক্লিবা মুসলমান সর্দার অসি মৈদিংঙুচা খুরাঈরাকপনা মৈদিংঙু খাগেম্বদা কৎখি। মতুদা মৈদিংঙু খাগেম্বনা মৈতৈনা অহানবা ওইনা

লান্দাবদা ময়াং লাম্মী চঙনা ফারকই, ময়াং লানফ য়াম্না শোঙ্গদনা ফানিংঙাঈনি। মৈতৈলানা মাঙ্গ পাক্লগনি হাঙ্গবগী থাজবগা লোঙ্গননা অহানবা ফারকপা ময়াং লাম্মী অসিদি লাম্মী য়াম্বা কৌসি হাঙ্গনা লানফা অতুগী মশিং থোনখি। অতুগা লাম্মীয়াম্বা হাঙ্গব্রিবা লানফা অসিবু থুমন লৈকোইপুংদা লাক্লেন্দুনা লৈরিবী খাগেম্বগী লৈমরেন্ কৌবরোন তাইপোঙ্গীগী মনাক্তা লান হৌবগী খুদোল ওইনা থাখি। কৌবরোন তাইপোঙ্গীনা লান্‌কা অসিবু মাগী মনাই ওইনা য়োক্তুনা থমখি।

লানফম্ অসিদা ময়াংশিংনা চেনগে তৌবদগী মৈতৈ থত্তুনা লানথেংনবগা মখোঈবু শাখিনা মাঙ্গথীবা পীবা মতুংদা তম্পাক্তা লান্‌বন্ শারিবা মুসলমান লাম্মীগা পুং অহুম কাপ্পবনু মৈতৈনা চঙবা ঙমপ্রে খুৎলাঈ পাঙ্গনবা লানফমদা পাঙ্গলনা মাঙ্গথীবা পীবা ঙম্লবোই হাঙ্গবা খঙলড়না খুৎলাঈ য়াওনদনা লৌ শংনা মুসলমান লানঙ্গংবা ১৬ অমসুং নবাব মহম্মদ সানীবু মৈতৈ তেঙ্গোলগী লানবন্ মমুদা সঙ্কৈ তেনাস হাঙ্গনা কৌবগা ফানি অমসুং লান্ অসি খৃ: ১৬০৬ কী ইংঙা থাগী ১৭নি পানবা ইয়াই হুনিঙা লোইশিনখি।

লান্‌ফম অসিদা মৈতৈনা লানথোন মুসলমান ১০০০ ফাবগা মৈতৈ লৈপাক্তা মানা মানা তৌরকপা, হৈরকপা অমসুং হৈনরকপা সিন্‌ফম্‌দা থাক্লিন্দুনা মানা মানা তৌরকপা থবকশিংগী মথৌলম ওইনা মনা পীবগী মওংদা মৈতৈ নিংথৌল্ অনমম্ তাম্লাঈ নতু ওইনা পীরগা থুম্দা লৈতাংন্দুনা মৈতৈগী চৎনবা মওংদা সাগৈগী খুম্নাক অনমম্ পীতুনা পাস/তরক মুসলমানশিংবু মৈতৈ মুসলমান্ ওনহন্‌খি। মখোঈশিং অসিগী মরক্তা তম্পাক্‌নয়ুম্ সাগৈ পুকোক লাম্মী য়াম্বা আসম্ভ য়াওরম্মী।

অম্মুম্না লৈপাক্তা মুসলমানশিং থুন্দারবদা মৈদিংঙু খাগেম্বমা মুসলমান্ থুম্লাকপা মহম্মদ সানীদা নেংথোনবমচম্ভ সকতেক্নে,

চকপ্রম চন্নু মৈল্লেনে অনিশু ভাল্লোই ওইনা লৌখি। নোংথোনবম চন্নু সকত্তেক্লা মচানিপা অহোংপে কৃই। অংহাঙ্না মৈগা অশীবাগী মচান্নুপী বিবি চোইনা লৌরগা মচানিপাশিং নামকো, ভোনবা, অমস্নুং কেওওই পোক্লবা মতুংদা সাইরেম মানসৈগী কুম সক ১৬২১ সজিবু থা ২১ নি পানবা য়ুমসকৈসদা নবাপ মহম্মদ সানী মশাগী চহি ৮৭ ডা নোংগাথ্রবদা মচানিপা অহোঙনা থুল্লাকপা ফম ওইহৌই। থুল্লাকপা অহোঙগী মচা অহল নামফৌনা মকক অমুবা ময়ুমগী প্যকোক লুখিয়া কুলগী মশু লাহোঙগী মচান্নুপী বিবি বেকোমবু নিকাহ তৌহুনা চহি ৭ পান্নরবা মতুংদা মচা পোক্কে হাঈহুনা সৈয়দ ভাংবা সীঙজমৈ ভাবগী মচনম্নুপী চংনিং লৌখি। অচুদগী বিবি বেকোম্না নাম্ফৌগী মনাওনিপা ভোনবদা ওংহুনা লাইবা, অমু, মত্তোন, মিয়াম্বা অমস্নুং অত্তোন ৫ পোকখি। লাঈবগী নিংথিজরবা লমচং উবদগী মৈদিংগু তুবী চরাইরোংবগী লৈমরেন মেংথিলচাইবীনা ভয়ম নাইওইনা মপা মমাদগী মিজরহুনা য়োকখি। লাইবা অমমুং মাগী মনওশিংদি খোংজোম ভাথয়ামদা খুন্দাখি। মথোঈপা খুন্দামিন্নরিবা মপাগী মরাম্বা নামকোমা সৈয়দ ভাংবগী মচন চংনিং পানহুনা, মিনা, অরোহ, থোইবা, মাইমু অমসুং বুচু, ৫ পোকপগী মাইমুনা লাইবগী মনাও ৪ অসিবু থীমা তৌবিবদগী মনাও ৪না ময়াম্বা ফম্বাল লৈমগী তম্পা-কয়িমনাই লাইবদা হাঈহুনা লাইবনা লৈমরেন্দা হঙ্গৎপদগী লৈমরেন্না মৈদিংগুদা হঙ্গত্তুনা লাইবগী মচিন মনাওশিংনা য়ুম খাইরগে হাঈববু মৈদিংগু চরাইরোংবনা য়ুম খাইহনখি। ফম্বাল লৈমা নোংথিলচাইবীগী তম্পাকয়িম নাইনি হাঈবগীদমক তম্পাকয়িম হাঈনা থোনখি।

মসি মৌজিকী মনিপুরী মুসলীম অহলশিংনা হাঈনবা অমস্নুং মথকী মরী নোংসামৈ পুয়া অমস্নুং পাঙল থোরকপা য়া অনিদাপু

পীবগা থব খেন্নবসি খ্রীস্বধীয়গীসি অম্পাকয়ুম্‌গী ৱান্থোক্‌ ফোরগা ভাবনা শাগৎপা মাল্লি। হৌজিক্তি সাগৈ অসি থুল্লাক্‌পম্‌ সাগৈদা চঙখ্রে।

## (৫৯) তাওথোং মযুম

সাগৈ অসি ভারতবর্ষ অপুনবগী মুসল্‌মান সমাজনা হিন্দুস্থানী মুসল্‌মান ফুরুপশিংবু মখোঈগী মপা মপুশিংনা থুন্থোক খুনহোংলক্‌পা মতমদা মখোঈগী মশাদা চেল্লকপা ঈগী মরী, মখোঈনা লাকপা মফম অমসুং মখোঈগী থুন্থোক্‌ খুনহোংলকপতুদা থোকপা থৌদোক্‌ ৱাথোক্কা মরী লৈনবা ৱাফম্‌শিংদা মরু ওইবা য়ুম্ফম্‌ ওইহনা কাংলুপ খাঈবগী খুৎখাঈ অতুগী পরিং ইন্দুনা মৈতৈ লৈপাক্তা লিংলিবা মৈতৈ মুসল্‌মান/মংগন/পাংগল সমাজনা লৌখৎলিবা কাংলুপশিং লৈয়দ, সৈখ, পঠান্‌ অমসুং মুগল/মোগল্‌/মংগন হাঈরিবা মর অসিগী মনুংদা সৈখ হাঈবা কাংলুপকী মনুং চনবা সাগৈ অমনি।

সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মনিংদি নজিরা/নজ্‌রা হাঈনা কৌই। নাজরা হাঈরিবা পুকোক্‌ অসি মৈদিংঙু খাগেন্না হাক্কী মসলমান পাঙল্‌ থুন্থোক অচৌবগী থুল্লাক্‌পা ওইখিবা মহম্মদ সানীগী মচানিপা অহলনি। মরম অসিনা সাগৈ অসি থুল্লাক্‌পম্‌ সাগৈদগী থোক্লকপা সাগৈ অমনি। সাগৈ অসিগী পুকোক নজরা অসি তরফ সনা লৈপাক হাঈবা হৌজিক্তি বাঙ্গলাদেশকী মনুংদা লৈথ্রবা, দেশ অসিগী অৱাং নোংপোক্কী সিলেট ডিষ্টিক্কী মনুংদা হবিগঞ্জগী খা-নোংপোক্তা কিলোমিটর ১৬শুবা লাপ্পা অমসুং সেরাইল্‌ পারাগা-নাগী নোংপোক্লেমদা কিলোমিটর ৫৫ রোম লাপ্পা লৈরিবা তরফ হঈবা মফম অসিদা কোনুং ওইহনা পাল্লম্বা লৈপাক্‌ অহুগী খুন্ট

মতুং ১৬ শুবা অমসুং ১৭ শুবা চহি চাগী মতমগী মবক্তা লৈবম্না মীশক অমনি। মহাক্কী মতমদা পানবা তরফকী নিংথৌদি মহম্মদ নাজিরী কোৌ মহম্মদ নাজবীনা তরক সনা লৈপাকপু নোংপোক, নোংচুপ, মখা অমসুং অৱাং হাঙ্গিছুনা শকক মবি থেংক্ল থাঙ্গদোক্লগা লকক অনমমগী নবাপ অমমম হাপ্লগা লৈঙাকুংহল্লগা মহাক্না মযামচুগী ময়াঙ্গ তরফতা কোন্নুং ওইছুনা নিংথৌ ওইছুনা পাল্লম্মী। পুকোক নাজারা অসি তরফ সনা লৈপাক্কী মখা থংবা থোংনাং মাইলোং নিংথৌ, মযাং কছ বী নিংথৌগী লৈপাক্তা ভাইনবা তরফকী লমদমগী নবাপ মহম্মদ সানীগী তরফ মুসলমান নিংথৌলনা পোক।। মচানুপা অহলনি। মহাক্ তরফ সনা লৈপাক্কী নিংথৌ সাগৈগী মচা মওনি।

মৈনিংচু থাগেম্বনা মৈতৈ লৈপাক্তা নিংথৌ [illegible]ভদা মযাং কছার নিংথৌ প্রথফিনানগা সগো[illegible] শিন্নবগী ৱাফমদা [illegible]-ছুনা [illegible] স নোংবা হিগা[illegible] ৱা থা[illegible] [illegible] স[illegible]ংহন কছাব নিংথৌনা চণ্ডজকন ওইছুনা মৈতৈ [illegible] লান্দ-বিছুনা মবু নিংথৌ ওইহনবীনবা হাঙ্গিক্নবগী কছাব নিংথৌনা তরফ সনা লৈপাক্কী নিংথৌদা মৈতৈ লৈপাক্ত লমাবা মচেং নিক্নবদগী তরফ নিংথৌনা নাপ মহম্মদ সানীদা কছার নিংথৌগী মচেং পাংবা য়াথং পীবক্।লকথি মসিদগী মহম্মদ সানীনা মস মক্না লানচিংদোন ওইরবা লানচিংবা সর্দার ১৬ যাওবা লশ্মী ১০০৭ শাবা লান্মী তেঙ্গোল অমাপুছুনা মনাওনিপাশিং সৈখছুনেৎ, কোন্নিপ সৈখ, সাহকুসুন অমসুং মচানিপা নজবাগা লোঙ্গিননা খৃঃ ১৬০৫ গী মেরা থাগী থানিন থাবুং নিংথৌকাবা ছুমিত্তা তরফ সনা লৈপাক থাদোক্তুনা কছার নিংথৌগী কোন্নুংদা লান্ পাংনবা লাকখি। কছারী নিংথৌগী কোন্নুংদা মনাওনিপা অত্তোনবা সাহকুসুমগা,

মচানিপা নজরাগা থমগা কছার লাম্‌গা লোঈননা মৈতৈ খরনা লমজিংতুনা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দবা চংখি।

সহাকুসুম অমস্তুং নজরা মতম খর লৈরবদা খৃঃ ১৬০৬ কী ইংডা থাদা লান্দাবা চংখিবাময়াং অমস্তুং তরফকী লাম্মীশিং মৈতৈগী মথুক্তা মাইথীবগী পাও ফংলত্তুনা কছাররোমদা হল্লক্লিবা মাইথীবা লাম্মীশিং অদু ওকপীরুগে হাঈত্তুনা কছার নিংথৌ প্রথফিনামগী য়াথং লৌরগা মৈতৈ লৈপাক্রোমদা চঙলকপদা কবুই খোংনাং খারুপশিংনা ফাত্তুনা মীনাই ওইহল্লম্মী। নজরা কবুই খারুপা মফম অদুদা অদুম থম্লবদি ময়াং মরৈপাক নক্রে চেনখিগনি হাঈত্তুনা খোংনাং খারুপ কবুইশিংগী অরাংদা লৈরিবা লোইবী থুমময়োন কৌবা খুলদা মীনাই ওইনা য়োম্মোক্তুনা পাসা নিংথৌ নচা অদু মাগী সাগৈ-নাতৈ পুন্নক্তা পাও অমত্তা ফাওনদনা, লং তৎলবা তেলঙ্গাগুম পুন্সিগী পল্লেংফম খওদনা কোইপাই পাইত্তুনা লৈরম্মী।

মতম খর থুমময়োল্ খুন্দা লৈরম্নদগী নজরা অমুক থাঙ্গাল খুলদা য়োলক্লম্মী। থাঙ্গাল্ খুলদা মতম ফনা শাংনা লৈরগা কবো উন্নুংদা খুল্‌গী খুল্লাকপদা নজরাবু অমুকম্তু য়োল্লক্লম্মী মতৌ অস্তুম ত্তৌনা নজরা মীনাইগী পুন্সিদা চহি কুম শাঙ কয়া হৌখ্রবগে খওদনা মীনাই ওইবগী থৌনা নন্দুনা হিংনবগীতা হোৎনত্তুনা লেল্লক্‌খি। চহিশিং হৌখ্রবা তুংদা খৃঃ ১৬২৫ গী অত্তুরাইদা মরিংগী লানফম লোঈরত্তুনা লৈপাক মরা খরতপ্লক্লবা মত্তমদা নজরা নোংমদি কবো উন্নুংদা খুল্লাকপনা মৈতৈ কোন্নুংদা কারকৃপা মতমদা কবো উন্নুংদা খুল্‌গী খুল্লাক্‌পগী মতুংইনবা লম্য়িন খাওপুবা ময়ামগী মরক্তা য়াওরক্লম্মী। খুল্লাকনা নিংথৌগী কোন্নুংদা মৈতৈ নিংথৌ খুরুম্বা তওখ্রীতৈদা খুল্লাকপগী মনাইশিং অদু কোদোম্‌পোক্‌পী কৌবা উগী উখাদা নিংথৌগী ম্নাথোঙগী মচিন্দা লৈঙাক্ রায়েল্‌সঙগী সঙলেন্

মমাঙদা ফমদুনা উমুংদা খুল্লাক্পনা থোক্লকপা ঙাইদুনা লৈরম্মী। মতম অসিদা নজরানা মশা মতোনদা মশাগী মরাইবক থীবদুগী মরমদা তরফ পাসা মমাংলোন্না তেংথাদুনা মতম কুইনা উনদ্রবা মপা অমসুং মতোন্ সহাকুস্থু উম্নহবীয়ু হাঙ্গৈনা কল্লম্মী। মতম অসিদা তরফ পাসা ময়োল থঙবা নোংসামৈ তারবদা মতমদুদগী চহি অনি য়োমগী মমাঙদা মৈতৈ নিংথৌগী য়াথংনা থোংনাং খারুপ কবুই নত্রগা ফালোক ব্রাইরংববু য়ুমথোঙ্ য়ৈনা য়ুম্নাক্ ১০০ ভাববু খোম্গত্নুনা থিখিবা ফালোক ব্রাইরংবা, অথুই, পোংনাম্ খৌবুম, ময়ুরোন, ইংখি, হোচোং, লুখামই অমসুং লাংখোং কৌবা কবুই খুল্ ৯ কোঙ্গৈনা থীবদসু ফংখিদ্রবা মীশক অদুনি হাঙ্গৈবা থঙলদুনা নজরাবু মহম্মদ সানীগী মনাক্তা পুরকখি। অদুপা মহম্মদ সানীবু কৌথোক্লুনা মচা মানব্রা য়েংঙ হাঙ্গৈদুনা য়েংহল্লুবদা মহম্মদ সানীনা মচানিপা নজরাবু উবদা হাঙ্গৈতম্দনা লুংঙাইবা পোক্খি। অদুদসু মত্তনা নজরাবু লাইরেল নোংসামৈনা মানা পোকচরবা মচানি হাঙ্গৈনা য়োক্চবগে হাঙ্গৈনা নিদুনা নাওয়োক্ নাওকোন্খি।

মহম্মাদ সানীগী মচা নজরা কৌবদা য়ুম্নামচনু য়াঙ্বীবু ভাল্লোই শীঙদা চন্হন্খি। অসুম্না নজরা অসি খুল্লাক্পম সাগৈ ওইনা লৈরিভৈদা মচানিপা অনি, পুন্সি অমসুং খোঙ্গৈবী কৌবা অনি অসি পোক্তুনা লুংঙাইনা পাল্লরুবদা য়েনখোইবা লাংমৈগীকুম সক ১৬৭৯ গী ইংঙা থা ৬নি ইয়াইদা শ্রী২ট্রগী মসুংচনবা মকক/মোগল পুরদগী মকক ময়ুম সাগৈগী পুকোকশিংপা লোঙ্গৈননা লাংঙয়া কৌবা মফমগী নিংথৌমচা লৈখচারি/সৈথ জালি থোক্লরুবদা মখোঙ্গৈ অনি য়াম্না লুনা তিন্নখি অমসুং চান্নখি। মখোঙ্গৈ অনিবু লাইরেল নোংসামৈনা অখোই-অহেন নাইদনা নাওয়োক্-নাওকোল্লিভৈদা মখোঙ্গৈ অনিনা অপোৎ ইংখোল [ হৌজিকী রাজাদুবু সিংহ হাই দুলগী

কম্প উগু ] দগী কত্রংচাক্ পাম্বী অমা ফংনদুনা কত্রং তীন য়োক্তুনা কত্রং লং থোকহনবা ওয়্লবদা কক্রং অমসুং মুগা থোক্হন্নবগী শিন্ফম শিঙ্থা পীদুনা মফম অহদগী কত্রং নাইবা লমদা থুন্দাহন্খি । মখোঙ্গী অনিনা থুন্দা'খবা লম অসি কমেংদনি । মফম অসিদগী নজরা লৈখিত্রবা মতুংদা লাংঙায়াম্গী সেকচারি/সৈথজালিন্গী মচা সৈথ বননা কত্রং অমসুং মুগাগী সিন্ফম্ থাদোক্খিবগুম নজরাগী মচাশিং পুন্সি. থোঙ্গৈরী অমসুং লমথোক্লা সিন্ফম্ অসি থাদোক্লগা অনৌবা থুন্দা লৈত্তাফম্ থীবক্খি । মখোঙ্গীনা কমেংদগী হোংলক্লগা তাওথোং কৌবা মফম্, মাঙ্ ঙৈদা পোইরৈতোম্না থুন্দারম্বা লমদেং হাঙ্গৈবা থুল্ অহগী থারোম্দা লৈবা মফমদুদা থুন্দাদুনা পানখি ।

সাগৈ অসিবু তাওথোং হাঙ্গৈরিবা মফম অসিদা খাইদগী ইহান হান্না তাখিবা মুসলমান ফুরুপ ময়ুননি হাঙ্গৈদুনা তওথোং ময়ুম হাঙ্গৈনা থোনখি । তাওথোং ময়ুম য়ুম্নাক্লা থোক্লকপসি মৈদিংঙু পামহৈব ( খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৮ ) গী পানবা হৌগৎলকপগী মতমদা ওইবা য়াই ।

মহম্মাদ সানীগী মচা নজমানা য়ুম্নাম চনু য়াঙ্ বী পানদুনা পুন্সিনে, থোঙ্গৈরী, লমথোক্লে ৩ পোক্এ ॥ * ॥ পুন্সিনা চেংবা, সুলতান, লাংমৈ, অহুম পোক্এ ।

## (৬০) কৈথেল্ ইথোল্

সাগৈ অসি ভারত অপুম্বগী ওইবা মুসলমান্ সমাজনা হিন্দুস্থানী মুসলমান্ ফুরুপশিংবু মখোঙ্গী মখোইগী মপা মপুশিংনা থুন্থোক খুনহোংলকপদা মখোঙ্গী মশাদা পল্লকপ। ঈগী মরী, মখোঙ্গীনা খুনহোং পুন্থোক্লকপাগী হান্না লৈরম্বা মফমশিং অমসুং মখোঙ্গীনা খুনহোং-কেহোংলকপদা থোকখিবা থৌদোক্ ৱথোক্লা মরী লৈনবা

হ্রাফমশিং মরু ওইবা য়ুম্ফম ওইরগা কাংলুপ খাঙ্গদোকপগী খুংখাঙ্গ অতুগী হ্রায়েল ইন্দুনা মৈতৈ লৈপাক্তা লিংলিবা মৈতৈ পাংঙল্ সমাজদা চৎনরিবা কাংলুপশিং সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/মোগল্/মংগল্ হাঙ্গবা মরি অসিগী মনুংদা সৈখ হাঙ্গবা কাংলুপ অতুগী মনুং চনবা সাগৈ অমনি।

সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিং-মথা খঙবা ঙমদে অমসুং করম্বা য়ুম্নাক্তা চঙনগ্রবগে হাঙ্গবা খঙবা ঙমত্রি। মরম অসিনা সাগৈ অসি থিজিন-হুমজিন্বগী মথাদা লৈরি। অতুবু সাগৈ অসিগী য়ুম্নাক্ মমিং কৈথেল ইংখোল্ হাঙ্গবা অসিগী লিকথুল থিজুনা হ্রাখুল্ পুথোকপা ওারবদি মৈতৈ লৈপাক্কী খাইনা সকুখঙ্নবা কৈথেল্ অমগী মনুং চনবা লমগী মনুংদা খুন্দাবা সাগৈ অমনি হাঙ্গবসিনি। মরম অসিনা কৈথৈলগী এলাকা মনুংদা খাইদগী ইহান হান্না তাবা মুসলমান্ ফুরুপ/সাগৈগী ময়ুমনি হাঙ্গবগী কৈথেল ইংখোল হঙ্গনা কৌবনি। মথোঙ্গ অসি খুৎহৈবাগী কাংলুপ হাঙ্গরিবা মৈতৈ মুসলমান/পাংঙলগী কাংলুপ অতুগী মনুংদা, লৈ সুবা হাঙ্গবদি লৈপাক্ সুবা, ইংখোল সঙবা, ইংখোলগী মসা ওইবা কাংলুপ, খুহৈবগী কাংলুপ অমনি। মথোঙ্গ কৈথেল্দা ইংখোল্ লিংজুনা নত্রগা কৈথেল্গীদমক্তা মৈতৈগী লৈপাক্ নিংথৌনা ইংখোল্ শেমজুনা সঙ্হন্বা নত্রগা লৈহনবা সাগৈ নত্তে। খুঙ্গা কাংলুপকী সিন্ফম সিন্ফম তৌরক্পদা সাগৈ হৈনরক্পা মসিল ইংখোল্ সুবগী থবক তৌরক্নুনা খুঙ্গাগী মসিলদগী চাওখৎলক্পা ইংখোল্নি হাঙ্গনা লৌজে।

মৈতৈ লৈপাক্তা কৈথেল লিংখৎলকপগী হ্রাফম অসি মসিল কৌবা মৈতৈ পুয়াদা পীবগী মতুং ইন্না উৎচরি, মহুমদি :— হৌজিক্তি ময়াংওম্বগী মবুথৌ হাকথক্তা। খা, অয়াং কৈথেল অনিমা

পুথোকই। মৈতৈ নিংথৌ কিয়াম্বা, পোং নিংথৌ খিথোম্বা, অনিমানা কাংপোক্‌পি থোংনাংবু, অৱাং কৈথেল্ লাইতিন্‌কোল্‌তা পুথোক্‌তানা থনম্‌ই। থা, অৱাং কৈথেল অনিকি ৱা হাঙ্গিকে। কৈথেল ৯মাগি মমিং ৯ মাবু, অনিমাকি মনুংদা লৈরে অসি লৈবনা, কৈথেল্ মনুংদা, মী কনাগুম্বা অমতনা থোঙ্‌উপ্‌ উপ্‌পা, ফিরুক খুমপা, পে খালবা, ফিদা পুবা, থাঙ-তা পুবা, উতুপ থেংগু পুবা, অসি .থ পিক্‌পু তৌহৈদে। ফৈতানা য়েংদনা, পালনাএ॥ অমদি মী কনা অমতনা, মপোং মচৈ মাঙবা, পোং অতুবু লুকমাঙ্গদা থারম্ববু, পাক লৌনদে। মী ১/২/৩/৪/৫ সুনা খঙহনলমলাকা, ফৈতাদা তাক্লনি। ফৈতানা ৱায়েল খঙনা তৌপনি। য়ানাদরবদি, লাক্‌থোংদা তোগনি। অতৈদা তৌফদে, খঙ্‌-ও॥ * । অমদি, কৈথেলদা মীফা মীপুল্ তৌফদে, পোংথোম চৈখোম্‌যদে। তৌরবদি নিংথৌগী ইরাং থৌনি তৌনাএ। মপোং মচৈ মাঙজরে॥ অসিনা কৈথেলগী ৱানে॥ নিংথৌ থোকলাবদি ফমগনি, ইল্‌লুম্ খাল্‌ফদেএ্‌ঙ খঙও॥ অমসুং চৈথারোল কুমাবদা কৈথেল লিংখৎপগী মতাং অসি মথক্কী অসিগা মরী লৈননা পীরিবদি —

সাইরেম লুকোক্কী কুম্ সক ১৫৩৬ ( খৃঃ ১৬১৪ ) ............ ........................... মৈদিংঙু থাগেম্বনা কৈথেল ১০ মা হোঙএ। মনা কৈথেল্‌গী লানমিংদি, লাংকোই মযাম্বদি খাগা থাইএ, তাইপোং নিংথৌ চৌকোংদি থককা থোননা, অহোঙ য়ুনৈনৈএ। অৱাং কৈথেল্‌গী লানমিংদি, লাংগোই থিংক্রোদি খাগা থা, থোংনাং ময়াং য়াথারেকতি থক্‌কা থোন্‌না, অহোঙ্ য়ুনৈনৈএ। থা কৈথেলগী লানমিংদি, পান্‌বা কৈমুদি খাগা থাইএ, মংকন্ নিংথৌ সায়িদি, থক্কা থোন্‌না অহোঙ্ য়ুনৈনৈএ। ফায়েঙ্ কৈথেলগী লান্‌মিংদি, থারিকি লোংকম্‌নে। মোইরাং কৈথেল্‌গী লানমিংদি, সায়াম্ ১০০

থোন্নৈএ। খুমল কৈথেলগী লান্মিংদি, খারিকি লোৎথমুনে। ফায়েঙ্ কৈথেলগা সেৎচানৈএ। চাইরেনগীদি, নাম্ফৌগী নোংমা তানফমনে। কোন্তোংকিত্তি, তাথেন লসিংকাপোননে। অন্দ্রোগীদি, মায়াঙগী থামুংনে। সেক্তাগীদি, কাসান নিংথৌ লমসিংপুনে। খোইয়া খুন্গীদি ( কৈয়া খুনকিদি ), তাংখুন্কি কারৌরেংনে।

অদুগা মৈতৈ লৈপাক্কী মরু ওইবা কৈথেল্দি মৈদিংঙু সনা কৈথেল্লেন্ অমসুং কৈথেল অমসুং খা কৈথেল অহুম অসিনি। অহুম্ অসি খ্বাইরবল্, সনা কৈথেন্ অমসুং সীজজমৈ কৈথেল্নি অহুম্ অসিগী মনুংদা খা কৈথেল্গী এলাকা মনুংদা তাবদি থুল্লাকপমনি, অমসুং মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদদি নিংথৌগী সঙ্গাইনা মোংসাংগেদা লৈতুনা পাল্লম্বা মরম্না খা কৈথেল্না খ্বাইদগী হেন্না মরু ওই। মরম অসিনা সাগৈ অসি থুল্লাক্পম্দগী থাইবা, থুল্লাকপা মহম্মদ সানী/প্রসেনা লান্জিংলেনম মহম্মদনী/মংকল নিংথৌ সায়ি ছাঙ্গৈরিবসিগী অনিস্নুবা মনাও কোরিপ সৈথক্কী ঈ ওইরব মাই। অতুবু অরেপ্পদি ছাঙ্গজবা ওমদ্রে।

## (৬১) হৈপোক্ ময়ুম্

সাগৈ অসি ভারত অপুম্বগী ওইবা মুসলমান সমাজনা হিন্দুস্থানী মুসলমান ফুরুপশিংবু শখোঙ্গৈ মখোঙ্গৈগী মপা মপুশিংনা থুম্নোক্-খুনহোংলকপা মতমদা মখোঙ্গৈগী মসাদা পল্লকপা মপা-মপুশিংগী ঈগী মরী, মখোঙ্গৈনা হান্না খুন্দা লৈতারবা মফম্শিং অমসুং মখোঙ্গৈগী খুনহোং-থুম্নোক্লকপগী থৌদোক্-ব্রাথোক্শিংগা মরী লৈনবা ব্রায়োল্শিংদা মরু ওইবা য়ুম্ফম ওইতুনা কাংলুপ খাঙ্গদোক্পগী খুৎখাঙ্গ অতুগী মতুং ইন্দুনা মৈতৈ লৈপাক্তা লিংলিবা মুসলমান্ সমাজদা চৎনরিবা কাংলুপশিং সৈয়দ, সৈখ, পঠান অমসুং মুগল/

মোগল/মংকল্ হাঙৈবা মরি অসিগী মন্নুংদা সৈখ হাঙৈবা কাংলুপ.
অসিগী মন্নুংচন্‌বা সাগৈ অমনি।

সাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিং মথা, সাগৈ অসি হৌরকপগী ব্রারোল্ অমতা খণ্ড্‌বা ওমদে। সাগৈ অসিগী চাদা নাওদা খর হৌজক হৌজিক য়াইরিপোক্তা অরি হাঙৈনদি ভাক্‌পীক্‌ই অহুবু খিরুবদদি থেংনবা ফংজগ্রে। অদুনা সাগৈ অসিগী অসেংবা ব্রারোল্ সাগৈ অসিগী য়ুম্নাক মমিং অসিদগী খণ্ড্‌বা ব্রাহেংবন শ্রী ৺য়ুমজাও সিংহনস্ত পীবিরম্নবা হৈপোক্‌চৌবগী লমথৈ মন্নুংদা লৈবা মফম অমদা খ্বাইদগী ইহান হান্না খুন্দাখিবা মুসলমানগী ফুরুপ সাগৈ অমনি হাঙৈবসিথকুং পীজরি। সাগৈ অসিগী চাদা নাওদাশিংনা অমস্তুং অখণ্ড-অহৈশিংনা অরাংপা শরুকশিং মেন্‌শিন্‌বীয়ু হাঙৈনা থুংশিন্নজরি।

## চহি চামরিদা মৈতৈ পাংগল (মনিপুরী মুসলিম) গী ফিভম

খৃ: ১৮৭৩ দা ডাঃ ব্রাওনগী একাওন্ট মতুং ইন্না মনিপুরগী মীসিং অসি ১৫৯০০০ নি, মসিগী মন্নুংদা ভমপাকী মীশিং ৬৫,০০০ অতুগা চিংমীনা ৭৪,০০০ নি। মচা খাঙ্গনা অমুক ইম্ফাল এলাকাদা হায়বদি খ্বাই, খুরাই, ব্রাংখৈ অমসুং য়াইস্কুলদা য়ুম্নাক ৫,৭৩৭ নি অতুগা মীশিংনা ২৮,৬৮৪, মসিগী মন্নুংদা মুসলমান্না য়ুম্নাক ৩০৫ মীশিংনা ১,৫২৫ নি। অতুবু মনিপুরদা মুসলমান মীসিং কয়া লৈবগে হায়বতুদি ময়েক শেংনা তাক্লমদ্রে। ই, ডবলউ ডন্না খৃঃ ১৮৮১ দা মনিপুর মুসলিমগী মশিং ৪৮৮১ নি হায়না পি। খৃ: ১৯৩১ গী সেন্সস রিপোর্টকী মতুং ইন্না মনিপুরগী মীশিং অপুম্বগী ৪,৪৫৬০৬ নি, ভম্পাকী মীশিংনা ২,৮৯,৮৪০ নি, মসিগী মন্নুংদা মুসলমান্না ২২,৮৬৪ নি। খৃঃ ১৯৫১ গী সেন্সস রিপোর্টকী মতুং ইন্না মুস্লিমগী মীশিং ৩৭,০০০ নি। খৃঃ ১৯৭১ গী সেন্সসতনা মুস্লীম মীশিং ৭০,৯৬৯ নি। অতুগা খৃঃ ১৯৮১ গী সেন্সসতনা মশিং ৯৯,৩২৭ নি। অসুম্না মুসলমানশিংগী মীশিংগী চাং অসি লাখ অমগী ময়াদা লৈতুনা মনিপুরগী অপুম্বগী শরুক ১৫ থোকপগী অমা ওইনা মৈতৈ লৈপাক্কী মীশিংগী শরুক য়াম্নি।

মনিপুরদা লৈরিবা মৈতৈ পাংগলশিং অসি অয়াম্বনা খৃঃ ১৬০৬ দা লান্দা ফারকুনা লৈহনখিবা অমদি মুস্লীম খুৎ-শা হৈবশিং অমসুং লল্লোন-ঈতিক। ভাবা লাকপা মীওইশিং, মনিপুরগী নিংথৌনা মখোইগীদমক থোঙ্ লাওনা হাংদোক্কুনা লৈফম পীখিবশিং অতুগী মচা মশিং ভাক্কনি। মসিদা নত্তনা লমদম অসিগী ওৎপি নৈবীরবা মীওই কয়াসু মনিপুরি মুস্লীমগী মরক্তা লৈতুনা মৈতৈ পাংগল ওন্দুনা লৈখিবসু কোক্লাঈনি। ওসি ঐখোয়না পাংগল হায়না

খঙনরিবা মনিপুরী মুসলিমশিংগী অসি মতমসুদা লৈবাকসিদা লাকখিবা অমদি ফাদুনা লৈহনখিবশিং অহনবা মখোয়না লৈবাক অসিগী অপাম্বা সুপী (নিংঙোল) খলহন্দুনা য়ুম্বান হৈনাহন্দুনা লৈহনখি। মতমসুদা মখোঙী খক হনথনা লৈখিদে। লৈবাক অসিগী পোথোক পুথোকপা, রায়েন থৌদা অমদি লৈবাক ঙাকপদা অচৌবা থৌদাং লৌরম্মী। নিংথৌনা অমদি অঙুম-অথৌনা অমসুং লৈবাক অসিগী প্রজানা চন্না-চিন্না, থাজনা অমদি বেক্তারগ লৌইনা মুসলিমশিংবু সননান উংলি। মখোইগী মনুংদা মীওই কয়াবু অ... ... কন ভোঙান ভাঙাম্বা থবক্তা পি, মতুদি লৈবাক্কী ঙমখৈ ... ... ফাঙবা অচৌবা থৌদাং য়াহল্লি। মুসলিমশিং অসিগী থম্মে ... ... মরৈবাকপু তুংশিজবা, কথোকপা ঙম্বা, মীরৈবাক্কা লান শাক্রানা-কথোকখিবা অমদি থেংনখিবা লারাইগী লৈবাক মনুংগী ওইনা নিংথৌগী অমদি লৈবাক্তাদমক পাংগোকখিবা থবক... ... লৈবাক ... কথোক ... ঙম্বা অশেংবা থৌনাফবনি হায়বা তাকই

মনিপুরদা মখোঙীনা লেংদবা ময়ুম হায়বদি য়ুম-কৈ খুল্লিংহনা লৈবাক অসিগী নিংঙোলবু তাল্লোই ওইনা ফংজরবদা মনিপুরী লোলবু ঙাইফদনা মখোঙীগীসু লোল ওইনা শিজিন্নরকই। মখোঙী মচা মগুশিংনা মপা-মপুগী লোল ঙাওগনি, উর্দু, ফারসি, হিন্দীনচিংববু তম্লুরে অমদি খঙলুরে। লোয়নবা মমা মপানা লোল্লিবা লোল মনিপুরী লোলবু মমারোল ওইনা লৈরকখ। অমুকসু লৈবাকসিগী চৎনবী মওং-মতৌ, লমচৎ-বেত্তার, ফিজেৎ-চাকসা খুদিংমক মান্ননা লৈরকখি।

মুসলিমশিংনা লৈবাক অসিদা লাকপদগী মনিপুরগী সংসকৃতিগী শরুক্তা দোলাই, হিদাক থকপা, থুৎ-শা হৈবগী থবকশিং, ফি শাবা,

নোংমৈ শাবা, লৌউ শিংউবদা লৌলিংবনচিংদা অনৌবা থৌদাং লৌথি। ডবলউ য়ুমজানা অস্মুন্না ইরন্মী, মহুদি "খৃঃ ১৬০৫ দা অকবর বাদসাহগী মতমদা ভারতবর্ষদা হিদাক থকপা হৌদোকখিবা অদু মনিপুরদা খৃঃ ১৬০৯দা ইহান হানবা খাগেম্বনা পাল্লিরৈবা চংলকই।" অমুকন্দু মহাক্না ই মহুদি "খাগেম্বগী হাকতক অসি মনিপুরদা ফুরা দলালনচিংবা চেক্কি শঙ য়াম্না শারবা অমসুং চেকপান্নচিংবা শারম্বগী প্রধান য়াম্না ফংই, অমসুং খৃঃ ১৬২৭ শুবদা নোংমৈ থারম্বগী ব্রারিশু ফংই। নোংমৈ অসি মখুল হোনা হৈরমদে, মপুম ওইনা হৈরগা কোন্না মখুল হুত্তনা শাবগী বা য়াওই"। মসিনা তাকপদি মনিপুরগী সংসকৃতিদা মুসলিম লাকপদগী অহোংবা থরদি উবা ফংই। মসিমক মুসলিমশিংগী দান ওইগনি।

## মনিপুরদা মুসিলিমশিংগী ধর্ম্ম

মনিপুরদা মুসলিমশিং লাকপদগী খৃঃ ১৯১০ গী অহুরাই ফাওবদি ইসলাম ধর্ম্মগী চৎন-পথাপ কয়া মপুং ফানা চৎখিদবা ওইনা তৌই। অহুবু খৃঃ ১৯১০ গী মতুংদগীদি মৈতৈ পাংঙলশিং মনিপুরগী মপান্দা ধর্ম্মগী মরমদা নৈনরুরগা হল্লকপদগীদি মনিপুরদা লৈরিবা মুসলিমশিংবু ধর্ম্মগী নিয়ম তাক্না চৎহনবা নৈনবা হৌরক্লনি অমদি ইসলাম ধর্ম্মগী চৎফম থোকপা, ইনফম থোকপা খুদিংমক ইল্লক্লমী। ডাঃ ব্রাওন্না খৃঃ ১৮৭৩ দা অস্মুন্না ইরন্মী মহুদি "মনিপুরদা লৈরবা মুসলমানশিং অসি মুসমাননিদি হায়রগা মুসলমানগী ধর্ম্ম অহু মুন্না খংদে। মুসলমান মুপিশু মৈতৈ মুপিগুন্না পদ্দা লৈরমদে। মনিপুরদা মসজিদ লৈরমদে।" অহুবু ডাঃ ব্রাওনগী রাকমসিদা মসজিদ হায়বসিদা য়ানিংদে মরমদি মুসলিমশিংনা মনিপুরদা লাকপগী অশুনবা শরুক্তগী হোনা মসজিদ শাখ্রে। মানা মসজিদ হায়রগা থল্লিবনি হৌজিকী

মতমগী শাসনরিবা ফজবা নিয়ম নিতি মওং মতৌগী মসজিদ অনিগুম্না লৌবদগী ওইরম্বা য়াই। খৃঃ ১৯১০ গী অহুরাইদগীদি পাংঙলশিং অসি ইসলাম ধর্ম্মবু লু-া-চেৎনা থাজ্জবা অমদি ধর্ম্মগী নিয়ম নিতি গুাক্লা চৎচবা কাংলুপ অমা ওইরকই।

## নুপিশিংগী ফিভম

মতম অহুগী মুসলিম নুপিশিংগা মৈতৈ নুপিশিংগা খেন্নবা লৈবমদে হায়বসি চুম্লবা ৱাফমনি মরমদি নুপিশিং অহু লৈবাক অসিগী নিংঙোল অমদি নিংঙোল মচাশিং ওইবদগীনি। মতম অহুগী মুসলিম নুপিশিংনা মৈতৈ নুপিশিংগুম্না লৌউ-শিংউবদা কৈথেল কাবদা থাংচেৎ লাকতুনা হিংবগী লানফমদা অচৌবা থৌদাং য়ারম্মী। নুপাশিংনা লৈবাক্তা শিনমী ওইনা লাম্লুপ কাখিবদা, লান চৎখিবা মতমদা মুসলিম নুপিশিংনা মতুং শিন্দুনা মৈতৈ নুপিগুম য়ুম পুহোই। লৈবাক অসিগী থৌদোক ৱাথোকতবু মৈতৈ ইমা ইবেলশিংগী মতুং ইন্দুনা থৌদাং য়াই. পাংঙল নুপিশিংনা পোলিটিকেল এজেন্টগী মায়োক্তা থেংনখিবা নুপিলালদা (১৯০৪), মারৱারীগী মায়োক্তা মনিপুর নুপিশিংগী অন্দোলোন্দা. অমসুং মনিপুরদা চাক তাংবগী মায়োক্তা হৌখিবা নুপিলাল (১৯৩৯) সু শরুক য়াখি। ফিজেৎ-লাকশেংতসু খোইনা খেন্নরমদে অহুবু পৃথিবীগী অনিগুবা লানজাও মতুংদগীদি হৌজিক ঐথোযনা উরিবা পাংঙল নুপিশিংনা লিংলিবা ক্লারিং অচোম্বা অসি শিজিন্নবা হোরকখি। মতাংসিৱাইদগীদি পাংঙল নুপিশিংনা লৌউ-শিংউবদা, কৈথেন কাবদা হিংন্নবা লান-ফমদগী খরা থৈদোক্নুনা নুপাশিংগী মপান তাংহুনা হিংবগুম উই। ইমুং মতুংদা লৈহুনা চৎথোক খোত্তোকতনা য়ুমগী মুপি হায়বদি মচা মৱা শেবা ত্তৌবা অমদি অকুপ অনোম খয়া নোমহুনা লৈখি।

অতুবু ঙসিদি য়াকতুবনিনা পাংগল তুপিশিংনা য়ুমদগী মপান খোয়রক্লে, কৈথেন কারক্লে, অমসুং লৌউ শিংউবদা মুপাশিংগী মতেং পাংবা উরে, ছিংনবগী লানফমদা শরুক য়ারে। চাশিংঙাই লৈরকতুবা, শেংনিঙাই লৈরকতুবা অমসুং লৈন্নবা য়ুম লৈরকতুবদা করম্বা জা তগী তুপিনা ইমুংদা কয়া কুইনা লোংতুনা লৈবা ঙমগনি।

## শেল থুমগী ফিভম

ঙসি মনিপুরদা পাংগলশিংগী শেল-থুমগী ফিভম কা হেন্না শোকচিনখ্রে। মসি মনিপুরদা মুসলিমশিং লাকপদগী পৃথিবীগী অনিশুবা লানজাও লোইরকপা অতুরাইকাওখদি শেল-থুমদা পাংগল শিংগী ফিভম মৈতৈ সমাজকী থোইনা শোংথবা ওইরম্লে। ঙসিদি শেল-থুমদা রাজনিতিদা অমসুং সমাজগী ফিভমদা হনথনা লৈরে মসিগী ময়মদি :- মনিপুরদা লৈরিবা পাংগলশিংনা সহরদগী থাপ্পা লৈবা, তুরেল খোংবান্না অয়াম্বা অমদি ওইনা পাং ময়াদা লৈগনবা, ঈশিং চাওগনবা জগাদা অয়াম্বা শরুক্তা থুন্দাতুনা লৈ। লৌউ শিংউবনা মখোয়গী মরুওইবা শিনফম ওইরি অতুবু সাইনস অমদি টেক্নোলোজিগী থুজু-থুজাই, রসাইন হারগুনা মওং চানা শিজিন্নতুনা পোংথোক মরাং কাইনা পুথোকপা হায়রতুদি অয়াম্বনা মমিৎ পাংদ্রি মসিনা ময়ম ওইতুনা মখোইনা পুথোক্লিবা পোংথোক অতুনা কোন্নবা শিজিন্নবা ঙমজদে। লল্লোন ইতিকতা থুদোং চাবা রাংলি মসিগী কান্নবা লোবা হৈত্তে লল্লোন ইতিকতা খোংদাবা মী কয়া লৈত্তে। মতম অমদা খুৎ-শা হৈবগীদমক মনিপুরদা মুসলিম থুন্দা লৈত্তাহন্দুনা লৈথিবতু ঙসিদি স্মোল স্কেল ইন্দাষ্টি, কোত্তেজ ইন্দস্ট্রিজগী পাংগলশিংনা পাইথৎতে, নাচুংদনা লৈথোকই খুৎ শা হৈবগী থবক তেকনিকেল অমদি মেকানিকেলদা কনানম্ব খোংদাদে, মসিনা পাং-গল শিংগী ফিভম নোংম নোংমগী শোকপা হেল্লকই। অমুকম্বু পাংগল

ধর্ম্মগী পর্দাগী মরুমদা লৈখিবা মতাং অহুল্লাইদগীদি মুপিশিংনা ইমুংদা লৈবা মুপা ভাক্তনা হিংনবগী লানফমদা খেংনরকপা মসিনা মরম ওইদুনা শেল থুমগী ফিভমদা অঙকপা ফংমা ওসিদি শোক্লিবসিনি। পাংঙল সমাজ অসি মনিপুরদা নামা শোইরবা কাংলুপনি হায়না হায়নিংই। নামা শোক্লবা মীওইবনা মীমাল্লবা ওন্না হৌনদে। মসিননি ওসি মনিপুরগী কৈথেনশিংদা পাংঙল মুপা মচা মুপি মচা কয়া পোং চৈ লৈবা অমদি য়োনবা উরিবসি হায়বদি মহৈ মশিং তমগদবা মতমদা অভাংশিংবু শিজিন্নরিবসি ( Chi'd labour ) শেল থুমগী ফিভম শাথিনা শোকচিল্লে হায়বা তাকপনি।

## মহৈ মশিংদা

মনিপুরদা খৃঃ ১৮৯১ দগী অমুকহন্না স্কুল লিংখত্তুনা নোংচুপ-লোমগী শিক্ষা ওন্না হৌরক্লমী। অহুবু অহান্বা চহি (১০) মুক্তি ইস্কালগী অংকোটবদা লৈবা বৃটিশকা শম্নবা নুংঙাই য়াইফবা মীওই থরগী মচা মশুশিংভনা তম্লমই। নাকন অনরোম্নদা চিংগী লমদসু ১৯০৩ কী অহুল্লাইদা নহৈ ওন্না হৌবক্লমী। তোইগুম্বসুং মনিপুরগী খুঙ্গংদা লৈবা মীওইশিংগী মচা মশুশিংদি থৌশাদনা লৈখোক্লমী। মাচুংলমদে তশেংনা ত থিরুই। অর নম্বা রাখলদা চৎলুই তশেংনমক তুং ঈনহৌদ্রে। পাংঙলশিংসু অহুমঙাই ধর্ম্মগী লিপুন্দা ইংলিস তম্লবদি মাংই হায়দুনা কনাসু তম্লরমদে। খৃঃ ১৯০৭-৮ দা লিলোংদা মনিপুর পাংঙলশিংগী মরক্তা অহান্বা ওইনা লিলোং এল, পি মত্রাসা লিংখৎলম্মী। মসিসু মরু ওইনা ধর্ম্মগী লাংরিক তনকম ওইনা তৌই। অমুকসু মুপীমচাশিংনা স্কুল কাবা থিংলম্মী। মরমদি মুপানা ইংলিস তম্বদা থিংলম্বা অতুদা অমুক মুপীনা তন্বা ওইরবদি করম্না লৌবীরমগনি মুপীশিংবু ইমুংদা অতুম্মক লোত্তুনা থমলকলি! খৃঃ ১৯২৫ গী অহুবাইদা সহরগী অনকপদা লৈবা লম্বি

থোং খুদোং চাবা পাংঙল মরক্তগী মুপা অমা অনিথক ইংলিস্ এডুকেসন তন্না হৌরকখি। মুপীগী মরক্তগী পৃথিবীগী অনিশুবা লানজাওগী মতুংদা অমা অনিথক য়াওরকল্মী। মথোইশিং অদু অহান্বা ওইনা মহৈ তম্বা হৌখিবা কাংবু অদুগী মচা মশুশিংনি। চহি ৪৩ গী মতুংদা অহান্বা ওইনা অমুক লিলোংদা খৃঃ ১৯৫১ দা এম, ই, স্কুল লিংখৎখি। মসি মতুং তাবদগীদি পাংঙলশিংনা তপ্না তপ্না মহৈ মশিং তম্বা হৌনরল্মী। অদুবু মুপীশিংদি খৃঃ ১৯৭৭ গী অতুরাই ফাওবদা মাংই হায়দুনা অদুম্মক তম্নরমদে তম্লিবা থরা অদুবুসু মমা মপানা রারক্তবা ওক্তবীনি লমকেৎ লমহাইবীনি হায়না লৌনৈ। অদুবু নিংতম্লবা মতুংদা ১৯৪৭ গী অতুরাইদগীদি খুঙ্গংদা লৈবা মৈতৈ ইচিল ইনাওশিংদি মহৈ মশিং তম্বদা মায় ওনসিন্না হৌখি। মসিনা অহোবা অদু খৃঃ ১৯৯০ গী অতুরাইদদি খর মথৌদি মেনখৎপা ওমখি। পাংঙলশিংদি মতমদুদা লেংদনা অদুম্মক তুমিন্না লৈহৌরে। নাকন অমরোমদা মৈতৈ সমাজদা ১৯৭০ দা লৈবা মহৈ মসিং তম্বগী ফিভম অদু পাংঙলশিংগী চৌজিক চৌজিক ওইরি হায়বদি চহি ২০ মুক শোংখহোবে। পাংঙলশিংনা লাইরিক লাইশুদা হায়বদি মহৈ মশিং তম্বদা থৌশাহৌদবনা ওসিদি মনিপুরগী পাংঙলশিংনা শেল থুমগী ফিভমদা, রাজনিতিদা, সমাজদা লৈখা তাবে। ওসিদি মনিপুরগী পাংঙন মরক্তা খনথবা য়াওবা উরে মতুদি ঐথোয় শোংখহৌরে মহৈ তম্বা হায়বসি তঙাই ফদ্রে খনথরকপা অসিনা মফম খরদদি মুপীশিংনা মহৈ তম্বা উরে অদুবু ৫% য়োবা ওমদ্রি।

অমুম্না মনিপুরদা পাংঙলশিংনা মহৈ-মশিংদা নাম্না শোইরবা অমসুং সমাজদা শোংখহৌরবা কাংবু ওইরে। ঐথোয় পাংঙলশিংনা অহোব, অরাৎপা, শোংখহৌরবা খুদিংমক মশা মশান মশক মুন্না খংলবা মতমদা ঐথোয়গী অরাৎপা পুম্নমকসি কোকহন্বা ওমলগনি।

অহুগা অন্নংপা মশা মশানা মশক খংবা হায়ৰসি করিগুম্বা পোশক অমতনা তম্বিবা ঙমলোই মসিগী মতিক চাৰা লৌশিং পিগদবদি মহৈ তম্বতনা ওইগদবনি। অহুগা পাংঙল সমাজনা মহৈ মশিং তম্বদা শোংথরিবা মথৈ করিগুম্বা হিরমদা মতিক চাৰা সেল্‌ফ রিনায়েন্স ফংবা ওইথোক্তে। শোংথনা নৈহৌরৰা পাংঙল সমাজনা শেল-থুমগী হিরমদা পোংথোক পুথোকপদা কল কারখানাদা স্মোল স্কেল ইন্দস্ট্রীজদা খোঙদাহুনা চাওখংপা সমাজ অমা ওইহুনা মনিপুরগী অমদি ভারত সমাজগী চাওখং খোংথ ংদা অমতা ওইনা চংমিন্নহুনা তেংবাংবা হায়বসি মতিক চাৰা মহৈ মশিং তম্বা নত্তনদি থাজবা য়াৰা য়াফম নত্তে। মরম অহুনা জোব ওরনতেদ এডুকেসন, হায়বসি সাইনতিফিক এডুকেসন হায়বসি পাংঙল নহারোন সমাজদ মীপুন খুদিংমক ফংন্নবা হোংনবা তঙাইফনবনি। হায়রিবা য়াফম অসি লাইরবা শোংথহৌরবা পাংঙল কাংলুপ্পা ওইবা য়াদবনিনা ঈনাক খুনবা অনদি লাইরবা সমাজ পুম্নমক্কী নমা-মপা ওঈবীরিবা গোভরমেন্টকী পুক্নিং চিংশিন্না তঙাইফদবনি। হায়রিবা লম্ব সিগী খোঙচত্তা পিগদৌরিবা এডুকেসন অসি মোরেল (কোইলিটিটিব) এন্দ সপ্রিচুয়েল প্রিনসিপান্ য়াওদৰা মখলগী এডুকেসনদি ওইবা য়াদে। মরমদি হায়রিবা প্রিনসিপন্ অসি য়াওদ্রবাদ মীপুন খুদিংমক্না তৌবা থবক খুদিংমক মোরেল য়াওদবা অচুম্বা য়াওদবা চংনরোল কাঈবা য়াফম ঙাক্তা ওইগনি এডুকেসন পীবা মতমদা নুপা ঙাক্তা পিবনদি সমাজ চাওখংপা পুরকপা ঙমলোই। অহুনা নুপা নুপী অনিগী এডুকেসন মান্নবা থাক্তা পুখংনৰা হোংনগদবনি।

মরম অসিনা পাংঙল লুচিংবশিং অমদি ধর্ম্মগী লমজিংবিরি-বশিংনা অহান্বানক্তদা হৌজিক হৌজিক পাংঙল সমাজদা থেংনরিবা খুদোং থিবশিং সমাজশিগী মীপুম খুদিংদা নশা-মশাবু মশক খংহন্বা দরকার ওই। লুচিংবশিংনা সমাজদা মহৈ-মশিং তম্বা হায়ৰসিনা

তঙাইফদনা তৌদবা য়াদবা হায়না খণ্ডহনগদবনি। ধর্ম্মগী লুচিং-বশিংনা রাজনিতিরোলশিংনা মহৈ নশিং হৈত্রবা, নিংবা কাইরবা অমসুং থবক ফংবা নহারোনশিংগীদমক থনথবিবা উদে। মসিগী খুদমদি ঙসি নিংতম্লবা মতুং চহি ৪৩ সুববা ফাওব পাংঙল মুপাশিংগী মরক্তা ৬০% য়ৌদনা মহৈ লাইরীক তমই, অতুগা মুপীমচাশিংগী ফিভমদি য়াম্না শাথীরে ৫% ফাওবা মহৈ তমদে। মরমশীং অসীনা পাংঙলগী লুচিংবশিং সশা মশাগীণ্ডা খনবশিংবু মথক্কী হিরমসিদা মখোয়বু মুংঙাইতে অমসুং মশা-মশানসু মরাল লৈরে হায়বা য়াফম থোকই। মখোয়না থৌশাবীরক্তবদগী মীচম প্রজাশিংনা ঙসি অরাবা তারে অতুগা মহৈ নশিং হৈত্তবা লুচিংবশিংনা মুংঙাই য়াইফনা লেল্লি। মসিননি মনিপুরদা চহি থরসিদা পাংঙলশিংগী শেল-থ,মগী ফিভম অমুক থ,না শোকচিনখ্রিবসি। ঙসিফাপবা পাংঙলশিংগী লুচিংবা অমত্তনা পাংঙলশিংবু মনিপুরদা ফংৎহনবা ঙমদে মখোইগী মরক্তা লাইরিক লাইস্ম হৈরবা নহাবোন কয়া লৈরকাওবা অমদি নহায়োনশিং অতুনসু তুংগী সুরোন চাবোনগীদমক কংথোকপা হোৎ-নিংদবা য়ানিংদবা নত্তে অতুবু লমজিংবিনবা রাৎপদগীনি।

মরম অতুনা ঐখোয় মনিপুর পাংঙলশিংগী নহারোল মুপা মুপী অহল-লমন ধর্ম্মগী লুচিংবশিং সমাজগী লুচিংবসিং রাজনিতি তৌরিবশিং পুনসিল্লগা পুন্না হোৎননিন্নহনা মনিপুর পাংঙল সমাজবু মীগা মীনাম্নবা-হোৎনবা তঙাইফদে।

# লাইরিককসি ঙিবদা মতেং লৌজখিবা

অফোংবা লাইরিকশিং :—

১। লাইরেনময়ুম ৺শ্রী ইবুংঙোহল্‌সিংহ অমসুং পদ্মশ্রী খেলচন্দ্র সিংহঃ – চৈথারোল্‌ কুম্বাব – য়িস্কাল, ১৯৬৭,১৯০৯।

২। ওইনাম ৺শ্রী ভোগেশ্বর সিংহ, 'নংথোবোল্‌ লম্বুবা : য়িস্কাল ১৯৬৭।

৩। ৺শ্রী ভোগেশ্বর সিংহ, অমসুং এম, এ জানাব খাঁঃ নোংসামৈ [পুযা]; য়িস্কাল ১৯৭৩।

৪। রাজকুমার ৺শ্রী মাহল সিংহ বি, কম :—পাওল থোবকপঃ য়িস্কাল ১৯৮৫।

৫। রাজকুমার শ্রীমাহল সিংহ, (গুনেশ্বর) : - সংজ্ঞাস : য়িস্কাল, ১৯৭০।

৬। শ্রী ওইনাম্‌ ৺ভোগেশ্বর সিংহ : থাগেমবা লাওজে : য়িস্কাল, ১৯৬৮।

৭। পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : অরিবা মনিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস :— য়িস্কাল, ১৯৬৯।

৮। রাহেংবম শ্রী৺যুমজাও সিংহ মনিপুর ইতিহাস (কলকতা ১৯৫০)

ফোংদ্রিবা লাইরিকশিং :— লাইরিক

১। নোংশামৈ পুয়া (মৈতৈ মযেক) ,, ৩।

২। নোংচুপ, হারম ,, ,, ২।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ৩। | নোংচুপ হারম্লোন | ” | | ” | ২। |
| ৪। | খাগেম্বা লানফম | ” | | ” | ১। |
| ৫। | পামহৈবা লানফম | ” | | ” | ২। |
| ৬। | মসলমান পাঙললোন | ” | | ” | ১। |
| ৭। | চৈথারোল কুম্বাবা | ” | | ” | ১। |
| ৮। | নিংথৌরোল লম্বুবা | ” | | ” | ৩। |
| ৯। | নিংথৌরোল লম্বুবা বঙ্গলা ময়েক | | | ” | ১। |
| ১০। | সনামহী লাইহুই (অচৌবা) | ” | | ” | ১। |
| ১১। | সনামহী লাইহুই মৈতৈ ময়েক | | | ” | ১। |
| ১২। | কংলা হওবা | ” | | ” | ২। |
| ১৩। | ভখেললোন | ” | | ” | ২। |
| ১৪। | তেখাওলোন | ” | | ” | ১। |
| ১৫। | লাইরিকয়েংবম্লোন মৈতৈ ময়েক্ লাইয়িক্ | | | | ২। |
| ১৬। | কীর্ত্তনালোন্ | ” | ” | ” | ১। |
| ১৭। | খাগেম্বা নমশাং | ” | ” | ” | ১। |
| ১৮। | ক্ষেত্রিলোন | ” | ” | ” | ১। |
| ১৯। | সঙ পান্বা পুন্নমকী মসিল | ” | ” | | ১। |
| ২০। | লোইয়ম্বা শিনয়েন | ” | ” | ” | ১। |
| ২১। | মসিল্ | ” | ” | ” | ১। |
| ২২। | ভম্পাকলোই মসিল | ” | ” | ” | ২। |
| ২৩। | ময়াং লৈমনাইলোন | ” | ” | ” | ১। |
| ২৪। | ময়াং নিংথৌনাইলোন | ” | ” | ” | ১। |
| ২৫। | কুমফিলোন | ” | ” | ” | ১। |
| ২৬। | উখোংশাংলেম | | ” | ” | ১। |

২৭। বামোন খুম্বোকলেন ,, ,, ,, ১।
২৮। লাংমাঈচীঙ চিঙোইয়োল ,, ,, ,, ২।

অফোংবা য়ী গ্রেজী লাইরিকশিং :—

১। রিভে সিদনী এণ্ডালঃ দি কছারীজ: লণ্ডন ১৯১১।
২। গোল্ড: ওফ মনিপুরঃ ষ্টেটোস্টিকেল হেণ্ডবুক ওফ মনিপুর, ১৯৮১।
৩। পি গোগেই: দি টাই এণ্ড টাই কিংদমস: গৌহাটি, ১৯৬৮।
৪। য়ী ডবলীউ হুন: গেজেটীয়ার ওফ মনিপুর: দিল্লি, ১৯৮১।
৫। ডা: সার ব্রাওন, এন্নুয়েল রিপোর্ট ওফ দি মনিপুর পোলিটিকেল এজেনসি, ফোর ১৮৬৮-৬৯ কলকত্তা ১৮৯০,

তানজখিবা মীশকশিং :—

১। মোইনাম নুকুর হাফিজ হত্তা।
২। এম, এ জানাব খাঁ, য়িকমঃ হাফিজ হত্তা।
৩। মু: অলিদদি লিলোং।
৪। ডা: মনিরুদ্দিন, লিলোং।
৫। মো: কমারুদ্দিন লিলোং তুবেল অহনবী।
৭। মুঃ নুরুন ইসলাম, লিলোং উসোই পোকপী।
৬। মুঃ জিয়াউদ্দিন, লিলোং তুরেল অহনবী।
৮। শ্রীমতি সরোজীনী দেবী, দিপুতি ডাইরেক্তর মনিপুর ষ্টেট আর্কাইভস, ইম্ফাল

মতেং ফংজখিবা সংস্থানশিং :—

১। মনিপুর ষ্টেট আর্কাইভস, ইম্ফাল।
২। মনিপুর ষ্টেট মিউজিয়ম, ইম্ফাল।
৩। মনিপুর ষ্টেট আর্কিওলোজী, ইম্ফাল।

—x—

# List of the Muslim (pangal)

## SOLDIERS WHO TOOK PART LAST

### in the war of Independence 1891

1. Babu alias Sangdrokpa Sagei Ipham. So Soda of Keirang Ipum Leikai returned safely from the Khongjom War and after the war he was a member of the then Muslim Panchayat for about 40 years.
2. Singa Dawan Sagei of Keirang khabeisoi returned from the khogjom war safely.
3. Niyamattullah, Sagei Ipham S/o Ijattullah of Khetri Awang Leikai accompained Panna Brajabasi and suffered bullet injury at Khongjom. He was brought back on bamboo stratcher by fellow sypoys named Moni Amsadar, Hamun, Neokan Tomba and Babu Sandrokpa and died just after reaching home. Meitram Chaoba of Naharup also went together with Niyamattullah in the war
4. Moni Amandar, Sagei Ipham, S/o Khamba of Khetri Awang Leikai returned alive from the Khongjom War.
5. Hamoon, younger brother of Moni Amandar returned alive from the Khongjom war.
6. Naokan Tomba, Sagk Ipham S/o Nijam Muhmad alias Nepali Major of Khetri Bangoon returned alive from Khongjom.

7. Ajijur Rahman alias Shamu, Sagei Ipham whose fathe Koushali Laloop Chingba of keirao, a leader of cavalary suffered bullet injury in the British attack of palace on the 24 th March 1891 took part in Khongjom war.

8. Khamba alias Irong Tomba, Sagei Ipham of Keirao took part against the Silcher column in 1891 war

9. Khama Sagei F/o Ahmad Ali of Keirao was hit by bullet through the cloth in the armpit. He returned home safely.

10. Chaodonpa of Liyamgei took part in the Khongjom war. He died in battle field in Khongjom.

11. Sanaola Haji, Sagei Nongjaimayum of Keikhu returned back with bullet injuyr on the knee.

12. Sher shah alias Chibandokut, Sagei Makak Mayum s/o Feigojin Fakir of Lilong Leihaokhong succumbed to bullet injury at Pallel and burried at Leimanai ching or Pallel chingjin of Pallel. His grave yard is still existing one of his orderlese is Khoupum Ngouba Kabui of Langthbal Kabui village.

13. Koya Shah, Sagel Makak Mayum, elder brother of Sher Shah of Lilong returned Safely from Khongjom war.

14. Yusuf ali younger brother of Sher Shah was posted as palace guard, in the palace e.i, Kangla.

15. Khel kut, Sagel Makak of Lilong returned alive from the war.
16. Tonjao, Sagei Makak Mayum F/o Khamba of Lilong returned alive from the Khongjom war.
17. Lamboiba Habildar, Sagei Makak Mayum F/o Angou Chaoba of Lilong returned alive from the Khongjom war.
18. Talandon Subedar, Sagei Bhuya Mayum F/o Khamba haji of Lilong returnad safely from the khangjom war.
19. Pheira Jamadar, Sagei Thongkhong Mayum F/o Umo and Munshi of Lilong returned alive from khongjom war.
20. Sangai Subedar Sagei Makak Anguba F/o Abdul Haji returned alive from the Khongjomwar.
21. Jay Jatra Makak Angouba F/o Abdni of Lilong returnnd alive from Khongjom war.
22. Angou, younger brother of Joy Jatra returned alived from the Khongjom war.
23. Malei Bugler, Sagei Singa F/o Abdul Gafur of Lilong returndd alive from the Khongjm war.
24. Abbulkrrim Buglar, Sagei Merai F/o Amir Ali of Lilong returned alive and went for pilgrimage to Mecca taking a period of three years.

25. Asghar ali alias Rupo Ali Mia, Sagei Phundrei Mayum of Sangai yumpham was a follower of Paona Brajabasi. Lourembam Chaoba and Kourembam Oraoba of Lamding village accompanied Rupo Mia in the Khongjom war.

26. Rahamattullah alias Oraoba Sagei Makak Mayum F/o Jamal of Yairipok Tulihat returned alive from the war.

27. Umo Nongshaibam Sagei Nongshaibam grand father of Uriba of Yairipok Tulihal took part in the Khongjom war

28. Haji Abungton Sagei Khulkapam, grand father of Haji Rahimuddin naolan of Yairipok Tulihal alturned alive from the khongjo war.

29. Sadhu Sagei Makak Angouba grand father of Moulubi Majhar Ali of Yairipok returned alive from the war.

30. Yusub alias Kona, Sagei Makak Mayum F/o Tamiz Haji of Yairipok Ningthoukhong took part in the Khongjom war and returned safely.

Reported
Manipur Muslim (Pangal)
Historical Soceity

# APPENDIX-IX

An extract copy of Muster Roll of the troops employed in Raja Gambhir Singh Lavy, maintained by Lt. Col. Innas, B.S., at Jattraur on 30th July 1824 A.D.

| No. | Rank & Name | Remarks | No. | Rank & Name | Remarks. |
|---|---|---|---|---|---|
| (1) | (2) | (3) | (1) | (2) | (3) |
| 1. | Cavalry : | | | Shroop Singh | |
| | Sirdars | | | Nund Singh | |
| 1. | Rusimon Singh | | | Joy Singh | |
| 2. | Doomroo Singh | | 25. | Bandabun Singh | |
| 3. | Nubin Singh | | | Luchmaun Singh | |
| 4. | Korty Singh | | | Hurry Singh | |
| | Troops. | | | Din Singh | |
| | Coolhudrew Singh | | | Curkur Paun | |
| | Lukun Singh | | 30. | Mungul Singh | |
| | Reucy Singh | | | Chuder Money. | |
| | Tomall Singh | | | Kerty Singh | |
| 5. | Lelahnund Sharma | | | Kissum Chunder | |
| | Khaleshur Sharma | | | Diah Ram | |
| | Chundur Singh | | 35. | Gobind Singh | |
| | Dhur Singh | | | Mohun Singh | |
| | Kheyrow Surma | | | Purum Singh | |
| 10. | Sharney Singh | | | Kissun Singh | |
| | Poorum Singh | | | Surroop Singh | |
| | Shaik Salenah | | 40, | Din Singh | |

1. Secret Concultation, 30th Dec. 1825, No. 19 30.

(1) (2) (3)

Hem Singh
Diah Ram
15. Uchuat Singh
Mudun Singh
Poclon Singh
Hurry Singh
Beer Singh
20. Toolah Singh.
Brij Singh
Dhun Singh
Rutun Singh
5. Bhurdun Singh
Umoog Singh
Chunder Monay Singh
Lung Singh
Bhowan Singh
10. Koomud Singh

Havildars :

Fallap Signh
Mohun Singh
Chununjoy Singh
Ukung Singh
5. Tamfajao Singh
Chand Singh
Indou Singh
Nund Singh
Ruskah Singh
10. Indour money Singh

Nauks :

Braja Nund
Melap Nund

(1) (2) (3)

Infantry

Subedars :

Joy Singh
Umoo Singh
Ram Singh
Kerty Singh
5. Joy Singh

Jemadars.

Partoo Singh
Sam Ram Singh
Loll Roy
Chaugush Khumbah
20. Madhob Singh
Shawam Ram
Poornoo Singh
Chunder Muay Singh
Shaik Rifye
25. Shaiok Soobul

Seepoys

Uchoot Singh
Mooroory Singh
Sam Singh
Chundar Sani Singh
5. Lychlchana Singh
Tool Singh
Bhyjoo Singh
Sadhoo Singh
Mukoond Singh
10. Bendalum Singh
Tool Singh
Umboo Singh
Mucktah Singh

| (1) | (2) | (3) | (1) | (2) | (3) |
|---|---|---|---|---|---|
| | Neelmunc | | | Toolah Singh | |
| | Chunder Singh | | 15. | Sunatun Singh | |
| 5. | Prain Singh | | | Pookoocha Singh | |
| | Joy Ram Singh | | | Dhununjoy Singh | |
| | Rusanund Singh | | | Chunder Muny Singh | (Siob) |
| | Goin Singh | | | Busoo Singh | |
| 10. | Uchoot Singh | | 20. | Tool Singh | |
| | Luchmun Singh | | | Dhununjoy Singh | |
| | Suroop Singh | | | Diah Singh | |
| | Murybah Singh | | | Balah Singh | |
| | Sanjau Singh | | | Heerah Singh | |
| 15. | Kumuda Nund Singh | | 25. | Mudun Singh | |
| | Neerunjan Singh | | | Dhurun Singh | |
| | Soodigh Nund Singh | | | Laban Singh | |
| | Buroo Singh | | 65. | Sotwn Singh | |
| 30. | Gour Singh | | | Shoun Singh | |
| 59. | Shampoorun Singh | | | Goon Singh | |
| | Choubah Singh | | | Joy Ram Singh | |
| | Lung Singh | | | Govind Singh | |
| | Hem Singh | | 70. | Autul Singh | |
| 35. | Sham Ram Singh | | | Mohun Singh | |
| | Poorno Singh | | | Judoo Singh | |
| | Balram Singh | | | Bindabun Singh | |
| | Ruamuni Singh | | | Chauba Singh | |
| | Romah Singh | | 75. | Joyram Singh | |
| 40. | Bagam Singh | | | Dhun Singh | |
| | Chunder Muny Singh | | | Mufaum Singh | |
| | Beero Singh | | | Rutan Muni Singh | |
| | Chauba Singh | | | Nerruttum Singh | |
| | Ghahee Singh | | 80. | Chundur Singh | |
| 45. | Pookchao Singh | | | Narain Singh | |
| | Chauba Singh | | | Dhununjoy Singh | |
| | Poorares Singh | | | Tharun Singh | |

(1) (2) (3)

Tool Singh
Umoo Singh
50. Joy Ram Singh
Uchaw Singh
Kadoo Singh
Lallow Singh
Nubram Singh
55. Muyan Singh
Birh Singh
Tharun Singh
Mubahundur Singh (Sick)
Gour Singh
60. Unund Singh
Gopaul Singh
Medeo Singh
Udhovt Singh
100. Heerah Nund Sigh
Dhun Singh
Chunder Munv Singh
Chunder Singh
Nubchunder
105. Nur Singh
Chandoo Singh
Chunder Singh
Luckun Singh
Toolou Singh
110. Bou Singh
Lukhun Singh
Govind Singh
Dhun Singh
Khur Singh
115. Joyram Singh
Kerty Singh

(-) (2) (3)

Khooling Singh
85 Tool Singh
Beodhee Ram Singh
Kerty Singh
Diahnurd Singh
Labin Singh
90. Urjoon Singn
Suttun Singh
Myrun Singh
Roopmund
Bulram Singh
95 Roop Nund Singh
Bulu Singh (Sink)
Chaund Singh
Nur Singh
Roopal Singh
Nuba Singh
Choupa Singh
140. Deah Ram Singh
Poran Singh
Hanachand Singh
Nund Singh
Shurbanund Singh
145. Tullah Nund Singh
Heam Singh
Bulram Singh
Ununtham Singh
Shundor Singh
150. Sheery Singh
Sunatun Singa
Kuroonah Singh
Govind Singh
Joy Singh

| (1) | (2) | (3) |
|---|---|---|
| | Bhurat Singh | |
| | Indour Singh | |
| | Mohour Singh | |
| 120. | Surroop Singh | |
| | Ukheob Singh | |
| | Pooroo Suttun Singh | |
| | Khadoo Singh | |
| | Mudun Singh | |
| 125 | Buham Singh | |
| | Soobul Singh | |
| | Bhuwany Singh | |
| | UttaRam Singh | |
| | Berdaban Singh | |
| 130. | Bulram Singh | |
| | Luchmun Singh | |
| | Koommda Nund Singh | |
| | Roopa Nund | |
| | Nudheo Ram Singh | |
| 135. | Shooram Singh | |
| | Khoombah Singh | |
| | Bamur Sing | |
| 175. | Chundor Muny Singh | |
| | Ruttun Muny Singh | |
| | Dhumroo Singh | |
| | Roop Singh | |
| | Chundur Singh | |
| 180. | Govind Singh | |
| | Poorun Singh | |
| | Umboo Singh | |
| | Chundur Myny Singh | |
| | Purutt Singh | |
| 185. | Dhumroo Singh | (Sick) |

| (1) | (2) | (3) |
|---|---|---|
| 155. | Sampoorun Singh | |
| | Tamjud Singh | |
| | Tamrou Singh | |
| | Umah Singh | |
| | Koomud Singh | |
| 160. | Goopu Churun Singh | |
| | Rusheeka Singh | |
| | Myrah Singh | (Sick) |
| | Chunder Singh | |
| | Mookund Singh | |
| 165. | Diop Singh | |
| | Poorun Singe | |
| | Dhirda Nund Singh | |
| | Kmoo Singh | |
| | Toolah Singh | |
| 170. | Joowah Nund Singh | |
| | Ukeelah Singh | |
| | Bullou Singh | |
| | Chundur Singh | |
| | Buham Singh | |
| | Chauba Singh | |
| 215. | Thanjou Singh | |
| | Tullah Nund Singh | |
| | Koounja Nund Singh | |
| | Neerunjnn Singh | |
| | Attul Singh | (Sick) |
| | Chundur Muny Singh | |
| 220. | Numdoo Singh | |
| | Chundur Singh | |
| | Rushooka Singh | |
| | Pookoolah Singh | |
| 225. | Diop Singh | |

| (1) | (2) |
|---|---|
| | Heeroo Singh |
| | Nubut Singh |
| | Poola Nund Singh |
| | Poorun Singh |
| 190. | Roosa Nund Singh |
| | Diah Nund Singh |
| | Kerty Singh |
| | Ubhu Singh |
| | Madhoo Singh |
| 195. | Ram Singh |
| | Gowoor Singh |
| | Neelah Nund Singh |
| | Koomade Nund Singh |
| | Bhowanund Singh |
| 200. | Taunjoo Singh |
| | Hurry Narain Singh |
| | Ram Chundun Singh |
| | Gunga Singh |
| | Tull Singh |
| 205. | Luknauth Singh |
| | Bulram Singh |
| | Khungjoy Singh |
| | Dhunee Singh |
| | Tapoop Singh |
| 210. | Tomun Singh |
| | Beedoor Singh |
| | Umoo Singh |
| | Surpoph Singh |
| | Poornoo Singh |
| | Mookun Sinah |
| 251. | Indoo Singh |
| | Kumbah Singh |

| (1) | (2) | (3) |
|---|---|---|
| | Bulhun Singh | |
| | Chunder Singh | |
| | Uunyah Singh | |
| | Rushuk Singh | |
| 230. | Jugdah Singh | |
| | Joy Singh | |
| | Gowoor Singh | |
| | Lill Singh | |
| | Heam Singh | |
| 235. | Tharum Singh | |
| | Nubram Singh | |
| | Soodrah Singh | |
| | Joy Singh | |
| | Khoombah Singh | |
| 240. | Tajou Singh | |
| | Nimah Nund Singh | |
| | Chunder San Singh | |
| | Umboo Singh | |
| | Uruata Ram Singh | |
| 245. | Tool Singh | |
| | Gowoor Singh | |
| | Lall Singh | |
| | Ruseeka Singh | |
| | Indoor Muny Singh | |
| 250. | Dhooju Singh | |
| | Heam Singh | |
| | Tanjoo Singh | |
| 290. | Umboo Uttul Singh | |
| | Govind Singh | |
| | Lukhun Singh | |
| | Jughah Singh | |
| | Chun Singh | |

| (1) | (2) | (3) | (1) | (2) | (3) |
|---|---|---|---|---|---|

S  ah Singh
Chooramuni Singh
Koomd h Singh
260. Hoorah Singh
Myhah Singh
Joy Singh
Chundur Singh
Tenjoo Singh
265. Madhoo Singh
Buaoodam Singh
Ramanund Singh
Dioo ram Singh
Tanjoo Singh
270 Nul Singh
Ungoo Singh
Bhlooram Singh
Sa r l m Singh
Myoorah Singh
275. Kukeelah Singh
Keertybah Singh
Tanjoo Singh
Refy Mohumed
Lool Mohumed.
285. Burkootoolah
Loll Mohum d
Hurry Singh
Roop Singh
Mohumed Nazir
285. Nurrutum Singh
Luohun Singh
Purshooram Singh
Roopah Singh

295. Diah Singh
Indur Muny Singh
Khctury Singh

Nundoo Singh
Ram Singh
300. Ubhen Singh
Nur Singh
Chung Sam Singh
Koomud Singh
Khuylanund Singh
305. Purnanund Singh
Chytna Nund Singh
Nund Singh
Dhanoo Singh
Shuroophn Singh
310. Rutun Muny Singh
Kokeelah Singh
Diah Nund Singh
Moogy Umah Singh
Khurug Singh
315. Sherda Nund Singh
Govind Singh
Pambhy Singh
Khulah Singh
Bhurdur Singh
320. Diah Nund Singh
Chandu Singh
Poorna Singh
Ruttum Singh
Khylah Singh
325. Shoorooj Singh

| (1) | (2) | (3) |
|---|---|---|

Kiaunanund Singh
Thybah Singh
Muduah Nund Singh
Shuroopah Singh
330. Sanjoo Singh
Roopah Singh
Bulram Singh
Churan Singh
Sheram Singh
335. Jooglon Singh
Tyrah Singh
Poornah Singh
Leelah Singh
Tool Singh
340. Murbah Singh
Ghun Singh
Shordanund Singh
Kandoo Singh (Sick)
Muny Chundur Singh
345. Soorpah Singh
Moorary Singh
Bheram Nund Singh
Ramkissur Singh
Madhoo Singh
350. Shekhur Singh
Gunga Singh (Sick)
Khubah Singh
Khylenund Singh
355. Kylebah Singh
Ruttun Singh
Jeebah Singh
Chunder Muny Singh

| (1) | (2) | (3) |
|---|---|---|

Soolloo Singh
365. Bull Singh
Gouur Singh
Bull Singh
Khellah Singh
Beharee Singh
370. Jeeva Nund Singh
Khyla Singh
Sooroopa Singh
Goopan Ghuru Singh
Krinbna Nund Singh
375. Pianund Singh
Nund Lall Singh
Suroopah Singh
Umoo Singh
Nemy Singh
380. Kooroodah Singh
Dilh Nund Singh
Toll Singh
Mohim Singh
Doul Singh
385. Joy Singh
Rughoo Muny Singh
Dhurum Singh
Jughah Singh
390. Tool Singh
Khubah Singh
Jedoo Singh
Joogulah Singh
Mudun Singh
395. Toombah Singh
Panggultaul Singh

| (1) | (2) | (3) |
|---|---|---|
| | Kerty Chundur S ngh | |
| 160. | Keyla Nurd Singh | |
| | Hulding S ngh | |
| | Nubchunder Singh | |
| | Bhoan n Singh | |
| | Shurparun L Singh | |
| | Kookilah Singh | |
| | Woolul S ngh | |
| 4o5. | Gowoor Singh | |
| | Tull Singh | |
| | Chunder Singh | |
| | Neelahheojo Singh | |
| | Gowoor Singh | |
| 410. | Roopa Nund Singh | |
| | Sooful Singh | |
| | Susund Singh | |
| | Ruttum Singh | |
| | Keonedah Singh | |
| 415. | Bhurutt Singh | |
| | Roop Chunder Singh | |
| | Taunjoer Singh | |
| | Nur Singh | |
| | Chundur Singh | |
| 420. | Boodhyram Singh | |
| | Govind Singh | |
| | Roopenund Singh | |
| | Chundur Singh | |
| | Gowoor Singh | |
| 425. | Lutkhur Singh | |
| | Suchee Singh | |
| | Sekhur Singh | |
| | Peruit Singh | |

| (1) | (2) | (3) |
|---|---|---|
| | Chowbah Singh | |
| | Lukhun Singh | |
| | Chunder Muny Singh | |
| 400. | Poorum Singh | |
| | Teluck Singh | |
| | Simahul Singh | |
| 440. | Hurry Singh | |
| | Khoolung Singh | |
| | Beer Singh | |
| | Gumy Singh | |
| | Roopa Singh | |
| 445. | Roomah Singh | |
| | Nuout Singh | |
| | Sojao Singh | |
| | Joobah Singh | |
| | Bulram Singh | |
| 450. | Sheik Shubah | |
| | Shaik Seba | |
| | Shaik Prem (on command) | |
| | Shaik Brow | |
| | Shaik Lobah | |
| 455 | Shaik Chybah | |
| | Shaik Khambah (on command) | |
| | Shalk Sayja | |
| | Dhurmah Singh | |
| | Roop Chundur Singh | |
| 460. | Prem Singh | |
| | Uchout Singh | |
| | Nubeen Singh | |
| | Uaund Singh | |
| | Copy Singh | |
| 465. | Jusoodah Singh | |

| (1) | (2) | (3) |
|---|---|---|
| | Bhyroo | Singh |
| 430. | Lochur | Singh |
| | Foolunguny. | Singh |
| | Soobeet | Singh |
| | Ruttun | Singh |
| | Beer | Singh |
| 435. | Keesurup | Singh |
| | Koondoo | Singh |
| | Chowbah | Singh |
| | Lymah | Singh |
| | Khambha | Singh |
| | Roopanund | Singh |
| | Heam | Singh |
| 580. | Jusooda | Singh |
| | Booman | Singh |
| | Soondra | Singh |
| | Neermah | Singh |
| | Mudun | Singh |
| 485. | Nmudun | Singh |
| | Gra | Singh |
| | Poorun | Singh |
| | Bamon | Singh |
| | Sanjow | Singh |
| | Premanund | Singh |
| | Moorybah | Singh |
| | Saum | Singh |
| 470. | Mohun | Singh |
| | Bijanund | Singh |
| | Khum | Singa |
| | Khella | Singh |
| | Poorum | Singh |
| 475. | Khella | Singh |
| | Chowbah | Singh |
| | Shajeb | Singh |
| | Chundur | Singh |
| 490. | Suroop | Singh |
| | Ganga | Singh |
| | Muthoor | Singh |
| | Parthoo | Singh |
| | Unund | Singh |
| 495. | Prem | Singh |
| | Sooranund | Singh |
| | Prem Chundur | Singh |
| | Goouja Sund | Singh |
| | Jesooban | Singh |
| 500. | Soum Chand | Singh |




Sd/—
Lt. Con. Innes
Commanding, Sylhet Frontier.

কোংখুবা লাইরিকশিং

নোৱেল :—

১। সনাজোখী
২। চাৱিক পরেং
৩। সুগী পাত্রদা তাশবীর।

পুরা :—

১। খুমন মিংথোয়োল লম্বুবা
২। থাজবইরোল
৩। মামগী পুরা।

লাইরিক ফংখা
চাউ-তম প্রেস
উরিপোক নাওরেমথোং
অমসুং লাইরিক কোনকুম মকমশিং।